# কেগে পুঙ ওাঙডোই নমাইংলোন্

# মোইরাং থংজিঙ চীংগাইলোন্





সোমেন্দ্রো মাইস্নামচা

মোইরাং

ꯀꯦꯒꯦ ꯄꯨꯡ ꯉꯥꯡꯉꯣꯏ ꯂꯝꯃꯤꯠꯂꯣꯟ
ꯃꯣꯏꯔꯥꯡ ꯊꯪꯖꯤꯡ ꯆꯤꯡꯒꯣꯏꯂꯣꯟ

# কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্
# মোইরাং থংজিঙ্ চীংগোইলোন্

( মণিপুব ষ্টেট আর্কাইবস অমদি নেসনেল আর্কাইবস ওব ইন্দিয়া দগী শেলগী মতেং ফংদুনা ফোঙজবা )



সোমেন্দ্রো মাইব্রমচা
মোইবাং

অহানবা ফোঙবাঃ ২০০৬ ইং

কোপী মশীং ঃ ১০০০

ফংফম থোকপা ঃ অইবা

অইবা ঃ সোমেন্দ্রো মাইরেমচা, মোইবাং

মমল ঃ লুপা ১৫৫/- (লুপা চামগা যাঙ্খৈ মঙা)

ফংফম ঃ ১। সুমন্ত ষ্টোর, মোইবাং বাজার অমদি অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং
২। বাজেস বুক ষ্টোর, গভনর রোড, ইম্ফাল।
৩। অইবগী য়ুম।

---

নম্ফম ঃ সী টি ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল-১ (মণিপুর)



# কচ্চবি ইপুদ

পূন্সি লমদাং লমশাংদ
ইবুধৌ থাংজিঙ থৌগন্দা,,
কুমজা কযা পাল্লম্বা,,—
মচা "বুংঙো চুবাচান্দ হাক্তক্তে
নিংথৌবোল অহুম পুন্সিনা,,
চিংঙু শেবা ফংখিবা
ইপুবোক "লৈমজাওবী খদ্রাকপাও!!
হৈ হা মীংখৈ শোন
মল্ল হকচাং পুঙমদ,,—
তনফদে ইশুদী কৈদৌনুং
চিংঙু থৌগন্নী কাউফদে,,—
ইপুগী চৈশুনী ইশুদী
মশুদা কোল্লা চৎলম্মী,,—
তাইবং শিন্থা তাক্লম্মী
খোইযুম নোংদম তল্লম্মী!!

নমু চিঙ্গাক থাদুনা
চেংলৌ শকউদ কুইবেদ,,—
কুমজা কযা লাল্লক্লে,,
কৎচনিংই নশুদী লৈজদে
লাইব মচা ওইবনা,,—
ইপুনা খুৎশিন্নবন্না পুরাবী
পুকোক পুয়া লাইযেকসে,,—
লম্মীৎ লোনগী লাইবিকসে
কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্
মোইবাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্
মোইবাং কংলৈবোন লমথোনসে
নপোৎনী নবননী ইপুগী
নখুয়াখাদা
কৎচবি !!

# ৱাহৈ খরদং

ইবুংঙো শ্রী সোমেন্দ্রো মাইরূমমচানা ইবা "কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্ মোইবাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্" কৌবা লাইবিক অসি খুৎই ওইনা লৈবিঙৈদা পাজবে।

লাইবিক অসি তাইবং খুনাইনা হৌবকঙৈদগী লৈশেম নোংশেম থৌদোক ৱাথোক কয়াগী লীখুন পীবা লম্মীৎলোনগী অফবা লাইবিক অমা ওইবে। লমদম অসিগী ইপা ইপুশিংনা তুংগী মীবোননা পাৎ তু খোং, লমখোন পুং কয়া কয়া, থৌদোক ৱাথোক কয়াগা শাগোন্নবা মফম কয়াবু লাতম চন্দুনা থম্বীবম্মী, মসিমক ঐখোয় অমদি হৌবকলিবা তুংগী মীবোনগীদমক্লি।

মোইবাং লমদম ইতিহাসকী মাইকৈদগী যেংলুববদি যাম্না লেমজফম ওইবা ফীদা কযা ফংলিবা লমদমনি। ইবৈবাক অসিগী অমত্তা ঙাইববা কাব্যা ওইবিবা "খম্বা থোইবীগী" ৱাবিশিংবুন লমদম অসিগা শাগোন্নবা তৎনা থানবা যাববোইদবা ৱাবিনি। হন্দক পুথোকপীবিবা লাইবিক অসিনা মোইবাং লমদম অমদি মাগী অকোইবা লমদমগী মবমদা হেন্না মযেক শেংহল্লে।

জাতি অমনা মাগী মাগী পুৱাবিবু খোংগুন লীনবা হোৎনবি, লমদম অসিগীসু, পুৱাবিবু খোংগুন লীবদা ইবুংঙো সোমেন্দ্রোগী লাইবিক অসিনসু অচৌবা মফম অমদি শোইদনা কল্লগনি। মসিনা ইতিহাসপু নৈনবা স্কোলাবশিং অমদি সধাবন মীওইশিং কযাসু যাওনা কান্নবা কযা পীবগনি হায়না থাজবা থমজবি।

লাইবিক অসি অবিবা লোন্দাদা লৈবনা অপাবদা খবা মখৈ খুদোং চাদবা ওইববসু খবা কুপথনা নৈনদুনা পাবীববদি মবিকচুম্বা ৱাহস্লোক অমদি শোইদনা যংগনি নীংজৈ।

ঙসি ইবুংঙো সোমেন্দ্রোনা পুথোকপীবকইবা লাইবিক অসি পুৱাবিগী সাহিত্যদা অচৌবা অহাংবা অমা মেনাশিনবা ঙম্বা খুদোল অমদি ওইবগনি। মসি পুম্নমক লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী খুদোলনি, মসিমক্লা ঐখোয পুম্বা ইপা ইপুশিংদুগী মফমদা শীংবা ঙম্নবোইদবা লমন অমদি তোনশিন্দুনা অদুমক লৈহৌবগনি।

অবোইবা ওইনা থমজনিংবা ৱাফমদি ইবুংঙো শ্রী সোমেন্দ্রোনা অসিগুম্বা লাইবিক অসি মতুংদা কয়া কয়া পুথোকপীবক্তুনা তুংগী মীবোলবু লমজিং লমতাকপা ঙম্বা ওইসনু। মসিবু ঙমনবগীদমকসু তাইবং শেম্বা মপুদা হন্না হন্না নীজবি। লাইবিক অসিগী মপান্দগী লমদম অসিগী ইপাচা কয়াসু মীকপ থোকপা ওইবসনু।

ডা: কে: সুসিলা
ডাইরেক্টর,
মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবস, ইম্ফাল

# ৱামাঙ্-ৱারোল

শ্রীসোমেন্দ্রো মাইরেম্চাগী অহানবদা খুৎমাবা খুৎই-লাইবিক "কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্ মোইবাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্" হায়না শাংনা মিংথোল্লিবা লাইবিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা কুপশিন্না পাজবে। মোইবাংগী অমদি মণিপুবগী লম্মিৎ-তুমিৎ খবগী মবমদা ইবনি। মতম অমদা পাক্লা-চাউনা শন্দোক্লা লৈবম্বা কেগে ঙাঙঙোই লৈবাক্কী মকওইবা মফম্ লাইফম্ তিনফম্শিং কাউনা পবে চন্শিন্নবক্কবা লম্মিৎলোন্ কযাবু খুদোম্বীনা থিন্-থিন্দুনা মশক্ তাক্লক্লি। মফম্-মফম্দুগী তৌগদবা লাইথৌ, ঈবাৎ থৌনিবোলগা লোযনবা মবম্শিং ইদুনা পুথোক্পীবক্পা অসিমক অপাবশিংগী থম্মোযদা অপেম্বা নুংঙাইবা কযা পোক্লবগনি হায়না থাজে।

শ্রীসোমেন্দ্রো অইবা ইনাউ ইবুংঙো অসি মহাক্লা নহা ওইবিঙে ঐহাক্কা হান্না শক্খঙ্খিবদি কলেজ ছাত্র ওইবিঙে মতম্দগী ৱাবেং শৈবেং কযা ইনবক্পা অথোই অহেন তান্নবক্পদা মকোক্-মথং তাদুনতা লাক্পা থেংনখি। কলেজ ছাত্র মতম্ লোইববদা কালেন্ ছুটিনচিংবা মতম্ শাংনা-শাংনা ছুটি লৈবদা মহাক্লা লুচিংলগা লাইবিক্ লাইশু হৈববা নহাবোল্শিং কয়া পূন্শিল্লগা কোচিং ক্লাস হাংদুনা অঙাংশিংবু লাইবিক্ তম্বীবক্ই। ক্লবগী প্রসিডেন্ট ওইনা-ওইনা মণিপুবি অবিবা মযেক লাইবিক নৈনববোমদা খোঙ থাংজিল্লকখি। ওল মণিপুব মৈতৈ মযেক বিছার্স ট্রেনিং সেন্টবগী ত্রেন তৌববা মেম্বব অমা ওইনা ইং শোক ১৯৯২ আগষ্ট তাং ২০ শগোলশেল নুমীৎতা মৈতৈলোনবু ভাবতকী নিপালশুবা সেদ্যূলদা চনবা নুমীৎ অসিগী মমাং চহি অহুমগী মতমদগী মণিপুবি মৈতৈ মযেক্, যেলহৌ ইযেক ১৮ মযেক ২৭ কী লাইবিকপু ফুবাল্লাদগী হৌবগা মোইবাংগী স্কুলসিংদা মথং মথং চৎতুনা বেজ নাইনা ছাত্র ছাত্রিশিংদা বেগুলব ক্লাস চংদুনা তম্বীবা হৌবকখি। অসিগীসু মথক্তা মোইবাং বোইজ জুনিযাব স্কুলদা হৈজনিংবা মহৈবোইশিংদা চাং নাইনা তম্বীদুনা থার্দ ইযাব কোর্স অমদি বিছার্স পার্সন ট্রেনিং প্রোগ্রামদা ডিপ্লোমাগী ছাত্র ছাত্রি ফাওবা পুথোকপীবকখি। অসুম্না থৱাই যাওনা অবিবগী হিবমশিংদা চংশিল্লকপনা মপা মপুনা লুবাক তাবুনুংদ থম্বীবম্বা কংলৈবোলগী অবিবা মযেক লাইবিকশিংবু খুৎমাবা হৌবকখি। অদুবু থৱাই যাওনা হোৎনঙ্ববিবা অঙাংশিংদ তম্বীবিবা মযেকশিং অদুতনা মনিং থুংলক্লদুনা মবুক্লীংগী অহোংবা লাক্লদুনা থংজিঙ্ য়াগৈবেল মকপ বিছার্স কমীতিদা মেম্বব অমা ওইনা মোইবাং কংলৈবোনগী মবমদা নৈনবা শক্ক যাবকখি, থিজিন হুমজিনবগী লম্বীদা খোঙলৈ যাংনা চঙশিনবা হৌবকখি।

হৌখিবা ইংশোক ২০০৫ জুনগী তাং ৩০ শাগোলশেল নুমীৎতা মোইরাং আই, এন, এ. ম্যুজিযম হোলদা পাংথোকখিবা থংজিঙ যাগৈবেল মরুপ অমসুং মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবসকা অনিনা পুন্না শিনবা বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্কী ওইবা অরিবা মেন্যুস্ক্রিপ একজিবিসন অমদা ইনাও ইবুংঙো শ্রীসোমেন্দ্রো সু শরুক যাখি অসিগুম্না লাইরিক্কী মেলাদা অরিবা খুৎই লাইরিক কয়া পুথোক্লুনা অনিসুবা শেলগী মনাসু ফংজখি। নুমীৎ অসিদগী শরুকখং মাইথংনবা হৌদুনা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবসকী ডিরেক্তর ডা কে সুসিলা দেবীগী এডভাইস মখাদা থবক কয়ামরুম চংথবকখি। হৌজিক হৌজিক নেসনেল মিসন ফোর মেন্যুস্ক্রিপস মিনিষ্ট্রি ওফ ইন্দিযা, নিউ ডিল্লী অমসুং মণিপুর ষ্টেট আর্কইবসকী ডিষ্টিক কো-ওরডিনেটর, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্কী ওইনা থৌপুরিবা মীওই অমনি।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা খ্বাইদগী অঙকপা অমা ওইরিবদি অতোপ্পা লম্বী হাইগদবা, মপুন্সিগী সিনফম ওইনা ইবুংঙো সোমেন্দ্রো অসি যাম্না নহা ওইনা ইংশোক ১৯৯৩গী হৌনা পাঞ্জিগী থবকসু তৌবম্না অসিনি, মণিপুরগী মমীং লৈরবা কোঠী ইবা যেংবা পাঞ্জি অচার্য ওজা পণ্ডিৎ কয়াগী মফমদা চংজদুনা মহৈ তম্লকপা অসিনি। থাগৎনিংঙাইনি। মহাক্কী অবোইবা ওইনা গুরু শ্রীলানকণ্ঠই দেব শর্ম্মা ভগবৎ বক্তা অমদি ব্রহ্মা সভাগী বোতন ওইনসু পুরিবম্লবা গুরু অসিগী মরু ওইবা সেবক অমসং ওইরি। হৌজিক যাম্না নহা ওইরিবা ফাওগৎলক্লবা পাঞ্জি অমা ওইনা কোঠী ইবা যেংবা লাইরা তিনবা, লাইথৌলোন্দা অচেৎপা খোঙ থাংজিল্লক্লবা অসিনি। মহাক্কী পাঞ্জিগী থবক্তা মৈতৈগী অরিবা খুৎই লাইরিক্তা লৈবম্না সুবীকা মখল কয়া, নুমীৎ থা থরালমীচাক্কি মরমদা ইবা অমদি কুম্নাবা থবানলোন নৈনবা কয়ানসু ইনাৎকী অমসুং সংস্কৃত নৈনবনা য্যোটিসপু খুৎলোইবা, মপুং যাওনবা ওইরি। লাইরিক হৈজরগী মপান্না মাগী লোইনরবা ফাওবা তম্নদুনা নীযামগীদমক নৈনবা মতেঙ পাংহল্লী। অসুম্না কোঠী ইবা যেংবা হিরম অসিদসু পোৎথোরা সংজদ্রবা হেৎনবা কনবা নহা অমা ওইনা অথোইবা পাঞ্জি অচার্য ওইগে তানখৎলক্লিবা অমনি।

হোৎনবা কনবা ইনাও ইবুংঙো শ্রীসোমেন্দ্রো চন্দক্ত অঙানবা ওইনা অরিবা সাহিত্য মোইরাং কংলৈবোলগী ইতিহাসতা খুৎথাবা হৌরক্লিবা অসি থাগনিংই। অতল লমনশিংনা শেংনা থম্নীবম্না অমসুং নৌনা থিজিল্লকপা অবীবা লাইরিক কয়াদগী মল্ল মল্লদুনা মচং ওইবা লম্নিং-তুমিং কয়াবু খনগৎতুনা ইথোক্চবিবা লাইরিক অমনি।

লাইরিক অসিগী খুৎই রাখল্লোন্দি মপুবোক্লা লুনা থম্নীবম্না লাইরিক কয়ানি খঞ্জদুনা "মগুনা মপুদা" কৎথোকচবিবা খুৎই অমনি। লাইরিক অসিদা থাযনগী ওইবা অবীবা লোনবুসু ইকায খুম্নজবা উৎপগা লোযননা অবী-অনৌ যান্ননা মনিং তম্না ইথোকচবিবা খুৎই লাইরিক্ অমনি। লমদম অসিগী নীংথিজবরা ইতিহাসকী অমদি সহিত্যগী ফজবরা কান্নবরা শরুক কয়াসু থন্না যাওবরা মমল্ যাম্লবা লাইরিক্ মখল্ অমসু ওইবগনি। অইবগী অযাম্না লমাযশিংদা অবীবা রাহৈদা নম্বর পীদুনা ফুট নোট

অর্থ খবা খবা হন্দোকচবা অসিদা অৱাংপা খবা লৈবা অমসুং অকম-অযাং বনান্ য়েংশিন্না খবা অৱাংপা লৈবগসু মসিনা পূন্নমক শোযবদি ওইদে। লৈবাক্সিগী ইতিহাসকী লমায়শিংগীদমক্ নৌনা অহান্বা খুৎমাবা ওইনা খুদোল তমজবক্লিবা ইনাউ ইবুংঙো **শ্রীসোমেন্দ্রোগী** "কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লক্ষ্মীৎলোন্ মোইবাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্" মিংথোন্দুনা পুথোকপীবকপা থাগৎচনিংই। মণিপুরগী ইতিহাসকী পুক্কেদা মমল্ যাম্লবা খুদোল কযা তম্জবা ঙম্লবা ইবুধৌ মোইবাং থংজীঙনা থৌজাল পীনবীবা ওইবসনু।

**মোইবাংথেমচা রঘুমনি, ঙাঙোইচা।**
সেক্রেটবি, আর্ট এণ্ড কলচব।
থংজীঙ সেবা মন্দল, অমসুং
"ইডিটব যাগৈবেল" মোইবাং থংজীঙ্ যাগৈবেল মকপ্
বিছার্স কমিটি, মোইবাং

# ব্রাহৌদোক

সাহিত্য ইতিহাসকী ইচেন্দা পাক চাওখ্রবা মোইবাং কংলৈবোন মণিপুর মা লৈবাক কংলৈপাক্কী, সলাই তবেৎকী মনুংদা থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইববা, মুৎপা যাদ্রবা মাংবা ঙমদ্রবা ওইদুনা তাংথক নাইবা মতমগী ইচেন্দা মথং-মথং তাওথবক্কী। শক্লাইববা ওঝা কয়াগী চিনবুং ব্রাবিদা, অশৈ শকপা পেনাগী শৈহেক্তা, শৈশকপীগী খুনুংলোন শৈশক্তা, শিকপ্লোন্দা, তেংথাবোন্দ, মোইবাং শাইদ, ইপু ইবেনশিংগী ফুঙ্গা লাইকদ মশু মচাশিংবু লাংলেন থরাই যাঙ্গোনবীদুনা, ফুঙ্গা ব্রাবি ওইনসু লিবম্বা, খোংজোম পর্ববগী ইথিন্দা তান মেন কাইদনা শৈশক ব্রাবি ওইবকপা, কেগে কংলৈ অথৌ লিচা হেক্পা খিবীক্কী ব্রাবি লমদাংনা, তান্নবা লোইজিং লোযা নিন্দুনা, খুঙ্গংগী খালে লোইযান ঈশৈদা, পাখং থাংকোক সম্পোৎলোই, নুবা খুৎলং চুংবুবোই খিবিক্কী খুৎলং ঈশৈ ওইদুনা মুৎনাইদনা লৈবক্লবা মোইবাং কংলৈ ব্রাবিনি।

অচৌবা ইপাক্লী লানবদা ইতিক ওইদবা, পামজরুবনা চোংথজবনি কংলৈবোন সাহিত্য ইতিহাসকী ইপাক্তা। ঐগুম্বনা হোংনবদী থুম মতুম মচা অমৎতনি লোক্তাক ইপাক ইযাইদা। কবি খংবা নত্তে কবিসু হৈজবা নত্তে। পামজবনা চোংথজবনি। ইপা ইপুনা থম্লীবম্বা লুবাক তাবুনুংদগী মৈতৈ লাইয়েক্তা ইবম্বা মোইবাং কংলৈবোন লমথোনবু খোমজিন তাশিঞ্জদুনা " কেগে পুং, ঙাংঙোই লম্মীংলোন, মোইবাং থংজিঙ চিংগোইলোন" কোলোই মমীং থোন্দুনা, মতম অসিগী মীবোন্না ইবা পাবা খুদোং চাননাবা বঙ্গালী মযেক্তা ইবগা ইবোন্না মৈতৈলোন ওইজবা অইবা ইশাগী শিন্দোকচবগী পান্দমদী। খণ্ডহৌবা, তাহৌবা, উহৌবা, মাংদবা, মুৎতবা, লোইনাইদনা নুংশিববা মীববা খোম্থাংনা মীওইবগী থম্মোইদা নিন্দুনা লৈহৌবা মোইবাং কংলৈবোন মদুতবু পামজবনী।

ঐগী ইবুধৌ থোইবা পণ্ডিৎপু মৈতৈ নিংথোমক্লদি লাল্লুম কৌনা মিংথোনবীবম্বা হিদম থোইবা পণ্ডিৎবু কংলৈ মৈতৈ লৈবাক্তা অমাই লোইশংদা থৌবুবম্বদগী। মতম কুইনা কেগে মোইবাং লৈবাক্লা খুন্তাক লাপ্নীবদুনা, লৈবক্লবদা পোইবে মৈতৈ নিংথৌনা "ইপু থোইবা নহাক্লা কেগে মোইবাং লৈবাকপু খুনফম লেপ্পা খুনসেমলুও, খোইয়ুম থংজিঙ লাইফম্বু ইবাংলুও।" হাইনা থাবিবকই ইবুধৌদি লোইথা লাম্থাবকপা নত্তে। হিদমনা মোইবাং সলাই ওইবনা, অমাইবা ওইনা থাবিবক্কুনা মাইবনা লৈবালম মাইবলম মাইব্রম ওইখিবা" শাগৈ য়ুমজংবা পুয়াদা থেংনজৈ। ইবুথৌ থোইবা পণ্ডিৎনা পাইবম্বা পুয়ানি মথং মথং মৈনা ব্রাই তাংনা শমথবকপনা ইপুবোক লৈমজাওবী খুদ্রাকপা

চেয়াবমেন শেবা মন্দন, মোইবাং ফম্নাইবগী অসুপ্পা ওইনা পুবিবকপনা, চুড়াচন্দ মহাবাজগী হাক্তক্তগী মাইবা হিদং ওইবকই মথং সেনাপতি, মথং খাদ্রাকপা কাবকই। চুড়াচন্দ মপাবি বুধচন্দ্র, মশু ইবুংঙো ওপেন্দ্রা নিংথৌবোল অহুম পুন্সিবমদুনা কেগে মোইবাংগী থৌপুবা ওইবকই। মতাং লমদাং খবাদী ইখুবা ইবোতোম্বী মাইচৌদা ইপুবোক্লা শিন্নবি। লাইবক খিবদী ইখুবানা পুন্সি চেংজেন তেনখিবনা ইপুবোক্কী মাং থাম্ববদা, নৌজবিবা ঐঙোন্দা ইশুনা ফংজবো লাইযেক পুযাশিং অশি হাইনা শিন্নবিবম্মী।

নিংজবা মৈবিনা মৈচাক ৱাইবকপদী চহি কুমজা যাম্লক্লে, অদুবু ঐদি লাইবৈ তোল্লী মিমান্নদে হাইদুনসু, ইদোম কনা খঙদা অচিকপা লুখুম যাত্র মখোংদা লুবাক তাবু নুংদা থুপতুনা লৈবম্নবু তাংথক নাইবা মতমগী ইচেন্না, তাওথবকপ পোংগী মতৌগুম্লবা ঐহাকপু, মণিপুব ষ্টেট আর্কাইভসকী পুযা এক্সীবীসন্দা সকখংবিবদ্না ঐবু খুজেং পাইদুনা চিংখংপীবে হাইনা লৌজবতা নংতনা তশেংবমকসুনী। ঐহাক্লা লাইবিক অসি নম্বা অমদি ফোংবা ঙমজবিবসি। Manipur State Archives কী Screening Committee না Recommend তৌবিদুনা ভাবত সবকাবগী National Archives of India গী Selection Grant Committee না খর্নবিবক্তুনা সেলগী তেংবাং পাবিবক্লনা লাইবিক অসি পুথোকপা ঙমজবনি। মসিগীদমক National Archives of India, New Delhi অমদি Manipur State Archives অনিগী লমন তোনাশিঞ্জবে। মৈকিদ্রালা অঙাংনি কাবিস্ খঙদ্রিবা নৱানী, নৱাবু খোবি চিন্নাই হন্দুনা শিন্দোকচব বু পুথোকচবা ঙমজবে ঐবু লমজিং লমতাক্লনা বিষ্ণুপুব দিষ্ট্রিক্কী কো-ওর্দিনেতবগী থৌদাংসু থংহনবীদুন, ঐবু শেম্লীবকপা ডিবেক্তব ইচে **সুশিলাবুসু** মপোক অসিগী শিংঙমদ্রবা লমন তোঞ্জবে।

নহা ওইবিবা থৌদাং যাম্না খিবিকস্ লৈখোঙ শোম্নীদুনা যেনং হুলহনবিবিবা ওঝা ইন্দ্রমনি নাওবোইববুসু কাউজদে লাইবিক্কী অশোই অঙাম খিনিক্তো লমজিং লমতাকপীবিবা, থংজিঙ যাইগেম্বল একপকী জোইন্ট সেক্রেটবী অমদী থংজিঙ শেবা মন্দন আর্ট এন্দ কলচব সেক্রেটবী শ্রীমোইবাংথেম বঘুমনি সিংহবুসু কাউজদে। **ডা: খোইযাংবম** যাইমচৌ সিংহবুসু কাওজদে। অমসুং শ্রী হেমাম্ অচৌবা সিংহ অশৈশকপাবুসু কাউজদে। অবোইবা ওইনা C T Offset Printing Press Babupara, Telephone Bhawan, Imphal গী প্রোপ্রাইটব ড এল কুমাব সিংহ অমদি প্রেস অসিগী ইচিন ইনাওশিংনা অৱা অনা খিবিক খাঙবীদুনা লাইবিক অসি পুথোকচবা ঙমহনবীবা অসিগী শিঙমদ্রবা লমন তোঞ্জবে। লমজিংলোই ওঝা খিবিকশিং অসিমক নৎলমদ্রবদা ঐগী খোবী খোর্জৈ খিবিকশিং অসি ঐগী লুখুম যাত্র মখোং লুবাক তাবুনুংদা তাদুনা লৈজবমগদবনি। ঙশিদি পুন্সিগী অহানবা ওইনা খুৎমাজবা ঙমজবে, মৈতৈ সাহিত্য নৈকোন্দা লৈশক চাদবা, লৈচু হেন্দবা, অশোইবা পুম্নমক্তি মতিক চাদবা ঐতগী ইবান্নী' মোইবাং কংলৈবোন সাহিত্যদী ৱাৎপা কৌবা লৈতবনি, থাবগী

লোইবা নাইববোই। কেগে ঙাওঙোই মোইবাংগী ভৌগোলিক অতক্ত থাদি নিংথৌবোন কয়াগী মিবোল দা পাক চাওনা লৈবমখবে। অৱাংদা কৌব্র চিং খোংদা মোইবাং কৈ লৈবম্বা, মোইবাং পল্লি, মোইবাংখোম পুং। ইতিহাসকী লৈবোননা ফুমজিল্লক্লবসু মাংবদী খক য়াববোই। মখা মাইকৈ পাংবদী মাইকৈ ঙাকপা খুমুজাম্বা ময়ুমফম চুড়াচান্দপুব যৌবম্বা, নোংপোক্ লম্না পাংবদা লফুপাৎ কুমদমশোই মবমখৈ, ইবিক কোঙ্গোল শৌবা চিং, মোইবাং নিংথৌ কাবা পুবাংবা লমথোক্লম্না লৈবম্বা।। নোংচুপ লম্না পাংবদি কেগে থংজিঙ চিংজাওলেননা লোক্তাক্কী উকম শক্লা, কেগে মোইবাং লৈপাকপু ইবুধৌ থংজিঙ কোইবেল্লইনা। খুনসেম খুন্দাবিবব অৱাবা কয়া, নুংঙাইবা কয়া কপ্পা নোকপা মতম অমগী মোইবাং কংলৈবোল সাওন লাংওন কয়া, মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা নবক্কী লৈবাং ওইদুনা মাংখিবদী য়াববোইদবা মোইবাং কংলৈবোন ইতিহাসনি। মতিক চাদবা মালিনা লৈখোং শোম্বা ৱাংপতনী, কংলেপাক্কী থাউমৈনি, ইতিহাসকী ইচেন্দা থাবগী লোইবা নাইববোই।

মতম অমাগী শৈশক্রোন, তেংথাবোন, শিকপ্লোন, মতিক চাদে ঙাকপীযু, মপুং ফাদে কনবীযু! নবানা খোবি চিন্নাই শৈদমজবনি, যোল্লবদা ঙাকপীযু লাল্লবদা কনবীযু! অহেনবদা লৌথোকপীযু অৱাংপাদি হাপচিনবীযু। অশোই অবান খিবিক তাকপীবকপা পুম্নমক হবাও হবাও লৌজবী মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে। লাইবিক্কী খুৎইদা অবিবা লোন মৈতৈ লাইয়েক্তা ইবম্বনা মতম অসিগী লোনগী লোম্বেগা চাননবা হোৎনবদা শেমদোক শাদোকপা মযেকসু যাওজবি, খুদম ওইনা গ, ব, য, ব, দ নচিংবা মযেক কয়া ওম্থোক ওক্সীনসু তৌজবি। মতম অসিগী লোন্দা চাশিনবা ঙমজনবা হোৎনজে।

চাবৈ ঙক্ত যেং, কাংবী চিবাই লুক, মলেম লৈশা চিকপক্লা ইবুধৌ থংজিংবু থগোঞ্জ লাইথৌ ইবাৎ লোন খবসু হাপচিঞ্জে, লাইগুককী খুৎইদা লৈবম্ববু পুথোকচৈ! কেগে মোইবাংনা চাকহোং ঙাহোং খুঞ্জাও লৈচাওনা পাঞ্জনবা হোৎনজে! খংদা মাম্মি লাক্ল উদবা মপা তমজবা, পোংলৈ মৈগ্রুম মুৎতবা চিংশাং খোইবেল হিগ্রুম থুমথোইবা, পুথাংকোক্রা শিন্নবমম্বা, পথাংকোক্রা তাক্লম্বা কেগে কংলৈ ৱাবীবু, মৈতৈ সহিত্য লৈকোন্দা মিংকুপ্ অমতং ওইববসু লৈবাংবীববদী পোকচবগী মহে য়ানজবে, অহানবা খোবী খোর্জেনি খনবীদুনা অশোইবা খিবিক ঙাকপীদুনা লৌশিনবীববদী, শিংঙমদ্রবা লমন তোক্সিঞ্জবে লৌজবি।।

ইথোকচবিবা

**শ্রী সোমেন্দ্রো মাইব্রমচা**

মোইবাং

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# মোইরাং কংলৈরোন্দা অরিবা ময়েক্লা ইরম্বা শক্তম।



# য়াগৈলোন

## (শৈহৌ শৈথা খুকপ্লোন)



[১]হ যা হে, [২]হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ। [৩]কেগে [৪]থংচিঙ [৫]কোইবেন লাইনিংথৌ। মোইবাং [৬]কশাবেন। [৭]থোংলেন যাংলৌ লৈপাক মপু নুংবি শিদবা খুনেৎন, নুংনাং নাদব খুদান, সঙ্কোং তাম্হোং মপু নিংথৌ। সললম্কাম্ব মহাবাব, যাইবী পল্লোই তানব। খোইয়ুম লিথিককোন্দী

---

১। হয়িচক তা হৈনা ইপানে, হানা ইমানে "লুমাং শম্বুন পুল্লগা পম্থৌ হাইনা কৌবদা হৈ হাইনা পাউখুম্মে।। লুতুং শম্বুল পুল্লগা পলেম হাইনা কৌবদা হা হায়না পাউখুম্মে। পলেম পম্থৌ অনিনা অমৎতবু ওইব ঙম্বা লাইনিংথৌবু শৈহৌবি।

২। মথাই শুমদোংপান, খোইদৌ কংলা যুমফমগী মপু লাইনিংথৌবু "খোইয়ুম" হাইনা শৈথাবী।

৩। গুকনা খুম্হোকপদা লৈনুং থোংলোন মপনমকপু কেকে লাওনা থোংহাংঙে "কেগে" কৌনবি।

৪। শকউদবা মপু নিংথৌগী থংনব মপু নিংথৌ থংবসুং থংচিঙ" শৈশক্লী। চিঙ্গোইবোন পুযানদী স্না নোংনিংথৌ তবেংবা।। ব্রাকোক্লোন পুযানদী, ফুক্কৎ থাংকৎ চিংখৎ পাথাংচিঙ্ হাইনা ইবম্মী। লাইশক লাইমীং তাকপা লাইমিংলোন পুয়ানা তাইবং থব্রাই পানববু অনেম অব্রাং নাইদুনা লিথাং চান চান থাংতোক থাংজিন তৌবিবা থাংচিঙ হাইনা শৈথাবী।

৫। লৈথক্ লৈখা, লৈযাইবেন মবোন অহুম্বু শুপ্না পাল্লি হাইবগী কোইবেন লাইনিংথৌ কৌই।

৬। লৈমবেন কযাংলোন, অমদী তুতিংলেন শিদবা ব্রানা হাইবী। কে কৌনা থোংহাংবা, ফাকৌবা ইফল্লেন কযাংলে, ব্রাফম অশিনা তাকপদী তাইবং পানবগী "ক" লাই অবিবা "শ" হকচাংগী 'লেল" অথোইবা হাইনা শৈশক্লী।।

৭। লৈশেম্বদা গুকন মপাবি মতৌ য়েংদুনা, মলেম লৈখাবোন্দা লোংত্রবদা লাইনা কোইনা কোইনা থিব পুংবু লাইকোই (লৈগোই) পুং। গুকনা মাংখিবা মফম্বু মাঙনৌতাক (মর্ঙ্গোইতাক) গুকনা লোংতুনা লৈববু লয়োন লানৌগুম্ নৌনা লৈঙমএ "শ্যাংতোন লৈনৌতা"।। অব্রাং পাখং য়োইবেনবনা পাবি নংদী নপন ঐবু কবম থিখংবনো পাবি লৈশং খেকব্রায়বা, থংবসুং চাউবসুং শাংবসুং কোইবেন নিংথৌবা হাইনা মীংথোল্লী। অদুগুম্বা লম্লেল লমদম লম্নুংশিবু থোংগী নাতৈকাংবা লম, অথোইবা লমলেন ওইবা লম, য়াংবা নবৈ শাংবা লম, "থোংলেন য়াংলৌ" লমনুংশি হাইনা শৈথাবম্মী।। চিঙ্গোইবোননদী লোবেন স্না মপুংয়াই হাইনসু শৈথাবি।

কোনখাব! চিংঙু লিবেন কোনসুং কোনমতৈবা! ককলেন মবম কোনসিব! ঙানু খুনু কোল্লোইবা! যাওবৌ সতুং কাক্রক সাবৌ হৈবু কোনমতৈন কোনশেম্বা! পমেন উথম্বানবু নমঙানবা লাইনিংথৌ! চিংঙু নংবু চাওবসু কোইবেন নিংথৌ! খোযযুম শাংবসু কোইবেন নিংথৌ!, থংবসু কোইবেন নিংথৌ! কোইবেন অহুমথক্তা মীংনবা লাইনিংথৌ! লোইদাম শজিবুথা কোবৌ নুমীৎ [৮]লংমাইচিংনা, [৯]খেল্লেন পুঙ্গোই থোংবু লেপ্পা পান। অযম কেগে মোইবাংন [১০]মেল্লেবুদি লৈম্নাও কৌএ। মেল্লে লৈম্না কদম্বা লৈনুংশি অদুনা। পমেন শযি থেমজাথক। [১১]মুবা খুমু ঙাংদম হুনলবদা খোইযুম উম্বী পুক্লিং লৈনা নিঙনা। পাম্বা কযাং তোং! [১২]মোইগাই যেন্থা শাবদী। স্না [১৩]চোংলেন খান! [১৪]চপথাং যাওবোংফান।। চ।। লৈশং লৈঙৌ [১৫]খারন্না। [১৬]কাংহৈ মীতম মবেংহুম, মোইবাং ঙাংখা মযাই খাইনা খুন্দা নিংথৌবা। থোংলেন [১৭]তিংবিথক্তা সবনবা, সাবন নিংথৌবও।। [১৮]খুৎচু থোংপান ব্রাইনা চবে কোনখা ফি। ফুবিৎ সাইচোনববু লিৎপা। [১৯]লৈপাক পফনবা লাইনিংথৌ। নশানৌ তমফা লাইবৈমা,

---

৮। নোংমাইজিং নুমীৎ।

৯। কোবৌহনবা অঙানবা, য়োইময়াই তাওদনবা অঙানবনা খিং খিং খিঙ্গাবকপবু মতম্থু খেলেন পুঙ্গোইথোং শৈশকনৈ।।

১০। অসি মংথিনফম মংফমদা মেনবা নুংমাইথক্তা শাংপা লৈ, মেল্লে কৌই। কোবৌ নোংগী মচুমদা ঙাংনা শাংলী লৈম্না। নেংজুমপানসু কৌনৈ।

১১। লৈবাং অসিনা মুন্না ঙাংনা শাংলকপ।

১২। চিংঙুনা খুনথোবকপদা শেবা থৌগন তৌবিশিং।

১৩। লৈশেম খুনশেমঙৈদা ফীবানবু পচুং কৌই। অদুগুম্বা ফিবান্দগী শাতিন মওং মানা শেম্বাবু চোংলেন।

১৪। ফম্বান মওং মান্না চপশিল্লগা শাবা চপথাং য়াওবোংফান।।

১৫। খা অরাং ওন্না ওন্না নুংঙাইনা হুম্বা খাওন্না।

১৬। কাং হাইবা।

১৭। তিংবী লৈবাইথক্তা, সাবনব-সা-ঙা লান্নববু সবনবা।

১৮। কুচুগা চান্ননা ফিজেৎপা।

১৯। পাফনবা -পানফবা। লাইবেন লাইনা পাফনবা। অশিনচিংবা চৎনৈ।

হাওবে খাথংবদা ব্রাঙনবী, ইবিক কোম্বান নিংথৌ চানু। তুবেন লাইজা ইবাই খনবী। [২০]খোংশঙ লৈমাইহনবী। [২১]ঙাংখা লম্মীৎ চুন্বী। পোইদীং নুবাহাবু কোলোই শিন্বনা যাব্রা লাংহে শিললংননা। অযাংলমগা হৌবকপী। মলেম শেক্লীং লৈখৈগী লৈপাক খুন্সাবী। হাওসম সেক্লীং মানবা, লৈবাক হিংকাই নম্বদা, তিনখোং লাই শবাবীগুম মদোম যাহিপ্পী। লুপা কিযাংলৈহুই মযুবনা খাংশেংনা। স্না কচেংলৈ ব্রাই মযুবনা ঙৈথোমনবীগা, [২২]খুগা চংবী নৈতালপোক' অবেং কাইব, লোংকাইবা লেংনা কৌবা উমৈলম, লাইতোংবনা সনচিংলম' খুগাবনা লাইহোইলমদগী লমগা হৌবকপী। নোংবাল লাইজ লৈমা লাইশন থানবী, [২৩]কাংগ্রু লৈহাউ পোকপীদা থাউমৈ মপন থানবী। [২৪]বানএ মৈমাং ফম্বী, পাংশোং লম্লোই তানবীগা, চিংঙু শানৌ নতৈ ননাও[২৫] অহুমমনা, মোমনু সুনা থাংদিন লংগুম শুংজিন্না থৌদাবা' পামেন [২৬]কেক্রু মকুগুম থাংওনবা'

---

২০। অশৈ শকপশিংগী চিনবুং ব্রাবিদা তাবা ফংলী লাবেম্মনা লুহোংলকপদা লোন্না হুদুন পুবকপদী ইবোই ওল্লগা মবুক মনুংদা হাপতুনা পুবকই। তুবেল লোক্লু লাল্লকপদা শন্না মাথি ফাইবদা যাওহৌদুনা লৈবাই মপান্দা তাহৌদুনা লৈববু ইবিক কোম্বান নিংথৌ চানু।,, তুবেন লাইজ ইবাই খন্বী শৈথাবী। অমুক হন্না খোংশন্দুনা হন্না চংলী খোংশং লৈমাই হনবী।

২১। ঙাংখাবু লমজাও লমহাংসু খংনৈ, মোইবাংগী শায়োন লাংওন্দা মথং মথং শাইওন্দুনা ঙাংখা লৈমা ফাওবা শাইওল্লী চাবোংপু পোইদিং নুবাহবু হাইনৈ, ঙাংখা লৈমা পোদিং লম্মীৎ, চুন্বী ফাওবা লাংওল্লী।

২২। খুগা চংবী লৈতালপোক কৌবদী য়াওফুলাকাগী মমোম হৈয়োইনুনা লোকখা নিংথৌ যেল্লাংবদা লুহোংলকপদা লাইজংদুনা লাইনা হুদুনা পুক্রিংদা লাইনা চংলে খুগা চংবী কৌই। লুহোংপোৎ অউনপোৎপু পুবীবা শনগী পীবুক্তা চংলগা, তাক্লা তম্লকবা নাইদনা পাবেং কাইদনা চৎপবু ''অবেং কাইবা লেংকাইবা লেংনা কৌবা উমৈলম, লাইতোংবনা সনচিংলম শৈথাবি।

২৩। হায়িঙৈদা মলেম কংফানবু কোং হাইনা খংনৈ মচুমমেন ফজবা, লৈহাও চেনবা ফজববা লম্মু কোং হাইবম্বদগী কাংগ্রু লৈহাও পোকপী কৌবি।

২৪। বানএ-ফাঙ্গোয় ফম্বান লাংদুনা ফম্লীবা লাইনুব ময়ামগী মমাংদা মকোক ওইনা ফম্ববু ঋান্ত্রা মৈমাং ফম্বী।

২৫। মতাং অশিদা চীংঙু শানৌ নতৈননাও অহুম্মক, পল্লীবদী চিংঙু মতৈ ননাও অহুম্মক্লা হাইবদী লাইবেম্বী অহন অতোম্বী অমদী থাংজীং অহুম্নুনী।

২৬। পামেন কেক্রু মকুনা কনাখংদা চেকশিন্না মক ওইনা মনুংদা চেংনা লৈকবগা মকুম মথা য়ৌবগা হৌবক্লুনা শাওন লাংওল্লী মতৌ অশিগুম চিংঙু থাংজিঙনা শাইওনগী মোইবাং লীলা শাল্লবি। লল্লৈ ল থুপ থিলেল পুয়ানা শৈথাবা নুংগী ব্রাবোল খবাসু লৈবি মদুদী-''কেকেকু মোইবাং কেকু, নচা নম্বা সঙাই নম্বা য়োংকী

কুমজীঙ কোবি কফবা লাইনিংথৌঃ কেগে লৈ তবেৎ নকাযফম য়াংবা নবৈ খঙদা, পাংঙন থাকুক মেন্দং লৈবু তানা খনবা লাইনিংথৌও'

নদাইবেম মোইবাং অমাইবগী নোংগা সাজিকফম মলং নুংশিৎ ননৌথোংদা নদোম ফমফম্বা লাইনিংথৌ। খোইয়ুম ম্না নখোং খাগী লমগা হৌনা, নহননোং পলেম মমা লিক্লাবিচা নোংদম্লু পাইমা ম্না লিনগোনগী নোংবান খোইদোম অহনবা, লুৱাং মালতোম অতোনবা অনিমক্লা কংলৈ লমথোকশৈবু শৈহৌবকএ। নবম কংলৈ মদাইমদী খাংখা লুতুম্বাৎতুম মতুম তুমঙমএ। লংমাই কমপুৎতুম মপুৎ মপুৎ হৌবমএ। পাবি নোংবান অনিমাকও। কংলৈ নখোইনা লমথোন সককৎলকপা অসিবু খোইনৌ ইতা মহৌ মবম মপীগী সামু মখুৎ ফাংনা ওইখিশিং। হাওমন যেৎ ওই কোনফবা' ঙাইবেং শিংমীৎ নমফবা, অসিনীঃ পবিও চিংখোং নামিযোক্লাখোই লুবাং নসালকলনখো। সিংলেন অসিবু, নহননোং মদুনিংথৌ লুৱাং তপতি তপতাইবাবু! খম্লীং থোক্লা ৱা মহাইবা, খম্মাং থোকল পাউ মতমনৈ হাইনা শিবশনো যৈনববু সংলৌ অদু চাবগদুম হবেং হবেং শিংনবকপশিংনে' শংলৌ অশংননা চিংখোং নমীযোক্লা লুবাংনা সালখলনাখিববু! হৌবেল খোইয়ুম লাইনিংথৌনা পাউহংঙমলবদী খোইনৌ ইতা মহৌ মবৈমবীনা পিবকত্র হাইনা পাউখুল্লুও। হাইনা পাও তাকলকএ। নোংবান মচিন মনাও মবিমনা' কংলৈ লমথোন সককৎখিববু ঙাংখা পেংবাইসোই লাইসোই সোইবেন অচনবদগী হৌনা লমথোন সক্কৎলকএ।

## ঙাংখা পেংবাইশোই লাইশোই

[২৭]ঙাংখা পেংবাইশোই লাইশোয সোইবেন অচনবা কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হাযববদী, নহননোং খোইয়ুম লাইনিংথৌ মযাই যাইবংচান্না থোংনাং লেপলু কাওসৌ সবাকবু সাওল্লে। মযাই যাইবং চান্না লেম্লে ঙামি কৌএ। হইদববা? লেম্লে হুকচঙনা

পোবোল লাইগী শমচেৎ, লুবাকমখুম নাইদে তমং খুৎশা মবোন থোক্কে। হাইবদী কেগে মোইবাং পর্ব্বদা লাইগী শাইওন লাংওন খিবিক কলিজুগ মতম ফংলক্লবদা মচা মসু চাদুং শুদুং নমদুনা লোৎতুনা কেকুলোৎখিববু ৱাফোংঙী॥

২৭। ঙাংখা কৌখিবগী মতাংদা ঙাংখাবু ঙাংখাবু লময়াই হাইবগা খংনৈ। চিংঙ্ খোইয়ুম লাইনিংথৌনা শৌবা লু ওইনা সাওল্লগা লেমলৈ ঙানা থন্না চংববু পেংপাইশোই লাইশোই শোইবেন অচনবা

ব্রানচেং হৃচঙনববগী ঙাবাং কৌবৌ নুমীদাংগী [২৮]তবা চামন থাববু লুনিং তৌনিং সৎকুপ্লে ঙাংখা পেংবাইশোই লাইশোই অচনবও দৌনা কৌএ। হাইদববা॥

## খোয়োন মৈয়োং

নবম কংলৈ মদাইমদী, ঙাংখা নাওতু খোংদী নব্রাখোংলেন যাইনে। ঙাংখা মদাইমদী [২৯]খুযোম মৈবোংও কৌবদী কংলৈ লমথোন সকপবু, খোইমোম মপুক্লিংবু লোংনা ফাইনা খল্লমএ হাইবগীবু খুযোন মৈবোংওদৌন কৌএ। খুযোন মৈবোংথোল মবক্তী কংলৈ নাতিক অকুববু নদাইবেম তযুম ইব্রাকমনা তেংথা ঙপ্লোইএ। খোইযুম নাপ্পা যেং চিংঙু নদম খন্না, ব্রাক্লা মানবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোন্না পুকমজবমগে।

### খাবী থানফম অমাই লাইহৌবী

নবম লম্লেন মদাইমা [৩০]খাবী থানফম অমাই লাইহৌবীও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হাইববদী খবী লুকোক চনুগা খোযম লংবা যাইহৈবগা অনিমক্লা যাই যেংনঙৈদা, লংবা যাইহৈবনা খাবী লুকোক চনুবু যৈনববগীদমক্লা, খাবী লুকোক চনুদি অমল খপ্লে কুপ্লে হাযববদা? মপাবি তোংমু তাংমাবেংবা অনিমক্লা; ইপল পলেম ইমানা থিংলৌ চাউবা

---

২৮। তবা চামন থাববু-লুদা ঙা চংননবা থাবা ঙা মচাকপু তবাচামন থাবা খংনৈ।

২৯। খুয়োন হৌজিক হৌজিক খংনবীবাদী মোইবাং লৈবাক্তা খোইযাংবম শাগৈবু খুযোম খুযোনথেম, লোম্বৈশিমক লাকখিবদী, খোযোন হাওবনা থাঙ্গা কবাং লাইফুমদা লোৎতুনা লৈত্রবদা, মোইবাং নিংথৌনা তেবী তেশা ব্রাখোং, মোইবাংগী খুঞ্জাও লৈচাওনবা ইবাৎনাবা মফম্মু, তয়ান মবি থৎতুনা তেশা ব্রাখোং শেংননবা, মোইবাং (*খোয়োন*) *খুয়োনগী* (*ধাবা*) *ঈ থিবক্তুনা খুয়োন হাওববু থেমদুনা পুবকই* খুয়োনথেম॥ অসিগুম্বা খুয়োন মোবি চাদা নাওদনা লৈবা মোইবাংগী লমদম লমদাং অমবু খুয়োন মৈবোং কৌবি।

৩০। মাইববোন কাংলোনদা লিববা মতমদা "নোংপোক লৈহৌ মমাইবা, খাবী মাইবা, ফয়েং মাইবা, ফয়েং চকপা মমাইবা হাইবনা চিংবা লম লমগী মাইবা খাইনা লৈবম্মী খাবী মাইবগী ওইবদী মতাং অশিনসু মবিক চুম্না থেংনবা ওইবা য়াবগনি।

যাহীপ্না, লাইবেন শাংবা যাদনা লৈবা অসিবু কবিনো? খাবী শিবা নোংদমদা অমাই নাবা নোংখাযদবীনে ! ইপন পলেম ইমানবু, চীঙঙু মতিক্লা খোইমোম মমান্নবা কবম্বনা যৈনবনো? ইপন পলেম ইমানগীদমকপু [৩১]থোংনাং মযাং মাযতেকপা ফানকক, কবো তাইপোং লৌথীবা মলনকক, থাংযী কৈগকক! লাংবন অওন লুক্কুম্ববু লানশিং তানগে হাযনা। থাঙলেন মখুৎশুবু থৌদু নূঙমায শিৎ লাইজা খীকফেন চাইনা ইপন পলেম ইমাগী লমন শিংগে হাযনা পাউমেনববু [৩২]খোইমোম লংবা অপানবনা পাউমেনলকএ। পাবি অনিমও নপল পলেম নমান অসিবু খাবী শিশিন্না অমাই নশিন্নবীনে হাযববু মপাবি তোংমু তাংমালেংবা অনিমক্লা যাইবী মনুং হৌনা তিল্লাং মখোয শাওনা ব্রাওইবকএ। ইপল পলেম ইমাদি ঙবাং কোবৌ নুমিদাংগী মখৈবু [৩৩]থানফম কু কক্লে, সুমায কাইশাবে। ইপল হাউশি মামংলেন্দা ব্রাংলেন খুৎশাবনা কোবী থবাও চীক্লা খাফম লাইফম ব্রাবী হোঙগে হাযনা ব্রাংলেন পূঙহৌবা তবেৎ শেনখিংবব্ খোম্লেন মিকপ থোকপিদবে। কোলোয শোবিবা যাথং মিনম্ববু কবিগী পাউমেল্লকপনো? হাযনা পাউখুম্লকপবু নতাববগী অদু নোংগীদি পাবিও অসিমক নপল পলেম নমানগীদমকপু যাইবী মনুং হৌখিগনো! মোংবা লুখুম ফমজাও থিন্না হো হা লাওনা যাহৌথোকও! পলেম খোমলেন মিকপ থোক্লকপবা যেংখিযো? হাযনা পাউতাক্লবদা খোযম লংবা মংযাইমবু হাংদোকপদি খঙহন্দনা পাউতাকপবু নতাববগী। নব্রা তোংমু তাংমালেংপা অনিমনা মপলগী মোংবা লুখম তাঞ্জাও থিন্না হো হা লাওনা যাহৌথোকপবু মপন পলেম মমান্না অমন [৩৪]খম্লে কুমখিববু অমল যাইথোঙ শিযাইনুংদগী তাইবং মালং কাবক্লে হাযবগীবু খাবী থানফম অমাই লাইহৌবীও হাযনা তৌনা কৌনএ ।।০।।

---

৩১। মযাই তোংথোকপা মমাই তেকশিনবা ফৌ শংপাইবু (থুম্মুকপু) খংনৈ অসিগুম্বা সংপাইদা ফৌ হাপ্লগা উতোং থাদুনা অহেনবা শাক্কনা খেৎথদুনা লৌথোকখিবগুম মঙক কককে (লাম্মীং তানগে)।।

৩২। খোইমোম লংবা অপানবা লাইবাওপীবা লাই।।

৩৩। মীৎ খুইজিন্দুনা অসিবগুম তাদুনা লৈবা

৩৪। অমন খম্লে কুম্বা, শীবা, ব্রাম্বা, পংথবা।।

## নাউশং পূঙ

[৩৫]নাউশং পূঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি? তাইবং নমুপোং ওইবগীদমকপু লব্বায কোযযুনবেক চুমপা মৈশাংবনা [৩৬]চানা লাংখোং পাইনা চাশঙ নাওশঙ তল্লমএ হাযবগী চিবা নাউশং পূঙ ঊচি নাউনৌ পূঙও কৌববু কেগেতবু থিবা মোইবাং ব্রাংলৈ শৈমল তানবনা নাউশং পূঙও ওল্লম্মে॥০॥

## খুয়োন তেবী তেশা-ব্রা

নবম কংলৈ মদাযমদি খুযোন [৩৭]তেবী তেশা-ব্রা যেনবা পদম খুবৌব্রাদী। খোইযুম লংবা মাযপোম্বা হাওখা চব্রানবা লৈতাং হিরুপ লববু লোইমোম ফৌবুম মতাবু মাঙদবা যাইবু যাইহৈবগা খাবী লুকোক চনুগা শেৎন-নৌনা পূঙনে। কংলৈ লম নমুং অরুবা নঙবু খোইযম যাইখঙনা শানম তপতা সনা নাঙৈথোং পাথাঙ যৌবৈ মেননা শালওনববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙমলোইএ। সনা কোনগা হুন লুপা যাইগা চন চিংঙু নাদম খন খোইযম নাপপা যেংনা পুরুমজবগে॥০॥

---

৩৫। উচিনা মকোন শাদুনা লৈবা পূং, মচা মসু পোকতুনা শংদুনা লৈবা পুংবু॥

৩৬। চাবোৎ ইনাবু পুন্সিন্দুনা পাইদুনা।

৩৭। মোইবাং খুয়োন মোবি মাইবা হনুবনা, অইনাই নিংথৌ খুল্লাকপগী মমোম লৈমাগী মচা অযুক নুংথিন্দা কোংয়াং ব্রা ওনবা নুমীদাং অঙাং ওনবা, কোবৌহনবা নুমীৎকী ইনা পোকপা মচাবু॥ মোইবাং খোইয়োন হানুবদা পিবমদুনা সগং পাবেং, ফৌপোৎ, পায়া পবৈ থনবা, তবেৎ শেল পীদুনা ওননবগা থল্লম্বু ব্রাবুং ফানা হৌববদা, মোইবাং থাগ্রাকপগী সন্না ঙাববদা শন সিবে। ব্রাথোক্লদুনা নিংথৌ ব্রাযেন কাতি যেংববু ওক্লা ঙাবে ওকশি, শন্না ঙাবে শন শি, য়েন্না ঙাবে য়েল্লাই তাই মোইবাং মাংনবা ওইবনী হাইদুনা ব্রাপুং অদুবু ফুক্কুনা তুবেন্দা থাথবকপদা ব্রামীৎতাং অমনা থাঙ্গা কবাং চীংদা হৌদুনা পুবেম্বনা কৈমপন ফাবা তাখোক ওই। মোইবাং খম্বনা কৈহাৎপসু তাখোক অশিননী। বুমু লৈবিজাম্বনা পাখংবা তোক্লেন য়ৈখাইবসু তাখোকশিননি। মোইবাং অথৌল্পিচা হেকপশিংনা মৈনা ব্রাই তাংনা শম্মা শিজিন্নখি। ব্রা অসিগী ব্রামীৎতাং অমনা ইবোই ইবোইদুনা কাবকই ইবোই ব্রাখোং কৌনা লৈবি। ব্রাপুং ব্রারু অমনা তেশীন তঙ্গীন্দুনা হৌখিবা মফমবু তেবী তেশাব্রা কৌবি।

## নারোং নমপূৎ, খুললৌ

নবম কংলৈ মদাযমা খুল্লৌ অচনবনে। [৩৮]লুব্রাং লোযনাই নহা যাউসু তানবনা যাওবৌ সপাল্লোক চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা। যাঙ্গোয সযাংথক্তগী তিমেন মতাচাবু খুবাক তিল্লাইমেন্না যাওবৌ তুংইননবা হুনজিল্লকপবু যাওবৌ উনবী চাফম লেংনা চৈবিবে। সাবেল যাওবৌ সাশুং মনা লোঙঙমমে হাযবগীবু নাবোংও তৌনা কৌনএ॥

[৩৯]চানা নমপুৎ লৈদুনা মানা ককলএ হাযবগীবু নমপুৎও তৌনা কৌএ॥ যাওবৌ তাংজা মক তোলগা তিমেন মখুৎশুগা মালেম লৈমাযথক্তগী খুন্দুনা লৌবমএ হাযবগীবু খুনলৌও হাযনা কৌখবে। খোইযুম [৪০]লাইনিংথৌ চীঙঙু লোক্লেন পুকমাবা কুম নিপান ইবিবা, ব্রাউ নিপান ইথাবনা, থা নিপান কুমখাযফম ব্রাউ নিপান ইথানফম্লে।।০॥

## ঙাংখা হৈজাংলৌ

নবম কংলৈ মদাযমদি ঙাংখা হৈচাংলৌ কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হাযববদী? নহাননোং কেগে কযাবনা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌবু পাউমেল্লুঙৈদা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌনা, ফাইবী সেবা থাংতুপ পোক্তগী মবোয হাওবব্ থৌশিবকএ। কেগে চাউবা পূঙবু [৪১]লৈবক মৈবোম্বা হাংনদা [৪২]খোংবাল্লাইতিং কোল্লু পাংববু তেম্না তাবা মহাক্লা? মিংযেং [৪৩]শানখৈবকঙৈদা। খোযযুম হামেং মানবা সিলনম্বা চীঙঙু হৈচাং

---

৩৮। লুব্রাং শলাইদা পোকপা -শা ঙা তান্দুনা ফাদুনা চাদুনা কোইনা চৎতুনা কেগে মোইবাং লম্মু লমথোকল্লকপা শিংথানবীবা নীপা অমা॥

৩৯। ইপা ইপুসিংনা, শা তানবা চৎপদা অফাবা শাবু চানা নমপুৎ চাবোৎ ইনানা চিংবনা তাদুনা লৈশিল্লগা শাদন ওইনা থাদুনা ককলমই।

৪০। কুমগী নোং পুবা লাই, লাইজ ইথাবা।

৪১। লম্বীগী মমৈ লোম্না লৈবা মফমদসু মী হাংদনাতাবা।

৪২। খোংবান্দা লৈবা লাই

৪৩। যেংলকপা

মানবা নুনম্ববু লৈবমএ হাযবগী ঙাংখা হৈচাংলৌও হাযনা কৌখিএ হাযদববা? নবম লম্লেন মদাযমদি [৪৪]উযুং লমফম অচনববু তানা খনবা লাইনিংথৌ। খোইমোম মিৎকুপপু ফাদা, চীঙঙু যাবু ফাদবা লাইনিংথৌও। তাংজা [৪৫]মবৈতোন্না ঙাংলবসু লৈনমুং; চেংলৌ মিৎনা যেংলবসু মিৎ নামুং অখৈবও। চীঙঙু নঙবু [৪৬]তাথিবীগনো; খোইযুম নঙবু অবাই লাংবীগনো; কাওবেল সনথৌ লাবা মিৎযেংনা, মিৎযেং খল যেংনবীগনো? [৪৭]চীঙঙুসু নদোম লৈজহল্লমগে তযম ইব্রাকমদি নোংবান হৈনা মতুং ইন্না কংলৈ লমথোল্লুখিগে ॥০॥

## ঙাংখা চাকঙানলৌ

নবম কংলৈ মদাইমদি ঙাংখা চাকঙানলৌও কৌবদি কেদৌনোংগীনো হাযববদি, [৪৮]নোংবান খোইদোম অহনবা, [৪৯]লুব্রাং মানতোম অতোম্বা, অনিমক্রা [৫০]তবা মখোযগী চাকনিংখাকপু [৫১]চাইবেল চাকপা হাওবা ঙালতোনকোক্তা ঙান্না চাবমমে হাযবগীবু ঙাংখা চাকঙানলৌও দৌনা কৌবমমে। চীঙঙু [৫২]থোংনাং লাংবুম অবিবা মখুভম খৌফু নোংলাওফম্বু চীঙঙু নাদমখন খোইযুম নাপা যেংনা [৫৩]ইব্রাকমনা মানবী খুদপননা, মুকমু লৈতোন কোন্না পুকমজবমগে। তযুম ইব্রাকমদি ইমায [৫৪]হাওবৈ নোংপোক পাংনা কংলৈ তেংথা শৈবু শকচবগে॥০॥

---

৪৪। উযুং পাম্বী অচৌবগী লম।

৪৫। চিল লৈনা ঙাংলবসু ঙাহৈদনা, মীৎনা য়েংলবসু য়েংহৈদবা।

৪৬। তমথিনা শাওবীগনু।

৪৭। মোইবাং অশৈ শকপনা যাম্না লুনা কিনা থমজবম্বা লাইফম্লেনবু খুকমজবমদুনা থল্লম্বা।

৪৮। কংলৈ লমথোন শকপা মচিন মনাওগী অহন।

৪৯। কংলৈ লমথোন শকলকপা অতোনবা।

৫০। চাক

৫১। চাইবেন্দগী ফংবা চাফুদা লা থাদুনা ঙান্দুনা চাবম্বা।

৫২। লাই অবিবদা কৌনবম্বা মীঙ্গৌ।

৫৩। ইব্রাকমনা মানবী খুদপ্না মুকমু লৈতো কোন্না) - ঐহাকনা খুৎলোম্নানা খুকউ মলেমদা তানা কুন্দুনা খুকমজবা।

৫৪। হাওবৈ অবাম্না লম্মু হাওবৈ হাইনাবম্মী।

ঙাংখা ইফুৎ কোম;;

ঙাংখা ব্রাকোংফম;;

ঙাংখা ইবাওমৈ;;

লাইশেংপাৎ;;

নবম কংলৈ মদায়মদি ঙাংখা ব্রাকোংফমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদি:- কেগে থাংজিং [৫৫]কোয়বেন নিংথৌ; মোইবাং [৫৬]কশাবেন; থোংলেন যাংলৌ লৈবাক মপু লাইনিংথৌনা! "হে [৫৭]ইদাইবেন থোংনাং লাংবুম অবিবা নঙদি ঙাংখা লমজাও ঙাকও হায়না ঙাকহনববু খোইয়ুম [৫৮]গুরু শিদবগী মপাবি চীঙঙু কিবিযা কিযা অনিমক্লা মপন গুরু শিদবগী মাবা মখোঙগুনবু থিবকপদা, থিখংদববগী কনজাও মৈবা থোক্লা ব্রাওইখিযে"। কোবৌ থাম্বী মৈদুম থাবগে হায়না মাযকৈ অব্রাং পাংবলমদগী থাম্বী মৈদুম থাদোক্লে। খোংনা লাউনা চাকখিযে হায়বগীবু ঙাংখা ইবাওমৈ হায়না কৌখিএ। কোবৌ [৫৯]থাম্বী মৈচাক শিল্লকলে, খোইয়ুম লাইনিংথৌনা [৬০]নাতাববগী ইদাইবেন থোংনাং লাংবুম অবিবা, [৬১]য়াংবী লুবোই কেনগববা কেন্দবা; শব্রা লাংলেন পাফন নিককববঃ নিক্তবা নঙনা ঙাংখা লমজাও ঙাকপবু থাম্বী মৈনিন সুহনগনো। চাকমোম মৈনিন তাহনগনো হায়না পাউমেনববু! চীঙঙু যেক্লবা খোইয়ুম খম্বনবনা চীঙঙু সনা মখোঙখদা নদাইবেন থোংনাং লাংবুম অবিবনা ঙাংখা লমজাও ঙাকপবু চাকমোম মৈশা লাংববু খাংঙমদে; থাম্বী মৈনিন তাববু তাঙমদে হায়না পাউমেল্লবগী; মঙক [৬২]তেৎনৌ যোৎহিলং চনশিল্লো; মখোঙ য়োৎহিলং ফোল্লাং য়ৈশিল্লো হায়না

৫৫। মল্লোল অহমগী মপু।

৫৬। লাই অবিবা

৫৭। ইনাই অচানবা।

৫৮। গুরুশিদববু অব্রাংবা মথক্তা পানবা অব্রাং পাখং য়োইরেনবা হাইনসু খংনৈ।

৫৯। মৈ

৬০। নানা তাবা

৬১। কোক

৬২। ঙক্তা য়োৎহিলং চনশিনবা

য়োৎহিলং চল্লবগী; তেৎনৌ [৬৩]যোৎপোক থোকপদা হয়িং পেংলোই থী তোংবনা মণ্ডক হল্লগা চণ্ডবনা মালেম নৈদা তাখিববু তিলহন তিনফা মানববু সাইওনলে। লাইজা ঈশিংদা তাখিববু চেক্লা উফোংতৌ কাবীবু সাওনলে। [৬৪]মপুৎ মপুৎ সাইপৎলে হাযবগীবু ঙাংখা ইফুৎ কোমও তৌনা কৌনখিএ। লাইজা [৬৫]ঈদা কূম্না শেংলমমে, -"লাইশেংপাৎ হাযনা কৌখবে"॥০॥

## ঙাংখা ইবু ইপেনফম

ঙাংখা ইবু ইবেনফমবু কৈদৌনোংগীনো?
নহননোং [৬৬]ৱানচেং পেপুবা খোইয়ুম লাইজ ইথাবনা
কোবৌ নোংলাংপানগী, লাইজ ইবু থাবকএ!
[৬৭]পৈবববু পেললবা কৌএ! অদুনোংগীবু
ঙাংখা [৬৮]ইবু ইপেনফম হাইনা তৌনা কৌএ॥০॥

নুংথৌ লাইহল্লী, খোকমৈতাও
থমোংতাক, অমাই সিওনখা
তকখোং

---

৬৩। য়োৎনা পুনবা মফমদা পোপখোকলকপা মফমদা হায়িংনা তোংলগা তিল হনচংদুনা মতৎ মতৎ তৎনা নৈপাকতা তাখিবনা তিলহন তিনফা ওনখি। লাইজ ঈশিংদা তাখিবনা চেক্লা উফোংতৌ ওল্লে

৬৪। মতৎ মতৎ পৎলে

৬৫। ঈশিংদা কুমদুনা শেংদোকপা চামখোকপা

৬৬। শাত্তিনবু পে কৌই, শাত্তিনগুম্না অচৌবা পে খনবা লাই, ঈশিং ইথাবা ঈশিং পান্নবা লাই

৬৭। পৈবা য়াম্না থম্বা পেল্লবা

৬৮। ঈশিংবু

[৬৯]অমাই সিওনখা কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাইববদী, [৭০]মযাংজম্ নুংথৌ খোক্লাং তাইবদা। [৭১]ইপান খেবেজ চংঙল্লবদ, তুবী মলেম লৈনিনখৎপবু খোক্লাং মতা চানা চৈবিবে। [৭২]তুবি নিংনা তেনা হলব্রাইখিএ হাইবগীবু নুংথৌ লাইহল্লীও তৌনা কৌএ। হযেং [৭৩]লাইবেন ইনোং ঙাল্লবদা খোক্লাং মতা চাবু তাওথোক্লমএ। খোকমৈ তাও! তৌনা কৌএ। লেম্লে ঙানা তৌবগুম মোংনা চানা লৈবমএ হাযবগীবু থমোং তাকও কৌখিএ! তুবী সিবমএ হায়বগীবু অমাই সিওনখা কৌখবে। তুবি সিফদ লাযবেন নাফদবনা [৭৪]অমবক নিংনা তেনা হিংখিএ! তরু তরু চংখিএ, লৌখা তরুখোংও থোন্নএ।।০।।

## ঙাংখা চিংনুঙশোই

নবম কংলৈ মদাইমদী ঙাংখ চিংনুঙশোইও কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হাইববদী, নহনোং চিংঙু মলেম লৈশেম্ব তবামন অহিং ইনুং শোযযাইমদ চিংলেন [৭৫]ঙমগা হৌনা চিংশেম্ববু, চিঙলেন ঙমশা লোইদন ইনুং কৌবা শোযবনা হাল্লে হাইবগীবু ঙাংখা চিংনুঙশোই হাইনা কৌখিএ। হাইদববা!! নবম লম্লেন মদাইমদী খুযোন মচিং চিংলানচান খোইবা মুতু চিংলাংমৈবু ঙল্লোননা ঙাংখা যাংলৌ লমদাংশাংবু তেংথাজবককে ব্রাংলৈ যুকম্বী, তাকমু! ব্রাপাল পোযাও ব্রানিথৌ নবম লম্লেন মদাইম, খুযেন খুযোন ককযেন নোংদম সুজা অথৌবা মযুমফমবু [৭৬]নাতৈনেনা!! [৭৭]তোক্তা লৈদ মেনব [৭৮]মব্রাযদ মচিং

৬৯। কেগে মোইবাংদা মাইববু অমাই কৌবম্মী। সিবা হিংবা ওনখিবা মফম্বু সিওনখা

৭০। ময়াং, তামচিন্না মখোকতা চনসিনবা, য়ৈশিনবা ময়াং মফম তাইনবদা

৭১। লাইজা ঈশিং ইনা চংলবা

৭২। লাইবেন লাই

৭৩। লাই অথোইবা অঙানবনা

৭৪। শিবা নাইদবা লাইনা অমুক হন্না হিংদুনা হনখিবা

৭৫। ঙমগা হৌন - অঙম অঙম্বা ঙমখৈ

৭৬। নতৈননা - নথৈননা

৭৭। তোক্তা - থক্তা। লৈদা লৈবাক্ত

৭৮। মবমদা

চিঙলানচাল, খোইব মুতু চিংলাঙমৈবু ঙম্লোন্ননা, ঙমথংননা ঙাংখা যাংলৌ লমদাংশাঙবু তেংথাজবক্কে।

কেগে [৭৯]খুৎনিংথৌ, হেপু স্না লা খ্বানা, হাওশি ঙমগাচিং [৮০]তোক্লেন যাফ্কপ মলেম লৈতৌযোৎ। মকোক স্না পূম্ন লুববু, শামু খুৎতা পাই। মলেম লৈপাক লৌ! [৮১]তোকমু লৈতং ফেন, [৮২]তেংপাক খাবোন হুনা। [৮৩]কেগে লৈম তবেৎমা, [৮৪]মোইবাং লৈমা মৈতৈনু। সচুঙ, ঙন্বী হুব্রেল লেংগা তাংফবী। ঙাংখা লৈম হুব্রেল চাবিংব ফবী নোংচুপ লৈমা উবা কোংযাম্বী। খৌবেলনিংথৌ লোকপম চানু [৮৫]লোক্লৌ লুমাইতেক শফবী, [৮৬]যাওসু লৈমা, [৮৭]মোনদিঙ মৌবাবা ঙমঙন্বী!! মোইবাং লৈমা শিনবু ফবী!! কেগে লৈমবোই তবেৎম মোইবাং লৈমা নিপানম [৮৮]স্না সেনগী খাইচেংবদা! মলেম লৈগা হাপ ফৈজা লুথোং পুনা যাংলৌ থোল্লম!! মোইবাং যাংলৌ লমদাংবু ইন্না [৮৯]নোংবান খোইদোম অহনবা, লুব্রাং মালতোম অতোম্ব অনিমনা, কংলৈলমথোন সকচিল্লকএ। চিংখোঙ কোযব নাওন, মকোযসিল্লকএ লুব্রাং লোইনাই নহা যাওসু তানবনা, লাঙ্গোয শগোন তোংনা মতাঙ্গীনলকএ।

---

৭৯। মোইবাং খুৎকী নিংথৌ, মীগী নিংথৌবেল ৫শুবা নিংথৌ স্নক্খা। নিংথৌ অশিগী হাক্তো কবাং লাইফ্রুম মপাশোয মপুশোইদা লৈবা খোযোল হাওববু কৌখৎতুনা তেবীতেশো ব্রাখোংশেংখি

৮০। মতোক ময়া পাকথোকপা য়োৎ

৮১। যোৎনা লৈপাক তৌদুনা শেম্বা

৮২। তেংপাক লৈতুম হুন্দুনা লৈমাই মান্নবা শেম্বা

৮৩। কেগে মোইবাং স্নাই ৭ কী লৈমা

৮৪। মোইবাং লৈকাই নিপানগী নুপী। নুপীশিংগী মমীং নমোইনু, মৈতৈনু, তাংফবী, উবা কোংযাম্বী, য়াওসু লৈমা, মৌবা ঙন্বী, শফবী, শীনফবী, কেগে লৈমবোই ৮ নি। মতম অশিদ মোইবাং স্নাইনা তবেৎমক্কী পুম্না শুপ্না চাওখৎপা পাল্লম্বগী খুদম ওইনা শৈশক্রোন্দা ফংলী।

৮৫। নহননোং কেগে মোইবাং লৈপাক্তা হায়ভৈদা লাইজ ঈশিংবু লোক্লৌ কৌবম্মী।

৮৬। য়াওশুবাকপা মোইবাং নিংথৌগী মনাওইবুংঙোনা লৈবম্বা লৈকায়বু য়াওসু লৈকাই খংনৈ।

৮৭। মোন্দুম মৌবাবা ঙমঙন্বী, মোনকোন্দুনা লৈবা লাই মোন্দুম লমদমলমগী নিঙোম্মী।

৮৮। স্নাগী সেনগাগুম্বা।

৮৯। মোইবাং কংলৈবোন লমথোন ঈশৈ শক্লম্বশি অশৈবা মবি সুনা ফংলী খোইদোম অহন। মলতোম অতোম্বা। নাও। য়াওশা তানবা -অশৈবা মবিনা শক্লম্বা মোইবাং কংলৈবোন লমথোম্নী।

## ব্রাংলৈ যুরুম্বী, তাকমু ব্রাপাল পোয়াও

নবম লম্লেন মদাইম [১০]ব্রাংলৈ যুকুম্বীও কৌবদী, কৈদৌনুংগীনো হাইববদী? নহননোং লুব্রাং লোইনাই নহা যাওসু তানবনা ব্রাংলৈ মাগী যুনিংখাকপু খাম্বী মৈদ লুম্না থক্লমএ! অদুনোংগীবু ব্রাংলৈ যুবীম্বীও দৌনা কৌএ।

নহননোং চিংঙু থোংনাঙ অবিবন, ঙাংখা। লমজাও ঙাকঙৈদ খাম্বী মৈশা লাংঙমদ, চাকমোম মৈনিন তাঙমদ, মমাই মমিৎ মুনা কানা খাংলম্মে হাইবগী তাকমু ব্রাপাল পোয়াওদৌনা কৌনএ।

## "ব্রানিংথৌ"

নবম লম্লেন মদাইম কক্ল-শমকি লমদাইথেৎতা পানবা ব্রা কেগে মোইবাং নিংথৌ অনান ঙম্বনা, অকুম্বদা খুনগং নিপান নেৎ, অকাবদা খুঙ্গং মঙা চাইবা, অমে থাংশাববু কাইনা হুনবনা মপাবি শাৎতা, মমোম ফুইদ ব্রাগীদমকতা মযু খোইমোম থংজিঙ লাইমকবু [১১]কুবাৎলমএ। মশেম তোংদোইপুংদ পানবা ব্রাবু। কোংযাং ব্রাপল ফুক্লা, কেগে খুজ্জ পুম্ন হুপ্, মোইবাং নাইচা পুম্ন হৌ [১২]খালৈ যুপুং থোন;; [১৩]লাংলেন, কোংযাঙ ব্রাপাল থানা, ব্রানৌ শোইবেন থেম, পলেম পাইম পিবুকনুংগী, মলেম লৈতাবকপা। চিনবান লৈতোন খৎনা। [১৪]মানবী নব্রায হৈতবীববু; কাওবেন পুম্না ঙৌববু মপন থাংজিঙ লাইদ কৎনা শোযনিখিএ।

---

৯০। যুগী মনুংদা হাওতৈ, ব্রাংলৈ মখল খাইদোক্সী -হাওতৈ অখাবা ব্রালৈ অথুম্বা পুকয়ু ব্রাইয়ু, কালৈ, কান্নবনা নম্মী কান্নৈ, কলৈ, ব্রাফম অমনা, কান্নবা লৈনম চেনবা কলৈ খংনৈ। ব্রাংলৈ অথুম্বা যুবাই অখাবা হাইবশি তোইনা থেংনৈ ব্রাংলৈ -পুকয়ু মখল ওইগনি।

৯১। ইবাংলম্মে।

৯২। খালৈ লৌবুক।। যুপুং লাইনা লৈশেম্বদা পুং থোনবদা পুং পুং অমা থোনবা লোইবগা যু থক্লা পোংথাএ - যুথক কৌএ, যুথক অমগী পুং অমবু যুপুং কৌই।

৯৩। লাংলেন, ইচা ফংননবা, কোংয়াঙ -ব্রা থাই।

৯৪। থবক শুবা হৈতবীবা, ব্রাইনা খোংনবা হৈ তবীবা শন।।

কেগে পোকপ [95]সলাইলেল
মোইবাং থাংজিঙ অবিব
চিংঙু নংগী নথৌজান
খোইযুম নবককুবু [96]ব্বাচিনগে;;
কোইযাং অশি [97]সোইবেল হুল
[98]লাংলেন অসিনা ব্বাপাল ফাবগা
নিংথৌ ঐনা ইপাবি তুশেম্বা শাৎপগা
ইমোম তুশেম্বী ফুইবগা মান্নসে;;
মপাবী উলেপ চাবা ওইববু সাৎনববগী
নিংথৌ ব্বাও কৌববু
কেগেতবু থি মোইবাং ব্বাংলম হৈমন তানবনা
ব্বানিংথৌও কৌবমএ॥০॥

## ককন শমকি লমদাইথেৎ

নবম্না লম্লেন মতাইম কক্না শমকি খমদাইথেৎও কৌবদী কৈদৌনুংগীনো হাইববদি? নহননোং [99]থালতেক নিংথৌ শোকনাইবনা নোংবান চাওনবা লুব্বাং শাংনববু মোংবা যুমজাও শাএ। মোংব যুমজাও অদুবু!

[100]কৌজেং খোংতোন তানবন যুমফম ওইং,
লিকসং শুংনাইবনা মৈতান ওই

৯৫। সা হুকচাংগী লেল অথোইবা, মোইবাংগী সলাইগী লাই অথোইবা অবিবা।

৯৬। ব্বামেঞ্জবা

৯৭। ব্বানৌ চোংবা।

৯৮। ইচাগীদমক থাবা ব্বানী লাংলেনকৌই।

৯৯। লুব্বাং নিংথৌ।

১০০। কৌজেংনা তোংবা পুং অতোংবদা যুমফম ওইবা।

[১০১]চকপ হৌবং ফাই অঙৌবনা যুমকুপ্প,
[১০২]সেবি যাংতেক্ক, খুজাইন নবে ওই,;
[১০৩]থাংযি যাম ঙৌবী তবেৎনা, যুমজিন চকৈ নাবেং তাও!

[১০৪]কাওবেন ঙৌবী চাদি;, তাইবেন নবোংবী চাম্মসুং তম্ম নংহৈনৈ [১০৫]লাঙ্গোই শগোল মনা তাংবসুঙ্ হুইমুমসু তম্মা যুমসংনৈ !!

মোংবা যুমজাও লনবু ওইনবা;; [১০৬]কেগে মোইবাং ককলেন নোংদম সুজা অথৌবাবু হাইকুও হাইনা লুৱাং ললোয তবেৎমকপু পাউকৌএ।" তযম লালোয তবেৎমক! কেগে পুংলম কুমলুও! মোইবাং তমলমদা তাকুও। কেগে লমথোইবা মোইবাং লমকেৎপা, ককলেন নোংদম সুজা অথৌবা, ওক্লেন তোমচৎ কাওগুম্বা, ৱাইবা শাশিংশু হুযেল লানশীঙসু মুৎতববু [১০৭]যেনপঙ হুইবৈ চল লাকথা লানমিং থানা মোংবা যুমজাও লালওইনসে। তাংজ মক তোনবু ককলুও হাযনা পাউমেল্লবগী, লুৱাং লাল্লোয তবেৎমক্তি [১০৮]শাবং লালনংলে। মোমনু তালোয মকন্বীশিংনা চফু তিনলাং শৌ, ইৱান খোযদৌ ওৎনা [১০৯]যেনখোং খোমহাল্লে। লানপোৎ চাবে শেৎ, নিংখম চাবৈ খম পাক্লে শম্মে খোম, লেংখা শম পবেং যেৎ, সনা মাঙন মযু হাওমল শিংপাক উমশাইননা ৱাশক্লবে। কেগে মাযকৈ পুঙলমদা ৱাযবা শাথিবক, হুযেন

১০১। চকপা খুন্দা হৌবা, ই তুম্লৌবু চক হৌবংফাই।
১০২। যুমগী য়াংতেকপু খুজাই মওং মান্না নবে তাবা।
১০৩। যুমগী চিথেক চিথেক্তা লাইখন তাবকপা মথক্কী মচিন্দা চাবোৎ ইনানা থাদুনা শেম্বা।
১০৪। শল অঙৌববু তাইবেন পুংফাইনা অনম অথৌ কোক্তুন নহৈনবগা কৎপা।
১০৫। শাগোননাচিংবসু মনা তেকথবা হুইনা যুমশংনৈ।
১০৬। মোইবাং নিংথৌবোন লাইয়ু পুন্সিবা তকক শুবা নিংথৌ, লাইয়ু অতেংবা পুন্সিবগী হাক্তক্তা অথৌ লিচা হেকপা নিংথৌগী য়েৎথাং খনবা ককপী ককলেন নোংদম সুজা অথোইববু।
১০৭। য়েনপঙ হুইবৈ চন - য়েনব হুইনা লাক্লুনা চাবগম। লাকথা লানমীং থানা মতমশিদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংনা শাথেং লাম্ছেংনকব্দা লুবেন তাংজা মকতোন মকোকপু ককতুনা পুবক্লপা লাকথা অৱাং থংবদা মাইথিবে লুখা থাবে খংনবা পবেং পবেং য়াম্দুনা থম্ববু লাকথা লাম্মীং থাবা খংনৈ।
১০৮। শালানচুৎপা তাবে।
১০৯। য়েন্না খোংলকপগা চাকয়োম্লে।

লানথিবক্লে হায়দববা? খোযোন ককলেন নোংদম খুজা অথৌবা মোমনু তালোই মকম্বী কৈশিতোন। লানলোয় য়ুমখৈ ঙাকপীদি [১১০]মপাবি নৌপেং নোংগী, মথংলেন মমান মচাবু কেগে পাংলমদা তা, মোইবাং খোইবমদা কুমদুনা; লৈকাই [১১১]নাওকন খোযবেন চঙবশিংবু য়ুপাল তাঙয়ীন ঙ মদবিএ। কোবৌ অদু নুমিৎ'মদি ককলেন নোংদম সুজা অথৌবনা মোমনু তালোয মকম্বীদা [১১২]পাউমেল্লকএ। "ইশানৌ কৈশিতোন লাল্লোয য়ুমখৈ ঙাকপীও।" হযেং লাইবেল ইনোং ঙাল্লক্লবদি নশাবী ঐদি, কেগে পাংলম তা মোইবাং খোইবম লিকগে। লেম্লৈ[১১৩]চোপতা থেম, ব্লানচেং তপতাবা মহুম ফোযনা ঙাখা খবং বীজাবু লেম্লৈ ঙাথৌ তাল্লুগে। [১১৪]নাব্রা তাওকোল হৌনা লা, [১১৫]ইমু খাযোম শান-লা, [১১৬]নোংচুপ হাওবৈং কাইবী মবাবেং। [১১৭]হাওনু শামোই তাওবী মখুৎথা,[১১৮] লৈবক মৈশম দোই, তৌবা খোংবাল চাম্লৌ লাথাবেং। পানখোও হৌবা নমঙৌববু য়েনবং শৌপুৎলক্লে। কেগে অমাইবীনা নাওকন, খোইবেন চঙবীশিংবু [১১৯]য়ুপান তাংইনথোকসে। থোঙলেন নঙদি [১২০]নাপৌবোন, চাব নথোঙ লোম্না থিংও। নশাবী নমান মচা ঐগী শমু ইতুং থোকপদা; নমু কনাগুম্বনা থোঙলেন নাপৌ শং চাব নথোঙ লৈনা হাংও হাযববদি, [১২১]ব্লাযব শামীবা [১২২]হুযেন লানমীবা হাযনা

১১০। মপাবী নৌপেংনোংগী মচা পোকপা নৌবিঙৈগী।

১১১। মচা পোকপদা নাওকনখিবশিংবু চাক চাবা পীজা ঙমদবী।

১১২। ব্রামেল্লে।

১১৩। লাংনাচিংবা থাবগা হি মথক্তা ফমদুনা নৌগা চৈকক্ অমগা পাইদুনা মখোন নুংশিবা থোকহন্দুনা তান কাইদনা থিন্দুনা ঙা তানববু চোপতা থেম্না।

১১৪। নাব্রা পোক্লকপা তাবকপবু লাইথৌ তিম্ছৌ তৌবদা চংবাগী হৌবালা।

১১৫। ঈশিংদা ইবাংপা খায়োম শাবা লা।

১১৬। নোংচুপ মাইকৈদা মবা চংনা হৌবা।

১১৭। চোথে খুন্দা মবান নুঙ্গাই চিংথক্তা হাওনুবীনা থাবা লা।

১১৮। লৈবক মমৈ মপান্দা হৌবা।

১১৯। য়ুপাম তাংইনথোকশে -চাক পীজশে।

১২০। থোংগী চাবি পৌবোন।

১২১। অচম্বা মীবা।

১২২। লাম্মী সিফাইবা।

পাউহংও। ৱায়বা শামীনে হায়ববদি থোঙলেন নাপৌ শৎলো চাব নথোঙ লৈনা হাংদোকও। হুয়েন লানমীনে হায়ববদি থোঙলে নাপৌ শৎনা চাব নথোঙ হাংগনো হায়না ৱাবম লোন্না ঙাংনা, হায়না ৱাবু অহিং [১২৩]ইনুং শোয়য়াইমদা লুৱাং লাল্লোয় তবেৎমদি [১২৪]শাইগঙ ইল্লুম খাদা নাতাববগী।

কোবৌ ইনোং শোয়, শোয়বা মথোঙ তৈনা, য়াম্বী কৌনৌ চোং [১২৫]শেনবাং লোইয়া কেল্লক্লবদা খুম্মু নৌবেল লেংদা থোং, [১২৬]শোযক নমদা হুলনা কেগে লোক্তাক ৱাংববেন্দা লেল্লৈ ঙাথৌ তালখিএ। [১২৭]য়োইমা যায়না ৱাংনা কা পাখং তাংজা লুবেন তোন্দা থোনবা ইললেন খনবগুম্না মিবেল খাইথনা [১২৮]তোংদন্নক্লবদা। লুৱাং লানলোয় তবেৎমদি চুঙলেন থাকুপ হৌ। [১২৯]তিমেল খুৎতা শুনা মাঙ্গোন মনোং লাংদা কানা পাউমেন লকএ। "ইশানৌ য়োইবুনাই হাওনু কৈসিতোন লাল্লোয় যুমখৈ ঙকপীও।" থোঙলেন নাপৌ শৎলো চাব নথোঙ হাংও। হায়না পাউমেল্লবদা 'তম্বা কনানো ৱায়ব শামীবা হুয়েন লানমীবা হায়না পাউহংববু ৱাযব শামীনে হায়না পাউখুম্নবদা হাওনু কৈশিতোন লানলোয় যুমখৈ ঙাকপীনা মথংলেন মমান মচা খোয়োন ককলেন নোংদম সুজা অথৌববু লাকপবা হায়না চাবগী নাপৌ শৎনা থোঙলেন নাতে কাঙলুববু মশাবী মমান মচা অথৌবদি ওইবমদা লুৱাং লালোই তবেৎপু ওইবল্লবগী মিপাই থাবাইনা মলেম লৈদা তুখবে। লাইজা ইদা তুনা ইমু খৱাক্লবগুম থৱায় নিংহননবক্লে। [১৩০]উনবী পুক্লিং শিংলক্লবদা মোমনু নুংশি মপাউ খোলবু য়াথং হিক হায়ননা পাউমেনজবকএ।

---

১২৩। অহিং নোংয়াইদা।

১২৪। য়ুমগী সাইজিন একনখাদা লোৎতুনা তাবা।

১২৫। সেনবাংনচীংবা উচেক উয়ানা য়াহৌরবা পাইখোরক্লবদা।

১২৬। থোপ ঙা হাপনবা শৌ পানবা মখল অমা।

১২৭। নুমীৎনা।

১২৮। নুমিৎ য়ুংলবদা।

১২৯। তা, খুৎলাই অমবু খংনৈ।

১৩০। উনবী পুক্লিং পাখৎলুববদা হম্ববক্তুনা শিংলক্লবদা।

"লুৱাং পাথৌ ইপা ঙাই নোংবান ইদু নিংথৌ খোয় নমোম ঐসু নোংবান লুৱাং চনুনে। চেংলৌ ইশক যেংনা নুংশিবীয়ো। [131]পুক্লুং ইবেপ য়েংনা ৱাখনবীও। নপাবি শাৎনবা নমোম লৈবাং মদম মানবা ঐগুম্বীবু ফুইনবা মশেলনে নমোম ঐবু ইপাবি নাওপেংববু কোবৌ নুমিৎ মবিনিদা মঙাইবিএ হায়না পাউমেনববু হোই য়াদববগী। 'অদুনুংগীদি লুৱাং পাথৌ ইপা ঙাইশিংও কেগে খুননিংথৌ [132]য়ুমখু পোংলেন হনবগী মপানখোক, লৈনুং চীংখোং পোইবৈতোন খোংফাং অতোনবনা পোইবৈ খুনথোক্লঙৈদা মতৈ লৈমা লাইনাও তাবীনা খম্লুং মপুঙয়াইদগী নেমথোবকপা, সাচুং নিংথৌ সাচুং লাংমৈবেম্বা মখুৎথা অসিবু খাম্বী তানথোং য়াইখিগে, তবা নখোয়সু চাপুক লাম্লিঙৈনে হায়না মবৌ খোইবুং লৌগা চাউনা মশাবী খোযোন ককলেন নোংদম সুজা অথৌববু ঙাইনবা [133]শংলৌ মথৌবাংবু থৌদু [134]নুঙদুম অপিকশপু [135]খাম্বী তানথোং য়াই, শান্নবিঙৈদা [136]যোইমযাই লাইবেল অঙানবদি মযুম থোংনাং পাংথোংনাং ময়াং পাংনা পাখং মিবেল লাবা চেপ্লালে, লীৱা মৈগুম তোলনাহে - হ্। লুৱাং লানলোয় তবেৎ (৭) মক্তি ৱাংলৈ অযাকপনা তোঙঙম্না য়ুবাই অথুম্বনা [137]কোক কাবকপগী, নুপী নুংশি খঙদনা

---

১৩১। ইপাবী ইবেপ্পবু পোকপা কুইদ্রীববু য়েংনা ৱাখল তৌবীয়ু।

১৩২। মোইবাং নিংথৌবোনদা, মমাংগী মীওইবনা খংবদা ৱাববা লাইগী নিংথৌ খোইবিশিংপা (খোবীফাবা), ঙাংনিংশিং, হামথাল, ফাংলিক্লাই, য়োইবেম্ব, নবোং, ময়াম্বা, সুনুচা, তবেৎনা পাল্লবদা লাই ওইবম্বদগী মী ওইনা শমথবকপা মীগীনা অহন মকোক ওইবাবু পোংলেন হনবা মীগী মকোক লাইগী মামৈনী। ৱাহম্বোক অমদসু ফাং ফাং পোংলেন হনবা - ৱাহৈ অশিমক লোচৈ লাক্লবা পণ্ডিৎশিংনা সংষ্কৃৎদ, বেঙ্গোলী বনান পাবা ইবা তমখিবনা ফাং ফাং হাইনা পানাখবে। তশেংবমক্তী মীগীনা মকোক ওইনা লাইগীনা মমৈদা মোইবাং লৈবাককী মীবোন্দা ফোংদুনা ফাওনা পাল্লম্বা - ফোং ফোং হাইবা সন্দদা ফাং ফাং তাবকপনি। লাইবোন পুয়া খরদসু লাইবোন তিল্লোন্দা থেংনবি "কেকু ফোং ফোং" হায়বনচিংবা। নিংথৌবোন পুয়াদা পুবিক্লাই হাইনসু থাবী -ইপা ইপু লিক্লমকাইদনা লাইদগী শমথবকই পুবিক্লাই।

১৩৩। য়েলাং

১৩৪। নুং

১৩৫। মৈ

১৩৬। নুমীৎ

১৩৭। যুগী ময়াইনা কোক ঙালখৎলকপা

থাঙলেন মখুৎশুনা ঙাইথিদ তিমেন মতাচান ঙাইখঙদনা লুবক কাঙদৈ থি, খৌনাও লুতোঙলেন হাওবা ঙাংকোকশোন, হাওচেং মশমলৌ, লালু চোমায় মফোয়না [138]তাউথোপ খলথাংনখিযে। শামু মহকচাং লৈবাং অতিংঙাদি ইঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামফেন্ননা থিংলৌ চাউবা য়াহীপনা, লাইবেন শাংবা য়াতানা লৈহৌবে। মশাবী মমান মচা খোয়োন ককলেন নোংমদ সুজা অথৌবদি কেগে পাৎলম তানা মোইবাং [139]খোইবম কুম্লুববু মবান ওন্তেবক্লে। লুৱাং লাল্লোয তবেৎনা (৭) ৱাইব শাথিরু হুযেন লানথিরুববু যাংলৌ "লমখাংদা লমওক্লুবে" পাবি লুৱাং লোয তবেৎমা ৱাইব শাথিরুববা হুযেন লাম্নীরুববা পাউহংববু-লুৱাং লালোইন পাউখুমলকএ" হোয ইপল খোযোন অথৌবও। ৱাইব শাথিরুএ। হাযনা পাউখুন্নবদা "অদুনুংগীদি পাবীশিংও লেমলৈ ঙাচিং চিবোইনাই অসিবু তবা চাযোম থোক্লখিযো হাযনা লাইজ ইশিংথোপ [140]সোকলাং যাইফকপনা লেম্লৈ ফাম্না কোৎনা পীজখিএ। কেগে খোযোল অথৌবদি ঙাংখা পনমৈ তাবদি, মবান মোংবা মবানযাইদা ৱাইথুংলবে। "যোইবুনাই হাওনু কৈশীতোম্বীও, লাল্লোয যুমখৈ ঙাকপী, অঙান তাংলৌ থেঙনা থাঙ্গা চীংদোন পাং, নাবলশি অমম শিবা নীকলে; থোঙগী নাতৈ কাঙনা চাব নাপৌ শৎলো!' হাযনা পাউমেনলববু মশানৌগী মরু থৱায মিবাংপান অতিংঙানা পাউখুমলকএ। 'শাবী ইবুং মনাই থংলেন মাঞ্জ ইনেমমচাও ৱাংলেন ঙাইহাক ঙাইখিও!' পাবী নৱা অপিশাবু খোমলাং ইনৌ হান্নীএ। হাযনা পাউখুন্নকএ। খোযোল ককলেন নোংদম অথৌবনা পাউমেনখিএ। "ইশানৌ যোইবুনাই মোম্নু পেন্মাও কবি ৱানো যোয মযাই অঙাল তাংলৌ থেঙলকপশিনা তবা ইবু চাকপু লাম্লে, থোঙলেন নাতৈ কাঙও হাযনা পাউমেনববু মরুম্বী থৱায মিবাংপান অতিংঙানা হন্না হন্না পাউখুন্নকএ। "ইশাবী কবি ৱানো পাবী নাওহান্নী হায়ববু কোলোয যাৱা কাযবা অসিবু কবি ৱানো ঙাইখিয়ো। হায়না পাউমেনলকপবু মথংলেন মমান মচা খোযোল ককলেন নোংদম সুজা অথৌবদি

১৩৮। লুরেন তাংজ কোক অককপনা তোঙান তোঙাননা হকচাংদগী তাবক্লুনা

১৩৯। খুম্লুক

১৪০। হিনুংদা ঈশিং চংলবদা। ঈশিং শিংননবা, লৈহোৎ হায়বগসু খংনবা পোং অমা।

য়াইবি মনুং হৌ তিল্লাং মখোয় শাওনা থোঙলেন নাপৌ নম্ববু শবু মখোঙ ফাংনা কাওথোক্লে। থোপ্পাং লেংদা থোংববু মালেম নৈদা থাথবে। খাম্বী থিলকাম্নকবু মোম্নু তালোয় মকম্বীদি নুংশি মতৌ নৈতনা তাংজা লুনাইদা থিংলৌ চাওবা যাহীপ্না, লাইবেন শাংবা যাদানা ইঙাং পাকতৈনা ইমু পামফেন্না লৈবম্ববু চেংলৌ মিং থিংনা উববগী থরায় লাইখংননা "ইশানৌ যোইবুনাই পেম্মও, চিংঙু নোংদমখোনবু হেনফদনা কবম্না অমন খল্লে কুম্লম্বনো নামু তোঙানবা কনা ওইবল্লোই, লুৱাং লাল্লোয তবেৎম (৭) উনবিঙেনে। হায়না খোক্লাং মাগী যাইচল ফমদগী তিমেল মাগী মতাচা ৱাইব শাশিংশু হুযেন লানশিংশু মুৎতববু তিমেন খৌশাং হাংদোক্লে। কমবোং অতেবা শিলহৈবা মখুৎশা, নোংপোক কাম্বা শিল্লোম্বা মচুঙখঙ, মনুং নোংপোক খেপালতোংনা অসৈবা মপাল চাঙাঙশিৎপা চুংগোইবু লৌথোক্লুবে। থাঙলেন মাগী যাইচল ফমদগী, থাঙলেন মখুৎশুবু লৌবা, ৱাযব মাগী শাদানফি, হুযেন মাগী লান্দানফি, খুন্নুং যোযকক্চা অবিবনা তাইখোম ফি। ৱানা লীকশং মানবনা ঙাকবাক ফিবু ফবদা য়েকপা ফি, লেন্নৈ ঙাকম নাইনা, চবে মকা ফোং মাল্লৌ মীমাঙ তাক্লা পাক্লে শময়া খোম লেংখাঙ শমপাবেং যেৎ, লাংমৈ পুঙদু চিল, নিখম চবিখম, চুঙলোং ঙক্তা হুক, তিমেল খুৎতা শুনা থাঙলেন নামৈ যেপ্পা মোম্নু তালোয মকম্বী চিংনা যেংনা মিকপখিএ। "ইশানৌ যোইবুনাই মোম্নু পেম্মা ইনেমমচা নুংশিবীও। মোম্নু নঙগীদমকপু নশাবী নমান মচা ঐনা, থোনাং মযাং মাযতেকপা ফানকক কবো তাইবোং লৌথিবা মান্নকক। থাঙযি অওনলুক লাংবন কৈগককককুম্ববু, চেংবুম মনাও তোলগুম্ববু হুযেন লানশিং তাল্লুগে হায়না মশানৌগী শামু মহকচাং লৈবাং অতিংঙাবু পাওমেল্লগা ঙাংখা চৎলম ফানসাং ইন্না হুযেন লান্দাবকএ। লুৱাং লাল্লোয তবেৎ (৭) মক্তি ৱাংলৈ তোং-ঙম্না,যুবাই অথুম্বনা কোক্কাবক যাংলৌ লমফাই লম্মখাংদা তুম্না লৈবম্মে। হায়দববা ? খোয়োন ককলেন নোংদম সুজা অথৌবনা তানফংলুবে। তাংজা মখোয়গী মশম মশেনবু কিশিন্নবে। খোক্লাং তাখোক্লা যৈনা যাহৌথোকপবু তাংজা মশম মশেন কিশিন্নবম্বগী মতোম মতোম যাংলৌ লমফাই তুনবে, চিংথনবে। কেগে খোযোল ককলেন নোংদম শুজা অথৌবদি; ওইদা লৈবে শময়া খোম, যেৎতা লৈবে খুৎচু

থাঙনা হায়না লুব্রাং তাংজা লুয়াম ককলে। চাওবা লাল্লোয় লানশিংবদি [১৪১]খোয়মা নবোননুংদা চেনশিনখিববনা তানফংহৌদবে। খোয়োল অথৌবদি মোম্নু তালোয় মকম্বীগী তাংজা মকতোন্দী চাবৈ নাহোং শানা শমু নমদা পোখৎলে। লুব্রাং তাংজা মকতোলমক্তি সাম্মু খুৎতা পায়বে। মবাল মোংবা মবাল য়াইদা ওনতে হনব্রাইবক্লে। মোমনু তালোয় মকম্বীগী, তাংজা মকতোলদি সাম্মু[১৪২] খোঙগাং খাদা থাবে। লুব্রাং তাংজা মকতোলমক্তি খাম্বী [১৪৩]শিংথা ফমদা থাথবে। খুযোন ককলেন অথৌবদী [১৪৪]লাকথা লালপাও তম্না সুমাই লালখৌশাকবগা মপাবি নব্রা অপিশা মপল পলেম অঙাং [১৪৫]হেকঙাই মপাও চাও পালেম লাঙ্গোন হাংনা মপল পলেমগী খোল্লাং তাজিন অতিংঙা ইমু পাকতৈনববু সামু মখুবীগা লোইননা খোল্লাং তাজিন ইনৌ হামঙম্ববু সামু থাগোনখৎলে। চেংলৌ মিৎনা চিংনা যেংনা মপল খুযোল অথৌবদি হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপ্লক্লে। পাবি ইবুংঙো নব্রা অপিশা, নপন পলেম নমাগী খোল্লাং অবেম্ববু সামু নখুৎপীগা লোইননা খোল্লাং খোমহুপ চল্লম্বা নংবু কোলোয নমীংথোনবু কবি কৌশিবনো হাযনা মপলগী পাইমা উনগোইনুংদা নিংনা খল্লুববু" পাবী নংবু মোংইবাং খুৎচুপ চৈমীয়াং লুব্রাং খোমহুপ্পচাম্বাও হাযনা নপল ঐনা কোলোই নমীংথোনবু মিংহুনবীবগেকো। মপাকি নব্রা অপিশাবু মোমনু তলোই মকম্বীবু তেংথানা মিকপ্লকএ। মোমনু [১৪৬]য়োইবুনাই পেম্মা নুজা ইনেম মচাও। কোবৌ নোংজা খুদীং পাবি চাওদ্রিবা অসিবু কোবৌ নোং খুদিং খোল্লাং পীবুক থন্দবগী অঙাং হেকমাই মপাউ মিকপ্লবদি মোমনু কনাদবু নপাবি অসিবু খোল্লাং ইনৌ হাল্লুগদগে। পাবি ইবুংঙো নব্রা অখুববও। নপল পলেম নমাদী লুব্রাং মখুবাক্তা [১৪৭]উলথম চবৈ ফিবোই কাইককনা খাইনবে।

---

১৪১। অশোংবা নাবক মোংসোং

১৪২। কম্মুং কম্মাংদা

১৪৩। শিংগৈ সিং থমফমদা

১৪৪। মাজোনগী মচি লাকমদা

১৪৫। হিক হৈনা কপ্পা

১৪৬। নুমীংকী মচা মনাই

১৪৭। থব্রায় থাদুনা

ইশানৌ  য়োইবু নাই মোমনু ইনেমচাও সানৌ নংগীদমকপু লুব্রাং মপুং তাকনা মবান থুম্বী মৈমাং চম্লা সাইবু মৈতালপকনা। [১৪৮]খলং লৈতংলেং পলথেংদবিবদি [১৪৯]কোবৌ নোংনা য়েং [১৫০]মালেম লৈনা খঙসনো হায়না মিকপনখিএ। [১৫১]কোবৌ নুমীৎ মঙানি শুববগা মোমনু তালোয় মকম্বীবু মপল হাওসি মমংলেন্দা খুৎশাবনা কোবি থবাও চিক্, খাফম লাইফম ব্রাবি হোংগে হায়না তবেৎ শেন খিংলে। ব্রাংলেন পুংহৌরে, হাওসি মংথিল্লে। খমনুং পাউতাক্লে সিংপাউ পাউহোংলে হায়দববা? লুব্রাং তাংজামকতোলবু ককপী ককলেননা ককলম্মে হাইবগীবু লমদম লম্লেন লমনুংশি "ককনা শমকি লমদাইথেংও" হায়না তৌনা কৌখবে।

---

১৪৮। লৈবাক্তা লুখা থানা ফুমদ্রীফাও।

১৪৯। নুমীৎ মনা য়েংসনো

১৫০। লৈবাক মানা খঙসনো

১৫১। অশিবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌশিং

## স্না থোইবীলোক

নহননোং কেগে খুৎনিংথৌ হেপু স্না লাখ্বানা থাঙযি [১]ফৌমীবু কৌ লোইমোম কৈহোংঙৈদা, মোইবাং লৈমনা স্না থোইয়াগী [২]পোল্লাং স্না মনাদা য়ানববু মালেম লৈদা তাহৌবে। হয়েং লাইবেল ইনোং ঙাল্লক্লগা মদাইবেম খালৈ লৌগুম্লকপীসংনবনা খুললকএ অবোকপও কৌএ৷ লৈমা পোলাং মনাযানবু তাহৌববু লোক্লমএ হাইবগীবু লৈমা স্নাদা থোযাদা কৎলমযে। কেগেনা মিকৌনা মোইবাংনা মিথানববু অখুনববুদী স্না থোইযা লোকও কৌববু কেগেতবুথি মোইবাই ব্রাংমল হৈমন তানবা স্নানা থোইবী লোক হাযনা ওল্লম্মে॥০॥

ঙাংখা শেনগোই ইমক

সেংগোই ব্রানবোক

নহননোং কেগে হাওযুম কোইবনা খুযোল হাওদাবিবগা মনেম মচা খুযোল লোক্লুংগীদমকপু [৩]শিংজা ব্রাথোকনা লুথোং ব্রাচাওনবে। কেগে হাওযুম কোইবনা খুযোল লোকনু অসিবু সিংলেন ঐনা হাননা যেংনএ, লৈবাং ঐনা হান্না সিলনএ শিংজা খুথোং ঐনা পুলনঙৈনে। খুযোল হাওদাবিবনা। ঐনা তুংশিঞ্জবা লুথোং পুলনঙৈনে। সিংলেন ঐনদুম হাননা থেক্লঙৈনে। লৈবাং ঐনদুম হাননা চিন্নএ হাযববু। অদুনুংগীদি পাথৌও [৪]কোবৌ নোংনা যেং মালেম লৈনা চুম্নসনো হাযনা হাওমুবা লেংবাই চননা লাবা [৫]খুবৌ তাজিন য়েৎনসে হাযনা মপাতাও অনিমক্তি হাওমুকপা লেং পাইননালাবা খুবৌ তাজিন য়েৎনববু কেগেনা লৈশকনা মোইবাংনা শৈথানবদী ফৈবাকপুদী সেং কৌএ। তেক্লববু কোয়ববা কৌএ। কেগে হাওযুম কোইবদী খাদা থা খুযোল হাওদাবিবদী থক্তা থোংনা, মোইবাংনা ইকাইববুদী সেনগোইববা কৌএ। অদুনোংগীবু সেংগোই ব্রানবোক, ঙাংখা সেনগোই ইমক তৌনা কৌনএ॥০॥

---

১। ফৌগৌবা ২। পোল্লাং মওং শাবা স্না ৩। কোক্তা পুবা সিংবুন ৪। লাই ব্রায়েল য়েংনবা ৫। খোং খুবৌ য়েৎনবা মুকনা সান্নবা

## ঙাংখা হয়া লাওবী

নোংচুপ [১]উবা [২]কোংয়াম্বীনা লাইবা অতোল তাবগী, থাংলেন মখুৎশুবু মলেম লৈদা থা [৩]কজেং ময়োক ব্রাৎপগীবু কজেং মিথাং ব্রায় [৪]তেৎনৌ লংমাই [৫]চাইসি লৌদায়। মপাবি থবম নহা লাইববদি [৬]খালৈ যুপুংথক্তা লব্রায় [৭]চগোক লাইসম জতা লৈনা লাইসম ঙৈখাংননা [৮]ইকুন নাউসং অমদি "মদি খাদা থা,ইকুন নাউসং " মনা থক্তা থোংনা খোম্লেন তুমখুন তানববু। মপন পলেম মমানা মালংববু পাউকৌবকএ। [৯]ইনুং সম্ধোং মোবিবদগী লমগা হৌবা নোংবান লাইজালৈমা [১০]কাঙনৌ তোবান মবলউল, মলং যাংবা খমগোন অহুম্বও নংবু লাকও লাকও, নুবা থৌবৈ তেংবাংলবো, মোমনু চেংজা ঙম্বাংলবো, নুবা [১১]কনক্ খোইদোক ঈ, মোমনু সমখোং চবল ঈবু, হুমাং লোকই, হৌবেদো হাযনা কৌবকপবু মপাবি থবা নহা লাযববাইললুল নাওসুম্লীবনা" পালেমগীদমকপু থৌবৈ তেংবাগে চেংজা ঙম্লুমগে হাযনা, ইপল পলেমইমাও কবিগীদমকপু মালংববু পাউ কৌবিবনো? খমগোন কবিগী থৌনেক্লুবনা নপাবি ঐগদুম হাওচেং খোংলোইনদুনা নব্রা [১২]খুৎলং তেবাল ইসৈদুম সৈদানগে হাযনা ইললুম শোক্তোংদগী হোযদো হোয়যা লাওনা যাহৌথোক্লক্লে -অদুনুংগীবু ঙাংখা হয়া লাওবী ও হাযনা কৌইদো।

---

১। নিংথৌ শাগৈদা হায়নবম্বা মীংগৌ ২। মমিং ৩। থাং ৪। য়োৎ ৫। লৈবাক তৌদুনা ৬। লৌগী লৈপুং মথক্তা ৭। কোক্তা ফৈজাগুম্লা হাপতুনা যোন খাংবা ৮। নাওসুম নিংথা ফি ৯। সম্ধোং মাইকৈদগী লাকপা নুংশিং ১০। ঈশিংদা হৌবা কাওসিং ১১। হুমাং চেম্ব্বকপা ১২। খুৎলং ঈশৈ

## ফুবাল ব্রা ও চাইনপুং

নবম লম্লেন মদাইমা [১৩]থোংঙাক অশিথেল মকোই নোংলাওচিং। লাই পাখংনা হুল্লগা লাই নুবানা ওকপচিং। লাই নুবানা হুল্লগা লাই পাখংনা ওকপচিং। [১৪]নুবা ফিবুল ঙাইবল চিং। [১৫]সিনৌ লোযদাং তবেং যোৎতি উংম্না। অযুক নুংদাং খুন্দিন খুনসনা। চাওনা সাংনা শাল্লঙৈ ফুবেল মপান ফুক্। লাইনা মকা ফোইনাথাববু ফুবেন মতোন চোংনা লাংলেন মকা চাউনা পাল্লে, অদুনোংগীবু ফুবালব্রাও লমদম লমনুংশি, কেগেনা শৈশকনৈ, মোইবাংনা শৈথানৈ কেগে লব্রাযচাও মোইবাং ফুবাল ব্রা কেগে নিংথৌ পুন্সি [১৬]খুবেন চনবগী পামেন উহোংপুংনে।

১৩। থোংঙাক লাইগী মনাক্তা লৈবা নোংলাওফম ১৪। লাই নুবানা ফিবুল হন্নবা চিং ১৫। লাসিং লংনাইনবা তবেং ১৬। মোইবাং নিংথৌ ২৯ শুবা

কেগে লৈসা পুংবু কাননা চোং
[১]মৈতেংঙু লমকাম্না থোলেন যাইনে;,
খোইবা লাংমৈবেম্না নাওবেম খং
ককলৌ পাৎলিনকোবু নতৈননা;;
মোইবাং লৈমা ম্না থোইযা তবা চাকহোঙ্গে
মনাই মবা [২]মবৌবেলবু তুংওইননা;;

চাইনা পুংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদী নহলনোং কেগে খোইবা লাংমৈবেম্বগা নোংযাই হৈযেন অথৌনগা অনিনা [৩]সোইবেল খমঙাকপবু, সোইমুন্নবে। নোংয়াই হৈযেন অথৌবনা হান্না পাওমেল্লকএ” পাথৌ মোইবাং খোইবা লংমৈবেম্বা অথৌবও। সোইবেল অসিবু নোংযাই ইপাসোইনে। খুমন ইপু খোংনে।” পাথৌ

১। মৈতৈ নিংথৌ ২। মনাইগী লৌফম ৩। লু থুমফম সোইবেল

নোংযাই হৈযেন অথৌবও কেগে ইপালম মোইবাং ইপুলম অসিবু নোংয়াই নপাসোইনে হাযবা অসিবু কোবৌ নোংনা যেং মালেম লৈনা খংঙেনে। ব্রহায় যাথং চিন্দা পাউদানা পাথৌ অথৌবা অনিনা ব্রাহে খুবৌননা খৎনববু " পাথৌও অদুনোংগীদী, খোইমোম লাই সিদবগী সাযী ব্রাচুম খঙনবা চাইনা খোংফেননা মবোল চুংফুনসি, হাযনা নোংদমখোনবুযেংনসে, হাযনা কেগে খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবনা" পাথৌও কোবৌ নোংদমখোনবু যেংনসে, হযেং লাযবেল ইনোং ঙাল্লগা [৪]নবান থৌচৎ ঙল্লকও। হাযনা পাউমেন্নববদা মদোম মবাল যুমগানখিএ।

নোংযাই হৈয়েন অথৌবনা মোমনু তাল্লোয মকুম্বী ঙানবা সোবা নচাওসুদা পাউমেন্নখিএ" ইশানৌ যোইবুনাই মোমনু ইনেম মচাও! হযেং লাইবেল ইনোং ঙাল্লগা, সেল্লোয ইপাতাও কেগে খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবগা ইপাসোই ইপুসোই সোইমুন্নবগীদমক্তা চাইনা খোং ফেন্নগদৌবি, তবা চাযোম্মো ব্রাংলৈ খোমহাল্লো তবা নংনা চাযোম্ববু ব্রাংলৈ নংনা খোমহানববু সোইদনবা তম্মো। মসানৌ মোম্নু তালোয মকুম্বীদা অহিং খোল্লেন তুমখুন তান্দনা মসাবী নোংযাই অথৌববু যেং অহিং ইনুং সোইযাইমবু নাওসুম তম্লা নাওথেন্নম' চাফু তিল্লাং সৌ ইব্রান খোইদৌ ওৎনা যেনখোম খোমহাল্লে। কেগে মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবলু মশাবী মোমনু তালোয মকুম্বী ব্রাংঙু লাইজাও চানুদা পাউমেঞ্জখিএ"

ইসানৌ ইকুম্বী যোইবুনাই মোমনু পেম্মও। হযেং লাইবেল ইনোং মানা ঙাল্লগা পাথৌ নোংযাই হৈয়েন অথৌবগা, ইপাসোই ইপুসোই মুননবগী, চাইনা খোংফেননা, মবোং চুংফুনগদৌবি। তবা চাযোম্মো ব্রাংলৈ খোমহাল্লো হাযনা পাউমেল্লবগী' মোমনু তলোয মকুম্বীদি অহিং খোল্লেন তুমকন্দা, নোংযাই সোইবা মিৎযেং নাওসুমদা চাফু তিল্লাসৌ ইব্রান নিংকোয় ওৎনা তবা চযোম্লে। ব্রাংলৈ খোমাহাল্লে। মথংলেন মমান মচা মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবদি লানপোৎ চাবৈ সেৎনা তিমেন মতাচা মখুম হাংনা খোল্লাং মখুৎসুবু সাম্মু মখুৎতা পাইনা চুংলোং ঙক্তা হুকনা থাংলেন নামৈ যেপনা কংলৈ মাগী মশুমাংদা...............

৪। মযুমদগী

[১]সুমাই থেলখৌ শাখবে। মকম্বী ব্রাংঙু লাইজাও চনুনা পাউমেনখিএ" ইথংলেন নংনা সুমাই মাইথেল খৌশাববু ব্রাইবা শাফামী, হুয়েল লানফামীবু চুনযে, তম্বা নমাই পাকপবু তানফংগনিএ হায়না পাউমেননবগা" সানৌ য়োইবুনাই পেম্মও খোইমোম [২]ইকঃসা চিংঙু থোংবাল ব্রাইনা পুকমজবম্মো। ব্রাইবা সংদাল্লক্কে হায়না চিনগোইনবল্লগা হুযেন লান্দাবক্কে। নোংয়াই হৈযেন অথৌবসু ব্রাইবা সদানফি হুযেন লান্নানফিবু লানপোৎ চবৈ মঙান নাইনা তিমেন মখুৎসুবু সামু খুৎতা পাইবে, থাংলেন নমৈ য়েপনা সুমাই থেনগৌ সাববু, মকম্বী ঙানবা সোবা নচাওসুনা পাউমেল্লকএ।" ইসাবী ইবুং মনাইও থাংলেন মাঞ্জা ইনেম মচাও ব্রাইবা নংগী তাখৌশা হুয়েন নংগী লানখৌশা অসিবু ব্রাইবা সাফমী,চুনাদে হুয়েন নংগী লানবু চৎলগনো হাইনা থৌখাম্ববু পাউযাদনা হুয়েন লান্দাবক্কে। হাযদববা। মপাতাও অনিমক্তী সোইবেল খমঙাকফম্মু ব্রাইথুংমীন্নববদা তবা চয়োম থোকমীন্নবে। মোইবাং খোইবা লামৈবেম্বনা পাওমেল্লকএ" পাথৌ নোংয়াই অথৌবও। তবা নংগী চাকয়োম্বা ব্রাংলৈ খোমহল্লকপা অসিবু য়ুপাল [৩]কোনঙৌ থোংএ চাকযোম লাইথোক ফৎতে। সোইবেল লম পাল্লগনো নবান ওনতেখিবো হায়না পাউমেনববু, নোংযাই হৈয়েন অথৌবনা পাউযাদে। "খোইমোম কোবৌ নোংদমখোনবু লৈঙেলে। [৪]খোক্লাং লম চৈওন্নবে, নোংয়াই হৈযেন অথৌবনা হান্না পাউমেন্নবে"পাথৌ খোইবা লাংমৈবেম্বা, তিমেন নংগী নতাচাবু হান্না হুল্লকও হায়না পাউমেনববু" পাথৌ নংনদুম, নংগী নতাচবা হান্না হুল্লকও! হাযনা পাউমেনববু" নোংযাই নংদি পাথৌ, ললহাবা খুমন লমকেৎপনে নংনা হাননা তিমেন তাহুল্লো হায়ববদা নোংযাই হৈযেন অথৌবদি তিমেন মতাচাবু সাম্মু মখুৎতা পাইনা।

---

১। থাইনা চৎনবম্বা সাঙ্গান চৎলমদায়দা নুপীশিংগী মমাংদা তাখৌশাদুনা উৎনবম্বা ২। ইশাগী ইবাই ৩। লাংফৈ চৎলমদাইদা চাহৈদবা অসিনবা এক্লাং কোকঙৌয়েন থোংবা ৪। থাইনা চৎনবম্বা খৎনবা চাইনবা মখল অমা

নোংয়াই পোকপা সলাইলেন খুমন লাংবুম অবিবা কসা পুক্লিং লিকিননা লাবাকপলাক ৫সেংচৌননা লেপ্পবদা। মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবসু চুঙলোং মাংদা খিন ৬কসা মনোংথৌবু পুনেমজখিএ।" কেগে কসা ইনিংথৌ তিমেন তাজিন থৈবীও খোইয়ুম নবলকুবু ৱচিনগে। হায়না পাউমেঞ্জববদা নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি তিমেন খাংতপ লাকনা,লাবা কপ্পাক সেংচাওনা তিমেন তানীং কাংনা মালং চৈবোইননা ফেল্লকপবু খোইয়ম থাংজিং মবলকুবু নোংয়াই তিমেন মতাচাবু সিংলেন অবেম্বদা সোইবেন ফুম্বীথক্তা ককলু লুমাই লেংনা ফেনতোক্লবদা" পাথৌ নোংয়াই হৈয়েন অথৌবও তিমেন নংগী তাহুন সোয়ববনে। হায়ববদা" পাথৌ মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবও৭ তিমেন নখুৎশুবু ফেল্লকও। হায়ববদাকেগে অথৌবনা তিমেন খোকলাং খাংতপ লাকনা তম্বা কপ্পাক সেংচৌননা তিমেন তানিং কাংনা ফেল্লকপবু নোংযাই হৈযেন অথৌবদি চুংলেন মাংলম খিন, কসা পুক্লিং লিকিননা ঙাইবকপদি,কেগে মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবও। খোক্লাং নতাচাবু তিমেন তাহুল সোইকবনে হায়না ফেনতোক্লক্লে। কেগে মোইবাং অথৌবদি খোক্লাং মতাচাবু মালেম লৈমাইথক্তগী খুন্না কেগে লৈকোই পুংলমদা মবাল ওনতেবক্লে। কেগে লৱাইচাও মোইবাং ফুবাল ৱাও যৌবক্লবদা অৱা পোৎথানখিএ। তিমেন মতাচাবু পাইনা সিংনা নাননা য়েংলুববু ৭খেবে খোকচং নুংদা 'নহননোং হয়িঙৈদা ইবুদি যাইও কৌবমএ। ইয়াই মাবু পকনা লৈবম্লবগী"

হুম নোংয়াই অসিদী মীনম্লে, মোইবাং ঐবু ৮তাংসক্তে হায়না ৱাইবা সাথৌ তম, হুযেন লালথৌতম্না তাল্লকএ। নোংযাই হৈয়েন অথৌবদি কোবৌ নোংনা যেং মলেম লৈনা চুম্লবগী লাইজা ইবাল্লুববগী, তিমেন তাখুন ইননা লাইজা ইসিং চংলবগী লাইজা ঈশিংবুদি হয়িঙৈদা লোক্লৌ হায়না কৌ, ৯লোক্লৌ লাইজা ইবু লমঙান্না হয়িঙৈদা কংফালবু কোংও কৌবএ। কোংদোল থক্তা সামু মশম লাকনা চিংখৎ থংলেন মখুৎসুনা তাংজা মকতোনবু ককনা চৈথাবে।" সেল্লোয় ১০মপতাও নোংয়াই ৱাহৈবনা খুমন

৫। ফৈগল অটৌবা ৬। অরিবা ইশাগী লাই অপোকপা ৭। তা মচিন হাপচিনবা মখোকতা তাইনবা
৮। উশিংতে ৯। ঈশিং ১০। ইতাও

মিনম্বা চিংখোং নযাথংনা য়াথং ব্রাশক কাইবববু হযেং খোহযুম লাইবৈপাক্তা কোবৌ নোংখোং থিংবনা ব্রাবকনববু তৌঙমদসনো হাযনা লৌখৎপীখিএ। সেল্লোয মপাতাও নোংযাই হৈয়েন অথৌবগী সমু মহকচাংবু মলেম লৈদা তৌনা, য়ামচেং লৈকুপ।শিননা [1]ফুবোই লৈগোইবী মথৌ যাংগেল পীনা অমনবী খোম্বীবম্মে। তাংজা মকুতোলবু সামু খুৎতা পাইনা কেগে পুংলমদা মবাল ওনতেবক্লে। অদুনোংগীবু খোইবা লাংমৈবেম্বা লুহলব্রাই, লোক্লৌ হৈযেন তু, কোংচিং চৈথাপালও' হাযনা সৈথানৈএ। নোংযাই হৈযেন অথৌবগা কেগে মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথৌবগা মপা তাও অনিনা খালৈ যুপুং থোল, খোক্লাং তাখোক ওন্না সাবিমখৈ ফংনা ললু মপাল ফুকনা চাইন খোংফেন্না মবোং চুংফুনবমএ। হাইবগীবু নবম লগ্নেন মদাইমা চাইনা পুংও হাযনা তৌনা কেগেনা শৈশক্লা মোইবাংনা শৈথানযে।।০।।

লেলতাক

| | |
|---|---|
| নবম লগ্নেন মদাইমা | লোক্তাক লাইজা ইপাক যাই |
| ফিনচি নোংহুম তুংযা | কোলনা যাইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী |
| কেগে লৈমা অঙানগী | মোইবাং লৈমা অবেম্বীনা |
| নুবা হাওচিং ঙমগাচিং | নুবা যুম্লোয হাযনবু |
| মালেম লৈফম পুংথোল্লম | লেলতাকও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হাযববদি? |

নহননোং কেগে মোইবাং যাইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী লেলতাক পুংথোনবী, পুং তুখোংতৌবী খোংতৌববু মদু নিংথৌ খুমুজম খুৎলংলোই, খোইনাইজম সমপোৎলোই উতোযজম যাখংলোই, পাখং থাংকোক চুংবুবোই' নুবা খাম্বী তৌজেল্লোই ঙাইবোইননা লেলতাক পুংবু থোল্লমমে' পুংতু খোংতৌববু হুযেন লান্নীগীদি [2]পেংচোইবা মশিং ১০০ [3]উমু লাইতোংবা মশিং ১০০, খবা [4]নাকতাংবা ১০০ চাম্মা চাম্মানা [5]লৈহৌশিল

১। অশিবা মীবু লৈপাক্তা ফুমদুনা মথৌ মঙম তৌবা ২। অচা অথক্কী পোৎ চৈ চাম্মা চাম্মনা খুজিং ওই।
৩। উমু কৌবা উচেক মবাই তেংবা চাম্মা চাম্মা ৪। তিত্তি খবা পাৎকী ঙানু উচেক ১০০ ৫। লৈপাক্তা খুদম য়েংবা, মালেম লৈহৌবা খুন্দাবগী খুদম য়েংবা

তাকপা লৈমু সেলঙোইনবা পুংহোংঙৈদা মদাইবেম খোবি নমোইযাংবু পাউকৌখিএ।" ইদাইবেম খোবি নমোইযাং নঙদি [৬]সেনবী চাক্লে কুমদুনা পাউদম লৈকেননা যাওবৌ শতিক্লুও। হাযনা পাউমেল্লববু। খোবি নমোইয়াংনা হাওসিঙমগা চিংনা মোইবাং তম্বা নিপা ৫০বু [৭]খুৎওইননা ব্রাকযৈ হিজাও হোন্দুনা খোবিদাক লাইজা ইবম ইন্না তাওথখি। [৮]হাপজা লময়াই খাইনা থোংবী উঙাম মখোংগী লাইজা ইবম ইলনা ব্রাকযৈ হি হোলগৎখিএ। ঙানবা চিংলক অচনবদা হি থাংলে। সমু খোংনা চৎনা সেনবী তুমু মপুংযাইদা ব্রাইথুংলবে। সেনবী তুমুলাকপা খুনু মেলোং ফবগী সংলেনয়াইদা কাবক্তুনা নোংহুমসংদা চংখিববু সেনবী তুমুবাকপনা পাউহংঙএ" কেগে ইনিংথৌগী মদাইবেম, সেনবী কবো ইবমবু খোবি নমোইযাংও! ব্রাবম কবি লৈবনা নমু মীযাম পুনা সেলবী ইপুংযাইদা ইন্দাল্লকপনো? পাউহংলকপবু খোবি নমোইযাংনা পাউখুন্নকএ" সেনবী খুৎনিংথৌ তুমুলাকপা খুনু মেল্লোং ফবাও। মোইবাং লৈমা অঙনবী য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌগী, নিংথৌ মতুজা অঙনবীগী কোলোই মযাংথংগী ঐবু থৌশিবকএ। মদুনিংথৌ খুমুজম খুৎলংলোয খোইনাজম সমপোৎলোয, পাখং থাংখোক চুম্বুবোই [৯]নুবা খাম্বী তৌজেল্লোযবু [১০]তবা মাইখাংগে হাযবগী যাওবৌ সাতিক্লুও হাযনা সেনবী লপুংযাইদা ইন্দাল্লকপনে। [১১]তেকপী ওকপুম ১০০ [১২]কাযবৈ যেনবুম ১০০ [১৩]মেল্লাং তালবা হমেং তুবৈকাই অঙৌবসুং ১০০ ঙানু [১৪]খেবেজা অঙৌবা চিনপাকপসুং ১০০ মশিং ১০০/১০০ শাশিং শুনা সংলৌ থৌবাংও হয়েং লাইবেল ইনুং ঙাল্লগা যাওবৌ সা মমল তিক্লসে হযেং কৌবা ইনুং শোইববগা ইবালযাইদা ওনতেখিগে। হাযনা পাউমেল্লবদা সেনবী তুমুবাকপনা" ইদাইবেম সেনবী তুমুলাকপা ঐগী লৈপাক কোযবা অক্সাং, তবাং তাকউ তমু মবিমকপু পাউকৌখৎলে" ইদাযবেম মবিমা ইবেম্মা মোইবাং যাইতোল লৈবা খ্বাংনৌবী কোলোয মযাথং সাবেল সাচনগে হাযবা অসিবু সোইফবোযএ। অহিং খোন্লেন তুমকন্দানা যাওবৌ শাশিং ব্রাৎহন্দনা সংলৌ থৌবাংলে।

---

৬। কবো লৈপাক্তা চৎতুনা চাকলন তানবা তিকপা ৭। খুৎপু ওইনা ৮। লোক্তাক্কী লময়াই মফম অমা

৯। নুপীশিংনা লোক্তাক্তা হি হোন্দুনা কোইথোকপদা হি হোনবা মীশিং ১০। চাক ১১। ওক ১২। যেন ১৩। হমেং ১৪। ঙানু

ইনুং মানা ঙাল্লগা সেলবীচা পাখং পুম্নমকপু হৌনা ৱাকয়ে হিংথাংফম তান্না সাবেল সা থিন্দুনা থাবক্লে। ৱাকয়ে হিগুনুংদা সাবেল সাযাম হাপলে! পুল্লেন লময়াই খাইনা তুবেল লাংমৈ পুংবু ফানা ফানা লান্দুনা খোবিতাক নোংগাংখোং লাইজ ইবম ইলনা লক্লে। লোক্তাক লাইজ ইয়াই খাইনা লেলতাক লম্মহলদা ৱায়থুংলবে। কেগে লৈমা অঙনবী মোইবাং লৈমা অবেম্বী য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী স্না মখোংখাদা কেগে খোবি নমোইয়াংনা শামু মখুৎ লোন্ননা পাউদমজখিএ।নদাইবেম ঐনা সেনবী চাকলৈগুমগা পাউদম লৈকেননা য়াওবৌ শাতিক্লববু য়াওবৌ সয়ম পুবক্লে। হায়না পাউতাক্লবদা য়াইতোন লৈমা খ্বাংনৌবীন,-[১৫]"ইদাইবেম ঙাংখ্রাকপা কোংযাম্বা মোইবাং লৈকাই লাকপা নংনা সংলৌ নথৌবাংবু সোইহন্দা খুমুজম খুৎলংলোই খোইনাইজম সমপোৎলোই। উতোইজম য়াখংলাই! পাখং থাংকোক চুংবুবোই, নুবা খাম্বী তৌজেল্লোইবু তবা মাইখাংননবা তবা চাক থোংও! সাবেল সাথোংঙো হাযনা পাউমেঞ্জবা, নিংথৌ মনাই অঙম্বা ঙাংখবাকপা কোংয়ানবনা কেগে তবা চাকথোংলোই সাথোংলোযশিংদা" সাবেল নখোইনা সাথোংববু য়াওবৌ তাংজা মকতোল পোম্বী সমু মখুদোলবু সাবম মশিং ৱাৎহনগনো হায়না সাবেল সাথোংববু লোযববদা খবাই [১৬]লুকতোম সিনখৎলো যাওবৌ সাফাবা হুয়েন লানফাবদি [১৭]খবাই লুক্তোম চাহল্লো। হুযেন লানফাদবশিদী [১৮]যাংলৈ তাওবা মহুইচাগা তবা চামিন্নহল্লো। হাযববু ঙাংখ্রাকপা কোংয়াম্বনা যাংলৈ তাওবা মহুইচাগা তবা কবম চামীন্নগদবনো হাযনা তবা চাকপু খাইনা চাহল্লে। কেগেনা লোইববু লেল্লবা কৌএ মদাইবেমশিংবু সাবেল সচাবসু লেল্লে হাইনা তাক্লমএ অতুনোংগীদী য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী লেলতাক ও পুংথোল্লম হায়না তৌনা থোন্নএ।

---

১৫। মোইবাং নিংথৌগী খুৎলোয় পানা মবি লৈবম্মী 'খুমুজম, খোইনাইজম, উতোইজম, পাখং থাংখোক চুংবুৱোই ১৬। চাক চাবগী পবেং নাংইনা সিনখলো ১৭। পবেংগী মতোন থংবদা তোপ্লা চাহল্লো ১৮। হুইগী চাক চামিন্নহল্লো।

## লৈসাংথেম খোইবা ইসোক্লম

মোইবাং লৈকায লাকপা কোংযাম্বনা যাইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী, কোলোই মযাথংবু হুযেন লানফাবা, যাওবৌ শাফাবদি খবাই লুক্কোম চাও, যাওবৌ সাফাদবসিংদী খবাই লক্কোম চাহনবগনো, যাংলৈ তাওবা মহুইচাগা তাবা চাক্পু চামিন্নবে হাইববু' কেগেনা ঙাংনাব্রা, মোইবাংনা হাযনব্রাবু নুংশিবা ব্রাগীদমক, যাইতোল লৈমা খ্বানৌবীবু খংহ্ দনা তবা চাকসুং খাইনা চানা সাবেল সাসুং থেকনা সানা চাহনববু নমু কনাগুম্বনা ঙাংনফবোযএ। হাযনা যাবেল [1]খোংখৈ চিকনা পাউমেন্নবকএ। অদুনোংগীবু ফেঙ্গি যাকুপ পুং, ঙাইবোং লৈসাংথেমও কৌনৈএ। খোইবা অতোনবদী তবা হুকনা শাবে হাচানববগী তবা চাকযোৎ, উমনা [2]খৌবি লমদল্লবগী চেপনা খোইনা লাইজা ঈশিংবু যেংলক,। কাওবেল সল খোংগুন্দা লাইজা ঈশিং তুংঙম্ববু সামু খুৎনা সোকনা থক্লম্মে হাযবনুংগীবু, ইপু খোইবা ইসোক্লম হাযনা কৌনা থৌন্নৈএ।।

## কেগে নিংথৌখোং, ব্রাকযৈ হিথাবম্, পম্বা কৈবালখোং

কেগে নিংথৌখোং, মোইবাং ব্রাকযৈ হি থাবম [3]পাম্বা কৈবালখোং কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হাযববদি নহনোং, মোইবাং নিংথৌ [4]পুঙ্গিবনা পামেন উক্রোং হোংগে হাযবগী ঙাইখোং মবমখৈবু মথৌশিখিএ। ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা অমেববু কুম্লকও [5]সন্দং নবেং অমসু চিল্লকও। তবেৎ শেঞ্জশু নমদা পোবকও। [6]খাংখা খামেন পোনবান পোসিংপোল মিতম্বসু পোবকও। তযুম খোবি নমোইযাং নংদী খুগানানবী ইব্রাংমগী [7]পামেল উথুম ঙাবৌববু তলা উপুংবু হোইশেল্লুও। পামেন উক্রোং হোংগে হায়না পাউমেলখোলগী, খোবি নমোইযাংদি পামেন উখোংদা থুংলবে”-ইদাইবেম ঙাইখোং নিংথৌ অমেবদী লাক্তবে হাযনা [8]সোলমোইনবিঙৈদা, ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা অমেবদি কুম্লক্তবে মপাবি নিংথৌবদুম, পুবিক্লাই মদাইবেম ঙাইখোং মবমপুগা ঙাইবোইননা ইব্রাং পুবিক্লাই মখোংখাদা ব্রাইথুংলবে। হাযদববা।

---

১। মখযাপ চিকনা ব্রা হায়বা ২। খৌনাওদা পল্লবা থবাক পনবা ৩। কৈ ৪। মোইবাং নিংথৌ ২৬শুবা নিংথৌ
৫। লৌ খোইনদবা সন্দং ৬। খাংখা হৈ নোংগাংহৈ ৭। লাইওববা উ উথুম কৌবা উ ৮। নুংঙাইতনা শোল্লিঙৈদা

সন্তং নাবেং অমসু চিল্লক্তে সেঙ্গাও নমদসু পোবক্তে। খাংখা খমেলপোল মিতম্নসু পুবক্তে। মেল্লোং তনবা হমেং চিবৈবসু চিল্লক্তে। ৱাকযে হি অমদি থাবম্মে। খাংখা খামেল পোল মীতম্নগা পানবোল পানবোলসিংপোন অমদি পুবকএ। মোইবাং নিংথৌ পুন্সিবনা ৱাওইখিএ। নিংথৌকোলোই ইয়াথংবু ইন্দে হায়না মপাবী নিংথৌববু [১]পামেল উকাথানবে, খোংনা লাওনা শিখিএ অদুনুংগীবু ৱাকযে হিথাবম কেগে নিংথৌ ৱাকযে হিথাবম হাযনা কৌখিএ। পাম্বা কৈবেল অমসুং তন্না ফাবে হাযবগীবু পাম্বা কৈবেল খোংও হাযনসু কৌনৈএ।।০।।

৯। মমাংঙৈদা নিংথৌনা মনাই মবাল লৈববশিংবু উ পাম্বী মকং কনবা থাক্তবা উগী উতোন অনি মীয়াম চংদুনা চিংথবগী মী অদুগী মখোং নাম্মা নাম্মা মতোন মতোনদা পুন্সীল্লগা চপ মান্নবা থাদোকপদা মী অদু মববাং সেগাইদুনা খোংনা লাওনা শিএ -মদুবু পামেল উকা থাবা হাযবম্মী।

## কেগে ওকনবেল, মোইবাং থংনবেল

## পুকফাং সপৈলৌ কাইবৈ যেনখালৌ, খোইনাই তাবীলৌ

নহনোং কেগে কয়াবনা, ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌবু পাউথেল্লুইএ। হে! ইবুংঙো ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌ! মযুম কেগে চাওবা পুংবু মোইবাং সাংবযাইদি লৈবক মৈবোম্নসু [১]হাংনা ঙমদা। খোংবান লিকপানসু তেংনা ঙমদে। চিংঙু নংনা হান্না তেংনবো হাযনা পাউমেল্লু ঙৈদা [২]খোইমোম কৌব্রু মপাবি খোইনাই কৌবা অঙাং ঙাবু লোইনাই খুন্দাবদী [৩]লঙ্গোয সরু থোং [৪]লোবেল যুথক চিল, মোইগাই যেন্থা শাবদি, স্না চোংলেন খান চপথাং য়ৌবোং ফান্না কোবৌ নুংথিল পোবোপ অমদা মৈবুল হজাও থাননা, লোইজিং নিননা লোযা ঙাননা খুনগুমলকএ। [৫]খুযোল লুথোকচাও থোকচাও অহনববু মেলদে লিসিংখা মেলতোং নুংগাই চিংগী লমগা হৌবকএ। য়াংলৌ লমশাং

১। শেংদোকপা ঙমদবা ২। নুপাসু নুপীসু ওইবা লাই ৩। সগোল থক্তা তোং ৪। অবিবা লাইগী হাক্ততা লোবেল হায়বসু খংনবম্মী মোইবাং ৫। মোইবাংদা হান্না খুন্দাবম্না নিংথৌ

অমদা লমওক্লবে। খুযোল লুথোকচাও থোকচাও অহনবনা পাউহংলকএ।” কোবৌ নুংথিল পোবোকসিদা মৈবুন হাজাও থাননা, খালৈলৌ নিপাল নোংশা থাবকপা নংবু কনানো? হাযনা পাউহংববু ঐনে ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌগী মপাবিনে। খোইনাই কৌবা মপাবি অঙাং ঙা হাযবদি ঐনে ইপল অৱাং কৌবা মপু নিংথৌনা কেগে খুৎনিংথৌবু ওইকও হাযনা থৌশিবকএ। নংদী কনানো? হায়ববদা ঐদি ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌ চাক্লিক মপান থাবা নোংথ্রৈ মঊ লিংবাগী মপাবী খুযোল লুথোকচাও থোকচাও অহনবা হাযবদি ঐনে। হাযনা পাউতাক্লবদা খোইনাই কৌবা অঙাং ঙানা ঐদি কেগে ইপাচা মোইবাং যাংবা [৬]ইসিংখাইনে; হাযবদি খঙদে হাযনা পাউমেল্লববু অদুনুংগীদি খুযোন যাংবা ইসিংখাইবু নৎতে হাযববদি কাইবৈ যেনসু মখা শেৎ তেকপী ওকপু সপৈলৌনা যেংনশে। তেকপী ওকসু [৭]সাপৈ কাইবৈ যেনসু মখা শেৎনা খুদম ৱাচুম যেংলবসু সোইনাদববগী, কেগে ইপাচা খুযোল ইসিংখাই অবেপ্পা মহাকপু ওইবে। কেকে ইপাচা কোইবাং [৮]ইযেল্লুবু ওকনবে। কেগে ইপাচাবু থংনবে হাযবগীবু কেগে ওকনবেল মোইবাং থংনবেল খোইনাইনা তাবা লৌ হাযনা কৌনৈএ।

## নাচৌ

নহননোং কেগে নিংথৌ [৯]থিঙ্গ্রী নচৌবনা অৱাং কৌবা [১০]লাই [১১]চিংখৈদা, যাওবৌ সা চাঙৈদা। লোইমোম কৈহোংঙৈদা মবান ওতেবক্লবদা নিংথৌ মমাং সং সংবদা য়াওবৌ সা নুবাবী অমা চেল্লম্মে। লিবি তেঙ্গাথোং তেনমৈ লাকনা কা পথোকখিববু সবেল উনবী চাফম লেংনা তেন্না পাল্লবদা যাওবৌ সাদী মনা চাওবম্মে। হাযবুনুংচাবু নাচৌও হাযনা কৌনৈএ। যাওবৌ ঐগী শাফফম অসিবু চাম্মৌ লাকোনবু থাবম্না চংবী খাবাকসু কবম চাওনবু চাওবনো নাচাও কৌববু কেগেতবু থি মোইবাং ৱাংলে হৈনা তানবন সাগা লাগবু পানবু নাচৌল থোন্নে ।।০।।

---

৬। ঈ মবি তিন্নবা ঈশিংথাই ৭। শাগী মশা শেৎতুনা য়েংনবা খুদম ৮।ইসাইকপ তিন্নবা ৯। মোইবাং নিংথৌ মপনশুবা হাওশি নমোইনু শৈশকপা হাক্তক্কী নিংথৌ ১০। মাইকৈ ১১। চিংখৈ অৱাং নোংপোক কচিন।

## খোইজু থাংতেক খোইজুমাল

নহ্নোং কেগে মোইবাং থাংবী লিব্রাহ্নগা, লুব্রাং খবং খোইনুজা মপাতাও অনিনা লোইদাম মেবা থা [১]উলথম থাদা, [২]থাংযি অফবা লৌবু [৩]কাইতে লৌসং সানা থাংযি চহে ঙাকনা লোইমোম ফৌবু সংঙমএ। [৪]লাংবন তৌম্না তৌবিক্লাই, পাখং খোইবাবা চিমেন মপাতাও তাওতবি খাম্বী মৈথোং নিপান হুৎপগা ঙবাং কোবৌ নুমীদাং ফক্লাং লোঞ্জানুংদা ব্রাবিনবকপবু হাযেং লাইবেল ইনোং ঙাম্লগা ফক্লাং লোঞ্জানুংদগী লৌথেকলুববু খুদাং তাং অমা যৈনা সাবোন থিনকামলক্ববু তৌবেল খাংতপ পোবনা লিলহা হাচেননবম্ববু লুব্রাং খবং খোইনুজানা পাউমেনখিএ” পাথৌ মোইবাং থাংবী ইব্রাহলও। তৌতাবিবা অশিবু নংনা কেগে চা পাখং মোইবাং চনুবালক্তা থাঙ্গা হিপনরু লৈকাই “পোইরুববা, তৌবেল খাংতপ্ পোবনা লিলহা হচেন্ননা লৈ হাযনা পাউমেলববু” পাথৌও ঐদি কেগেচা পাখংলক্তা থাংগা লৈকাই হিপনদে পাথৌ নংনদুম নোংবান চানুবালক্তা থাঙ্গা হিপনরু লৈকাই পোইনরুবদুম ওইবিনি হাযনা পাউখুন্নবদা লুব্রাং খবং খোইনুজানা” পাথৌও কোলোয শোবিবা যাথং মীনম্বাবু কবিগী পাউমেল্লকপনো? কোবৌ নোংনা যেং মালেম লৈনা খঙসনো – কুম্বী মৈখু খু বাইসেন ফাম্লা ইক্ খোইজু তোলোং ইকপনা মৈখু নোংলোন কাবদা শাবি ব্রাচুম্নসে হাযদনাতৌবেন্ মসুংলাংগী ব্রাবম অবেপ্লদা তুনুং লা লতোন লোঙ, ইকনা সযি ব্রাচুম য়েংনববু মৈখু নোংলোল কাবনা কেগে যুম্লক চংখববদা” পাথৌ মোইবাং থাংবী লিব্রাহল মৈখু নোংলোন কাবনা সাযি ব্রাদুম খঙলবনিনা পাথৌ নংবু [৫]ব্রাপৈবে হাযনা পাউমেন্নবকএ। তৌবেন মসুংলাংগী পুন পুন খৎনবকএ হাযবগীবু তৌপুন ও কৌনৈদো [৬]খোইজু তোলোঙ ইকনা সাখি ব্রাচুম্নেয়ে হায়বগীবু থাঙতেক খোইজুমালও কৌনৈদো।।

---

১। নিংথমথা ২। ফৌ পাম্বী ৩। লৌসং ৪। বশী ৫। কোইথোকলুববা ৬। ব্রা লাম্লে ৬। অকংবা উনা ব্রানা

## চকপা খুবোয লমলাংদোং

নবম লম্লেন মদাইমা, [7]থোংজাওখা লোক্লেন মসুমাংবু নতৈননা চকপা খুবোই [8]লমলাংতোংও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হাযববদী? নহননোং নোংবান নপুবনা কাওবেন্ শন লাংলুবী [9]বু মোইবাং নিংথৌ অকোংজাম্বনা মপন পলেম থোইযা নিঙোলবীগীদমকপু মপাম থোইযা ব্রাহোংগে হাযনা ব্রাতানববু নোংবান নাপুবনা নতাববগী কাওবেল লাংলুবীবু যাইবী থব্রাই লাঙ্গোনবীগে হাযনা নিংলবগী কাওবেল সযাংথক্তা তোং হুযেন লান চেননবকএ। কেগে মোইবাং নিংথৌ অকোংজাম্ববু কাওবেল মাগী মতুং ইল্লকপবা হাযনা পুক্লিং অকি তুজুংনা কাওবেল লাংনুবীদা পাউহোল্লকএ" সানৌ যোইবুনাই কাওবেল লাংনুবীও নোংবান ঐদী কাওবেল নংগী সযাথক্তা তোংনা মিযেং [10]সানগেদো কাওবেল নংগী নসযাং পোনখৎলো হাযনা পাউমেনববু কাওবেল লাংনুবীনা মালবী সযাং তোংখৎনা পোনখৎলকএ। অদুনুংগীবু চকপা খুবোই লমলাংদোংও' চকপা হাওবালমলাংতোংও কৌনৈএ।।

---

৭। থোংজাওলোককী থোং ৮। লমগী মবক সাবন লম ৯। খম্বা থোইবী হাক্তা যাওবা শাংবা নিংথি পামহৈবা কৌবা সনগী মমা লাংনুবী ১০। শাংনা যেংগেদো

## ঙাইখোং

নোংবান [১]থাংতেক সোকনাইবা মযুমফম্নু নতেননা ঙাইখোংও কৌবদি- ঙাইখোং নিংথৌ অমেবা খোংঙাবানা মপাবি নিংথৌববু, কেগে মোইবাং নিংথৌ পুন্সিবনা লোই হাখিববু লাক্তবে" ইদাইবেম ঙাইখোং থাংশাফবা লোক্লৌ লুমাই তেকসা ফবা ইপাবি নিংথৌববু যাংলৌ লম্মখাংদা লমওক্লও হাযনা থৌশিবকএ। কোবৌ নুমীৎ চুপ্পবু যাংলৌ লমখাংদা ইসক ইচু লৈসিননা সিংলেন অবেম্বদা ঙাইবমএ হাযবগীবু, ঙাইখমমে ঙাইখোংও লমদম লমনুংশি হায়না তেংথানৈদো।।০।।

## কেগে লোক্তাক ব্রাংববেন

হাওযিন লমদী [২]যাঙ্গোইবুং<br>
[৩]মচিন হাওবমহনবা লুতুব্রায<br>
হাওবম নুঙ্গোই যাইমা মিকপব্রাই<br>
হৌ হা, হৌ হা<br>
খুমন যাইথিং অযাম্বা কপ্পলম,;<br>
কেগে লোক্তাক ব্রাংববেন<br>
লোক্তাক ব্রাংববেন কৌবদি

লিক্লাং তাবৌ পবেং কেন<br>
হাওবমতোনবা থাংযানলম<br>
পানখোকপোকপী লমনুংশি<br>
কেগে থোংলেন হানলম<br>
থিঙ্গো পঞ্জাও খা<br>
নোংবান হিনুজাম্বা মবমখৈ নতেননা<br>
কাওবেল সনবী লাংনুবী নিংথিবীনা

থাঙ্গা চিংলক অচনবদগী নাচৌ লম্মহন তান্নবু, লাইজ ইপাক ইযাই খাইনা অব্রা হু হুইদোম লাংবু ব্রানা শিথনা লাল্লকএ হাযবগীবু, নহননোং হাযিঙৈদদী ব্রানা শিথনা লাকপবু লাংনুবী মহাকনা মবাক মযুং সিংচেপনা নাওযেং ঈ ঈকানননা [৪]নাকলূ ফিযানন কাওবেন মশা লুম লুম্না লোক্তাক ইশা মপনবু লাল্লকপবু কেগে লোক্তাক ব্রাংববেনা হাযনবু কেগেতবু থি মোইবাং হৈবাং তানবনা শৈশক্লেএ।।

---

১। লুবাং নিংথৌ ২। কোঞ্জবালম ৩। ময়াম্বা অহল ৪। নুপী ওইবীনা মশা লুমদুন গবভা ওইদুনা সেৎপা ফিসেৎ মওংবু নাক্লূ ফি য়ানবা কৌনৈ

## হাওসেং পললতোলয়া

নহননোং কেগে নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বাগী মমোম লৈমা যোইবেল তোমপোকপী কৌবী অমা সাংনৈএ। লাইবেল মৈদিংঙু নিংথৌ যোইবেল তোমপোকপা কৌবনা কেগে লৈকোয পুংদগী লৈমা যোইবেল তোমপোকপীবু অপাম নুংশি পুক্লিং চংলবগী --হে ইদাইবেম খুন্দাংবা মোইবাং নমোই লৌশিংবাও ৫ইমান নিংথৌ হেপুস্না লাখ্বাদা হাইকও। ৬স্না সেনগী তেংকোৎ খ্বাংচেংবা অসিগা স্না খুদোপ তমফা থিনবা অসিগা ৭স্নাবিক খোইদুম শাবা অসিসু যাওনা চাবৈ ফি খুৎশা অপানবদি পান্দা থোং তাওজিং হৈবাং অৱাইবদি নুংদা চলনা হৈকু পোৎতম সেম, খুবাই নহা ব্রাইবংবা মকাযদা কনা হৈকুববু পুনা পাচা থৌথিল্লুও ৮সেনকু লনম্লুও। হাযনা থৌশিখিএ। যোইবেল তোমপোকপা কোলোস মযাথংবু সামু লুদা থোংনা মদাইবেম নমোই লৌসিংবনা, কেগে লৈকোয পুংবু ইন্দাল্লকএ। লাইবেল মৈদিংঙু কোলোই মযাথংবু কেগে হে পু স্না লাখ্বা ইনিংথৌগী সমু মাংদা থানা নিংথৌ কোলোয মযাথং পুবকপবু পাওদ মজখিএ, হে ইবুংঙো কেগে খুৎনিংথৌ হেপু স্না লখ্বাও, মাক্লৌবেম পোইবৈ মীতৈ নিংথৌ যোইবেল তোমপোকপনা নদাইবেম ঐবু থৌশিবকএ। নমোম লৈমা যোইবেল তোমপোকপী কৌবী অমা লৈ হাযবসু নাতাজৈএ। পোইবৈ ৯চনা খাই ব্রাংলমনা ব্রাতেম ঙমদববু তেম্মীন্নগে হাযনা নিংথৌনা খুদোল কৎনা পাউদমজববু খুৎনিংথৌ হেপু স্না ল খ্বানা পাউখুল্লকএ -ইদাইবেম নামোই লৌসিংবও। ঐদি ইমোম লৈমা যোইবেল তোমপোকপী কৌবদি শাৎনদে, হাযনা পাউখুল্লবদা। নমোই লৌশিংবদি পোইবৈ স্না পুংবু তান্না মবাল ওনতেবক্লে। পোইবৈ মীতৈ নিংথৌদা শাম্মু মখুৎ লোননমা পাউদমজখিএ" মোইবাং লৈমা যোইবেল তোমপোকপী কৌবদি শাৎনদেএ হাযনা নমান নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বানা পাউমেল্লকএ হাযনা পাউদম্লবদা" তৌইগীদি ইদাইবেম নমোই লৌসিংবও! ইমাল নিংথৌগী মচা লৈমা যোইবেল তোমপোকপীদী শাৎনদবা

---

৫। ইকুবোক ৬। সেনসেংগী তেংকোৎ ৭। স্নাগী মবী খোইদুম মওংদা শাবা ৮। কুজা পোৎলম পুদুনা সেন কৎতুনা নুপী হায়জবা ৯। মৈতৈ লৈপাক্কী ব্রায়েন কাতি লাক্কুনা

মহাক্কা হাযনা পাউহংববু" লাইবেল মৈদিংঙু ইবুঙো তাও মমোমলৈমা চিংঙু নোংনিংথৌ অৱাং পাখং যোইবেনবদা [1]কাওচানগে হায়না লোইদাম থাবুম খুদিংদা [2]তুনুং লংহৌ মোইথেল মকা তুলা চাং তম্না থন্নীএ হাযনা পাউতাক্লবদা অদু নোংগীদি ইদাইবেম নমোই খুন্দাংবও অৱা পোৎথাখিনো লোননা অমুকক্কা কেগে লৈকোই পুংদা হলৱাইকুও! মোইবাংদা [3]অমবক ওনতেকুও! লৈমা যোইবেল তোমপোকপীদা লোননা স্না খুদোল তমফা থিলবগা স্নাবিক খোইদুম শাবা অসিবু পীনা অমুক্তগা থেমলুখো। হাযনা পাউমেল্লবদা মাদাইবেম নমোই লৌসিংবদি, স্নাবিক খুদোল পুনা কেগে লৈকোয পুংবু ইন্দাল্লকখিএ। লৈমা স্না যাইগোন্নুং লোন্না চংখিএ।

লৈমা সামু মাংদা ফম্না সামু মখুৎ লোনননা পাউমেঞ্জখিএ" ইবেম্মা লৈমা যোইবেলতোমপোকপীও লাইবেল মৈদিংঙু নিংথৌ যোইবেল তোমপোকপা মযাথংনে। পোইবৈ কংলা মথোন তবেৎ থোল্লাং মৈদা পোইবৈ চনা খাইনা, ৱাংলম ননুৱা তেমঙমদববু তেম্মননসে, থৌদু অদুগুম্ববু যুংমন্না, চেংজা অদুগুম্ববু খিলমীন্নশে, [4]মিতু সকপাম ৱা মিমাং তাংথা ৱা মোমনু খুদোপ তেনৱা, লৌবকশিংকোক ৱা, পাবিং লংসলৱা। মোমনু শুনা হাওতৈ পুনগুম্ববু পোইবৈ তিংঙি ৱাফোংলক্তা লংলা মবেলথিগুম্না থোকমন্নসে। হাযবকএ। লৈমা কোলোই নযাথংবু নোংদা পুহন লীক্লাং পুন, [5]চিংসাং খোইবেল হিগুম্ববু তাংনা খঙলকও। হাযনা নদাইবেম ঐবু থৌশিবকএ হাযনা যাথং লৈশি লৈথোননা পাউথেম্ববু মোইবাং লৈমা যোইবেল তোমপোকপীনা যাৱা খোঞ্জেন মিনা পাউখুন্নকএ" ইশাবী লাইবেল মৈদিংঙু যোইবেল তোমপোকপগী কোলোই মযাথং অসিবু ৱাবম [6]অওকপা মহাক্রে। [7]তৌইগীদী কাওচাবোইএ। লাইবেল মৈতৈ পুঙদা থাজবোযএ। হাযবগীবু [8]কোংযাং ৱাবোল খা পামেল উবোল যুংনা নামু কনাগুম্ববু খঙহন্দনা তেৎনৌ পল্লোন খান থন্নীএ যাথং ঐগীবু হাযদোকঙমদে পুক্লিং অসে অকি [10]সোংকি চংএ। হাযনা পাউখুন্নম্ববু নমোই ফুজা ৱাহোল চৎপনা যাথং

---

১। থাজা য়োঞ্জা কৎচগে হায়না ২। পুক্লিং অনি লোংদনা ৩। অমুক হন্না ৪। মীনা পান্না ৱাহৈ ৫। খোইহিগুম থুম্বা ৱাহৈ ৬। অপেনবা ৭। তৌইগুম্বসুং ৮। নিংথৌদা কৌনবা মীংগৌ ৯। ৱা ১০। কিজবা

নমনা পাউহোল্লকএ” লৈমা স্না নযাথং অথুম্ববু পীনও, পোইবৈ স্না পুংদা হলব্রা ইজবগে হাযনা পাউমেল্লবদা” তযম নমোই লৌশিংবও ফবে অদুনুংগীদি ইশাবী লাইবেল মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইবেল তোমপোকপদা হায়কও লৈমা নশানৌদী কোবৌ নুমীৎ ৭নি সুবগা লোক্তাক পাৎসা লামনা কবাং ঙম্লোননা [১]খাম্বী তৌচেননবগে, লাইবেল ইশবীদি মবৌ খোইবুঙ লৌজাও যাংলৌ লম্মখাংদা লমওকঙমও। হাযনা লৈমা স্না মযাথংবু তাংনা খংহল্লবগী নমোই লৌশিংবদি নিংথৌ [২]মেল্লোং খুদোলপোৎ সাবিক খোইদুম সাবগা, স্না খুদোপ তমফা থিনবগা অনিবু লৈমা সামু খুৎশিন্নবল্লগা নমু কনা খঙহন্দনা পোইবৈ মীতৈ পুংদবু হলব্রাইবক্লে। মৈদিংঙু নিংথৌ যোইবেল তোমপোকপদা লৈমা কোলোয মযাথং নোংদোল পুহাল্লীকুম্ববু যাথং পবেংশিংনা পাউদমলুববদা, লাইবেল মৈদিংঙনা” তযমও অদুনুগীদী পোইবৈ লাম্মী পুমনমকপু যেনখোম খোমহল তম্না সানং লান্নংহল্লো। ব্রাকযৈ হিখুনেৎ তোংজেন লাবা, যাবৌ সাজল খোংতাংববু কাইনা হুনবা, তোংজেং কবুবি ঙম্বা ব্রাকযৈ লুকচিপুংদা তোংচেং উসাপোবদা [৩]কোংযাং যাবল লেংদবিববু হিকু লাইজা ইদা থানা [৪]সেন্দাং যেনথি কুবাক হুমদাং অসিববু খোইজু পাকনম তকনা হিযাং কাংতং থিংনা ঙাইখম্মো হাযনা পাউমেন্নববদা।

ঙসাইঙৈগী লৈমা যোইবেল তোমপোকপীশু, মনাই তৌগল চংনা [৫]হুমাই খোকসাং খলনা মপল যোইকোননুংবু তন্না চঙখিবে। মপল ইব্রাং পুবিক্লাই হেপু স্না লাখ্বানা পাউমেলঙমএ” ইমোম লৈমা যোইবেল তোমপোকপী নংবু নমু কনাগুম্ববু খঙহনগনো হাযনা সালথুপ্লীবা নৎতবা। কবিগী পনম চৎতোক্লকপনো পাউহংঙম্ববু, মমোম লৈমা নিংথিবীনা পাউখুল্লকএ” ইপল ইব্রাং পুবিক্লাইও লাইবেল মৈদিংঙুদি যোইবেল তোমপোকপবু কবিগী সোংকিকবনো? মানবু লাকচা খুদুম কবি চল্লগবনো হাযনা পাউখুল্লবদা মোইবাং লৈমা যোইবেল তোমপোকপীনা যাথং নমহাযনা পাউমেল্লকএ” ইপল কেগে খুৎনিংথৌও, [৬]নকুম্বালগী খুযা ইসিং চোৎতবা, খুদোল তাবা হৈতনা

---

১। মৈ ২। ব্রামেনজবগী পীবকপা খুদোলপো ৩। ব্রা ৪। হিনুংদা সেনদাং অশিবগুম পাকথনা ৫। মখোক অসাংবা হুমাই ৬। নয়াথংগী

পাল্লক্লে। হযেং ইপল নিংথৌ নমান্নবা অমদা কাওচানবদা ইপলগী মমাই চোপকনিএ। ইনিংথৌ নবৈবাক্কী লোক্তাক পাৎসা ঙম্লোননা কবাংথেল মবক্তা কোবৌ নুমীৎ ৭নি সুবগা খাম্বী তৌচেন্নজরুগে। হাযনা পাউমেল্লবগী মপল কেগে খুৎনিংথৌনা পাউমেল্লকএ” ইমোম নপল ঐনদী পনম চৎথোকফবোয় হাযনা থৌখাল্লগদুম কোলোই অনম্বদুম পাউখুম্লকপা অসিবু হাইগনো! হাযনা থৌখাল্লবদা পাউযাদনা হন্না হন্না পাউমেল্লবদা মমোম কোলোয মযাথং মতুং ইন্না পাউমেল্লকএ” ইমোম লৈমা নিংথিবীও কোবৌ নুমীৎ ৭নি শুববগা লোক্তাক পাৎসননা কাবাং খাম্বী তৌজেননজরুবো নদাইবেম কাবোং যুমলেনবম পিবা সেকপা সেক সনৌচাবু ব্রাইবা [৭]শাশিংশু হযেন লানসিং ককলববু লোইনখো হাযনা নিংথৌ অবেপ্পবু তাংনা থংহল্লববগী লৈমা পুক্লিং মথোই তোং মবাল যুমকন্দা নোংযাই সোইবা নাওসুমদনা তবা চাকযোল্লে। ব্রাংলৈ খোমহাল্লে। হয়েং কৌবা ইনোং শোইববগা, যাম্বী কৌনাও চোং সেন্দাং চিল্লোন হেন, [৮]সাদু চিংলাই ঙাননা অঙানববু [৯]খিং খিং যাকাবক্লবদা মপল নিংথৌ স্না যাইগোল নুংবু তালনা যচংখিএ নিংথৌ স্না মথোং খাগী মালেম লৈদা চি পকনাপুবমজবগা, মপল ইব্রাং পুবিক্লাইনা পাউমেলখি” ইমোম পুক্লিং তুংইন্না লোক্তাক পাৎসাননা কবাং ঙম্লোননা খাম্বী তৌচেন্নজরুবো হায়না নিংথৌ য়াথং যাববগী লৈমা

৭। শাবম ১০০ শফাবা ঙন্না ঙাবম ১০০ ঙাফাবা ঙন্না অথৌবা ৮। অঙন্না শামু মবাইবক শাবা চিংমাই
৯। তক তক

পুক্লিং হবাও মথোই লাংনা মপলগী ব্রাকযৈ মখুনেৎ হিবেন্ [১]কাইসাববু ব্রাকযৈ লমতোন [২]তোংজেং অনি লোংববু [৩]হিসাং চোংমং লৈনা খলনা ব্রাকযৈ হিগুনুংদা ফমফল্লে।

মদাইবেম কেগে লাম্মী ৫০০ অমনা খুমু নৌবোং খুৎতা শুনা হিযাং কাংতং থিৎলে। কাবোং যুম্লেনবম পীবা সেকপা সেক সানৌচানা ব্রাকযৈ হিনাও সাবে। লোক্তাক লাইজা ইযাই খাইনা কবাং ঙল্লোননা খাম্বী তৌচেন্নখিববু। লাইবেল মৈদিংঙু নিংথৌ যোইবেল তোমপোকপদি পোইবৈ লাম্মী পুম্নমককা [৪]তিংঙীগুম পুকহুবে খবা কুম্লৌগুম ওল্লগা [৫]থিঙলৌ পনচল্লে। ওক্লেন পনকোযববগী নমু মিযাম শিবে। মদাইবেম কাবোং যুম্লেনবম পীবা সেকপা সেক সনৌচাদী তোংজেং [৬]হিনাওতোলথক্তগী কিনা সামু মখুৎ লোননা পাউমেঞ্জখিএ।" হে ইবুংঙো লাইবেল মৈদিংঙু যোইবেল নিংথৌ তোমপোকপও! নদাইবেম ঐদি ব্রাইবা শাহিংলে হুযেল লাম্দাহিংলে, নমান নিংথৌ হেপু স্না লখ্বা কেগে ইনিংথৌদা কোলোয কবি হাযনবু পাউদম্লুসিবনো তাংজা মবৈতোলবু সেংএ হাযবগী হাওসেং পলতোলযা হাযনা কৌখবে লৈমা যোইবেল তোমপোকপী লোকপা ফাবা হৌবমএ হাযবনুংগীবু চিংহৌ লমদম লমনুংশি হাযনা শৈশক্লেএ।

---

১। হিয়াং হিবেল ২। হিকনা মশক ১ হীনাওনা মশক ১ অমা ওইবা অনি লোংবা ৩। হিগীমকম থুপ্না ৪। উচেনা ইশিংদা লুপ্পা ঙম্না তিংঙী খবাগুম ৫। হি য়াম্না কোইসিন্দুনা ফাবা ৬। হিগী হিনাও মতোল

## মুকাপ

নবম লম্লেন মদাইমদি, নোংবান খৌখুনু মানবা কবাং নুংখং চিং কবাং মপিথেল কেগে খুংলংহঞ্জবী;; মোইবাং মোইবী অসৈবনা মৈবুল য়াদা চিক কবাং ককসাব্রাই। মালসা লৈমা চানু, চনু মচিংলেন হুযেন লান্নীগীদি, নোংয়াই সাইপকপা খুমন সাইদাংবও। মচিংকোকনা হিনাও সা মসোইকনা তেংমাইবে। পাখং সাগন নাম্মনা খোংসাংলমদন হুলনা। লাংবন তেবি মকুতুপনা খোইয়া চিন্দাই মেন্না, ঙামু তোকতৌ থেম্বগা;, হব্রা থেলনুসু কম্বোং মৈজাওগুম্ববু লৈমু সেনতাকনা লৈহৌ সেলঙোইননা থেল্লেন যাইনে।।

নবম লেম্লন মদাইমদি খুযোল খুন্দৌবগী মসোইবেল অঙৌবদি কবাং খোং, হাওবা নহা সোইসেল লমদমবু কান্না চোংলগা হৌবোংগী চিংখুৎশা হৌবোং নিংথৌ মলসাফবা মযুমফম্মসু নাতৈননা থাঙ্গা চিংলেন পললং লমজাও থোইবা, কাবা পুবাংবা নিংথৌ মচিংলেন কেগে মোইবাং থবা নহা লাই মচিংখং নোংচুপ উবা কোংযাম্বী মচিংযোল, নোংযাই মঙং হাওতং চানা নোংযাই মসল পুংবু নবেং তাওবা পিনা খানলৌ চিং। যাবৌ সাগং পবেং অমসু থোংখি যাবৌ সাগংপবেং চিংদী মেলদা যাই অমসুং হাপখিএ। সঙ্গাই যাই নমথোং থাঙ্গা লোক্লেন থোং, লোইমোম ফৌকথোং। থাঙ্গা চিংলেন নপোম তবা সুবা চিংবু নতৈননা মুকাপ অসৈবনা ঈশৈ তেবান ব্রাই মুকাপও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি; থিংবাইজম চনু মচেংখং অবাই বোকপম লৈমা মহুইথৌ, লোইবী চিংকাকলেন সাককমু কোবৌ নোংসাব্রায। নোংলাং অতিংঙাদা যাংলৈ তাওবা হুইখোল সংসং থোকনা খোংপৈবা। চেক্লা খুনু খবং কাইদোংবা, তম্বা হাওক খোইসফবগী ব্রাইবা মতেল চানা পামেন তেবা উতোল থক্তগী কাপথএ হাসবনুংগীবু মুকাপ লমদম লমনুংশিও হাযনা কেগেন সৈসকনা মোইবাংনা তেংথানৈএ।।০।।

## খরাবা খাইচা সোই
## হোইসোল পল
## সমচাই পুকতৈবী

নবম লম্লেন মদাইমাকেগে মোইবাং লৌথিবনা নোংবান সাকাপ্পা চীংগী লুৱাং লাংহৈবী থেলগী [১]যোইমোং থাংতেক অচাবী চনুবু [২]হোয়থিকভৈদা মসানৌ মকশ্বী লুৱাং [৩]লাংলৈমা লৈহাওনু সংনু লৈনুসফবীনা, য়াইবী থৱাই কলহৌনিকনা তিল্লাং মখোই শাওনা [৪]মদু নিংথৌ খুংঙুবা হংগেল তোংবা, তম্বা হাওক খোইসাফবা কবো ৱাবৌথিববু থৌনেক্লুইএ'' ইদুনিংথৌও 'পাইবৌবেম্বা কেগে মোইবাং খাইতোল লৌথিবনা যাংমোম থাংতেক অচাবা চনুবু হোইথিকবদা ৱাবম মহৌশাবু থাদোক্লে। নমোম ঐবু চমল থিবীগুম কনাক নিকনা ৱাংলৈ [৫]যুমনথিগুম্না তিঞ্জুম্নবে। ইদু নিংথৌও হযেং কোৱৌ নুমীৎ মৈদি, মবাল লুহোং খোংদোলক্নি হাযবসু নতবে। অদুনোংগীবু থাংলেন খুৎতা শুনা নদোম থৌবাংবীও হাযনা পাউমেল্লবগী মদুনিংথৌ খুঙ্ খুঙৱা হংগেল তৌংবদি থাংলেন মখুৎসুবু থৌদু নুংমাই সিৎ লাইজা খিকফেন চাইনা কেগেনা সৈসকনা মোইবাংনা সৈথানবদি থৌববু খবাবা হাযনা কৌনৈএ। থাংলেন মখুৎসুবু সামু খুৎতা সুনা মদোম লাইজ ইপাকথক্তাঙাইবম্ববু কেগে খাইতোললৌথিবনা নতাববগী মবৌ [৭]খোইবুং লৌ কজাওনা লৈমা যাংমোল থাংতেক অচাবা মনুবু পৈযা মোললক ফক্লোংনুদা কোননদুনা হাপতুনা সাথুপ্লবগী, চেংলৌ সকউদনা হলৱাইবকপবু মদাইবেম মুকাপ অসৈবনা ঈশৈ তেবান্নবকএ।'' হে ইবুংঙো খিঙখিঙ হইবি পুংজা কবো ৱাবৌ থিবও যাংমোল থাংতেক অচাবা চনুদী পৈযা মোল্লক ফক্লোংনুংদা কোন কোন কোন্না সাথুপ্লীবগী চেংলৌ সকউদনা হলৱাইববা হায়না মুকাপ অশৈবনা ঈশৈ তেবান ঙম্বাবু

১। লুৱাং চনু ২। নুপী লৌনবা থিকভৈদা ৩। হান্না লৌবম্বা নুপীগী মমিং ৪। মৌপ্ৱা নিপা ৫। অথৌবা
৬। পাম্বীদনা ফৎতবা অমনবগুম্না ৭। মবৌ লৈনা শাওনা

নাতাববগী থিংলৌ নিংনা তেনা হলব্রাইখিবে হাযদববা? থাংলেন মখুৎসুনা পৈযা মোনতুপ ফক্লোং তাইকোল খাইনা যানথৎপবু যাংমোম থাংতেক অচাবা চনুদি তাংজা মকতোলগা সামু মখুদোলগা খাইনা তুপনা যানথৎলে হাযবগীদমকপু খাইচাসোইও কৌখবে। [৮]মাক্লৌবেম কেগে মোইবাং খাইতোল লৌথিবনা হেকঙাই মপাউ চাওনা হোইসোল্লম্লে 'হোইসোল পলও" হাযনা কৌনখিএ। লৈমা মপুক মবিল তৈনা তাওথোক্লমমে হায়বগীবু পুকতৈবীও" থোন্নেএ। যাংমোম থাংতেক অচাবা চনুগী [৯]মাল্লৌ মকা লাকনা থাংজিং কেপাক নাপকপবু সালওনখি,। [১০]খাংবম খোংলি নকাবীচানা খামোন লিক্লাইববু সালওনখিএ। যাবেল [১১]খোংজিতোলনা হৈংগক লাইজা ইমাইসিবু সালওল্লে। সামু মহকচাংদী [১২]খুঞ্জান মচি কাইবংবা মসোইবেল পোম্বী উবোক সিযাল্লম লম্বু ইন্দালনা থাখিএ হাযদববা।

৮। মবাই ৯। মনা নাকননা থাংজিং মনা ওনখবে ১০। মঙকশম মবিনা লীক্লাইবী ওনখি ১১। মখোং খোংদোন্না হৈংগাক ওল্লে ১২। মসা হকচাংনা উচেক উবোক ওন্দুনা খুঞ্জান মচি কাইবংবগী পাৎ সোই লু থুমফমদা পাইখিএ॥০॥

## পোম্বী উবোক সিযানলম
## খুঞ্জান মচি কাইবংবা

নহননোং খুঞ্জান মচি কাইবংবনা লেপ্লে [১]অকুমসোই, ব্রানচেং [২]অকাসোইবু সোই লৌদুনা সোইসেননৈঙেদা। মশানৌ মকন্বী তাল্লোযগীদমক্তা ঙাখা [৩]খবংবীচা মীৎতাংবী নোংবান থৌবৈবীচাবু [৪]স্না যোই থোল্লকপবু মশানৌ মকন্বীদা ব্রাইথুংলবদা মকন্বী ব্রাঙু চেংঙা চনু ইবা খম্বল চাওবীনা পাউমেলখিএ।" ইশাবী ইবুং মনাই খুঞ্জাল মচী কাইবংবাও নংবু লম্লক লুথুম্ব ইথৌ থৌঙম চৎপবু [৫]মনুং থোংগা পবৈনবা [৬]নুবা খুদৈ মাইতৈনবা [৭]চোল্লাং অফাওবী লনহোনববু লৈবা মাল্লে। নংনা ঙাখা মিৎতংলেং নোংবান

১। কুম্মকপা ঙা ফাফম লুফম ২। কাবকপা ঙা ফাফম সোই ৩। ঙাখা মকুপ ৪। স্না থোল্লকপবু ৫। শাবোই মাইবোনবা (নুংশিনবা) ৬। হকতিন্নবা লোইনবা ৭। পৈশা তানবী অফাওবী

থেথৌবৈ চান্বা চাবু কোবৌ থৌবৈ চাক্কোযননা যোইথোল্লকপা অসিবু । লেপ্লে ঙামী খুৎচুপ্ "ব্রানচেং সুজানম্না ব্রাইথুংলযে হাযনা পাউমেল্লবদা খুঞ্জান মচি কাইবংবনা পাওখুম্লকএ" ইশানৌ যোইবুনাই ইনেম্মচাও ব্রাঙঙ্ চেংঙা চনু যব্রা খম্বল থিবীও। ঐদি কবিগীবু নুবা খুদৈ মাইতৈনবনো, চোল্লাং অফাওবী ললহোনবীবু মনুং থোংগা থোংবা পাবৈনগদবনো? নপাম কেগে লমনা তাম, নদু মোইবাং লম্না থাপ্লগী, লেপ্লে ঙামিৎ চুপ, ব্রানচেং সুজা নম্না ব্রাইথুংলববনে। নংনা থাজদববদি, নংবু পোকপা কাইদোং লৌচিংবু লমদম সাংনা মযেং লকও, ঐগী [৯]মুকক্লবা ইশংশা [১০]সদলবা ইকাইফম সোইবেল ঐগী খমঙাকসংদা খাম্বী মৈজাওহৌনা মৈখু নোংলেন কাহল্লক্লে সোইক ঐগী পল্লাং থক্তা [১১]লৈতাল পোম্বী সেক্কী উবোক অঙৌববু পোম্বী মশাককনা যাল্লককে, নংনা মিৎযেং সানখৈবকও, হাযনা পাউমেল্লম্লগা সোইবেল মাগী খল্লাংসংদা কুমথখিএ। লমশং যাইবেক সংবু যৌববদা খাম্বী মৈজাও হৌগৎলগা পোম্বী সেক উবোক অঙৌবগা পোম্বী মশা ককনা সোইযু পল্লাং থক্তা যাল্লকপবু মোমনু তলোয মকম্বী ব্রাংঙ্ চেংঙা চনুনা মমান মচাগী মৈখু নোংলোন কাবা পোম্বী মসা ককনা ফৌববু ঙৌনা উববদা ইমান মচা মচি কাইবংবা অসিবু নুবা খুদৈ মাইতৈনবা লৈতবা মাল্লে হাযনা, ইমান মচাগী ঙাথি মশংশা লমকেৎনা মকাইফম্বু ইপাম লম্না তাম ইদু খুলনা থাপ্লনা তৌবা মাল্লে পোম্বী মশা ফৌবা মৈখু নোংলোন কাববু থাপনা উই হাযনা শাবি [১২]ব্রাচুম্লবম্মী অদুনোংগীবু পোম্বী উবোক সিযাল্লম খুঞ্জাল মচি কাইবংবা মসোইবেলও হাযনা কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা শৈথানৈএ॥০॥

---

৮। পৎনা পুম্না ৯। পিকতক্লা শাবা শং ১০। পোৎথাবা শংলৌশংগুম্বা ১১। পাইবকপা উচেক্কী ১২। ব্রাসকনবা ব্রা চুম্লম্মে।

## সামুককোল

নবম কংলৈ মদাইমদি, ঙাংখা পাৎ সৌবোল্লোয়বু নতৈননা [১]মোংবা ঔগ্রী কোল ঔগ্রাকোলও, ঙাংঙোই সামুক কোল (সমুকোল) কৌবদি, কৈদৌনোংগীনো হায়না হায়ববদি! ঙাংঙোই সামুককোলও কৌবদি নহননোং কেগে খুল্লেপকে নিং মোইবাংনা খুন্দাগে হায়না তোকমু লৈতং ফেল, মালেম লৈকম তাওনা তাও। কাওবেল সন্গোন শেম্না মালবী শলযাম কিবমম্মে ঙাংঙোই সামুককোলও কৌবম্মে।

## থাঙ্গা

নবম লম্লেন মদাইমদি, লৈকনখোং খম্বখোং যাইদিংখোংবু নাতৈননা খুযোল খাংখকুংবা মসোইবেল। থাংলেন লুচং সোইবাবা তযুমখোং। য়োইবু লৈমা নোংকাই নিংথৌ চনু যৱা ফল্লং চনবা, মদুনিংথৌ যোইবু নহা ফনৌজাম্বা মসোইবেল। মৌবী উঙাম ঙমজাওসোই থাংগা মুঙবী খোং চিংলক অচনবা। চিংঙু খোইযুম চিংনিংথৌ, নোংপোক নিংথৌ থেকং অহানবগী মপাবি, খ্বাই লুৱায অনিবু সাবেং পুহাবা নিংথৌবনা লাইজা ইবানখোং থাংগা অচলববু তেংথাজবক্কে।

থাঙ্গাও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি নহননোং থোংনাং তখেন মপুংযাইদা তাখেন সুবন লাইববা কৌবদি লৈবম্মে। তবা মানা চাকথুং ৱাংলবগী খুল্লক তবা চাক্লি চংপদি [২]খোইমোম লাইফদিবী অমা লৈবমএ। খোইযুম লাইবেম্মবু [৩]শামু খুঙমথিনা ৱাবকএ। মোংবা মাগী সংলেযাইদা চাবৈ মফি মুলনা [৪]যাঙ্গোনমীন্নবে। খোইযুম্বা নোংদমখোল চিংঙু ৱাযেন হেনফদবনা, তাল্লোই মকুম্বী ওইনা পান্নববদা মপাবী নৱা নিংথিবা অমবু সাংনবে। কোবৌ নুমীং অমদি খোইযম লাইফদিবীনা হাইএ।” সাবী ইবুংঙো তখেন শুবন লাইববা, ইপাবি অমসু শাংনবে চাবৈ ঐগী ইফিজেৎপু পীনও হাযনা পাউমেলববু মথংলেন তখেন সুবন লাইববনা মপুক্লিংগী

---

১। ঔগ্রী হংগেন ২। লম্লৈমা হেল্লোয় ৩। মখুংনা লাকনা ফানা তৌদুনা ফাবা ৪। লৈমীন্নবে

কোলোয ময়াথংবু নুংশিবদুনা।" সানৌ যোইবুনাই খোইয়ুম লাই চনুও চবৈ নফিজেৎপু অসিনে হায়না পীনখিএ খোইয়ুম লাই চনুদি চাবৈ মফি পীববগা খোইয়ুম [৫]তননা লাই ওইখবে। খোইযুম লাইবৈমা মহাক্তি অহোং অচাও ফংনা চবৈ মকা ফোং, মাল্লৌ মীমাং তাকনা তানফংনবে। খোইযম মানা লাই ওইখববদা, লাইবা অতোল অতানা তবা [৬]চাক থুংব্রাংলবগী তখেন শুবন লায়ববা চিংঙু নবাইবকপু কবম থিবনো হায়না মপন সুবন লাযববদি মপাবি নব্রা অপীশা পললেম লঙ্গোন হাংলববু সামু নমদা পোদুনা নব্রা নংবু চিংঙু নবাইবকপু কবম থিবনো হায়না মপন সুবন লাযববনা হন্না হন্না মীকপখিএ" পাবি নংবু চিংলেন [৭]নোংলাওথিগুম মিকপ্লগনো॥ মপন শুবন লাইববদি লাইবা অতোন তাবগী খুল্লক তবা চাক্রি চৎপদা মপাবিবু মোংবা মাগী মবানযাইদা থন্নম্মে, মপাবি নব্রা অপিশাদি মপন পলেম মমা অনিমকনা [৮]লৈবাই খোইবী তৎপগুম তৎনববদা থোংনাং লাইচুবিদা কনলৌ হে লৈতং থাবো মনাববু লাবা হৈশোই থাংনা

৫। লাই অমুক ওইখবে ৬। চানবা লৈতবদগী ৭। নোংখোংবগুম মীকপনবা ৮। মপাগা মমাগা তৎনববদা

ক্লাবু তংখাই তাবগুম খাইনববা [১]নোংপোক হাওশম নুবাবী শম্বুমনানা শামু নমদা হন্না হুলাল লাম্লবগী যোইময়াই লাইবেল অঙানবদি ময়ুম থোংনাং ময়াং পাংখিববদা [২]চিংঙু মৈনা উযাথেল খমনুং মৈনা খোকমৈ নেম্না থাঙ্গা তোনবা নবনশিবক্লবদা মপন মবান যাইদা অঙাং হেকমাই মপাউ চাওনা মিকপ্লবগী মপল পল্লেম মমানা মপাবিগী নব্রা মীকপখোলবু তাববগী মবান মোংবা শংলেনয়াইদা চংলক্লে। নব্রা অপিশাও হেকঙাই নুংযেংনা মিকপ্লগনো পলেম নমা ঐগী [৩]খোইবি ললকুবু তাও। হযেং যোইমযাইনা ব্রাংনা কা থাবী ব্রাংনা তাল্লক্লবদা নয়ুম থোংনাং নপুংযাইগী লাইজ ইবম অচৌবদা লেম্লৈ অকুম্বা ব্রানচেং অকাবা ঙাবু লেমলৈ [৪]চোপতা থেমমো [৫]খোইযম অঙানবা চিংঙু

১। নোংপোক চিংথৈ হুনখিদুনা ২। লাইগী মশক ওইবা নুমীৎ মৈনা ৩। কান্নবা লনগী ব্রাবু তাও ৪। খোই চোপতুনা ৫। ইকা ইকুমদা কুমদম্বা লাই

কুমদম্ববু লাইজা ইবম অচৌববু ইননা কাবক্কনিএ। নৱা অপিশাও নংদি পুক্লিং অকি তুজুংগনো খোইযম চিবেল লাংলেল থক্কী তমফা যাইপোকপু শামু খুংনা ফংনা [6]তুমসংচও' হায়না ললকুবীবমমে। পলেম মমা লাইফদিবীদি খোইযুম তননা লাই ওইখবে। কোবৌ লাইবেল ইনুং কৌবা শোযববগা মযুম নোংপোক মৱায়দগী [7]থাবী খেনগাবকপা অঙান খেনচোংলকপদা লাইজা ইবম অচৌবগী লৈবাই মুংবী চংদোল থক্তা লেপনা লেম্লে, চোপতা থেমনা ঙাইখমখিএ। খোইযম [8]পাফন অবিবা তুবী চিবোং হায়নাইবাবু লেম্লে ঙযাম লোইননা লাইজা ইবম ইলনা কাবক,। নৱা লেম্লে চোপতা থেন্নম্বনা অকিবা পুক্লিং লৈতানা খোইয়ম চিবেল লাংলেলথক্তগী মনি যাই তোমপোকপবু সামু খুংনা ফংনা সংলুবু মনি যাইদী ওইবমদবে, থাংলেল যাহওইববু ওইবম্লে। থাংলেন যাইওইববু শামু খুংনা ফংনা পাইদুনা মবাল মোংবা সংলেযাইদা [9]চেনগাবক্লে। পলেম পাউতাক মতুং ইন্না [10]চাম্লৌ লাগা থা [11]তাওজিং হৈগা যাও [12]চুহী খোইহি যাওনা ইবাং মশিং শুনা খুকমজবে থাংলেন যাইওইবা [13]মবলকীগী মপাবি নৱা মহাক্তী লাইবা মদোম কোক্তুনা তবা অচা অথক ৱাংতনা চাবৈ অহনবা তমদুনা তযম [14]মনাইসিংনা কাওবেল সললোইবে, খোইযম মবলকুগী মপল সুবল লাইববদি তবা চাক্লিববু মপাবি নৱা অপিশানা নুংঙাই যাইবী মবাং কাইনা হবাও মথোই তোংনা পাল্লে। হাযবা তাববগী মবাল থিংলৌ নিংনা তেনা হলৱাইবক্লে পালমীন্নববু ম্না সলযাম লোইবে, থোংনাং মবৈপাক তাখেন মবৈকায়না হাইনখিএ। তখেন সুবন

৬। সংলো ৭। নুমীৎ থোক্লকপদা ৮। শিংলী পাফনগুম্বা লাইবেন ৯। চেনখংলক্লে ১০। লা ১১। হৈ ১২। চুহি ১৩। লাইগী মবল পীবীবা ১৪। মনাই মশল লৈবক্লবা

লাই্‌ববা অসিবু মবল লঞ্জাও যাম্না লোই্‌বকপা কবিদগীনো হায়না [1]সোলমোনববু। থোংনাং তখেন মনিংথৌ সচমনিক হনুবনা নাতাববগী মদাইবেম তাখেন শুবল লাই্‌ববু পাউকৌখৎনা তাঙ্গা মানা ললযাম লোই। মবল যাব্রা ললযাম লোই্‌বা অসিবু পাউহংগে হায়না মিকৌখৎলে।” তয়মও ইদাইবেম, ঐগী হায়বা পুক্নীং চংগনো, নিংথৌ ঐগী কোলোয় ইয়াথং অসিবু পাউখুমও। তয়ুমও নংবু নহলঙৈদদি লাই্‌বা অনং অতোল অতা খমখু অযেং চেংলম্বনে, হৌজিক্তি। নংনা নবল লযাম লোই্‌বকপা অসিবু খোই্‌য়ুম কনাগী মবলকুনো ননিংথৌ ঐঙোন্দা পাউতাকও। হায়না পাওহংলববু তখেন শুবন লাই্‌ববনা শামু খুৎপু লোনননা পাউখুমজববকএ।” ইনিংথৌ ইবুংঙোং নদাই্‌বেম ঐনা খুল্লক চাকনিকব্দা খোই্‌মোম লাই্‌ফদিবী অমবু লমওক্লকব্দগী নদাই্‌বেম ঐনা শামু খুৎঙম থিনা ফাবকএ। ইবাল মোংবা ইবালযাই সংলেন যাই্‌দা তালোই ইরুন্বী ওই্‌না পানমীন্নববু ইপাবী লৈবাং সফবা অমবু সাৎনববদা খোই্‌য়ুম লাই্‌বেম্মা মহাক্তী অদুম তননা লাই ওই্‌খবে। নদাই্‌বেম ঐনা তবা ইচাক ব্রাৎলবগী পাবি লাঙ্গোল ঙমদনা ইবাল মোংবা সংলেলযাই্‌দা থনম্লগা নদাই্‌বেম ঐসুং খুললক তবা চৎলিঙৈদা, ইপাবিনা পলেম মমা মিংথাং লৌনা মিক প্লববু মমা খোই্‌য়ুম লাই চনুবানা নতাববগী মবাল মোংবা মবাল যাই চংলক্লে। মপাবিবু খোম্লাং থিক্লেন মাইওকননা পাউমেল্লকএ” পাবি নব্রা অপিসাও হযেং লাই্‌বেল কৌবা ইনুং সোই্‌ববগা লৈবাই মুংবী চংদোলথক্তা লেম্লে চোপতা থেমদুনা ঙাই্‌খমমো তুবী পাফন লাই্‌বেল চিবোং হায়নাই্‌বাবু লাই্‌জা ইবম ইলননা কাবক্কনিএ। পুক্লিং অকি লৈতনা তাংজা লুবেনতোনগী তমফা যাই তোমপোকপু সামু খুৎনা ফংনা সৎচও! মোংবা সংলেনযাই্‌দা ইবাৎচৌও! হায়না পাউতাকমেলখোনগী ইনুং কৌবা সোই চিংলেন নোংগা ঙাল্লবদা পাবি নব্রা অপিশানা লৈবাই মুংবী চংদোলথক্তা [2]ঙাই্‌খম্ববু, খোই্‌য়ম মবলকুগী চেনফদা তুবী

১। ঙাংনা সোননবা ২। ঙাই্‌ববু

হায়নাইবা খোইয়ম চিবোঙ পানববু লাইজা ইবম ইলনা কাবক্লবগী মোংবা সংলেন য়াইবমদা শামু খোংনা য়াংনা চেনগাবক্রে। পাবি নব্রা অপিশনা চাল্লৌ লাপান থা তাওজিং হৈপাল য়াওনা ঘী খোইহি শঙ্গোম যাওনা ইবাৎ মশিং শুনা ইবাৎচবগা খোইয়ম মবলকুগী য়াব্রা ললয়াম লোইনা তবা চাসিং ব্রাৎতনা পাঞ্জবা অসিমঙাইএ হায়না শামু খুৎপু লোননা পাউখুমজখিএ।" অদুনুংগীদি ইদাইবেম থাংলেন নংগী য়াইওইববু লৌকও হাযনা নিংথৌ স্না য়াথং পাউমেল্লবদা মবাল মোংবা সংলেনযাইদগী থাংলেন যাইওইববু লৌকবে। নিংথৌ স্না মখোংখাদা কৎলবে। থোংনাং মনিংথৌ সৎচ মনিক হনুবনা" তয়মও থাংলেন মবাক তম [3]কচেং মযুং ওননা সাদমগে খোইয়ম মবলকুদি লৌবীবোইএ হায়না কচেং থাংশাবনা খাম্বী মৈফম লিং মৈবি থিলকাম্লনা থাংলেন মবাক তম কচেং ময়ুং তমনা সাদমখিএ। থাংলেন য়াইওইবদি তখেন শুবন লাইববদা পীনখিএ। থোংনাং মনিংথৌ সৎচমনিক হনুবগী থাঙলেন সিলতম থাংসু থাংলেন মযাইগা কচেং মঙান হকলবগী। তাখেন সুবন লাইববগী থাংলেন মখুৎসু খোইয়ম মবলকুবু থোংনাং তাখেন মবৈপাক্তা লৈঙমদববগী তমফা মঙাও হৌনা কোবৌ নোংলোন্দা পাইখিদুনা কেগে লোক্তাক ব্রাংববেন্দা তাখিএ। খুয়োল থাংখকংবা মসোইবেদা মৌবী উঙাম ঙমজাওসোইদা থোংনাং ককসৌ সবাকবু [4]লুবেন মবুক ফাৎনা কাবএ অদুনোংগীবু থাংকাও লমদম লমনুংশি, কেকে থাং, কাই-সোই লমনুংশি হাযনা কৌনা সকনখিএ॥০॥

নবম কংলৈ মদাইমদি থাংগা চিংলক থেলেন যাইবু তানা খনবালাইনিংথৌ চিংঙু নংবু চাউবসুং মিৎকুপপু ফাদা, যানা কুপ্লবু ফাদবা লাইনিংথৌ অকবাও চিংঙু নতিক অকববু নদাইবেম ইব্রাকমনা কংলৈ তেংথা ঙল্লোইএ হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবসনো...॥০॥

---

৩। কচেং-কজেং-থাং ৪। লূগী ময়াই খাইনা

## ঙাচাপুং

নহননোং চিংঙ্গু খোইয়ুম লাইনিংথৌ [১]নোংপোক নিংথৌ থেকং অহানবা মপাবি [২]খ্বাই লুৱাই অনিনা মপল কুরু শিদবগী মাব মখোংখুনবু থিবকঙৈদা [৩]সবেং পুহান নিংথৌববু লাইজা ইবানবীও হায়না পাউকৌবদা সাবেং পুহান নিংথৌবনা পাউখুম্লকএ লাইজা অকুবু ইবানবদি নমু মীপুম অনিদি পুঙম্লোইএ। তোপনা তোপনা লাইজা ইবানগে হায়না পাউখুম্ববু মসানৌ খ্বাই অতোনবনা" সাবীও লেপ্লে অসিবু মবৌ চাওবা মালএ। ঐনা হাননা লায়জা ঈশিং অকুবা অসিবু ইবানগে হায়না থিনবী চৈসু খুৎতা সুনা লেপ্লে ঙাযাংথক্তা তোংখৎলে। লাইজা ইযাই যৌবকপদা সাবেং তাংজা লুবেতো[৫]দা [৪]চৈবিবে। [৫]কোং কংফাল ইকংথক্তা চিংখৎলে [৬]খাম্বী তাম্থোং যৈনা লৌদুনবু চাএ অদুনুংগীবু লেপ্লে ঙাচা পুংও হায়না কৌনৈএ।

## ঙারম ঙাসাপুংও থারমও

নবম কংলৈ মদাইমদি যাইদিং খোংলেন যাইদি তানা খনবা লাইনিংথৌ খোইয়ুম থোযববেল মচা অহল, খোইয়ম নংবু তাথিবীগনো, চিংঙ্গু নংবু অবাই লাংবীগনো, ইৱাকমা ঐনা নিংলবোয ঙমদে, খোইয়ম ঐনা কাওঙমদে, চিংঙ্গু নংবুনদোম লৈজহল্লমগে। ইৱাকমদি ইমাই কেগে পাংনা, হৈনা মতুং ইলনা কংলৈ লমথোল ঈশৈবু শরুৎলক্কে। নবম কংলৈ মদাইমা, থমংপাৎ থমংখোং লেপ্লে ঙবিসোই ঙাথোকপাৎপু ৱানচেং তানা খনবা লাইনিংথৌ চিংঙ্গু নতিক অকুববু ননাইনা কংলৈ তেংথাদুনসু ঙল্লোইএ। ঙম্মোইএ খোইযম কোবৌ পীদোননবীগনো, তযম ঐহাক্তী, ইসং লমসংলক্তা পোৎলোয় লমপুৎলক্তা ৱাকয়ে ঐগী হিবেলবু থাংলোইএ। ইৱাকমসুং নোংবান হৈনা মতুংইন্না কংলৈলমথোনশৈবু শরুৎচবক্কে।।

---

১। চিংনিংথৌ ২। মচীন মনাও ৩। ঙাগী নিংথৌ ৪। য়ানবীবে ৫। অকংবা লম ৬। মৈদা য়াইদুনা মকু কনথোকপা

ব্রাঙু লৈমা খেংজোম ফবিগী, চান্নৌ লাবিং কোনবু নতৈননা ঙাসাপুং থাবমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি? চিংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ নোংপোক নিংথৌ থেকং অহানবা মপাবি খ্বাই লুব্রাই অনিনা মপল খোইযুম্ববু তানফংলবগী, মপল পন্থৌ মচা অহুম্মক্তি মমাই হাওবৈ নোংচুপ লৈনা পাংনা লাকপনা, চিংলক অচনববু যৌববদা, চিংঙু খোইযুম্বনা সাবেং পুহান নিংথৌবও লাইজা ইবাল্লবো হাযনা পাউকৌববু। মপাবি খ্বাই লুব্রাই অনিনা পাউখুমজখিএ” ইপন খোইযুম্বও সাবেং পুহাল নিংথৌবা নমু তাইবং মীমানবদি শানৌ ইচিল-“নাওনা ইপনগী মাব খোংখুনবু থিবকপদা লাইজা ঈশিংবু ইবানবদা নপাবি খ্বাই অতোনববু লেম্লে চিঞ্জাক চিন্দন্নকপগী থাংলেন ঐগী ইখুৎসুনা লেম্লে চৈথেং পিদুনা খাম্বী তাম্থোং যৈনা লেম্লে লৌনা চাখবে। হাযনা পাউতাক্লবদা পাবি অনিমও সবেং পুহান নিংথৌবদি পংনবু চাফবোইএ লেম্লে ঙানিংথৌ মাবু লৈতববদি তাইবং ঐখোয চানববু লেম্লে ঙাযাম পোকপীনবা লৈবোযএ। পাবি নচিন ননাওনা লেম্লে ঙাচাফম্বু কদাযনো হাযনা পাউহংলবদা মপাবি অনিনা লেম্লে ঙাচাফম্বু চিংনা পুনা তাকখিএ। লেম্লে শাক ঙাক অতাববু খুন্দুনা লেম্লে ঙাসা তমখিএ। খোইযম নমুংবনা লেম্লে ঙাসা লোইববদা সামু খম্বু তাক্লা লেম্লে ঙা নখোযবু সামু লম্বু হেনফবোয। শামু লম্বু হেল্লবদি খোইযম লাইবু ওইযো হাযনা নোংদম্মে। অদুনোংগীবু ঙাসাপুংও কৌখবে সাবেং লম্বু তম্লা থাবম্মে হাযবগীবু ঙাবম থাবম লমনুংশি হাযনা কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা শৈথানৈএ।

## কোমজিন

নবম লম্লেন মদাযমা নোংচুপ লৈমাবী, নোংপোক নিংথৌ খোইযুম্বা অকবা নঙবু চিংঙু নংগী য়াইখংনা সানম তেপতা ম্না নঙেথোনবু পাথাং যৌবৈমেন সাযোনববু ননাই ইব্রাকমনা কংলৈ তেংথাজবা ঙম্লোইএ। হযেং কংলৈ [1]লাথুপ অপীশানা তেংথাবসনো ইব্রাকমদি মালবী খুতপনা মুকমু লৈতোন কোন্না খুকল্লমগে। খোইযুম নংসু নদোম লৈজহল্লমগে। নবম লম্লেন মদাইদি নোংবান নমগন যাংবা সবাবা, ওক্লেন তোমচৎ কাওগুম্বা মিৎত্রে, মঙমসোইবু লৈমু সিনতাকনা লৈহাও সেংঙোইনবা পুলেন যাইদি অথোইবনে।

নবম লম্লেন মদাযমদি কোমচিনও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদি নহনোং লুব্রাং লোযনাই নহা যাওসু তানবনা য়াওবৌ শাবু তাল্লকপদা যাওবৌ শাফাবা লম যাওবৌ শাপাল্লোক, চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা লুব্রাং লোইনাই নহা মহাক্কী সামু মকোকসেৎ লাবা কোকসেৎ ফিবু, মলং মথি নাইনা খমগোন মঙাও হৌনা অকলবা মলং চৈথেংনা লমলেন লৈদা তানা হুনথখিএ। সামু মকোকসেৎ ফিবু কোম কোম কোল্লমএ হাযবনুংগীবু কোমচিলও কৌববু কেগে চথাং মৈনা মোইবাং শুথাং ব্রাইন কোমজিলও কৌনৈএ। কোমজিল থোল মবকতি হয়েং কংলৈ অপীসানা তেংথাবসনো।।

## ব্রাংকোয়

নোংবান [2]লিক্লাবীচা নোংদম্লু [3]পাইমা ম্না লিংকোলনুংগী, নোংবান খোইদোম অহলবা, লুব্রাং মালতোম অতোনবা অনিমনা কংলৈ লমথোনসৈবু সককৎ লকপদা,

---

১। কবিগুম্বা পুয়াশিগী মবক মবক্তা হয়েং কংলৈ লথুপ অপিশানা তেংথাবসনো হায়না থেংনজৈ হায়বিবা মফমশিং অসি লাইফম তিনফমশিংগী অকবা লাইমীং তিনমীং লাইসোল্লোন নত্রগা বাবী মশা অমা ওইখিবা মতোমতা তোঙাম্না ইথোক্তবা য়াদবা মতাং ওইবনা অসুম্না থম্বীবল্লে।

২। লিক্লাং লিক্লাদগী ওইখি হায়দুনা লিক্লবীচা নোংমনু কোই

৩। মহাক্কী মচা

তাকমু লম্লেন মদাইমবু নতৈননা, চকপা তাক্লৌ ব্রাংকোই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদা: নোংবান খোইদোম অহনবা, লুব্রাং মালতোম নহা যাওসু তানবনা সামু মখোই মবিমবু লমওক্লবে, খোইদোম অহলবা মালতোম অতোম্বা অনিমকনা চিংখোং কোয়বা নাওবু নংদী কনানো হায়না পাওহংবদা" চিংখোং কোইবা নাওনে পাউখুম্ববু, নংদি কনানো পাউহংববু মালতোম খোইদোম অনিমনা ঐখোযদি নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মালতোম অতোম্বনে হায়না পাউখুম্লবদা লাঙ্গৈই শগোল তোংলবা নহাক্তী কনানো হাযনা পাওহংববু ঐদি লুব্রাং লোইনাই নহা যাওশা তানবনে হাযনা পাউখুমখিএ। অদুনোংগীবু লুব্রাং লোইনাই নহা যাওশা তানবনে হাযনা পাউখুমখিএ। অদুনোংগীবু লুব্রাং ইপাচা নোংবান ইয়েললু মশেন্নে। নোংবান পা অমা লুব্রাং সলাই অমা তাক্লবম্মে হাযবগীবু পাচাতাক লুব্রাংকোল কৌববু কেগেতবু থি মোইবাং ব্রাংলম হৈমন তানবন লুব্রাং কোল ব্রাংকোল ব্রাংকোই ব্রাংগোই হাযনা কৌনখিএ।।০।।

## কমবোং ফাবী

নহনলোং হৈবেম কম্বোং অথৌবগা, মবোন লোন খুমগা অনিমকপু মাইমু ব্রাখোইনাও সোইসেনবগী লোঙলেন মখুৎসুনা চৈবিববগীদমকনা ব্রাকযৈ হিকুনুংদা লাইজা ইফাই চলনা [1]নোংমল্লে অদুনোংগীবু [2]থাং খুবা চিংদোমপোক কম্বোং ফবিও [3]পাৎলেনকোন হাযনা তৌনা কৌনখিএ।।

---

১। শিবে ২। থাক্সা চিংদগী চৎলগা লৈবা চিং ৩। পাৎ অথোইবগী মনুং

## চিংমৈ নিংথৌ মরমশাং

নহনোং কেগে মোইবাং নিংথৌ কোনম্বা অথৌবা সল্লম থিংবাই ঙম্বদি, চিংমৈ নিংথৌ থাবলনা চেক্লা [১]কোম্থৌ অমা কাপ্লকপদা [২]ব্রাইবা মাগী মতেলচানা কোনথৌ মসুংলাংগীদমক কেগে মোইবাং কোনম্বদা চেক্লা মাবু তম্বগুম ব্রাইবা কোনম্বদী চিংমৈ নিংথৌ চিংসোং থাবলবনা চেক্লা কোম্থৌ কাপ্পদা ব্রাইবা মাগী মতেলচানা কেগে মোইবাং সললম থিংবাই ঙম্বদা ব্রাইবা তেননা পাল্লবগী, চিংমৈ নিংথৌ থাবলবা ব্রাযব [৩]মসালওনা হুয়েল মবম ওইহৌবে। হাযনা পাউমেল্লবগী। মকম্বী ঙাইখোং লোললাং নিংথৌ চনুবানা তাববদা" মপাবি খোবি চিনাইনব্রা অপিসাবু সামু খুজেং পাইনা" পাবি ইবুংঙো নব্রা নিংথিবও নপল পম্থৌবু চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবলবনা ব্রাইবা পম্থৌ লাঙ্গোল হাংলেদো, পাবি ইবুংঙো নংনা অঙাং নব্রা অপিশা ওইবনা নপন পম্থৌ নপাগীদমকপু থোংনাং মযাং মাইতেকপা ফানকক। কবো তাইপোং লৌথিবা মলনকক নৈকাই পু তকক থাংঙি কৈগকক, লাংবল অওনলুক্কুম্ববু নপলগীদমকপু সিংখোং কানা ইব্রোনবী, কাইবম কনানা ইনবীগবনো? কবোং কনানা খুংখুম্বীগবনো? হাযনা মিকপপবু মপাবি খোবি চিনাই নব্রা অপিশানা শাযেং পাঙ্গা চিংনা যাবেন খোংচিক [৪]কঞ্জাও মখৈ নৈতনা পাউমেনখি," হে পলেম ইমাও পাম্থৌগীমদমকপু [৫]লালসিংদবিবমখৈ তবা চাকপু হুকখিবোই [৬]ব্রাংলৈ চিনখুল অমতসু যেংহিবোই খোইযুম লাইনিংথৌ কেগে থংজিং লাইমকনা শোইদনা ননকুবীসনো হাযনা ব্রাশকখিএ। যাব্রা লাহৈ কুমওননা লোইদাম থাশিববদা মপাবি খোবি চিনাইনা ব্রাংলৈ যুহোংগে সাবেল সানৈগে হাযবগী সংলৌ থৌবাংলে নৈকাই খুঞ্জা খোম্লে। ব্রাংলৈ যুগৌবে, যুগৌঙেদা [৭]ইয়ু চিংমৈ নিংথৌ থাবলবা নংসু ব্রাংলৈ যুথকপা য়ওবএ। কৌবৌ নুমীৎ চুপনা ব্রাংলৈ যুথক য়াওববগী [৮]ব্রাংলৈ লোনঙম্লববগী [৯]কোলোয শোবিবা যাথং অঙাওববু

১। উবেং কোম্থৌ ২। তেন ৩। তেননা পাল্লবদা মচা ওইনা পোক্লকপা ৪। অশাওবা ৫। নমল শিংদবিবা মখৈ
৬। য়ু থকখিবোই ৭। ইনিংথৌ ৮। য়ু ঙাওববগী ৯। ব্রাহৈ অবানবা

পাউমেল্লকত্রা?” নব্রা খোবি চিনাই মোইবাং খোইবি চিনাইও পল্ট্রো গোকপদি ব্রাইবা ইতেলচানা নোংমনখিবগী মচানে নংদী হাযনা পাউমেনথোক্লকএ। খোবি চিনাই নব্রানা [10]ঙাইনুং যেংচেংনা ব্রাখল তৌএ। চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবলবদি মবান যুমকুমখিবদা নব্রা খোবি চিনাইগা লোইনা মিন্নখিগে খন্দুনা লোইনমীন্নখিএ অদুনুংগীবু নিংথৌ থাবলবা মবমশাংও হাযনা কৌনখিএ। নবম কংলৈ মদাইমদি নমুংবনে কংলৈ নতিক অকুববু ব্রাকনা কংলৈ তেংথা ঙম্লোইএ। হযেং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবসনো॥০॥

১০। পুক্লিং নুংশি নুঙাইতনা

## ঙামু মৈরোং

নবম লম্লেন মদাইমা ঙামু মৈবোংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি মাইমু ব্রাইখোংশোয়শেনবনা লেম্লে ঙামু মমৈ লোংবা ফাবমএ হাযবনুংগীবু ঙামু মৈবোং কৌনৈ॥০॥

## য়াইতক

নোংবান লুব্রাং লোইনাই নহা যাওসু তানবনা, যাওবৌ সপাল্লোক চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা য়াওবৌ সাযামনা কোইচেননা [1]সঙাই পীবেল যাওবৌনা থকচেন্নবকপবু লাঙ্গোই সয়াংথক্তগী তিমেন মতাচানা মালং চৈবোইনা ফেঞ্জিনখিববু য়াওবৌ থানুং থিংনা চৈবিববগী মালেম লৈদা তুনা লৈবল্লবগী তিমেন মাতাচাবু সংলুববু [2]য়াই ঈনা পল্লমএ তিমেন মাগী মতাচানা ইযাইবু সোইবেল ফুম্লীথক্তা তকথোল্লমএ। হাযবগীবু য়াইতকও কৌনৈএ। কৈবুল লম্লেন মদাইমদি খোইয়ম নতিক অকুববু, চিংঙু নতিক অহকপবু ব্রাকম তেংথা ঙম্লোইএ। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবসনো মালবী খুতপনা খুবমুজবমগে।

১। সঙাই মপী অমা ২। হয়িঙৈদা য়াইওকৌবদি ঈবু খঙনৈ

## তেনপাল পাৎ

নহনেনাং লুৱাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবনা ৱাইবা মাগী মতেলচানা যাওবৌ উলবী চক্ম লেংনা তেননা পাল্লে হাযবগী তেনপাল পাৎও থোল্লমএ॥০॥

## চিংমু মিংজাও

নহনেনাং [৩]ককযেন মীঙম্ব নমু পোঞ্জেলবনা মুনা চাওনা তারকএ অদুনোংগীবু চিংমু চিংজাও লমনুংশি হাযনা কৌনৈএ।

## ৱারোয শোইকু

পাৎলেন মনুং কোনবু নাতৈননা, যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা মহাক্তী ম্না ইচিল তবেৎ সেনল্লুংহনবা খোংলেন যাইবু তানা থনবা, যোইবু খোইমোম লাইবেম্মসু, নাবিল কোলসিৎসু, শিলিকোকনা ফীবোকপী, খোইযুম নোংকাই নিংথৌ চানুও' চিংঙু মিৎকুপপু, যাকুপ্পু ফাদবী, খাবী চাম্মন শিনতাকপী অমাই চাম্মা চাম্মানা শিনবু শি দম্লবী। তোকপা খোংগান্না সানম্বা খোংনেৎনাবী খোইযম নঙম শান্নবী। নতু তোংজেং চান্নৌ লযাৎ তৈবীবু মালবী ইৱাকমনা তেংথাঙম্মোয়এ, ম্না কোঞ্জন অঙাংবদি ফৈনা ফৈ, ককনা ককতুনা কোঞ্জনগে লুপা কোন মচং অঙৌবদি যুংনা যুং ককনা কক্তুনা যাইগদচন, খোইযম ম্না নখোং খাদা ম্না কোনগা চন হুনজগে, লুপা যাইগা হুননা যেনপৎচবমগে॥ তযম ইৱাকমদি নোংবান হৈনা মতুং ইননা কংলৈ তেংথা সৈবু তেংথাজবক্কে নহনেনাং নোংবান খোইদোম অহনবা, লুৱাং মালতোম অতোম্বা, চিংখোং কোইবা নাও লুৱাং নহা যাওশু তানবন, শানৌ মচিন মনাও মবিমকনা হুযেং লাইবেল ইনোংঙাল্লগা নোংযাই ঙল্লোননা খুমনগা তাইননা কংলৈ লমথোনসৈবু সক্লুসে হাযনা লোযনা শিননবম্বগী ঙাংনা শিননবম্মে হাইবগীবু ৱাবোইও কৌখবে।

৩। লাইগী শায়োন তৌদুনা লৈবম্বা শক্তী লৈবা উচেক্লী

সানৌ চিংখোং কোইবা নাও নংনা কংলৈ লমথোন সৈবু সক্লু হায়না কুবীবে, অসি ব্রাদি হাযবনুংগীবু সোইকুও সৈ কুও সোইকুও হাইখবে॥

## কেগে খোরিদাক মোইরাং নোংকাংখোং

[1]সোইকু লম্লেনবু তুংওইননা, কেগে খোবিদাক মোইবাং নোংকাংখোংবুদি নহনেনোং কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা শৈথানবদী সোইবুদি তাকও' কৌনৈএ কেকে খোবি কৌবনা খোং অমা তৌনৈএ মোইবাং নোংকাং কৌবনা সোই অমা সেল্লম্মে, অদুনোংগীবু লমদম লম্লেন অম্লুংশি খোবিদাক নোংকাংখোং কৌন খঙনৈএ।

## অরোং সংলাংমৈ, লুফু কুমদমশোয়, শিনৌ লুচামপাৎ

নহনেনোং কেগে খুৎনিংথৌ [2]থিযাং মিচাওবা স্না মহাকথক্তা যাওবৌ সাচাননা, লেল্লৈ ঙাচনগে হাইবগীদমক্তা ইদাইবেম হাওবোক পানবী ব্রাবা পাদম্বা অতোল কোঙযাং যাবা লানবা নংদী কৈবুল লমনা ইননা যাওবৌ শাশেন্নুও ইদাইবেম খোবি নোংগা নাও নংদি কেগে খোবিদাক মোইবাং নোংগাংখোংদা লৈল্লৈ ঙাসেম্মো। হযেং লোইদাম [3]থামমবদা লেল্লৈ ঙাচানা যাওবৌ সাচানাশে হাযনা পাওমেল্লবগী হাওবোক পানবীদি কৈবুল লমহলদা যাওবৌ শাশেল্লৈ। মদাইবেম খোবি নংসু কেগে খোবিদাক মোইবাং নোংগাংখোংদা ঙাশেমখিএ।

লোইদম থা শিববদা লাংহৈ কুম্বু ওল্লক্লবদা কেগে খুৎনিংথৌনা ইদাইবেম লেল্লৈ ঙাসেম্বা য়াওবৌ শাশেম্বা লেল্লৈ নবান্নীমকপু কারকও হাইনা পাউ কৌখৎলে। তযম নবান্নীকনা য়াওবৌ শাশেম্বা লেল্লৈ ঙাশেম্বাবু, য়াওবৌ শাযাম চন লেল্লৈ ঙায়াম চল্লববা হাযনা পাউহংববু খোবিগা পাউখুমজবকএ।" নদাইবেম ঐখোয়না লেল্লৈ ঙাযাম চন যাওবৌ সাযাম চল্লৈ হাযনা পাউখুমখিএ। অদুনুঙগীদি তয়মাও কুমশি লোইদাম

১। লুথুমফম ২। মোইবাং নিংথৌ ১৩শুবা নিংথৌ

ওল্লকপদা লেপ্লে ঙাচানা য়াওবৌ সাচানসে হাযনা নীংথৌ চাবে মফুবিৎ স্না লুপ্নাবু তযম অনিমক্কী সামু নমদা কুপখিএ। তযম নবিঙানা লেপ্লে ঙাসেম্বা য়াওবৌ শাশেমফম লেপ্লে ঙাশেমফমদা হলব্রাইনবকএ। খোইবিনা নিংখনখিএ নিংথৌ শামু মাংদদী যাওবৌ শাশেম্বসু সায়াম চন লেপ্লে ঙাশেম্বসু ঙাযাম চললে হায়না পাউখুন্নমে পাথৌ হাওবোক পানবীসু ব্রাবা পানচুম্বা অদোল কোংযান ব্রাবা লালবদি যাওবৌ মানা শাশেম্ববু যাওবৌ শাযাম চল্লবমক্লে। ঐনা লেপ্লে ঙাশেম্বদি লেপ্লে ঙাযাম চন্দবিএ হযেং লেপ্লে ঙাচানা যাওবৌ শাচানগে হাযবা নোংদা লেপ্লে ঙাযাম চন্দববগী ঐবু কেগে খুৎনিংথৌনা কেগে মিতুফম মোইবাং মীযানফম্ম থাংলেন কোনসৎনা [1]লাংগোই শবি থোক্লগে হাযবগদবনে হাইবনুংগী সোংকিকুইএ [2]সেল্লোই মপতাও হাওবোক পানবীসুদি য়াওবৌশাযাম চল্লম্নগনি, অব্রা হুসশোললাংলোইএ। পাথৌ ইবানীবু লেমান্নহনগে ইপা তাওগী যাওবৌ মাগী শাবং পনগোইনুংবু অহিং ইনুং শোইয়াইমদা থাংলেন ইখুৎশুনা যানথৎলগে হাযনা নিংদুনা, হৌবেল যোহমযাইনা তাংলৌ লৈনা থেংলবদা মপাতাওগী যাওবৌ সাবং পনগোইনুংবু থাংলেন খুৎতাসুনা যানথৎলবগী যাওবৌ সাযাম পনচল্লম্বদি পল্লালে। সাবেল পললিৎলে। ইনুং কৌবা শোইববগী হাওবোক পানবীসুনা য়াওবৌ সাবং পনগোইনুংবু যানথৎলম্বা উবদা হযেং কেগে ইনিংথৌ থিযাম মীচাওবনা যাওবৌ সাচাগে হাযববদা লম্লোই যেকনা ব্রাগী থিংলৌ পলঙমলা, ওক্লেন পনচাইববগীনা থাংলেন কোনসৎনা লাঙ্গোই সাবি থোক্কবু সোংকিকুএ। ইদোম হান্নদুম অমন খপ্লে কুল্লগে হাইবগী মযুম নোংবান ফৈলৌ চাম্বগী মহৈবোইগা পাম্বা মহৈবোইগা চাবে ফি লমদোম্বা, মাল্লৌ হৈবা ফিনা শামু ঙক্তা কোঙ্গোযশিনা নোংথাংনদি লোইবা ফানা কা হুযেলনিগীদি খিং খিং চাউবা মচন লোংখুবোং লেম্বা ফানাকা যাওবৌচাসু কাইদাংথক্তা চাবে-লাক্লা কিনা নোংলাং [3]অতিংঙাদা যাননা নোংমল্লে।

---

১। ব্রাশক ২। মকপ ৩। অতিয়াদা

মশানৌ মকম্বী লৈমা লোইবেন ফম্বীনা, মশাবীনা মোংবা মবালযাইদা হলব্রাইবক্তুবদা [4]পাইমা পুক্লিং নুংহিক্লনা নিখলখি, ইশাবী ইবুং মনাই হাওবোক পানবী ব্রাবা পালদম্বা অদোল কোংয়ামবা লালবা অসিবু য়াব্রা লাংহৈকুমওনলক্লে লোইদাম থাশিবক্লে সাবী অসিবু মবাল ওনতেবক্তবে। [5]মকম্বী খয়োইবোল চিংহৌনু সকথিবী কমু নুপী কুমওংচৈ খুংপৈবী নিঙোন নুপী, মৈহন চৈমাই নুপী, চকপা চনু লেপনেম্বী তয়োং নুপী সকথিবী লুতুং খোইবাক শাবী, শমচেং ময়া হোংতোকপীসিংনা যৌখান্নববা। নংতবগা অমল খম্নে কুম্নববা [6]শাবী ইবুংবু য়াইথোংশি হুলখিবববা [7]ককব্রা মপাল্লেবু সামু খুংতা শুনা চুম্বা তমখিগে, ককব্রা মপাল্লেবু সামু খুংতা শুনা চিংঙু কোবৌ ইনোংথৌ খোইযম ইকাসা, চিংঙু ব্রাংবা ইবালবা থোংলেন চাবা ইপাল পৈ, লাংজেং চাব ইরু থেংতাও খোইযুম নংনা সায়ি ব্রাচুম্বীও ইশাবী ইবুং মনাই হাওবোক পানবীসু ব্রাবা পানদম্বা অতোল কোংযাং ব্রাবা লালবা অসিবু অমন খম্নে কুম্নববা [8]শিংলেন নচু থাও লৈবাং নংবু লৈমাই সম্মো। মকম্বী কমু নুপী কুমওংচৈ নিঙোল নুপী মৈহন চৈমাই মুবিনা যৌখান্নবদি, সিংলেন নংবু নচু থাও লৈবাং নংবু লৈমাই সমগনো। হাযনা ককব্রা মানবা লৈবু সামু খুংতা সুনা লৈবাক খবা চিংজিন্দা ইমু ব্রানবা তম্ববু শিংলেন লৈমাই ওননা লৈবাং লৈমাই খুংথখিববগী, ইশাবী সমাল মচা হাওবোক পানবসুদি ব্রাবা পাদম্বা অতোন কোংয়াংবা ব্রাবা লালবা অসিবু অমল খম্নে কুম্ন মল্লে, ইশাবী ইমান মচাগী হৈনা মতুং ইন্না মাব মখোংখুনবু লিকগে হাযনা নুপী ব্রাচুম কোক্তা থোং [9]সচিফোই থাগী নিনদুং থাদা মশবী মমাল মচাগী মব মখোংখুনবু লিজবকএ।

মশাবী মমান মচাগী লম্লেকপা মসংসা সাদানবা মকাইফম্বু তৌবেন লাঙ্গংগী চনা যুম্বী কাওচোং ওই, তৌবেন মশা পাং অমনা উবা হুমদাংবু ওই কম্বোং যৌয়াংবনা সংনা কুপপা সঙনা ঙৌনা মানবা শং মুরুকপা মশংশাদী অবাপ্পদা মীংযেং শানখৈবকপবু ঙৌনা লাংনা উরুকবে। অদুনোংগীবু অলোং অলাংসংলাংমৈও হাযনাতৌনা কৌনখিএ [10]মশাবী হাওবোক পানবীসু য়াওবৌ শাশেম্বদি যাওবৌ শকযেং কাইদনা যালনা [11]মরু

৪। ব্রাখল ৫। নুপী ৬। ইপুবোইবা ৭। লৈ ককবা ৮। শিঙেন ৯। গুকনা খুনথোকপদা শজিগী মশক ওইবদা অহানবা থিনখংলকপা মচিনা ফোইদুনা কেনখি হাযবগী শচিফোই, থা অসিদা কুমওনগী অবান চাকখাংঙী ১০। মপুবোইবা ১১। মঙক তংনা

ফুনা নোংমল্লে, অদুনুংগীবু লুফু কুমদমশোযও কৌবু কেগেতবু থি মোইবাং ৱাংলৈ হৈমন তানবনা লুফু পাৎশু কৌবু লফু পাৎও হায নৌনা কৌনৈএ। মশাবীগী তাংজা মকতোলবু মশানৌনা ফৈবা তান্দা থোংনা লাইজা ঈশিংনা চান্নমএ হাযবগীবু শিনৌ লুচামপাৎ [১২]ঙাংখা লুতুমপাৎও কৌববু কোগেতবু থি মোইবাং হৈবাং তানবনা ঙাংখা লুতুম্পাৎও ওল্লম্মে॥

## খুৎকক হায়কক্

অঙৌবা নিংথৌ তবানা হাওতক লাল্লুম্বা খুগা লল্লোক্লুঙৈদা। খুঞ্জাল হিংখু নাইজা খোইমগী যাংবুম তোংবা, খুগা নানবী সোইসেলবনা সোইযু পললাংথক্তা [১৩]পুনুং চেকপা লৈবু লাংথাকপবু চেক্লা ৱাখবেক অমবু পোশ্বী খোংদা থুনা [১৪]ঙমপল্লবগী সামু খুৎনা লাকনা ৱায়া সগেমনা হুযেন লাংগেমননা পোশ্বী মখুদোলবু থেক্তে। অঙৌবা নিংথৌ তবাগী সামু মখুদোলবু থেকপনে পোশ্বী নখুদোলবু থেক্তে পোশ্বী নক তোলসু থেক্তে অঙৌবা নিংথৌ তবাগী তাংজা মকতোলবু থেকপনে হাযনা পাউমেনববু অঙৌবা নিংথৌ হাওতক লাল্লুম্নবগী, খুগা লল্লোক্লুবগী ৱাকযৈ হি হোম্ববকপদা নতাববগী কঞ্জাও মখৈ লৈতনা পাউমেল্লকএ” খুঞ্জাল হিংখু নাইজাও কোলোই নযাথং অসিবু ওনথোকএ হাযনা ৱাহম্লকপবু খুঞ্জাল হিংখু নাইজানা যাথংনমনা পাউখুম্লকএ।” হো ইবুংঙো তাও অঙৌবা নিংথৌ তবা হাওতক লম্মুম্বও ৱাকযৈ নংগী হিনাও কাংদোল থক্তগী অদুবু সংলৌ যেংলাংলা [১৫]খুদাক ঙাইবমল্লা হাযনা পাউমেল্লকপবু। অঙৌবা নিংথৌ তবা হাওতক লম্মুম্লুবনা কোলোয পাউখুমদনা ৱাকযৈ হিকুনুংদাগী তিমেল মতাচা ৱায়কৌ খংনং মচা অনি লোঙবা তাবা খুবাক তিল্লাইমেন্না খাংতপ লাকনা খোক্লাং তামৈ কাংনা [১৬]ফেজ্ঞীনখিববু খুঞ্জাল হিংখু লাইজাগী উনবী থানুং থিৎনা চৈবিববগীদমক্লা মালেম লৈদা তুনা নোংমল্লে।

---

১২। ঙাংখা ঙাংঙোই নিংথৌ পাল্লম্মী ঙাংখা হায়না কৌবম্মী মোইবাং ১৩। হাইগৎলাং ১৪। মখোংদা থুদুনা পনবা ১৫। চাক খুদাপলা ১৬। হুঞ্জীনখিববু

খুঞ্জাল হিংখু নাইজাগী শামু মহকচাংবু অঙৌবা নিংথৌ তবাগী ৱাকয়ে [১]হিকুনুংদা হাপনা পুখিএ হায়দববা? মকম লোকনু লাইনু অনিমকনা লৈবাই মুংবী চংদোল থক্তা লেপনা পাউমেল্লকএ" ইবুংঙো অঙৌবা নিংথৌ তবাও ইপল শামু মহাকচাংবু লৈম্লে ঙামি নত্তেএ ৱাইব নশানে [২]সেংনদবনে। তাংজা [৩]মকতোলদি ককনা পুখিয়ো ইপল শামু মহকচাংদী লৈবাই মুংবী চংদোলথক্তা হুনগৎপিবম্মো হায়ববু মপল শামু মহকচাংদী হুনগৎপীবমদে। শামু মখুজেংদুম ককতুনা হুনগৎপীবম্মে। অদুনোংগীবু কেগেতবু থিবন হুইককও কৌববু হাইককও হাইনা কৌনখিএ।।

## অবোং সংলাংমৈ

নবম লপ্লেন মদায়মা অবোং থোল মবক্তী, কেগে মোইবাং নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বা মহাকথক্কী নিংথৌ মহিশাং নিংথৌ মাগী ৱাকযৈ মখনেৎপু তোংজেং মহিচা ৱাংলম লুমতোনবা তোংজেং নাও অনি লোংবা ৱাকযৈ হিবেল কাইশাবাবু, ৱাকযৈ মহিচাবু কাংশানা থমলমএ হাযবগীবু অবোং সংলাং মৈও হাযনা তৌনা কৌনএ।।

**ফুপ্লেন লৈময়াই ফুপ্লেন লৈতাওসোই**
**ফুপ্লেন হপচলৌ, পুপ্লেন শাহোল্লম**

অবোং সংলাংমৈ নিংথৌ শাম্বা মহিথেল, লৈমা লোইবেল ফবী চাম্মা ইথেলদু কালনা চোং, নবম লপ্লেন মদাইমা, ফুপ্লেন লৈমযাই, ফুপ্লেন লৈতাওসোই, পুপ্লেন হপচলৌ, পুপ্লেন সাহোল্লমবু, ইৱাকমনা মালবী খুদবননা তেংথাজবক্তে। হেপু স্না লাখ্বা কেগে খুৎনিংথৌ স্না মহাকথক লোকখা খংনদা হাওখা তানববু লোইচল্লে। চংনিং [৪]লিকপাল্লোয়বু [৫]লোইদাম কুমওল্লকপা খুদিংদা চংনিং পবেং মঙা লোইথায়ে। হাযদববা? অদুই মতুং থোকপদা নোংয়াই খুমন নিংথৌ চিংখোং থোংগ্রাইবা পুযাম যুপ্লেনবা তলদু লান্থাবা কৌবনা অঙৌবা নিংথৌ তবা হাওতক লাল্লুমবা খুগা লপ্লোকলুবনা খুঞ্জান হিংখু নাইজাবু ৱকয়ে হিনুংদা হাপনা খুগা লাইজা ইবম ইলনা ৱাকযৈ লমওক্লবে।

---

১। হিনুংদা ২। খেৎনদবনি ৩। মকোক্তি ৪। চংনিংগী মওং লীক মখল অমা ৫। থা

অঙৌবা নিংথৌ তবা হাওতক লম্লুম্ববু খুমন নিংথৌ তিমেন মতাচানা ব্রাকযে মহিচাদা শামু মহকচাং তুনা তিমেন তাপাল্লে। হুয়েন মাগী মবলচা খুঞ্জাল হিংখু নাইজা সমু মহকচাংবু [৬]লোক্লৌবে অদুনোংগীবু খুমন নিংথৌ পুযাম যুম্লেনবা তলদু লাম্থাবও কৌএ। নযু অদোল নোংযাই খুমন নিংথৌ পুযাম যুম্লেনবা তলদু লাম্থাবা লেম্লে নাইহাই হৈবা কোলোয় খুজি মানবা মৈখাংবা ইনুং [৭]লিক্লা যাইবু সৈসকপা খুমন লৈসং তবেংবা হাওতক লৈতেম্বা, খুগা তু নোংপোক্তা থৌসাবা নোংযাই খুমন নিংথৌনা হাওখা তানা তাবা লোকখা খঙনদববু পলথেংয়ে। নোংযাই খুমন নিংথৌনা হাওখা মনিংথৌ যেনলাংবা পাউমেলখিএ, কেগে মোইবাং মনিংথোদা চংনিং পবেং মঙা হাবা লৈবাং [৮]মদম মাননা নোংযাই ঐঙোন্দসু চংনিং পবেং মঙা হাও হায়না পাউমেল্লকপদা লোকখা তানা তাবনা চংনিং পবেং মবি হাবকপবু নোংযাই খুমন নিংথৌন পাউমেল্লকএ কেগে মোইবাং মনিংথৌদদি চংনিং পবেংসু চোনগা চোনলী। মথক্তা পবেং মঙাসু হাএ। নোংযাই ঐঙোন্দদী পবেংসু কৌগা কৌই। মথক্তা পবেং মবিদসু হাএ হাযনা চংনিং লিকপাল্লোযবু লংথোক্লে। লোকখা তানা তাবনা নোংযাই পুংদসু হাববোয, কেগে পুঙদসু হাববোয হাযনা [৯]তোকমু লৈতং ফেন্না মালেম লৈকম তৌনা ফুম্লম্মে। অদুনোংগীবু ফুল্লেন লৈমযাইও ফুল্লেন লৈতাওসোযওদৌনা কৌনএ।

[১০]পুল্লেন থোন মবক্তি কেগে মোইবাং নিংথৌ যুমখু পোংলেন হলবনা তবাবা হাপজা কৈবেল সানা হাপলম্ববু যরা থাশিববা লাংহৈ কুমওলক্লবদা তবা চাকনা চাকপুল্লক লোইমোম চাকমিৎ পৎলক পুল্লক্লে। অদুনোংগীবু পুল্লেন হাপচা লৌও তৌনা থোম্লেএ। পুল্লেন থোন মবক্তী যাইইল লৈমা খ্বাং নৌবী লেলতাক পুংথোনবী পুংতু খোংতোবী মদুনীংথৌ খুমুজম খুৎলংলোয, খোইনাইজম সমপোৎলোই, উতোইম যাখংলোয় পাখঙ থাংকোক চুংবুবোয। নুবা খাম্বী তৌজেল্লোয তবা মাইখাংগে হাযবগীদমক্তা মদাইবেম মাইমুচা খোই সানৌ সোইসেলববু সেলবী চাক্লেগুম ফবা তমলৈকেননা যাওবৌ শতিক্লুববু ব্রাকযে হিকুনুংদা যাওবৌ সাযাম হাপনা পুনা হোল্লকএ অদুনোংগীবু পুল্লেন

---

৬। লৌবক্লে ৭। লীক্ল অবংবা য়াইগুম্ববু শৈশকপা ৮। মতৌ ৯। লৈপাক লৈমু ১০। পুল্লেন লমগী মবক্তী

সাহোল্লম হায়দুনা থোন্নেএ। লেন্নে ঙানৌ তাল য়াইঙমদববগী লেন্নে ঙানম শানা পুন্নে হায়বনুংগীবু, লম্লেন লমদম লমনুংশি পুন্নেন ঙাপুমসোহকঁও কৌনৈএ॥

## মচিন মনাও চিংলক, ঙানবা চিংজেন, ককচিং চোংচিং

নবম লম্লেন মদাইমা তোকপা য়েনখৈচিং কথোং কবাং চিংবু নতৈননা সোইখম্বী ঈ নমুং। ব্রাকয়ে চিংদোন ঈ য়াওবী [11]ঙালবা খুমু কৈওইববু মপাবি তাংখু তাংহল অনিমকনা মপন ঙানবা কৈওইববু তাল্লকওঁদা। মপল মাব মখোং খুনবু থিখঙদববগী। থিংলৌ নিংনা তেনা মোংবা মবাল যাইদবু হব্রাইবশে হায়না ঙাংনবম্মেঃ শনৌ মচিন মনাওগী কেলোই মমিং লৌনা মচিন মনাও চিংলক হাইনা কৌখবে মপন ঙানবা কৈওইবানা লানখিএ ঙানবা চিংজেল অচনবা কৌখিএ। ঙালবা চিংজেল অচনববু কাননা চোংনা ঙানবা সোবা নচাওসু [12]মগৈবেল। ঙানবা সোবা লাইহৎপনা [13]থৌবাল ইকল্লাই তুবী কোক অনি লোংবা লাইবেল মমৈ মৈতোম্বা খানৌ [14]লু হনবা লুথুম্বান পোইবা, তুবী মকোক নাম্মনা ব্রাইথৌ খমপুৎ লান্না চাক্তাএ লাইবেল মকোক পাং অমনা ককচিং তোমচিং লান্না চাক্তএ। ঙানবা সোবা লাইহৎথৌবা থাংলেন মখুৎশুনা তুবী মকোক ককলে নোংপোক মাইকৈ লাননা চোংথোকখিএ। হায়বগী চোং চীং কৌখিববু কেগেতবু থি মোইবাং ব্রাংঙম হৈমন তানবনা তোমচিংও কৌনৈ,। তুবী মকোক ককএ হায়বগী ককচিংও হায়না থোন্নেএ॥

---

১১। মিনা কৈ ওনখিবা ১২। মবমদম ১৩। থৌবান লাইনা ওনবা লাইবেন মকোক অনি লোংবা ১৪। মকোক হনবা

## লাইপাই নৌবেংপাই লেংপাই লমনুংশি

নবম লম্লেন মদাইমা [১]য়োইমযাই লাইবেল তাওদলবা মশাবী তাওহুইবেং অহনবগী লাঙ্গোই মখুনেৎপা পাইথৱাই লাইপাই লমদম লমনুংশি নতৈননা, ঙালবা সোবা লাইহৎথৌববু কালনা চোং নবম লম্লেন মদাইমা লেংপাই চিংজিনও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি, ...

নহননোং কেগে মোইবাং নিংথৌ ঙাংঙোই যুমখু পোংলেন হনবগীদমক মদাইবেম মদাইবেম কাইমু যুমগা পাম্বগা ঙানবা থাংলৌ কোযজাগা: খুযোল শমু নাওশা থিবগা মখোয অহুম্মকপু শেনবী চাক্লেগুম কাবা তমলক কেননা লাঙ্গোই শমু তিক্লুও হাযনা থৌশিখিববু। লাঙ্গোই শামু পুনা থিংলৌ নিংনা তেনা কেগে লৈকোয পুং তান্না হলৱাইবকপবু কেগে খুৎনিংথৌনা নতাববগী ইদাইবেম অহুম্না লাঙ্গোই শামু তিকপবু মবান ওনতেবক্লে হাযববু তাবে। যাংলৌ লম্মখাংদা [২]তবা চেংজেন তম [৩]নোইনু থুমজেল হাপ লেম্লে [৪]ঙাচেল তম্না যাংলৌ লমখাংদা লমওক্লুও। হাযনা পাউমেল্লবগীদমক্লা শামু নাওসা থিবগী মোনু তালোই মকুম্বীগা ঙানবা থাংলৌ কোইজাগী মোমনু তালোয মকুম্বীগা মবোং কাইমু যুমগা পাম্বগা ঙানবা যাংলৌ লম্মখাংদা লমওকখিএ মবোং কাইমু যুমগা পাম্বগা ঙানবা থাংলৌ কোইজা অনিমক্তী লাঙ্গোই শামু পুনা সুম্বী ইৱানখোং তুবী লাইবেল পুঙদা লমওক্লবে শামু নাওসা থিবগী মোমনু তালোয মকুম্বীনা "হে ইদু নিংথৌ মবোং কাইমু যুমগা পাম্বও সেল্লোই নপাতাও সাবী ইবুং মনাইদি, খুযোল শামু নাওসা থিববু কদাইদনো হাযনা পাউহংববু মবোং কাইমু যুমগা পাম্বনা" হো ইতা ইমোম ইবেম্মও নথংলেন সেল্লোই ইপাতাও খুযোল শামু নাওসা থিবদি, সেলবী [৫]নুংলাই তাঙনা ঙমপললৌবে। হায়না পাউখুম্বু। খুয়োল শামু নাওসা থিবগী মোমনু তালোয মকুম্বীনা" ইদুনিংথৌ সাবী ইবুং মনাইবু সেলবী নুবায তাংনা ঙমপললিবোয়এ। লাঙ্গোই নখোযনা সাতিকপদা [৬]তাঙ্গা মবল ৱাৎপগীদমক্তা সাবী

---

১। নুমীৎ ২। চাক ৩। থুম ৪। ঙা ৫। কবোগী মনাই ৬। পৈশা

ইমাল মচাবু লাংঙ্গোই নখোযনা শা মমলগীদমক্তা সাবী ইমাল মচাবু লাঙ্গোই মখোয়না শা মমল পীবস্না মাল্লে। হাযনা শামু খোংবু থিননা মিকপখিএ। খোইনৌ মতাশিংগী শামু মবেংপাকপু পাইনা নুংশি হেনসোইনা নিক্লা হেকঙাই নুংযেং চেংনা পাউমেল্লমমে নহননোং লাইবেননা মীকৌনা খুঞ্জালনা তেংথানবদী লেংবানবুদি নৌও কৌনএ। খোইনৌ মতাশিংগী শামু মবেং পাকপু পাইনা মসাবীবু তেংথানা মিকপ নখিবমএ হাযবগীদমকপু হৈবেম নৌবেংপাই লেংপাই লমনুংশি কৌববু কেগেতবু থিবা মোইবাং ব্রাংলৈ হৈমন তানবনা লেংপাই চিংজিলও হাযনা কৌনৈএ॥০॥

## মহা চুমপিং তুমীন লমনুংশি

নহননোং [১]চকপা মহাবাবা কুম উ তাহনদবা চেংলৌ মীংনাইদববু কাংখল কাব্রং স্না কাংখলনুংদা কিযাং মোনতেকথক্তা [২]লাংবন তৌম্না তৌবিক্লাই পাখং খোইবাবা চিনমেন নপতাওবু খুৎথাং থংমা যৈনা খোংঙম্ববু লৈমা হুইচিকনু তাওথোং কাইবিনা, চিনবান, [৩]তৌদ্রি খোংবা অসিবু কবিনো হাযনা স্না কাংখল কাংনা হাইদোকতুনা মীংযেং শানখৈকববু চকপা মহাবাবনা" হা কনানো পাউহংলকএ হুইচিকনু তাওতোং কাইবীনা মমিং মথা পাইনা হানা চেনখিএ মহাও কৌখিএ। লাইজা ইদা চুমপীং লাওনা তাখিযে চুমপীং লম নমুংও হাযনা কৌখবে। তুমীন লৈখি হাযবগী তুমীন লমনুংশিও হাযনসু থেন্নৈএ।

## ব্রাইখোং লমনুংশি

| | |
|---|---|
| নবম লম্লেন মদাইমা | হৈবেমজা চিংখুলজাল |
| লাল্লুম থেলবু নতৈননা | লম্লেন মাদি মদাইমা |
| কাওবেল সলকৎ চিং | খোইযুম্বা লাইহা থেলেনযাই |
| নোংপোক লমযেং চিং | পি থুপ পন্দোম চিং |

১। জুগকী ২। লাংবন থা ৩। বাশি

থবোয় ললঙ চিং মবিং পাউথোল খুলবী তাক্লচিং
কোবৌ অচু চিংৱাংবল অশা চিং, খোইয়ুম্বা লাইগী ময়ুমফম
লাইনিংথৌ চিংঙু থাংচিং কোয়বেল নিংথৌ মকাইফম
নোংপোক লমখৈ চিং খোইয়ুম নতিক অকব্বু
ইৱাকমনা তেংথা ঙম্লোইএ মালবী খুদপননা পুকমজবমগে।।০।।

নবম লগ্নেন মদাইমদি কেগে নিংথৌ [4]উবা লাইচিংখু চিংখু তেলহৈবগী মমোঙ্লোয। মোইবাং লৈমা [5]থোইবীনা সেনবী কবো তমদা কুমনা কাবো তম্না লৈকেননা লোইগুম লোইগাঙৈদা কেগে পোকপা সোবাবেন মোইবাং লাংবুম অবিববু কসা পুক্লিং লিকীননা" নদাইবেম ঐবু খোইয়ুম নবলকুবু শাবি ৱাচুম্লগে। ইশাবী ইবুং মনাই থংলেন ইমান মচা নোংযাই লাইববা খুমন অদোন নিংথিবা পালেম নাওযোক হাংনা পম্থৌ লাঙ্গোল তাম্লবা মঙোন্দা নদাইবেম ঐবু নোংযাই মঙোন্দা ৱাইথুংববু সোইদনা লনকুবীও হায়না ম্নাকোনগ হুন নুপা যাইগা চাননা থৌদু নুংমাই থক্তা শামু মখুদোলনা নম্না শাবি ৱাচুমফমগী খোইয়ুম নুংসুং নদোম লৈজহল্লমখিগে।।

৪। মোইবাং নিংথৌ ১৫শুবা ৫। খম্বগী তালোয থোইবী

নবমনা লগ্নেন মদাযমদি [1]খোইমোম লাইবেম্মা নোইনু থুমওইবী, তাংজা সমপোক্তবীনা তাইবং লাঙ্গোললৈগীদমকপু। পোইবৈ খুনগং কোযনা, পিবেল লাংপক অমনা; লৌবি সেনদোয় লাননাবু তুচোং পললাক্লপবু। খোযযম লাইনিংথৌ [2]লোলফু লোম্লাং নিংথৌ ৱাইপৎ ইখোম্বনা, চেক্লা থৌবৈ চিসোং খাবী পোনবী মকপ তকক্মা চেক্লা মপাং তবেৎমক, কৌবৌ নোংলাং পানদগী; ইঙা কুমদমগে ইঙেল কুমখাইগে হাযবগী; মালং চৈবোইনা পেনমলকপদী। খোইমা নবোলনুংদা খোইমোম লাইবেম্মগা নমওক্লবে। খোইয়ুম লাইনিংথৌনা হান্না পাউহংলকএ। কনানো নংবু যাংলৌ

১। খোইমোম লাইবেম্মা নোইনু থুমওইবী -থুমলৈমা কৌবী লাইবেম্বী ২। লোলফু লোম্লাং নিংথৌ -ঈশিং লাইগী নিংথৌ

লমথিংগনো? হবয়ববু নদাইবেম ঐদি খোইমোম লাইবেনমও। য়াংলৌ লমদম থিংগনো হায়না পাউমেনব্রাই। নবম লম্লেন মখৈ থুমওইবীনে পাউখুম্লবদা ইমোম খোইমোম লাইবেলমও য়াংলৌ লমজাও থিংগনো হাইনা পাউমেনব্রাই। নবম লম্লেন মখৈ নোইনু থুমওইফমবু নতৈননা নবম লম্লেন মদাইমদি চেপপী ব্রাযাখোং ব্রাইখোং লমনুংশি কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হাযববদা।

[৩]নহন নোং কেগে নিংথৌ অকোংজাম্বনা পলেম মমা থোযযা থোইদিংজম নিঙোনবীগী কোংযাং অউল ব্রাহোংগে, [৪]ইশল কাওবেল লাংনুবী অসিনা খোযয়ম থংজিং লাইদা কৎকে হাযনা ব্রাতনববু [৫]নাতাববগী নোংবান নাপুববু ঙাইবোযননা হ্যেন লনচেল্লকঙৈদা চেক্লা পোম্বী চিংচাবোই অমুববু কেগেনা নাচোলবীও কৌনৈএ। যাম্লববু ব্রযাবও কৌএ। চেনবী ব্রাযামবে অদু নোংগীবু পোম্বী চেকযাম ব্রাযাববু ঙাইলোইননা হ্যেন লজেনলকঙৈদা লাইজা ঈশিংদা তাবে অদুনোংগীবু ব্রাযা খোং ব্রাইখোং লমনুংশি তুম্বা লম নমুং হাযনা কৌনৈএ॥

---

৩। ফৌওইবী অকোংজামবা হাযনা খংনবিবা খম্বা থোইবী লাংওনবা অকোংজাম্বগী পলেম মমা থোইযা থোইদিংজম নিংঙোনবীদা উনখিবা বাপুং অসি হৌজিক হৌজিক ব্রাহোংলি। ৪। হাযবিবা বা অসি হোংবা হাক্তক কাওবেল লংলুবী ঙাংবা নিংথি পামহৈবা অসি লৈবে। ৫। ঙাংবা নিংথি পামহৈবগী মমা লংনুম্বী অসিবু অকোংজাম্বনা থাংজিং লাইদা কৎকে হাযনা থৌবাংবদা নোংবান নাপুবনা কনখি মতম অসিদা মমাংদা যাওখিবা লোক্তাক ব্রাংববেল হায়বা মীংথোনশু থোনখিবনি।

## তলাং

নহনোং [১]লোইবী হাওতলাং তালাংই সোইকুমাবগা, কেগে মোইবাং নিংথৌ অনান ঙাম্বানা লোইবী অনান নাকুববু, [২]মবল ওনতেপবু লমওকনবে। অনান নিংথৌনা তা লংবদা তলা তলাং কৌবমএ। অদুনোংগীবু অনান নিংথৌ লাংবও কৌখবে।

## নোংয়াই খোং

নবম লগ্নেন মদায়মদি, হৈবেম অথৌবনা নোংয়াই [৩]লম্লোকওঁদা হৈবেম ইখুঞ্জানা নিননা তানবা, খুঞ্জান ইসুনা কৌনা তানবা খোংবু খোংদৌবমগে হায়না খোংদৌবমমে। অদুনোংগীবু হৈবেম নোংযাই খোংও হায়না কৌখিএ।।০।।

## মোন্দুম

নহনোং কেগে মোইবাং নিংথৌ যুমখু [৪]পোংলেন হানবনাসেলবী কবোনওঁদা রাকয়ৈ হিকুনুংদা মোল্লং মঙৈ খাংবু লাইজ ঈশিংদা তুন্নববু পুখৎলকএ অদুনোংগীবু মোনতুম মোন্দুন কৌনৈএ।।০।।

## খাঙপল

মযুম সেনবী কবোনা কেগে চাওবা পুংবু লোংনা হলনা তাকথোক্লক্লে। মোইবাং লাল্লোই মপুং ফাবনা সেনবী কবো খাঙনবা খুমু নৌলোং মখুৎসু তেৎনী যোৎপল য়োংবনা মলেম লৈগা থোইনা সেলবী কবো খংনববু থোল্লমএ অদু নোংগীবু খাঙপলও কৌনৈএ।।০।।

---

১। চিংগী হাও সোকম্রবা ২। মরাল ওনতেবকপবু মযুম হল্লকপবু ৩। লম্লোকওঁদা লমৌশিনওঁদা ৪। যুমথু পোংলেন হনবা অসি মোইবাং নাইফ বাঙম থবনি। মথাদা মোপ্তুম মোন্দুম লমথোন্দা য়াওবিবা মিশক অসিনি

## মোইরৌ

ঙাংঙোই য়ুমখু পোংলেন হনবনা হাওসি ঙমগচিং কেগে পুম্নাহুপ্না পামেল উবু য়ুংলম্মে হায়বগীবু মোইবৌ কোলতা কৌনৈএ॥০॥

## সাবিক

নহননোং কেগে খুৎনিংথৌ য়ুমখু পোংলেন হনবনা ইদাইবেম মবোং কাইমু য়ুমগা পাম্বাও ঙানবা থাংলৌ কোইজগা, খুয়োল সমু নাতসা থিবগা সেল্লোয় নপাতাও অহুম্না সেলবী চকলৈকুমগা পাদম লৈকেননা লাঙ্গোই শামু তিক্লও হাযনা পাউমেনঙৈদা, নিংথৌ কোল মপাউপুনা সেনবী চাক্লে কুম্না লাঙ্গোইসা তিক্লুববু লংগোই মাংদা হোইনা কাবাকঙৈদা ৫কাওবা য়াইবক শৈযেং পোংগা যাইচল্লমমে। লাংগোই সমু থাওনা লেক্লমমে 'সালেকুও সালিকু সবাক হাযনা কৌনৈএ। সাবিক মোল মবক্তি নদাইবেম্না তেংথা ঙম্লোইএ। হযেং কুংলৈ লাথুপ অপিসনা তেংথাবসনো॥০॥

৫। কাওবা যাইবেক শৈযেং শেংগা য়াইচল্লম্মে, শামুশিংবু পুন্দুনা অহিং ফাইদুনা যাইবেক্লম্মে।

## হিয়াংথাং লোক্সু

নদাযবেম ইব্রাকমদি কেগে কংলৈ পুংদা পাংনা খোযযুম হৈনা মতুংইন্না কংলৈ লমথোন সৈবু সককৎচবক্কে। নহননোং কেগে মোইবাং নিংথৌ ১মদাযবেম লকখা মবমলম্ব থোংঙাই যাংখুবনা লোকখালোয থৌকঙৈদা; ২লোকখা মনিংথৌ যেনবদী যাওবৌ সপাল্লোকখিবদগী লৈঙমদবে মবৈ মপী ৩সন্দেংঙাইনুবীদি লৈবমএ। লম্বু থোংঙাই য়াংখুবনা ইমোম লোকখা মবৈমবী সন্দেংঙাইনুবীও' সেল্লোয ইপাতাও লোখা

১। মোইবাং নিংথৌগী মনাইগী লোইথৌবা চৎপদা ২। লোকখা তানা তাবা নিংথৌ
৩। লোকখা নিংথৌগী নুপী

নিংথৌ যেলাংবদী কদাইনো হা্যনা পাউহ্ংববু? নপাতাও লোকথা নিংথৌ "[৪]যাওবৌ সাপোল্লোক চাকমোম উমখাই্ তাললিএ হা্যনা পাউখুমখিএ।

অদুনুংগীদি সেল্লোয ই্পাতাও ঙাই্নবা অৱা পোৎথাখিগে হা্যনা লোকথা মবৈমবিনা ফক্লোং চবৈ থানা অৱা পোত্থাবে। লোকথা মবৈমবী পাই্মা পুক্লিং নুংওনবীনা লম্বু থোংঙাই্ যাংখুববু চেংলৌ শকফম সাকওই্বু চিংনা যেং "[৫]যুমাং লাগুম চিংনানিং "[৬]যুতুং লৈকু থিংনা লিঙলবগী পাউহোমজবকই্, ই্কায ই্কি্ ৱাংমা লান নুংশি ৱখলনা ই্কাই্ ফীৰুপ হাংদোকনা। ই্দু নিংথৌ লম্বু লম্বু থোংঙই্ যাংখুবও শাবী নংবু উবদা নুবা নুপী ওই্বী ঐহাক্তী অপাম পুক্লিং চংলুবে, শিংলেন লৈপুম অমত্তবু শেংথবীবমও' লৈবাং লৈকা অমক্তবু খাযবিবমমো, নুপী নুবা ওই্বীগী অপাম পুক্লিং নুংঙোনববু লৈবাং মদমচিনবীও নুংশি মদম শাংপীও॥

অসি ৱাসি হা্যদুনা লোকথা মবৈমবী পাউথেম্ববু। লম্বু থোংঙাই্ যাই্খুবনা থৱাই্ মিবেন পাযনা পাউখুমলকএ।

কবি ৱানো লোকথ মবৈমবী লৈমও। সেলোয ই্পাতাও লোকথা নিংথৌ যেলাংবগী থৱায মিবেলদদি ঐনদি মিনম্লম্লোই্এ হা্যনা পাউমেল্লবদা লোকথা মবৈমবিদি তাংজা ই্কায থোই্নববগী, ই্দু নিংথৌ লম্বু থোংঙাই্ যাংখুবা অসিবু অমন খল্লে কুমহল্লগে হাযনা '[৭]নৱা খোই্বী অখাববু হাওতে অযাকপদা তিঙদুনা" ই্দু নিংথৌ লম্বু থোংঙাই্ যাংখুবনা কোলোয ই্যাথং ই্নবীদববদি নুজা শমু মেললোং ই্খুদোল ৱাংলৈ খিলি খাংতপ অমত্তদি থকনখিও। হা্যনা ৱাংলৈ যুবু পীবে। লম্বু থোংঙাই্ থাংখুবনা নুপী পুক্লিং খংলবগী অসি ৱাদি হা্যনা পাওখুমজবকএ" সেলোয ই্পাতাও লোকথা নিংথৌ যেলাংবসূ যাওদনদি ৱাংলৈ যুবু থক্লোযএ। হা্যনা "[৮]খিলি খাংতপ খোম্বু লিশিললে। হৌবেল সেলোয ই্পাতাও লোকথা নিংথৌ যেলাংবনা যাওবৌ সপাল লোকপবু মবল ওনদেবক্লবদা পাথৌও লম্বু থোংঙাই্ যাংখুবও। লাক্লীববা হা্যনা পাউহ্ংলবগী।

৪। শা লৈবা লোক্তা শা তানবা চৎখিএ ৫। মপুচেল সেপনা য়েং ৬। মবুকচেল চংনা নিংদুনা ৭। নৱা খোই্বি অখাবা অঙাংগী খোই্বী অখাবগুম্বা যুদা হ্ ওনবা পোৎসক ৮। য়ু খাংতপ হৈবা গ্লাসপু থমজিল্লে

হো ইসেললোই ইপাতাও নিংথৌ মপাও পুনা লোকখা নঙোন্দা লোইথৌববু লাক্লিএ। হায়না পাউদমলবদা।” ফবে পাথৌও হায়না পাউমেল্লবদা লম্বু থোংঙাই যাংখুবনা সেললোয় ইপাতাও লোকখা নিংথৌ য়েল্লাংবও। [1]অৱা ইসোইল ঙৈনে ৱাংলৈ ইয়ু অসিবু থকখিও। হাযনা পীথকপবু লোকখা নিংথৌ যেল্লাংবদি [2]অমল খল্লে কুমগে তৌবক্লবদা লোকখা মবৈমবি সদেংঙাহনুবীনা কংলৈ মাশুমাংদা লেপনা লোকখা তানা তাবও লম্বু থোংঙাই থাংখুবনা, লোকখা নিংথৌবু য়ৈনববগী অমন খল্লে কুল্লে। হায়না পাউমেনথোক্লবদা, লোই হাওযাম পুমনা হৌ তিমেন খুৎতা পাইনা পাই থাংলেন খেরাং থাংনা লম্বু থোংঙাই য়াংখববু কোযতান তান্নবক্লে। লম্বু থোংঙাই যাং খুবদি য়াংখুবদি অচেন খোংলৈ য়াংনা চেল্লবদা [3]থাবৈলেম লৈবাই, তুবেল মোংবা তুশাং লৈনা লৈ, লম্বু থোংঙাই য়াংখুবগী যাইবী থৱায়বু [4]লাঙ্গোলবীগে হাযবগী হিযাং হিবেল ওইনা থাংঙম্মে। কোবৌ অসিনোংদগী লমদম লম্লেন মদাইমা হিযাংথাংও কৌথিএ। লম্বু থোংঙাই যাংখুবনা ৱাকযৈ হিনুংদা তোংদুনা লাইজা ঈশিংবু ইবাম্লকখিএ, থৱাই মীবেলবু লোক্লে লোক্তুও হায়না থোননৈএ।।০।

## মোনতুম মোন্দুম লমনুংশি

নবম লম্লেন মদাইমদি, পুগ পুনু কবামচা মিপাংদা ঙম্বা চিংলেনযাইনে

লোকখা নিংথৌ মবমশাং নোংবান খোইদোম অহলবু থাৱাই লাংগোন পুংবু কান্নাচোং নতৈননা ইথাই কাইবেম্বা মযুমফম মমোম লৈমা লাইহোঙনুনা

যোইবু খোইমোম লাইবৈমা মচিংলেন ৱাঙনু লৈমা লাইজাও থেলনে

চিংঙু নহিশং খোইয়ুম নঙাইলোই, লাই পাখং য়োমলৈহৌ লাইনুবা যোমদাংসাং তাইবং নমু পোংগীদি ম্না কুম্মে চাওথোক মথোই তোংববু নোংদন্নববা মকাইফম লমদম লম্লেন থেলেনযাইদি নদাইবেম ইৱাকমনা কংলৈ তেংথা ঙম্লোযএ তযম ইৱাকমনা

---

১। অৱা পোংথাবিঙৈনে ২। শিগে তৌববদা ৩। লৈবাই লাইনা ৪। কনবীগে হায়বগীদমক

মালবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোন্না খুকুমজবমগে। তযম ইব্রাকমদি নোংবান খোইদোম অহনবা, লব্রাং মালতোম অতোম্বা শানৌ মচিন মনাও অনিনা কেগে কংলৈ পাংনা কংলৈ লমথোন সককৎলকপবু খোইযম হৈনা মতুং ইলনা ইব্রাকমা ঐসুং সককচবককে। [১]থব্রাই পল্লীংখিদে, [২]মিবেল পনচোংখিদে [৩]থাবৈবমদা তাখিদে [৪]লেম্লৈবমদা তাখিদে ইব্রাকমনা [৫]সা চিংনা চিং লোকয়ে হেকঙাই মপাউ চাউনা খম্নীং মিকৌখৎচবক্কে। ইব্রাকমদি নাপ্পা চিকনা, কংলৈ নতিক অকুববু, খোইযম যাইখংনা সানম তপ্পা স্না ঙৈথোম্লবা থাঙযৌ মেলনা সৈওনববু নদাইবেম তযম ইব্রাকমদি কংলৈ তেংথা ঙম্লোযএ। মালবী খুদপনা পুকুমজবমগে। নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মালতোম অতোনবা অনিনা কংলৈ লমথোল সককৎলকএ। চিংখোং কোযবা নাওনা মকোযশিল্লকএ। লুব্রাং নহা যাওশা তানবনা মতানখৎলকএ। খোইযম হৈনা মতুং ইননা নদাইবেম তযম ইব্রাকমনা কংলৈ তেংথা ঙম্লোয়এ।

নবম লম্লেন মদাইমা চিংব্রাংলোক কালনা লম তমব্রাংলোক তানা লম। মতু খোইবা তানলম কেগে মোইবাং নিংথৌ [৬]ইথাই কাইবেম্বা মনোংযাই, নোংবান হোংখু যাংবা কাননা লম। লাইসোল পাৎলেন কোনবু নতৈননা নবম কংলৈ মদাইমদি মোলতুমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি নহননোং যোইবু খোইমোম লাইবৈম, সেন্দ্রা অযাংফবীনা ইথাই পুলেন চিংদা [৭]ইনফৈ লাকমাই লংশোনবী। হা কেন্দাইলাকপীনা [৮]ফিবুন লুদা থোং [৯]ফক্লোং নাক্তা যেপতুনা লাইজা ইবাল্লকপবু লাইজা মঙাও হৌ [১০]মোল্লাং তলবা খুযাও ঙমজাও হলবনা লাইজা ইবোননুংদা শামু খুৎ নানথোক্লবগী ফিবুন লুদা থোংববু লাইজা ইতাওথোক্লে। মপুগী মনাই মোইবাং নাইফা নহা ব্রাঙম থাবদা পাউমেলখিএ" সাবী ইবুং মনাই মোইবাং লাইফনহা ব্রাঙম থাবও, নুজা ফিবুন ইক লুথোংগা খেলুক নাক্তা থক লাইজা মঙাও হৌবনা তাওথখবে। সিকনাং কৌলোং

১। থব্রাই হন্দোকচবোই ২। মীবেল লিংচবোস ৩। অবেম্বদা তাখিদে ৪। ঈশিংলমদা তাখিদে ৫। থব্রায় মীবেলবু চিংখৎনা ৬। মোইবাং নিংথৌ ২২শুবা নিংথৌ ৭। ইনবু ফৈনা থাদুনা শোল্লম্বা ৮। ফি মপুন কোক্তা থোংনা ৯। কোনসিনবা ফকনানকন্দা য়ৈপপা ১০। মোন কোল্লগা পম্বদ ব্রাবা

সানালাইজা ইবেল নুংদগী লৌখৎপীও! হায়না নুপী খোঞ্জেল অপিকপনা চিকনা পাওমেপ্পকএ। অদুনোংগীবু লম্লেন মদাইমা চেক্লাওবীও কৌনএ। লাইফা নহা ব্রাঙম থাবনা সিক্লাং কৌলোংসুনা নুজা ফিবুন মক থোংগা খেল্লুক নাক্তা থাবগা কৌলোং মখুৎসুনা লৈবাই চংদোল থক্তা চিংখৎপবু মোল্লাং মাগী মঙৈখাংবু [১১]তুল্লে মোন তুম মোন্দুম লমনুংশি হায়না কৌনৈএ॥

১১। ঈশিংদা তাদুনা চোৎপা লুপ্পা তুম্বা

## ইথৈ

নবম লম্লেন মদাযমা ইথৈ পুনম চিং, সেকরা তন্দলপোক। নুমিৎ অযম্বনা পাল্লিরায থাবী অবেম্বনা ঙাল্লিরাযবু তেংথাজবককে। নহনোং যোযবু সেন্দব অযাংফবিনা ইনফুই মাইবং সোন। হংগেন তৌখং লাকপদা, মালং মথিনাই খমগোল মঙাও হৌনা ইনফুই স্না নাম্মবু হুমদোক্লে। কেগে মোইবাং লাইফ নহা ব্রাঙম থাবনা খুগা মৌবী উঙাম অনিমক থাববু চেংলৌ মিৎ থিৎলবগী" সাবী ইবুং মনাই মোইবাং নাইফ নহা ব্রাঙম থাবও, ব্রাকযৈ হিবু থৈজিনবীবকও! নসানৌ ঐগী হংজেন স্না নাম্মাবু মলংবনা হুমদোকপসিবু [১]খুদোপ ঙৈজা যেকপা মোনথুপ লৈনবীও! হায়না পাউকৌজববু সানৌ য়োইবুনাই পেম্মও! খুগা লাইজা ইনা কনবনা মৌবী উঙাম থৈঙমদবে হায়না পাউখুল্লমএ। যোইবুনাই অযাংফবিনা নুংশি হিক হায়না মিকপহৌএ। সাবী ইবুং মনাই মোইবাং নাইফ নহা ব্রাঙম থাবও ঐবু কবম লাইবম থৈবম্বনো হায়না শোল্লমএ অদুনোংগীবু ইথৈও লমনুংশি কৌনৈ।

১। ইনগী খোংজিদা ইল্লীনা লেংশিন্দুনা হুকচিনবীবম্মো

## ইথৈ ইথাই

ইথৈ থোল মবক্তী নহনবোং [২]যোইবু খোইমোম ফৌওইবীনা, মোইবাং নিংথৌ অকোংজাম্ববু [৩]তোপনা হুলাল্লকওঁদা খোইনৌ মতাবোয লুপকা লোযননা লাইজা ইবানসে হাযনা [৪]সংলৌ থৌবাংলে। সানৌ খোযনৌ ইতা শজি [৫]'খোংখু কুলাও' লাইজা অসি ইতম্মো হাযনা পাউমেল্লে, যাওবৌ সা মতেংসি খোংকুলানা লাইজা ইতম্ববু যাওবৌ মবৌ চাওনা লাইজা অকববুদী অসুকপা কৌএ। অথেলববুদি অপাবা কৌএ। হাযশিন্দুনা লাইজা অকবা অসুকপবু অপবনে হাযএ। লাইজ অপাববুদি অসুকপনে হাযনা যাওবৌ খুক খুদপননা লাইজা অহকপবুদি অপাবনে হাযনা যাওবৌ খুদোল কাংনা পাউ তাক্লবগী, যাওবৌ চিনগোয় মযাথংগী লাইজা অসুকপালক্তা ইবাল্লক্কে হাযবগী যাওবৌ সা মকোয [৬]তুবেল মিথাংকোন; তুবান কাংখিন য়েননাও খোইবেন থাংনা ৱাকযৈ হিগা ওই [৭]পোম্বী ৱাইবং চেকমাকপা পানচুম্বী খম্বী খোংসিনবীনা তোংজেং হিনাও শা [৮]কৌদ্রাং কোননা খুমু নৌবেন ওই লাইজা ইবাল্লকপবু লাইজা ইযাই যৌবক্লগা ৱাকযৈ মাগী মখনেৎতি হিউপলে। খোইমোম লাই মাদি লাইজা ঈশিংদা লুপখিববু লাইজা ইবোননুংদগী[৯] নিংথৌ ৱাংবা সল, লৌৱায মাল সাবিক মখোং তকুক মশা অনিগনা পানবনা খোইমোম লাযবেম্মবু থিক্লেন থাদা পমনা লাইজা ইবোননুংদগী পুখৎলকএ। [১০]ককলা ৱাংমা তাবী মনাও তোলবী থিংগুযেননা লম্নালামনা ওক্লম্মে। যোইবু খোইমোম ফৌওইবিনা" খোইনৌ ইতা ককলা ৱাংমা তাবীও হযেং থাংযি খোংলোইননা লোইমোম খোংদিন্ননা লৌবি শেন্দোইনুংদসু পানমীন্নশে। খোইনৌ ইতা খম্বী খোংশুবী নংদী হযেং থাংয়ি ঐনা লোইমোম চিবোং পৈববগা ইতিন ইকাং মাবু মঞ্জাবাও' খোইনৌ ইতা নৱা খোইবেন থাংও তুপান

---

২। ফৌওইবী লাইবেম্বী ৩। মোইবাং অকোংজাম্ববু হায়নখিবা মতুং ইন্না ফৌওইবিনা উনবা লাকপদা অকোংজাম্বগী নুপীনা থিনা ঙাংদুনা তাম্থোক্লবদা ৪। মনা মশিং থৌবাংলে ৫। শজি ৬। যেন্না হৈগক ৭। উচেক খম্নাংচাক ৮। কৌদ্রাংখোক্লা ৯। নাওসেকনা ১০। ককলা পাম্বী

কাংখিন্ য়েনও তুবেন মৈথাং কোনও। নংদী হয়েং তাইবং নমু মিনা [1]থুম্নৌ হেনসোইনববদা য়েন্না-ও লাহেক্লবদা তবা চাক ইনসনো। [2]চাম্নৌ লুকপান থক্পা লমওক্লসে। খোইনৌ ইতা সা সাজি খোং কুলা নংদি হযেং থাংয়ী ঐনা ইযাই কাববগা থাংয়ি নমাবু তংলবদি [3]কোবৌ নোংনা যেং মালেম লৈনা খঙসনো। ঐবু লাইমন থাইমন হল্লে হাইবমএ। অদুনোংগীবু ইথাই লমদম লমনুংশি হাযনা শৈথানৈএ।

ইথাই খোল মবক্তী ইথৈ পুনমচিং সেকব্রা তন্দনপোক মনাই তাবা ইযাই পনচললম। নুমিৎ অবেম্বনা পাল্লিব্রাই থাবি অবেম্বনা ওংলিব্রাই। খোইদোম অহনবনা সিত্তক্রম লৈমা লাইচিংখোইনু মকাইফম্মু তানা খনবা লাইনিংথৌ লাইনিংথৌ। চিংঙু নংবু তাথিবীগনো অবাই লাংবীগনো কাওবেল সলথৌ লাবা খলইননবীগনো। নমু পোংথৌ য়াংখলমুক্লবীগনো। নদাইবেম ইব্রাকমদি কাওবোইখোং ইননা নিললোই চিংঙু লাপপা যেং চিংঙু নাদম লৌনা স্না কোনগা চন, লুপা যাইগা চলনা খুকমজমগে। হযেং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবসনো॥০॥

## হাওতক সলবল য়াও

চিংঙু নংবু নদোম লৈজহল্লমলগা তযম ইব্রাকমনা খোইযুম হৈনা মতুং ইন্না কংলৈ লমথোন শৈবু শককৎলক্কে। পালেম মমা লিক্লাবীচা নোংদমনু, পাইমা স্না লীঙগোলনুংগী নোংবান খোইদোম অহনবা, লুব্রাং মালতোম অতোনবা, চিংখোং কোইবা নাও লুব্রাং নহা যাওশা তানবা, মচিন মনাও মবিমক্তী খুগা লাইজা ইবম ইন্না কংলৈ লমথোন শৈবু শক কৎলকএ।

লোইবী হাওখা তানদা, লোকখা খঙনদববু, মোইবাং নিংথৌ অঙম্বনা লোকখা [4]মপোং তাক্লা পনথেংলে। হায়বগী হাওতক কৌনএ। কাওবেল মসলচাবু [5]চিংশোং

১। শিংজু শুদুনা চাক চংবা ২। ফৌওইবীনা চাক ওল্লগা লাগী মথক্তা শিংজু মনা মশিংগা মাবু কনবীবকখিবসিং মতাশিংগা থেংনশি ৩। সজীবু ফৌ পাম্বী ফবকলগা চাববদি নুমীৎ মানা খঙসনো হাযনা সাপ তৌবম্বা ৪। খুল থুংনা ৫। চিংগী অশোংবদা ফকনা লোনসিন্দুনা উনা য়ুংদুনা খাবা

যাইফকনা লোননা পামেল লেপতম যুংনা কাওবেল সনগোন সেল্লমএ হায়বগীবু হাওতক সলপলযাও হাওতক সলবল য়াও হায়না কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা শৈথানযে।।০।।

## চাইরেন তবাখঙ হৈয়াইপোক

| | |
|---|---|
| খুগা নৈতালপোক | অবেংকাইবা লেংকাইবা |
| লেংনা কৌবা উমৈলম | লাইতোংবনা সনচিংলম |
| খুগাবনা লাইহৌফম | চকপী লাইশল থানবীও |
| কাওচৎ মলচৎলম | চাইবেন তবা খঙ হৈযাইপোক্।। |

নহননোং হাযঙৈদা চাইবেন নিংথৌ যাওফুলাকপগী মমোম্লোয। লাইজা নৈমা লাইসলথাবীবু লোক খা নিংথৌ যেল্লাংবদা [১]কাওচৎনৈএ। মমোমগীদমকপু কাওবেল সলবুম ১০০/তযুম মনাই ১০০/ [২]মুকফি লাইযি ১০০/সেললি সেঙ্গাও ১০০/ পুখম নাতি ১০০/ [৩]তওৎ তমং ১০০/সিংদু সিংগাই ১০০/মশিং ১০০/১০০ না খুজিং ওই লনউল্লকপবু মপনগী অউনপোৎ পুম্নমকনা [৪]লেংনা কায়না চৎলম্মে। অদুনোংগীবু অলেং কাইবা লেংকাযবা লেংনা কৌবা উমৈবম লোইতোংবনা সনচিংলম খুগাবনা লাইহৌলম, কাওবেন মশঙ্গাগী পাইমা পীবুকনুংদা খোইযুম [৫]যুদায লাই অযাংবনা চঙলে। হাযবগীবু খুগাবনা লাইহৌলম হাযনা খঙনৈএ।

অউনপোৎ অউননাইশিংবু খোইযুম লাই মানা কাওরেনসিংগী পীবুক্লুংদা চংলবগী, মানা মনা লেংনা কাইনা চৎপবু নিংবা পুক্লিং হুনা চঙএ। অদুনোংগীবু চাঙপীও চকপী কৌখিএ। নোংবান লাইযা নৈমা লাইসল থানবীনা চিংঙ্ মাগা মনুং থোং কাবা লৌনা লৈনবা, খোইযুম যুতাও লাই অযাম্বনা কাওবেন সনগী পীবুকনুংদা হেল থুপ্লীববু চেংলৌ মমিৎ সেপনা সেপনা যেংনা থাল্লী হায়বগী লাইসল থালবী হায়না কৌখিএ।

---

১। থাজৈএ ২। হাওফিগুম্বা ফি মখন ৩। অবোং অকুন ৪। পবেং শান চৎলম্মে ৫। লমলক ইবক্তা চৎপা লাই

খোইয়ুম য়ুতাও লাই অয়াংবনা লাইবৈমা লাইশল থানবীবু অহিং ইনুং শোইযাইমদা হুদুনবু পুখিএ। লোকখা নিংথৌ য়েলাংবনা ইমান নিংথৌ চাইবেল যাওফুলাকপা মবলউলবু মমোম লাইজা লৈমা লাইসল থালবীবু লৈতববগী, কৈদৌনশিবনো হাযদুনা অওং অউল পুম্বা [৬]থৌদু অবেপপা চেংজা অখিলববু ওইবো হাযনা চৈবমএ। অদুনোংগীবু থৌদু অবেপ্পা চেংজা অখিলববু ওইখিএ। হাযবনুংগীবু লোকখা নিংথৌ যেল্লাংবা কাওচৎ মালচৎলমও হায়না কৌখিএ।

চাইবেন নিংথৌ য়াওফুলাকপনা মমোম হৈযাইনুবী লৈমা লাইসল থানবীবু। চিংঙু লৈবক শাথৌবা খোংবান লমযানবনা পুখিবে। মপন পন্থৌ মপা যাওফুলাকপনা ঙবাং কোবৌ নুমীদাংগী মথৈ ইমোম লৈমা হৈযাইনুবু চেংলৌ মশক উবক্তবে। মাইকৈ কদোমদাবু [৭]তুচোং পল্লানখিবনো, ইমোমগী মশক উদবিবা মথৈ [৮]তবা খুৎকুন অমৎতাবু হুকখিবোয। লাইজা চিনখুন অমৎতবু যেংহিবোয। হাযনা অহিং ইনুং অমবু চাইবেন পুম্না হুপ মৈবুন খুৎতা পাইদুনা ইবোক লাইচম লোইচিং চাওনা পোমকেনন থিববু

৬। নুং ওল্লো হায়না ওনখিবা ৭। কবমদ চোংথোকতুনা চৎখিবনো ৮। চাক অমৎতা চাখিবোয

থিখঙদববগী [১]লেলখা অমগীদা হেকঙাই মপাউ চাওনা" ইমোম লৈমবু চিংঙু লৈবক শাথৌবা খোংবান লমযানবা কবম্বনা পুববনো হাযনা মীকপ্লে। কোবৌ নোংবুম ১০ নি শুববদা খোইনৌ মতা তককনা [২]চনা লাংখোং লিংনা পোম্বী ব্রাশোয পোলগুম থিবকপবু [৩]খোইমা নবোননুংদা [৪]খোইমোম লাইচাক চাদুনা তাইবং মিবোল থোক্তনা লৈবম্মে। খোইনৌ মতা তককমক্লা ঙকথি লুপ্লাং কোন খজাই লেং লৈনা চুপতুনা খোইনৌ ইতাও পোম্বী মসুং তম্না নদোম যাঙ্গোয ঙম্বনো হাযনাতবা মখোযগী চাকযোম্লকপা কংলৈ খোমহল্লকপবু থোক্তুনা ব্রাংলৈ চিন খুমীন্নবে। তবা চাযোম অবেম্বদি খোইমা নবোননুংদা চাইথোক্লে। কোবৌ নোংবুম তবানি শুবদা মতাশিংনা খঙলুইএ অদুনোংগীবু চাইবেন ১০ খঙও লব্রাই পোনবী খোকচাব্রাইদা চাইবেন তবা

১। লম্লোমখাক অমদা ২। লাংজৈ লাঙ্গং লিংনা ৩। নাবক মোংশোং মনুংদা ৪। লাইগী চিঙ্গাক চাদুনা।

খণ্ডও হায়না তৌনা কৌনএ লৈমা হৈয়াইনু খোইয়ুম লাই ওইখববীবু অমুক নৌনা পোকএ হায়বগীবু হে য়াইপোক লমনুংশি চাইবেন তবা খণ্ড হৈয়াইপোক লম্লেন লমনুংশি কেগেতবু থি মোইবাং হৈবাং তানবনা শৈশক শৈথানৈএ॥০॥

## খুমুজাম্বা ময়ুমফম

কেগেগীদি মবোংলৌ
লৌবা মণ্ডখংলেনবু নাতৈননা
খুগা লাইজ ইব্রাংমবু লান্না
ঙাইবোং কোঞ্জিনসু কাননা চোং
সন্ধোং মপু মনা লুপুবনা সতনথেংব্রাই
নসি তাওবা সন্ধোং লাংবুম অবিবা ব্রাতেম্বা
সাবেল মিসুম লাংবুম হৈবা
চিংঙু নতিক অচৌবা
সনমচিংঙুলমদা ম্লানা ঙৈথোম্না
তেংথা ঙম্লোয়এ॥
নবম লম্লেন মদাইমা
খোইয়ম সন্ধোং মোবিবা
কোবৌনা পীদোননা ব্রাংবা নানুং লাইবীগনো
ইব্রাকমা পাইমা শিল্লেলোম্বনা

অচা চাদলৌ
সাকং মাইবা মংখংসোইবু কান্না চোং
খোইঙৌ চিংজিন কাননা চোং
খোইমোম মোবিবা চিংঙু অথৌবা
খাইজেং অহলবা সলগা থোং পুংমৈফম্বা
খুংই লৈকম নাবি চৈসু লানসুননা
লাল্লোই মঙৈথোংবু য়েলহৈবা খোইয়ুম
খোইয়ুম নংগী নয়াই খঙনা
পাথাং যৌবৈ মেননা সৈগুনববু
খোইয়ুম নাপ্পা যেংচিংঙু নাদম খন্না
লোকসুপাল লোকচাও তানা খনবা
মপাবি চিংঙু অহলবও
মালবী খুদপনা পুকমজবমগে॥

নহননোং ১লংবা য়াখম্লোই তবেংনা কংলৈ লমজাও কোইনা খুনথিবকপদা নোংবান খুমুজাম্বা লমওক্লবে। নোংবান ময়ুম নাক্তা নোংফাইবে য়াইবেক লমদম্লে। নোংবান খুমুজাম্বনা লুক্লেনবম নহা সাবেল সাহাংপদা হাওতৈ অয়াকপা য়ুবাই অথুম্ববু য়ুবাই

১। লাই ২।

ফালহল্লবদা খোইয়ুম উনবী পুক্লিং পেলহল্লবদা। খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোয় তবেৎমক্লা হাযবকএ" নোংবান খুমুজাম্বও, খোযম ঐখোয তবেৎমপু চিংঙু অপিকপা খোইয়ুম অখুববু নত্তে। লংবা যাখল্লোয, তবেৎমক্তি ঐখোয়নে। হায়না পাউমেল্লবদা নোংবান খুমুজাম্বা মহাক্তী [২]পাইমা পুক্লিং অকি চংনা [৩]তেকপী অনৌবা ওকফাং হাৎ [৪]কাইবৈ অনৌবা যেনফাং তুনা খোইয়ুম মখোয তবেৎমকপু [৫]অমবক হন্না ইবাৎহৌএ। খোইয়ুম মখোইদী [৬]মথি নাই চিংঙু মবাই লাংনা পাউমেল্লকএ।" খুমুজাম্বও খোইয়ুম ঐখোযবু তবা চাকহোংঙো, ব্রাংলৈ যুহোংঙো, সাবেল সাহোংঙো হাযনা পাউমেনববু, নোংবান খুমুজাম্বনা সবেল সহাপননা ব্রাংলৈ খাংতপ হালহলনা সহোং যুহোংঙে। কোবৌ নুমীৎ অমদসু শাবেল শাহোংঙো যুহোংঙো হাযনা পাউমেনববু অমুবকসু সহোং যুহোংঙে তেকপী ওকযাম তু কাইবৈ যেনফাংদুনা সাবেল সাহোংববু কোবৌ নোংবুম তবানি শুবক্লবদা লংবা যখল্লোই তবেৎমকনা পাউহংলকএ" নোংবান খুমুজাম্বও সাবেল সাহোংবা ব্রাংলৈ যুহোংববু ব্রাংলববা[৭]-"নদাইবেম ঐগী ব্রাংলৈ ইযু যাম্না লৈএ লৈএ সাবেল মাসু ব্রাৎতবিএ॥, লংবা যাখল্লোয তবেৎমকপু সাবেল সাহোংবা ব্রাংলৈ যুহোংববু লোইদাম থাবুম তরুকপু শুবক্লে। নোংবান খুমুচাম্বও ব্রাংলৈ নযু যাওবৌ নশা কযা লৈবনো হাইনা পাউহংববু নদাইবেম ঐগী যাওবৌ ইসা ব্রাংলৈ ইযু খোইয়ুম নখোযনা ব্রাংলৈ থক্লুনসু শাবেল মশিং থাদুনসু লোইঙল্লোইএ। হাযনা পাউখুল্লবদা খোইয়ুম লংবা যাখল্লোয তবেৎমকনা [৮]খুমু মাইবেম্বা কৌবা নংদী খোইযম যাখল্লোয ঐখোযনা চানিংবা চা থকনীংবা থকপবু অব্রাৎপা মশক খংহন্দে লৈবি লৈবীদা মহাই কোলোই নংগী নমীংথোনবু খুমু লৈবিচাম্বও হাযনা কৌবল্লগে। খুমু লৈবিজাম্বা মযুমফমদি অহোং থোল পুংনে। অদুনোংগীবু খুমু লৈবিজাম্বা পুংও কৌনৈএ॥০॥ মহৌ ফাইবোক চিং, নোইবী নোইদম চিং, য়োংমু সল্লম চিং [৮]নবম লল্লেন মদাইমা থাবৈ ইক কোন, [৯]কোনোক থেংগ্রা মহিথেলবু ফৈনা তুপ মহৌ ফাইবোক চিং [১০]নোইবী

২। ব্রাখল ৩। ওক ৪। য়েন ৫। অমুক হন্না ৬। হবাওনা ৭। মাইবা লেম্বা ৮। ইকুজফম পুগ্রি
৯। থেঙ্গা মাইবগী ময়ুমফম অনোইবোন জগোই শাদুনা

[11]তুবী লাইবেল মথৌজালগী [12]মপাবি চবোক কদাং শাংনববু, মহৌ মহৌ পোক,, মহৌ ফাইবোক চিং নোইবি নোইদম চিং যোংমু শাবম চিং হাযনবু কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা তেংথানৈএ।।০।।

১১। লাইবেননা চানদুনা ১২। মচা মসু পোকননবগী

## চয়াম্বী চেক্লা ফাই

## তুয়ানলোক খুসু তম্পাক

নহননোং [1]হযিচকঙৈদা নোংযাই চাওবা পোংখু মলসাংবা মবালযাইদি হুইথৌ লৈকায তানদবা, নোংযাই যুমজাও [2]কবেনযাই মপান্সা খুমন ইমিং কনান নোকপবু নোংযাই ইমিং কনানা তানদবা নোংযাই চাওবা পুং খুমন সাংবা [3]মপোংযাইদা চিংঙু নিংথৌ স্লাইলেলগী মপাবী [4]ৱাক্লেন তোংনযাং অমবু তাইবংনমু পোংসক ওইনা লৈবমএ। কোলোই মাগী মমিং থোন্দি লমজা অতনবা পামেল হৌবা মথা হিপ্লা হাইনা মীংগৌনএ। নোংযাই খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবগী মমোম্লোই লৈমা লাইখোং তেনবী কৌবী, চেংলৌ শকপান ফুদোংবা কোনগুম্বী; [5]নোংপোক মিৎযেং শেলনা, তাংজা ইকাই থোইনা [6]সযা মীবেল মুৎপী অমবু লৈবমও। মপন নোংযাই খুমন নিংথৌনা [7]নোংপোক মলং হুম্মোইবদা কাওচনগে হাযনা ঙাইখম্ববু থোইযম লাইগী মচা অতনবা হৈবোং মথা হিপ্লগা নুংশি চিন্দীন্নদুনা মনুং শোইখোং তাইথেৎনা লম্লক লুকাইনদুনা [8]নাকলু ফিযাল্লে। থোইজি থাদা মিহুন খিল্লক্লে কোবৌ নোংমগী নুমীৎতা মপন পন্থৌ নোংযাই খুমন নিংথৌনা পাউহংলক্লে" ইমোম ইবেম্মা, [9]মাইথোং হেননা মিৎচুম্বী চেংলৌ নৌনোংবীও। নাকলু নংগী ফিযান অসিবু কেগে মোইবাং ঙাই পোইবৈ মিতৈ ঙাই, নোংবান লুৱাং ঙাই মচা কনানো? নপল ঐগী সমু মাংদা তাংজা ইকাই লৈতনা পাউতাকউদো ইমোমও। অসি ৱাদি হায়দুনা পাউহংববু, মমোম নোংযাই লৈমা

১। সৈতাজুগতা ২। কা অচৌবা ময়াই ৩। মবানয়াইদা ৪। লাইলেনগী মচা ৫। নোংপোক মচা ৬। মমী ফাওবা মুৎপী ফজবী ৭। নোংপোক নিংথৌ ৮। মীবোল্লে ৯। মাইথোং হেননা ফজবী মীৎয়েং ফজবী

লাইখোং তেনবীনা পাউখুম্লকএ। ইপন নিংথৌ অদোল পুন্সিবও, নমোম ঐবু কোবৌ নোংদমখোলবু হেনফদবনা লামজা অতনবা হৈবোং মখা হিপপাগা অপাম ঐনা খোইদীল্লু তিল্লাং খোইদাববগী শিংলেল নৈপুম অমবু থেৎনকবে, লৈবাং লৈকন অমবু ইচিননকবে। হায়না পাউতাক্লবদা। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা [10]কঞ্জাও মখৈ লৈতনা থাংলেন খুৎতা পাইনা, ইমোম নংবুদি চিংঙু নোংপোক [11]হুম্মোয়বদা কাওচানগে [12]নোংহুম্বা নৎতবা [13]কৈবক লমজা অতনবদা কবম্না ব্রাইথুংঙুবনো হায়না যেৎতা লৈ, থাং কাংহাইনা , ওইদা লৈ থাং, সময়া কখোম্নগে তৌববদা মপন পলেম মমা খুমন লৈমনা”-ইমান নোংয়াই খুমন নিংথৌ অন্দোন পুন্সিবও ইনোংযাই লৈমবু ব্রাইবা থিনা শাওইদা হুযেল লাল ওইগবনো হাইনা মখ্যাং পুন্সিকোন্না থৌখাম্লবদা নোংযাই খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবদী কঞ্জাও মখৈলৈতনা পাউমেনল্লকএ ইদাইবেম নোংযাই কাওখুহিংঙম্বা [14]লাফম লৌশিং হানবও! নোংয়াই খুলমাং শেম, খুমন নঙাইশেলনা তাংজা কবিসু ইকাই নাইবোইএ! লমজা অতন হৈবোং মখা হিপপগা ইমোম লৈমা লাইখোং তেনবীগা তুবেল লাইজা ইবম ইননা মৌবী উঙাম থক্তা হাপনা তাওথহল্লসে। হাযনা পাউমেল্লবগী নোংযাই লৈকোই ফম্বগী কোলোই ময়াথং অহকপবু হিক্তোকফদনা নোংয়াই মীযাম হৌনা [৬]মৌবী উঙাম শাববদা মচা মমোম লাইখোং তেনবীগা হৈবোং মখা হিপ্পগা অনিমকপু মখোং কুবাও হঙ্গেল চল, মঙক তেৎনৌ যোৎহলীং চনশিনলো হাযনা পাউমেল্লববু মখোং কুবাও হংগেল চন মঙক তেৎনৌ য়োৎশিং চনশিনলে মৌবী উঙাম ঙমজাও থক্তা থাংগৎলে। লাইজ ইবম ইলনা থাথাখিএ।। লমজা অতনবদি খোইয়ুম লাইগী মচানিনা কুবাও হংগেন তৎতনা য়োৎহিলং ফোলাং কেল্লে। মকম্বী নোংয়াই খুদান লৈমা কুফ্রবী পুকমেনবীবু কোবৌ নুমিৎ মশিং সুববগী মপাবি চেংলৌ সকওই হেনববু নাওনৌবে। চাহি কুমশিং যাম্লক্লে তাওথবকপা তবা অচাক ব্রাৎলবগী হায়বকএ ” ইথংলেন খোইয়ুম লাইমচা অতলবও। মৌবী উঙাম অসিবু লৈবাই মুংবী পকনা থৈজিনবীও। নাপাবি অশিবু তবা মচাক পুকলাম্লবগী অঙাং হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপ্লে। পামেল ব্রানাশিংনা অনৌববু হেক্লগা তরা চাক ইনখিসিএ। হায়না মৌবী উঙাম থৈজিল্লে। লৈবাই মুংবী চংদোন থক্তা ব্রাকয়ে হিবু। নিপা পুচেল মতোল

লোম থাংলেন খুৎতা পাইদুনা পাবি নুংশি ৱাগী কৌবৌ নুমিৎ চুপনা চিংসাং নপোম মঙা সুনা পামেন উসা থা হেন্না পল্লৌ য়াল্লে। নোংয়াই খুমন লৈমা লাইখোং তেনবীনা কোবৌ নুমিৎ মঙানি সুববদা মলং নুংসা ইননা পামেন উসা কংলবদা হেন্না পাল্লৌ মৈ থাশে হাযনা ৱাতানবে। অহিং খোল্লেন তুমকনখিববদা পোম্বী চেক ওনথোক, ক্বাককবিক্ মপোলনা পামেল ৱাচুঙ থকতা তোংনা পমেল পুঙলেন মাগী য়াইওইৱাবু য়ৈনা থিননা পাউমেল্লকএ। লমজা অতনবনা য়ানথেকপা পামেল উযাম নখোইবু হৌগৎলো হায়না লাউববদা পুঙলেন মখোন তাববদা, খোইমা নাপীশিংবী মখে হৌগৎলক্লে। লাইবেন ইনুং ঙাল্লবদা পামেন উয়াম হৌববু মিৎয়েং সানখৈবে। লৈমা মাংদা থানা পাউতাক্লবদা লৈমা লাইখোং তেনবীনা খোইয়ম কবম্বগী নোংদমখোননো ওম্হোকএ। হাযনা মিকপ্লে। পাবি নৱা অপিসা তবা মচাক ৱাৎলবগী নৱা নংবু লাঙ্গোন ঙম্নবা চা-চাক চহাও-মথি, চেঙমি ফৌগাক মথিবু হুঞ্জসে হায়না সংলৌ থৌবাংববু। পামেল উতুপ্পনা সমজিনশম, তলা অতুবনা হৌগৎলম্বা অসিবু খোয়ুম কবি ৱানো ওম্হোকএ, হাযনা মিকপ্পবু মথংলেননা নুপী নুংশি মতৌ য়েংনা থাংলেন খুৎতা পাইনা লাবা চবৈ মকা ফনা তান তানখৎলে। চিংলেন নপোম তককমকপু খোইমা নায়াম যান পামেল উয়ান তুনা থৌনাববদা হৌবেল য়োইময়াই তাওদলবা য়োইমাবনা অমম তাংলৌ থেংজিনলক্লবদা খোইমা হামুন চবা লেপতম্না, হমুন চবা লেপতম নুংদা সাথুপ্পবু। ইনুং কৌবা সোয়যাইমদা পোম্বী চেক ওনথোক ক্বাক্লি কম্বোলনা পুংলেন যাইওইববু পুনা পাইবক্লে হামুন চবা লেপতম থক্তা তোংলবে, যাইবুং খুৎতা শুনা পাউমেল্লকএ। খোইমা নাপীশিংবি পুম্নবা হৌবো হৌবো হায়না থিল্লিঙৈদা লমজা অতনবনা ক্বাকলিকম্বোলবু সামু খুৎনা ফংনা ফাবে। পোম্বী নংনা তাইবং য়েকনা য়াইতম্লম্লবোবে হায়না য়াবেন খোংখৈ চিকনা অশাও খাম্বী মৈহৌনববদা পোম্বী ক্বাকনা নোনজা মখৈ ফংনা হায়জবকখিএ। হে ইবুংঙো তাও খোইয়ুম লাই মচা অতনবও নোংদম মতুং ইন্না শামু মখুৎতা চল্লে। য়াইবী থৱাই মাংবতদী ঙাকপীয়ো' হায়না পাউমেল্লবদা লমজা অতনবনা 'মকন মনুং হৌনা ৱা ওইখিএ "নৱা য়েকনবা ইপাবি খম্বনবা পোম্বী নশা চাদববদি উনবী পুক্লীং পেল্লবোইএ। হায়ববদা হায়গনো হে

ইবুংঙো তাও খোইয়ুম লাই মচাও মীওইবা চংখোনবা য়াইবী থব্রাই হাৎপদদি ঙাকপীয়ো। খোইয়ুম য়াইবুং ইখুৎসু অসিদুম লৌহৌবে। হায়ববু য়াইবুং নখুৎসুদি কৈদৌনগবনো? হাইববু ইখুৎসু অসিদুম লৌহৌবো। হাযববু য়াইবুং নখুৎসুদি কৈদৌনগবনো? হায়ববু ইখুৎসু অসিদি কাওবেল ষনবু থোকএ। তয়ম ইনাই থোক তাবা চাকপু থোকএ ব্রাংলৈ য়ুসু থোকও থোকএ! হায়ববদা পোম্বী নংসু থাহিবোয় হায়না মবাল যুমদা হলব্রাইবক্লে। লৈমা লাইখোং তেনবীদা পাউমেনখিএ।" ইশাবী মোমনু পেম্মও! পোম্বী, ঐখোযবু যেক্লবা, চাক লন ঐখোযবু কলকপবু ঙসি কোবৌ নোংজাদি ফাবক্লে। হাযনা পাউদম্ববু লৈম লাইখোং তেনবীন" পোম্বী চেক নিংথৌ কাক লিকমবোলও! পোম্বী নংনা লুপ হৌদুনা চেকলা নপাং হৌদুনা ঐবু কবিগী যেকন লৈবনো? হাযনা পাউমেনববু পোম্বী লিকম্বোলনা পাওমেননবকএ" যাইবেল ঐদী য়েকনা ব্রাবু লৈতে। খোইয়ুম মাগী থৌশিল, চিংঙু মাগী থৌদাং হেনফদবনা পুংলেন যাইওইববু যৈবনে! হাযনা পাউমেল্লববু অদুনোংগীদি পোম্বী নংগী পুংলেন যাইওইবদি কদাইনো হাইনা পাউমেল্লবগী নশবী ইবুংঙো খোইয়ুম লাই মচা শামু মখুবাক্তা শিন্নবে হাইনা পাউতাক্লবদা লৈমা লাইখোং তেনবীনা অদু ওইববদী পুংলেন যাইওবদি থনমমো পোম্বী নথব্রাই নমিংলেন্দী মাংদনা হঞৌও হাযনা পাওমেল্লবগী পোম্বী হবাও মখে লৈতনা লৈমা সামু মখোং খাদা খুকমজবম্লগা কোবৌ নোংলৈবাক্তা হলব্রাইখিএ নহননোং মযুম লোইবীন মিকৌনবদি [১]হেম্বনা তেংথানবদি [৩]তু ই ত্ত কৌনৈএ মোইবাংনা লৌববু অলোকপা কৌনএ। তুই লাইজ মপান্দা পোম্বী লিক্কম্বোলবু ফাদুনা পুংলেন য়াইওইববু লৌহৌএ হাইবানুংগীবু [৪]তুযাইলোক কৌনৈএ। পোম্বী মানা অহিং ইনুং সোইয়াহমদা ফাবম্মে হাইবনুংগীবু চেক্লা ফাইও কৌনৈএ। খোইযম লমজা অতনবনা পুংলেন যাইওইববু লৈবাবদা ব্রাংলেন সন হোংলে তযুম নাইহোংলে, তবা চাকহোংলে চযাম্বী লোকও কৌনৈএ। তাইবং খুৎসু খুৎলাই সেৎনা চানবা সুনা ব্রাৎতা পাদনা লৈবে শুবে হায়বগী খুৎসু তমপাক্ত্ত লমনুংশি কৌনৈ থোন্নএ।।০।।

---

১। মীয়ন্না ৩। ঈশিং ৪। ফৌ লোকপা লৌশিনবনা চিবদা সিজীন্নৈ।

## তাইবীলোক

নদাইবেম ইব্রাকমদি ইমাই কেগে কংলৈ লম পাংনা খোইয়ুম হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন ইশৈবু শক্কৎলক্কে। নবম কংলৈ লদাইমদি তাইবী লোকও লমনুংশিদি নহনেনোং নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মালতোম অতোম্বা চিংখোং কোযবা নাও, লুব্রাং নহা যাওশা তানবা শানৌ মচিন মনাও মবিমকনা পাউমেন্নএ নোংবান খোইদোম অহনবনা' [১]সানৌ চিংখোং কোযবা নাও নংদী চিংগী মবোল যাম্ববু কংলৈ লমথোন সককৎলকও' সানৌ নোংবাল নহা [২]যাওশা তানবা নঙদি নোংপোক লমজাওবু কংলৈ লমথোনলুও' হাইনা তাইনা মেন্নবম্লে। অদুনোংগীবু তাইবীলোকও থোম্লম্মে॥

## থালবুঙ

নবম লমলেন মদাইমা তুইলা লাইজা ইমৈ লাননা থলপুঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি নহনেনোং খোইযুম লাইবৈমা মহৌ মবৈম পীনা লমথোলঙৌদা [৩]যাংলমলেন্দা [৪]লোইবী চিংকক অমা হেম্বা চিংতুপ অমা অসিদি চিংলেন ইবাল যাইবু ওইজগে হাযনা থাবম্মে। অদুনোংগীবু থানা লমগী পুংনে থালপুংও থালবুং হাযনা থোম্লম্মে। নবম লম্লেন মদাইমা সালুং খুলবী মযুমফম, খোইযুম লাইনিংথৌ কোবৌ নোংনা চুবদা সাই চেৎপা, নুশা শাবদনা ফৌগংবা মসেম তোংদোয পুঙ। নোংশাবদি খোইযুম লাইনিংথৌ, খোযুম্না পিদোনন চিংঙু ব্রাংবা ননুং নাইবীগনো তযুম ইব্রাকমদি [৫]কৌদে, খোইনা নিলনদে, চিংঙু নংগী নোংজেংনা চৈমল কম্বোং নকা যাম্ববু ব্রাকমনা তেংথা ঙমজদে, খোইযুম স্না নখোংখাদা স্না কোনগা হুল, লুপা যাইগা চলনা যেনপৎচবমগে। তয়ম ইব্রাকমদি ইমাই মোইবাং লৈকোই পুংবু পাংনা খোইযুম হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন ঈশৈবু শক্কৎচবক্কে।

---

১। কংলৈ লমথোন শকপা মচিন মনাও গী মবক্তা নাওনা চিংগী লম্বী শক্লম্মী। ২। য়াওশা তানবনা নোংপোকলম থাংববু শক্লম্মী ৩। চিংয়াংলমদা ৪। চিং মকক মচা অমা ৫। কাওজদে

কেগে সব পুঙ মোইবাং সবাফাই
শরগ্রা পুঙ লমনুংশি লোক্লাও

কেগে মোইবাং খুচপ চৈমীয়াং
তোইবিজম চনু লাবোং থংপী
সিংজা পোংচেনলমদি লমনুংশি
মচিমা মখোয় মতা তাককনা
লুবেন তাংজা চোমাই [১]লুহলরাই
কেগে শবপুঙ মোইবাং শবফাই
রাকমা পাইমা শিল্লে লোম্বনা

অথৌবা হাওবা মবমশাং মদাইমা
মচিমা মতা মখোয় তককনা
শেল্লোয় মপাতাও খুমু নাইফবোয়
পাথৌ খুৎচুপ খোমহল্ল চাম্বগী
মচিং জিনবুদি ফৈনা লাননা চোং
লমদম লল্লেন লমনুংশি মদাইমা
খবা খজিক তেংথা নাওইজগে॥

নহননোং কেগে খুৎনিংথৌ ঙাংঙোই অনান ঙম্বনা হাওসিং ঙম্বা চিংনা কেগে পুমন হুপ মোইবাং পাক্লা তাইনা সাকুং খুনবী মপুংযাইদ, মবাল থুম্বী মৈমাং চন; কাওবেল সলখন তবালান চুংলেন হুম্ফু [১]চোং সাইবু মৈতান পক, [২]খলং লৈতং ফেলনা লোইবী মপুং তাকনা পনথেংখিএ। হুয়েন লাম্মীদি শাকুং হানু খং মপাবী লমদা পোবিবু তুনু ককএ। কেগেন মীকৌনা মোইবাংনা শৈথানবদি, অঙাংবুদি অসম কৌএ লাল্লুবুসু সব অনি সুপনা ফাইনা ককলম অদুনোংগীবু কেগে সব ফাইও হায়না কৌনৈএ। সকুং থাংসাখম সফবনা হাওশিঙমগা চিংনা লোইবী হাওযাম চোংনা লাওনা খোংনা তানথবকএ হায়বনুংগীবু লোকলাও কৌখিএ॥

১। চুঙোই পাইবা হুমফুনা চোংনা ফননা ২। লৈবাক শিনবা থুংনা

## মাইচম লোক

মাইচম লোকও কৌবদ কৈদৌনোংগীনো হাইববদা:- নহননোং পামা মচন থিংঙা তাওবীনা [৩]মথিং লাইবেল লাই পাখংববু যুগৌঙৈদা তবা লুকলেন [৪]মাইচম সানা যুগৌএ

৩। মবুংঙো ৪। মমাই চম্না শেম্বা চাক

খোইযম মবলকু চিংঙু নথৌজাল লাইজা ঈ হৈথবগুম লনকুবীবমএ হাযবগী মাইচম লোকও কৌএ।।

## কোনতে লৌ, কৈরাওবী ক্বাকতা

নবম লল্লেন মদাইমা, লোইবেন খুনবীলোক [৫]গুলখোই লোক ননৌলোক, লৈথা চাবে লৌ, চিংঙু লাইথমপোকপু তানা খনবা লাইনিংথৌ, খোইযম নংবু তাথিবীগনো, চিংঙু নংবু অবাই লাংবীগনো নদাইবেম তযম ইব্রাকমনা মালবী খুদ পননা মুকমু লৈতোন কোননা পুকমজবমগে। নবম লল্লেন মদাইমা কোনতে লৌও কৌবদী।

নহননোং কোনতে লৌঙাকপীনা মপনগী খালে মবৌলেন্দা [৬]থাংযি চহে ঙাক, লোইমোম ফৌকম শং, শ্বা শ্বাই শ্বা শ্বাই, হোই হোই হোইনা যোংসু লাওনঙৈদা, পান্বা কৈবেল থাকুপপা [৭]চিংযা পলগোইবা, হৌনা মচি সমপক্তবা সা। কৈবেন নাওসোংবনা হাত্তনু কোনতেনু লৌঙাকপীবু, পান্বা অথৌবনা কৈবেল খোংদুম খোং, লাওদুম লাওনা খোংনা লাওনা কোনতে লৌঙাকপীগী [৮]কাইতে লৌসংখাদা তাল্লকপবু। হাওনু কোনতেনুনা, মোমনু মাগী খুৎনিংথৌ [৯]তোনপোকপদা থোন্না যাই। তমফা খুদোপ নুংচনববু খাম্বী মৈদা ইকলে। ঙাংশং ঙাংনা খাম্বী মৈবুকনুংদগী লৌথোক্তুনা নুংচনববু খাম্বী মৈদা ইকলে। ঙাংশং ঙাংনা খাম্বী মৈবুকনুংদগী লৌথোক্তুনা [১০]পুনুং মচেকপনা চপতুনা পাম্বা কৈবেল মযা লাওনা ঙংনা কাথোক্লিবগী মখযা পনুংদা হুনজিনখবে। পামম্বা মবে মাদি খাম্বী মৈনা সানা পোক্লে। কৈবেল খোংদুম খোং লাওদুনা লাওন চেনখিবে অদুনুংগী কৈবাওবীও কৌখিএ। পাম্বা কৈবেল কৈজাওদি লম ফাইননা তুদুনা চনা লাংখোংখাদা নোংমল্লে। হযেং লাইবেল ইনোং মানা ঙাল্লগা, হাওনু কোনতেনুন খালে লৌদা অমুবকসু লাকপদা অমবককসু লাকপদা। নহননোং কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা শৈথাবদি ক্বাকপু সিংচ চাও কৌনএ। সিংচা ক্বাক

৫। গুরু লুখোয় ৬। ফৌমহৈ ঙাকপা ৭। চিংয়াদা কোইনা চৎপা কৈ ৮। লৌশং ৯। খুৎনিংথৌ খুৎশাদা শিবা খুদোপ ১০। বাচেংনা চপ্পুনা

মযাম্না লোইনা হৌনদুনা ক্বাকয়াম য়োমনা তোমপৈননা পান্বা অসিববু চাঙমএ। অদুনোংগীবু সিংচা ক্বাকতা লৈখা চবৈ লৌও কৌবদি, পান্বা কেবেল কৈজাওগী মবৈ। লৈতোলবু খান্বী মৈনা থানা হাংলে লৈথা চবৈ লৌও হাযনা কৌনা তেংথানৈএ।

## খুৎথেকপী ঙাইতে লৌকোননুং, ম্না পুনথোংবা লৈময়াই নুংমোৎ নানখুবী পোক

নদাইবেম তয়ম ইব্রাকমদি কেগে কংলৈ পুংলোমদা খোইয়ুম নোংসাবা মকাইফমবু নতৈননা, খোইয়ম নংবু কোবৌনা পীদোননবীগনো চিংঙু অব্রাংবনা ননুং নাইবীগনো! তযম ইব্রাকমনা কাওজদে, ইখোং ঐনা নিনজবোই, ম্না কোনগা হুন, লুপা যাইগা চননা খোইয়ুম ম্না নখোংখাদা মালবী খদপননা খুকমজবমগে। নবম লম্লেন মদাইমা [1]খুৎথেকপীও কৌবদি, হযিঙৈদা [2]খোইমোম লাইবেম্মা তবেৎমকনা শাসু মখুৎ থেকনা কোবৌ নোংদা কাখিএ। নবম লম্লেন মদাইমা কেগে ঙাইতে লৌকোননুং থম্বাল নোংসা

১। মতাং অসিদা খুৎথেকপগী অসি নৎতবা খুৎ তেকপগী অমসু লৈ ২। হেলোয় তবেৎ

লৌ; নুংমোৎ নানখুবীপোক চেগোই লৈই, ম্না পুনথোংবা লৈমযাই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি নহননোং হয়িঙৈদা গুরু সিঃ যাঃ কুবচি অবিবগী লাইজা ইশিংখোং মপান্দা [3]চিংঙু নোংনিংথৌগী মমোম্লোয। খোইমোম লাইবেম্মা তবেৎমনা চাবৈ মফিজেৎপু লৈবাই মুংবী চংদোলথক্তা থমনা ইরু সন্দেংলিঙৈদা সিঃ যাঃ কুবচি অবিবনা চাবৈ ফিযাম পুন্নমকপু খোন্নক্লে। খোইযম লাইবৈমা তবেৎমক্তি তাংজা ইকাই নংলবগী শামু মখুৎ থেক্লে। লাইগী ফৈগন কাবন চননা হাযবকএ" ইপু কুবচি অবিবও চাবৈ ঐখোযগী ইফিবোযবু পীনও হাযববদা কুবচি অবিবনা পাউখুন্নকএ" কোবৌ নোংনিংথৌগী মমোম্লোয খোইমোম লাইবেম্মা তবেৎমক চাবৈ নখোযগী

৩। অব্রাং পাংখং য়োইবেনগী মচা

নফিবোযবু পীনগে, চবৈ ফি অপীমনবু কবি পীগদনো? হায়না পাউখুম্ববু চাবে ফি অপিমনবু লৈতেএ ইপল অৱাং কোবৌ নোংনিংথৌগী স্না ললযাম লৌরুগে হাযনা পাউখুম্ববু ইপু কুবচি অবিবনা পাউযাদেয়ে।" হে খোইযম লাইবেম্মও চাবে নখোযগী ফি মমন পীনববু ঐ হায়বগে পীনও। হাযববদা খোইয়ম লাইবেম্মা তবেৎমকনা ইপু কোলোয় নযাথংবু হেপথোক্লোইএ হাযনা পাউখুম্ববু ফবে খোইযম লাইবেম্মও নসানৌ স্না থম্বাল লৈমা অতোনবীবু ঐঙোন্দা ⁸কাওচানবম্মো। হাযনা পাউমেল্লবদা সিঃ যাঃ কুবচি কোলোই ময়াথংবু হেপথোক্তনা নসানৌ স্না থম্বাল লৈমা অতোম্বীবু কাওচানবম্মে। মসানৌ খোইযম লাইবেম্মসিংদি চাবে মফি পীনববগীনা স্না ফিবোয় সেৎ চাবে মকা ফোং মাল্লৌ মিমাং তাকনা চৎলে হাযদববা। মসানৌ থম্বাল লৈবাং অতোম্বীদী তাংজা মরু লুক পাইমা পুক্লিং নুংহিক্লনা মিকপখিএ মশাবী মচেমশিংনা মশানৌগী মীকপখোলবু তাববদা নুংশি ⁵হেনশোইননা নিকনা তাববগী মশানৌ থৱাই ⁶লনখাই ঙমদবগী নিংনা ফম্না লেপ্না ঙাইখম্লম্মে হাইবগীবু ঙাইতে লৌকোননুং হাযনা কৌনখিএ। মশাবী মচেমসিংনা সামু মখুৎপু থেকনা পাউমেনখিএ" ইপল অৱাং নোংনিংথৌগী স্না মখোং খাদা কবি হাযনবু পাউতাক্লুসিগে হাযববু খোইযম মথৌথাবু হেনফদবগীনা স্না পুনলাং লুবোই থোংনা কোবৌ নোংদা কাখিএ হাযবগীবু স্না পুল থোংবা লৈমযাইও হাযনা কৌখিএ। খোইযম লাইবৈমা মখোযনা ইরু সন্দেংলবদা থৌদু নুংমোৎনা নাল শামু মখোং নান লম্ববু শামু খোং পোক্লে হাযবগীবু নুংমোৎ নান খুবীপোকও হাযনা তৌনা কৌনএ॥০॥

## নিংথৌ লম

নবম কংলৈ মদাইমা নিংথৌ লমও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হায়ববদি? নহননোং খম্বা মুংয়াং (মোইবাং) চাওবনা খোইযম লাইকোননুংবু ওইগে হাযনা ¹চুপ্লৌ উবোং থাবমএ অদুনোংগীবু নিংথৌ লমও কৌখিএ।

৪। থাজবম্মো ৫। পুক্লিং নুংশিনা নুংহিক্লনা কপ্লা ৬। থৱাইগা থৱাইগা খাইনবা ঙমদনা ১। উচুপ যুংদুনা উপাল থাবম্মে

## চিন্দম্বা

খম্বা মুংয়াং চাওবগা নোংবান খোইদোম অহনবগা লুৱাং মালতোম অতোম্বগা মখোয় অহুম্মকপু লমওক্লবে। খম্বা মুংযাং চাওবনা [১]ইচুম ৱাও নপিঙাদী কনা কনানো হাযনা পাউহনঙম্ববু খোইদোম মালতোম অনিমক্না পাউখুন্নকএ।" ঐখোয়দি খোইদোম মালতোম অনিমক্নীনা কংলৈ লমথোন সকপদি ঐখোযনে। হাযনা পাউখুমখিএ। পাথৌ নংদী কনানো হাযনা পাউহংলবদা" ঐদি খাম্বা মুংযাং চাওবনে হাযনা পাউতাকখিএ। অদুনোংগীদি পাথৌও ঐখোয অহুম্মবু ৱাংলৈ যুবু থকমিন্নসে হাযদুনা চিন্দীননা থক্লমএ হাযবগীবু চিনতিনপালও কৌববু কেগেতবু থি মোইবাং হৈবাং তানবনা চীন্দম্বও হাযনা কৌনৈএ॥০॥

## খুৎতেকপী খুৎলুংবী খুনবলম

নবম লম্লেন মদাইমদি [২]খনা খম্বা ইৱাংলোনবু খৈনা তুপনা খুতেকপী ওক্লৌ, খুনবলম; খুৎলুংবী কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযবদি, নহনোং লুৱাং লোইনাই নং যাওশা তনবনা ৱাইবা শাদাল্লকপদা, মলং চৈবোইনা যাওবৌ শা পাল্লোক, চকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা লাঙ্গোই সাযাং থক্তা তোংনা লাইজা [৪]ইৱাংমবু লানগে হাযনা চোংলকপবু মালেম নৈদা তাববগী শামু মখুৎ তেক্লে হাযবগী খুৎতেকপীও, খুদেকপী হাযনা তৌনা কৌনএ। কেগেনা শৈশকনা মোইবাংনা শৈথানবদি অপোম্বাবুদি অলুংবাও কৌনএ। অদুনোংগীবু শামু মখুৎ তেক্লববু পোমখংলে খুৎলুংবী খুদংবী হাযনা তৌনা কৌনৈএ। শামু মহাক্কী তিমেন মতাচাবু মালেম নৈদা তাববগী খুনবীবমএ হাযবগী খুনবী লমও খুনবা লম, খুনব্রম হাযনা তৌনা কৌনখবে॥০॥

## কাংসোইবী

কংলৈ মদাইমদি [১]ইয়ু সম্মোং মোবিবা। সিম্থোং চাম্মবু লমঙাকপা লাইখোং চাম্মবু মক তোংবা খোইযম নহাকপু কোবৌনা পিদোননবীগনো। চিংঙু ৱাংবা ননুং নাইবীগনো।

২। ইচিল ইনাওসা ৩। খানা লোইবা লম ৪। ইশিং ৱাংমবু ১। ইশাগী লাই

ইব্রাকমনা মালবী খুদপননা মুকমু লৈতোন কোননা খুকমজবমগে নদাইবেম ইব্রাকমদি খোইযুম হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন ইশৈবু সকৎচবককে। নহননোং [২]সৌবোল লাযবেল নৈমা সানৌ মচিন মনাওনা মপন নিংথৌ মবুধিবাগী [৩]মকলৌবেলদা লংমাই [৪]চাইসি লৌদাঙৈদা লেপ্লে সাবেং খোইবী অকংববু [৫]ইব্রানলেন্ কাংসোই থোনাং চাবমএ হাযবনুংগীবু লল্লেন লমদম লমনুংশি [৬]কাংসোইবীও হাযনা কৌনা হাযনখিএ॥০॥

## নৈমলৌ নৈশ্রৌ (নৈশ্রাম)

সৌবোল (শ্রীবোন) লাযবেল চনু সনৌ মচিন মনাওনা খালৈ লৌদাবিঙৈদা, লুব্রাং লোইনাই নহা যাওশা তানবনা যাওবৌ [৭]সাপাল্লোক। চাকমোম ঙমখাই তাল্লকঙৈদা পাউহংখিএ'' সৌবোল লাইবেল চনুও সানৌ নচিন ননাওনা কোবৌ নুমীৎ চুপনা নপনগী খালৈ লৌদাবকপবু [৮]থৌবৈ তোলগা লং [৯]ব্রাহি কোক্তা সম [১০]তেংপাক লালু সাববু, তেংপাক মসিং কযা শুববনো? শিংথাদুনা হাযযো। হাযনা পাউহংববু শানৌ মচিন মনাও অনিমক্তি তাংজা মক লুকনা শামু মখুৎ থেকনা পাউখুম পীঙমদবে। লুব্রাং লোইনাই নহা যাওশা তানবনা পাউমেনখিএ।'' সানৌ নচিন ননাওনা ঙসিগী মখৈ পাউখুম ঙমদ্রবদি, হযেং লাইবেল নোংজাদা পাউখুম্মো। হাযনা পাউমেল্লকএ নৈমা শানৌ মচিন মনাওদি যোইমযাই অঙান তাংলৌ নৈনা থেংলক্লবদা [১১]মপীঙা মবালযাইদা যাকাবকএ। মচিন মনাও অনিনা তবা চাকপুম অমৎতসু হুক্তা লাইজ চিনফুং অমসু যেংবিদনা নৈবা অসি উবদা মপল নিংথৌ মবুধিবনা পাউহংলকএ'' ইমোম নখোয অনিনা তবা চাকপু হুক্তা, লাইজা চিনখুমসু তংবীদনা নৈবিবা অসিবু কবিগীনো হাযনা পাউহংববু॥ হোই ইপল মপুধিবও নমোম ঐখোযদি তাংজা ইকাই নংলে॥ অদুনুংগীদি নপল ঐঙোন্দা তাংজা ইকাই ব্রাবু ব্রাবম মতোন লোম্না পাউদম্মো। হায়ববদা মমোম

---

২। সৌবোল হাযবা অসি হৌজিক্তি শ্রীবোন হাযনা থংনবি মসি হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপদগী ওন্থোকখিবনি হিন্দুগী লোন তমখিবনি। ৩। মবৌলৌফম ৪। নৈতুম চাইথোক্লনা লৌশুবিঙৈ ৫। উযান্দা কাংসোই থোংলগা ৬। হৌজিক্তি কাংসোইবী খোংবান হাযনা থঙনৈ ৭। শানৈবা লোক ৮। থবক শুদুনা ৯। নাপী যাওবা নৈপাক কোক্তা পুদুনা ১০। তেংপাক মবোল মবোল লোননা পুববু। ১১। মবান্নী

অনিমনা মপল মা মখোংখাদা পাউখুম্লকএ।। ইপন নিংথৌও ঙসি লাইবেল নোংজাদা খালৈ লৌদাকববু লুৱাং লোইনাই নহা য়াওসু তানবনা যাওবৌ সপাম্লোক [১]চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা শানৌ ইচিল ইনাওবু কোবৌ নুমীৎ চুপনা খালৈ লৌযানববু তেংপাক মশিং কয়া সুববনো হায়না পাউহনববু শানৌ ইচিল ইনাওনা পাউখুম ঙমদেএ। তাংজা ইকাইববু নংলে হাযনা পাউমেনববু মপন নিংথৌ মবুধিবনা কোলোয অবাযবা যাথং অবেম্বগীদমকপু কবিগী তাংজা ইকায়কববনো নপন ঐনা পাওতাক্কে। তবা চাকপু চাবো লাইজা ঈশিংবু থক্লো নপন ঐনা পাউতাক্কে। হযেং মানা কোলোয় অমম্বা যাথং অহকপবু হংলবদি অসুম্নবু খুম্মুদো ঐখোয়দি মোমনু নুজা ওইবীনে নংনা হাননা পাউখুম্বীও। নংনা লাঙ্গোই শয়াংথক্তা কোবৌ নুমীৎ চুপনা মালেম মানা লোযনা কোবৌ নোংখোং কোইববু লাঙ্গোই সাগোন খোংঙ্গুল মশিং কযা শুববনো সিংথও, হাইও।। হায়না পাউখুম্লবদা মমোম অনিমক্তি হবাও পুক্লিং চংলে, তবা চাক চাবে [২]অহিং খোম্লেন মীকপ মীনমখবে। হযেং লাইবেল ইনুং ঙাল্লবদা অমবক থিংলৌ নিংনা তেনা যোংলৈ লেংদা থোংনা খালৈ লৌকুমলক্লে। মপলগী খলৈ মবৌজাবু থোবৈ তোলগা লংনা, খালৈ লৌযানখি। লুৱাং লোইনাই নহা যাওসা তানবনা অমবক হননা পাউহংলবে। শানৌ নচিন ননাওনা ঙসি কোবৌ নোংজাদসু তেংপাক খাবোল হুনববু তেংপাক মশিং কযা শুববনো? হাযনা হংলযে। সৌবোন লাইবেল চনু মচিন মনাও অনিনা লুৱাং নিংথৌ লোইনাই নহা য়াশা তানবও নংনা মলেম মানা লোইনা লাঙ্গোই শাগোনথৌবকপবু, লাঙ্গোই খোংঙ্গুন কযা শুববনো নংনা হাননা শিংথাও ঐখোযদী মোম্নু নুজা ওইবীনে। নংখা হাননা পাউখুম্মো। হাযনা পাউখুম্লবদা লুৱাং লোইনাই নহা যাওশা তানবদি তাংজা মকলুকনা পাউখুম্বা ঙমখিদেএ। লাঙ্গোই সযাং থক্তা তোংনা পাউখুম্ববু ঙমদনা থৌখিএক। শানৌ মচিন মনাওগী খালৈ মলৌবেল ওইবম্মে হাযবগী লৈমা লৌও কৌববু লৈমবৌ লৈগ্রৌ লৈগ্রাম হাযনা খংনখিএ।।

১। চান্নবা শা তাল্লকপা ২। অহিং তুম্মীনখবে

## কৈরেন নরন কৈরেনফাবী

নবম লম্লেন মদাইমা লৈশ্রৌবু নতেননা, চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবনবগী মোমনু তালোই মকম্বী লৈম তবানুনা ইশোক্লম ইশোক থেন নবম লম্লেন মদাইমদি কৈবেন নবন কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদি নহননোং ঙানবা খুমু কৈওইবগা মপাবি তাংখু তাংহন অনিমকনা খাম্বী কৌশিংবু সিংগাং ফাম্না তালঙৈদা মপন ঙানবা খুমু কৈওইববু পাম্বা লমফম্বনা যাওচাযে। মপাবি কজেং তাংখু তাংহন অনিমকনা থাংলেন খুৎতা শুনা তান্নবকখিএ [৩]পাম্বা নিংনা তেনা কৈবেননা হান্না লোননা [৪]ঙাইখম্ববু শানৌ মচিন মনাওনা পাওমেন্নখিএ।

ইশানৌ ইচিন ইনাওগী থাংলেন ইখুৎসুন কৈবেন মবুক ফাৎতুনা চৈবিবগা পাম্বা কৈবেল পীবুকনুংদগী পম্থৌ ইপাবু শোক্লববা হায়দুনা পাম্বা নমদুনা ফাসে। হাযনা সানৌ মচিন মনাওনা কৈবেনবু খুৎনা নমদুনা ফাবে। পাম্বা থাবক লাক খাইনা থাংলেন চেপনা যানববু কৈবেল [১]পাইমা উনগোইনুংদা, মপন পম্থৌ পোকমাবদি থব্রাই মমি মাংদনা ইঙাং পাকতকনা ইমু পামফেননা লৈবম্লে। কৈবেন অথৌববু শাম্মু খুৎনা নমদুনা ফাবে হাযবনুংগীবু কৈবেন ফাবীও লমনুংশী কৌনখিএ। পম্থৌ মপা মচা অহম্মক্তী তাইবং মলং পান্দা পাম্মীন্নবে। মপাবি তাংখু তাংহন অনিমক্তি উকাই লাংবু লাংথোকঙৈদা পোম্বী চেক মযাম ফাবক্লে। মপন পম্থৌ মপানা থাকপা লাংদি পোম্বী চেক অমৎতসু ফাদে। শানৌ মচিন মনাওনা ঙাংনৈএ, পম্থৌ অসিবু [২]যাবৌ শাবিংচেন পাম্বা কৈবিংজেনবু চেল্লববা হায়না লোন্না ঙাংনৈএ মচিন মনাও অনিদি লোননা লোঞ্জা লোম্থুপননা মিৎযেং শানখৈকববু মপন পম্থৌ মপাদি, পোম্বী চেকযাম থুববু [৩]পাম্বা কৈচোং তম্না যাওজবম্লে। মপাবি তাংখু তাংহন অনিমকনা” পম্থৌ কবি খোইজেন্নো হাযনা তাংখু তাংহননা পাউমেনববু মপম্থৌ পোকমাবদি তাংজা ইকাইবগী তাইবং মীবু ওইবা ঙমদনা পাম্বা কৈবু ওন্দুনা চেনখিএ। মপাবি অনিমক্তী মপম্থৌগী হৈনা মতুং

---

৩। কৈনা নিংদুনা তুমীন্না ৪। ঙাইবম্ববু ১। মপুকনীংদা ২। শাগী পুকচেন ৩। কৈনা চোংবগুম চোংদুনা

ইন্না তান্নবক্লে। পন্থৌ মপা পান্বা কৈওইবনা মপাবি খোইযুম লাইওইবা অনিমক্কা লাননা চৎখিএ হায়বগী কৈবেন নবনও কৌববু কেগে মোইবাং হৈমন তানবনা কৈবেন নবনও কৌবমএ॥০॥

## চিংমৈ নিংথৌ লুতুব্রায়

চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবলবা, হুযেন কোনম নম্বা ফবা লুতুব্রাই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি, নহননোং মোইবাং খোবি চিনাই কৌবনা ব্রাংলৈ যুহোংঙৈদা চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবনবদি [৪]হাওতৈ কোক্কনবকপাগী ব্রাংলৈ লুদা তোংনা ঙাওবক্লবগী নোংয়াই খোবি চীনাইও পন্থৌ নপা কোনম্ববু ব্রাইবা ঐগী ইতেন চানা নোংমনবগী মপাবিনে নংদি হাযববদা নব্রা খোবি চিনাইনা শামু পুক্লিং কাওদববগী হৌবেন কোবৌ নুমীদাং যাংলৌ লম্মখাংদা ঙাইখল্লে। চিংমৈ নিংথৌ থাবলবদি, মবান মোংবা শংলেন যাযদা কুমলকপদা খোবি চিনাই অপিশগী থাংলেন মখুশুনা যাংলৌ লম্মখাংদা যানথুবে। চিংমৈ নিংথৌ থাবনবদি চাওনা শাংনা লূতুববগী অদুনোংগীদি চিংমৈ নিংথৌ লুতুব্রাই হাযনা তৌনা কৌনখিএ॥০॥

### থাংপুবেন পাৎ থমংখোং

### যামখোং;; ইথিং;; শনথৌবী

নবম লম্লেন মদাইমা থংপুবেন পাৎলো কৌবদি, কৈদৌনোংগীনো হাযববদি? নহননোং হযিঙৈদা লোইবী থাংপা কৌবনা খোং অমা তৌবম্মে। কোলোয মাগী মমিংথোনবু লৌদুনা থাংপুবেন পাৎও থমংখোং হাযনা কৌখিএ। মযুম লোইবী হাওযাম যুম্লাক তবা তাবনা ককলেন মীঙম্ববু (ককয়েন) পাইমা পুক্লিং অকি তুজুং শোংকিব্বগীদমকনা মালেম কুম্বী লৈখুন তৌনা লোইবী হাওযাম মীযাম্না শাথুপ্লল্লে হাযবগীবু যামখোংও হাযনবু মোইবাং ব্রাংলৈ হৈমনতানবনা কেকেতবু থিবনা শৈশক্লখিএ।

৪। য়ু ঙাওববগী

নবম লম্লেন মদাইমা ইথিং ইথিংবীও কৌবদি, নহনেনাং ককলেন মীঙম্বা নামু পোনচেম্ববু খোযযুম য়োইমোংবা তাওথিমাং মচিন মনাওনা তুবেন তুদেংলকপদা ককলেন মিঙম্ববু লান্দাবকঙৈদা মচিন মনাও অনিনা থাংখৌবোম্বা তা খাংলুনহা অনিবু পাইদুনা কক্লেন মীঙম্বা মশা শাগন পাং অমবু কক্তুনা থাথবকএ। পোম্বী মশা শাগন অচৌবনা লাইজা ইদা তাদুনা লাইজা ঈশিংবু থিংদুনা লৈবম্লে। হাযবগীবু ইথিংবীও ইথিং হাযনা থোন্নৈএ।

নবম লম্লেন মদাইমা শম্থৌবীও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদি নহনেনাং খোইয়ুম লাইনিংথৌনা কাওবেন সম্থৌ লাববু ওইনা লাইজ ঈশিংদা তিংনা খোংলমলে হাযবগী শনখোংবীও শম্থৌবী হায়নবু খঙনৈএ।

ইবোই ব্রাখোং;;
লাইগা তুবেল, লাইকাবী লোক
লাইখাম্বী, লাইখুবেম্বী, লাইখ্রেম্বী
কেগে পাবোংথোক, মোইবাং পাবোংব্রা
খুন্দীনবী ইকোন লাইফম্লেন;;

নবম লম্লেন মদাইমা কেগে নবৈপাক লাইকাবী ইশোক্লমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি? [১]লাংলেন ব্রাবোংবা, কোংয়াং লাইওইবনা খোইযুম্বা লাই মানা তৌবগুম, ইবোই ইবোইদুনা লাকএ হাযবনুংগীবু লমদম লম্লেন লমনুংশি ইবোই ব্রাখোং কৌখিএ। লাংলেন কোংযাং মহাকনা খোইয়ুম লাইগী লাইশককুম মথং মথং কাবকএ হাযবগী লাইকাবী লোক লাইগা তুবেন হাযনবু কৌখিএ।

লৈমা হাওনুখম পুম্নিবীনা [২]চাম্লৌ লাবাক লাতোন্দা, চেংঙৌ খুবাম ফহাপনা, ইনু লৈমা চিনপাকপীনা শোইবেন ফুম্বী থক্তা মোংবা সংগা তম্নকপদা হাকোকচবা একম

১। অখোইবা ব্রা অবোংবা ২। লা লাতোন ককতবদা

চিন্নাইদবীবু কাংখিন্না লমওক্লাবম্মে খোইয়ুম খাল্লে হায়নবু লাইখান্নীও 'লাইখুবেন্নী লাইখ্রেন্নী হায়নবু কৌনা ঙাংনা হায়ন খঙনৈএ।। লাইখান্নী ইচিংলেন্দা পানবা ব্রা লোইদাম থাজ মখুৎসুনী।।

[৩]চাইবেল অইনাই মবৈমবী মব্রাখং;; মোইবাং কাইমু পুন্সিবা মব্রাচা' লোক্লৌ য়াইওইবা কেগে পবোং থোক মোইবাং পবোং ব্রা কৌবদি, নহননোং চাইবেন অইনাই লৈমা হাওনু কশানু শাফবীগী, কোংয়াং মচৈশুবু কোবৌ নোংলাংপানগী থাজা মক পাননা কুবীবা ব্রাবু। শামু খুৎনা পাইনা কেগে মোইরাং কাইমু পুন্সিবগী থোংজিন্দা তবা চাক্লিবিঙৈদা মাঙ্গোন খেঞোংলাংদা কোংয়াং মাগী মচৈশুবু অকাওপবৈনবল্লে। য়াংলৈ তাওবা হুইনা ঙাববসু, যাংলৈ হুইবাই তাবে। তেকপী ওকনা ঙাববসু ওক্লাই তারে কাওবেন শননা ঙাববসু শল্লাই তাবা ব্রাবু লাইগুম্না কেগে মোইবাংনা ঙাংনা ব্রাবু কেগেনা পাবোংথোক মোইবাংনা পাবাং শাংনা ঙাংনৈএ। মোইবাং খোযোল হনুবা মবোং কাইমু পুন্সিবনা কোংয়াং চৈশুবু শুমাং মথৌপুংদা লংথোক্লম্ববু অহিং ইনুং কৌবা শোইয়াইমদা কোংয়াং অদুবু শোইবেন উশোই হুন্দুনা ব্রাপুং ফাবে। চবি লিতোননা মতোন স্না লৈচেং হায়দুনা কোংয়াং কলং থাংদা, লাংলেন ব্রাকেৎনবা, লোক্লৌ চবোই মৈথাং তানা পাল্লবগী মবোং কাইমু পুন্সিবা মোইবাং খোযোল হনুবনা কোংযাং ব্রাপল ফুকনা লাইজা খোবিদাক ইননা থাথাখিববু কোংযাং অদুনা নিংনা তেবক্লে। [৪]লাংলেন অদুনা ইবম ইননা কাবক্লে। [৫]চিংলেন নাকফুই কানা খোইযুম লাইনা তৌবগুম তিননরল্লে। অদনোংগীবু খুন্দিনবীও ইকোন লাইফল্লেন হাযনা কৌখি। [৬]হুযেন লাননীগীদী ক্লাক হংগেন তোংবা কবো ব্রাবৌ থিববু লৈহও শিনতাকনা লৈমু শেংওইনবা থেল্লেনযাইদা পানবা ব্রা। কেগে পবোংব্রা মোইবাং পবাং ব্রানে। কেগেন [৭]কচেং শুনদে, থাংহুকনদবা ব্রাবু খোইযুম নাদম যেংনা ইব্রাকমনা পুকমজবমগে।।০।।

---

৩। অইনাই নিংথৌগী মচানুপীগী মচানা ওনবা ব্রা ৪। ব্রাং অদুনা ঈশিংদা তাওদুনা কাবকই ।
৫ চিংগী নাকন্দা ৬। লান ৭। থাং

## ফুন্নৌ , হৈনৌ শিংগা ইবোইও

## থামৈকোন মৈকাম্বী কুবেকচাই

নহনলোং খোইয়ুম লাইবেম্মা [৭]অহমনু, অবৈনু, য়েৎলৈমা, তন্দাং, তাংনু, থেবেলোংবম চনু, লাইসা, হেলোই তবেৎমক্রা [৮]মৈতেংঙু লাইবেল পাখংবগী, [৯]খোংলোঙ সঙ্গাই তোননাও লোং, চুম্লাং খোংদিন লোং ফুমদি হমৎলোংবু লোংখোক দুনা লোংফাল্লে। লেম্লে ঙাখা ঙামী তাল, শৱা উমিং তাল্লিঙৈদা মপাবি কজেং তাংখু তাংহন অনিমকপু শোইবেল ফুম্বী থক্তা শুম্লম্ববু চিংঙু অবিবা খোইয়ুম অতোনবনা হুখববগীদমকনা পুম্না মাংখবে। অদুনোংগীবু শোইবেল ফুম্বী থক্তা শুম্লম্ববু লৌখবে, ফুন্নৌ পুন্নৌ হাযনা খঙনখিএ খোইয়ুম লাইবেম্মা অনিমকনা মপাবিবু খিবদা খিখংদববগী লোইবী [১০]"হাওকুবেক চৈনাইবদা খোম্লাং তাজিন ইঙৌ থননা হান" পাবি ইবুংঙো নৱা অখুবও শানৌ নচিন ননাও অনিমকপু খোইয়ুম লৈবক শাথৌবা খোংবান লমযানবা কবম্বনা পুখিববনো, পালেম নমা ঐদি, থিক্রেন ইথানুংগী খোম্লাং তাজিন ইঙৌ হাম্ববু মতৌ কবম থাদোককবনো? পলেম নমাগী খোম্লাং অসিবু পাবি নথৱাই মিবেননা থকহৌবো হাযনা খোম্লাং তবাও পীবুক থনববু চাইথোক্লে। অদুনোংগীবু খোম্লাং কুবেকচাইও কৌববু মোইবাং হৈবাং তানবনা কুবেকচাইও কোবেকলৌ হাযনা কৌখিএ খোইয়ুম লাইবেম্মা তবেৎমক্রা হাইনা শিংনাদুনা কাবক্লে হাইবনুংগীবু হাযনৌশিংগা হৈনৌ সিংগাও কৌনৈদো। লাইজা ইবম লাননা লাম্থোকখিএ হাযবগী ইবালও ইবোইও খঙনৈএ।

খোইয়ুম লাইনিংথৌ মহাক্লা মমাই মমীৎ পোম্লা চংখিএ হাযববু পোমনা থানা চংখিবা ইকোলনে থামৈপোমও কৌববু থমৈকোল হাযনা খঙনবে। খোইয়ুম লাইনিংথৌনা মমাই মমিৎ অপুম্বা মুনা কানা থোক্লকএ মাই কাবীও কৌববু মৈকাম্বী-ওতৌন কৌনবে। খোইয়ুম মশানৌ অনিনা কেগে লমথা পুংদা ৱাইথুংলবে শানৌ মচিন মনাও অনিমকনা

---

৭। ইমোইনুগী সাইওন ৮। মৈতে নিংথৌ ৯। লোংপাক মচাগুম্বা ১০। লোইবী চিংগী মতৌ ওইবা থবাক ঙানফমদা চৈকংগুম কনখৎলক্নুনা খোমহৌথবকপা

য়াংখুবনা কুয়ান চিং। য়াংহনবনা কুদাওবোকপু তানা খল্লীবা লাইনিংথৌ চিংঙু নংগী যাইখংনা সনম নমদা ঙৈথোমননা পাথাং যৌন মেননা সাইওনবা কম্বোংলকা য়াম্বা, ৱাকয়ে নচে খুনদোংচেন নাহি লম্বু হোন্না হোনঙম্লোইএ। খোইয়ম নতিক অকুববু পাইমা শিল্লেলোম্বা ইৱাকমনা তেংথা ঙম্লোইএ। হয়েং কংলৈলাথুপ অপিশানা তেংথাবসনো॥

# কেগে লৌৱাইলৌ তাওথোং

# মোইৱাং তাওথোং লৌরেনবা

নবম লগ্নেন মদাইমা হুইচিকপা ইবিনদোং। তাওথোং কাইবী ইচিক্লেনবী তেংথাজবক্কে। নহননোং হয়িঙৈদা চাহুই লৈবোংপোকও কৌনবম্মে। কোলোই অমুবক [১]মীংহুল্লবগী অচা চাদ মবোংলৌ, শঙাই কোযেংলৌ। খাকুং পাইবু লৌ, খুনথিক পাংলৌ, সেন্দাং চিল্লোন লৌ হায়না তৌনা তৌনবম্মে। লৱাইলৌ তাওথোং কৌবদি, নহননোং [২]তোইবী যাইথিং চনু অকোং চবোনবগী। যোংচি লৈকোই পামজনুগা খোইনৌ মতা অনিমকনা,কেগে খুংনিংথৌ ঙাংঙোই যুমখু [৩]পোংলেন হনবগী খালে মবৌবেলবু থাংযি [৪]ফৌকুক কৈকুক তাল্লে। খুমন থুম্বগী মচন খোইনৌ লৈবি কৌবী [৫]মদু নিংথৌ খংলে লৌবকচে, লৌৱাই কাইমু খোক্লৌ লেংহোনবনা [৬]হাকুম কোংযাং ৱাকুকোন তুচোম্ববু থৌবৈ তোলগালং যোংযা [৭]খনতৌনা, যুফা খুন্দান ৱাহি কোকশম্না, হক লোংনা ফৌনা খাবি য়েনপোপথোক [৮]লোইমোম উমীথেম। খাবি খুংতা পাই চাইচি ফম্না লাংনা থাংযি মনৌয়োক লৌবি শেন্দোংনুংদা লাইজা ইগাচন, থাংযি অচাওথেম চুমলৌ তাইগা মেন ৱাইবি শললম মাইতোং লৈনা ফুনগে হাইজিল্লবদা, কোবৌ হান্না কাংগুম্বী য়াইচেং নিক্লবগী মোমনু খুজিন লাইপুম্ থুংলবগী মপু স্না মখোংখাদা চেননা কাবক্কে। নিংথৌ কোনুং সংগাইমাং লাংখোং অচনবদা লাপনা

---

১। মমিং থোল্লবদি ২। তৌইবীজম চনু ৩। ফাংফাং ইৱাং পোংলেন হনবা মীগীনা মকোক লাইগীনা মমৈ ওইবদা পানবা নিংথৌ ৪। ফৌ থোক্লবা তানবা ৫। মৌপ্পা ৬। মমাং চহী ৭। য়োংনা লৌয়া তৌদুনা ৮। ফৌ

পাউমেল্লবে” হে ইবুংঙো তাও! ঙাংঙোই য়ুমখু পোংলেন হনবাও নদাইবেম ঐখোযবু কোবৌ হুননা কাং, কুম্বী যাইচেং নিক্লবগী চুপ্লৌ তাইগা মেল ৱাইবি শল্লম মথোং নৈনা ফুনবা ঙমদবে মোমনু ঐখোযবু খুজিন লাইপুম থুংলে [১]পুবিৎলাই নংগী থাংযি চাগা তানববু কৈবুক লিকক থনববু ঙল্লবোইএ নযু ইকৌবীয়ো। নযু কেগে ঈ, কেগে থংজিঙ ঈ, থংজিঙ ঙাইচিংঈ, মোইবাং ঙানবা সনচেন ঈ, কোবেক অনি চিন্দীন ঈ, লান্দা অনি কোকশোকঈ, অৱাং চিংপন পানৱাই ঈ, তুবেল লোকচা মংচাঈ শাবোল ঈ মংলোপ ঈ, কৌবা ইনুং ঈ, ইবেং ইখাই ঈ, ঙানবা নোংজা ঈ, অবোইশুবা নোং শেল্লোই লংমাই নোং, লংমাই থিক্লেন মাইবেন নোং, কুম্বা নাওসং নোং, ৱাহোং লংমাইনোং, মযুম শেনবীনোং, শেনবীকবোনোং কবো তাইপোং নোং, মযুম লোইবী লোকখানোং, লোকখা যাখা নোংহাওখা চাইবেন খুঙমনোং, চাইবেন শুবসু নোং চিংযা লৈফোন নোং, কৈবি কৈযা নোং, সাবং ঙাইবং নোংবু ঈ পীবীয়ো, হাযনা নিংথৌ ম্না মকোংখাদা ৱাকৎচববদা কেগে খুৎনিংথৌদি, নিংথৌ লাংখোং অচনবদা [২]মপান যাথোল্লকপদগী [৩]কংলা তোংনা যাংদা ফম্লে। মদাইবেম খোযোন মোবি অমাইবদা পাউমেল্লকএ” ইদাইবেম তযমও কুমশি কোবৌ হুনা ফাংগুম্বা য়াইচেং নিকপা অসিবু, কেগে পাবম [৪]কাও মোইবাং পুবম নিনবা কবন্নবু লৈবনো? কংলা মং হোংলো খোইযম মংদম লাইপাও তাগে হায়না পাউমেল্লবদা মদাইবেম খোযোল মোবি মাইবনা ঙাইখোং তোনবা তংদাকক, মনুং তোনবা পাউমেল্লুক্তা [৫]চাল্লৌ থোপচন যাই। চেংঙৌ খুবাম ফহাপনা যেকম কাংথিননা, তবেৎ শেন্দি মবাইলোং, নোইনু থুমদী কাকুপ হাপ,শিংলী লকা যোননা ফিমু লৈকম ফিনা খোম্লেন মংচং থাখিববু। মযুম থাংজিং লাইনা খোম্লেন মংপাউ চেল্লক্লে। মযুম কেগে লৈকোইনুংদা সাগে মচেংবা মচানা তালোয যু-যু মদিননববু থিনা হুম্না লোংনা কুম্না ওকচিন নোংলাওনও। সঙ্কোং নোং কৌও, খৌবু নোংহৌও। কংলা হিবাও ও নযু ঐনা লাইজা ইথাবক্লে। হায়না খোম্লেন মংবাও চেল্লক্লে। তাইবং মলং কাবক্লে, নিংথৌ ম্না মখোংখাদা খোইযম

---

১। ইপা ইপুগী লিকলম লিখুন মথং মথং পাল্লকপা নিংথৌবু মোইবাংনা পুবিৎ লাই হাযনা কৌই। ২। অযুক য়াহৌথোবকপগী। ৩। কোনুং। ৪। ইপা ইপুগী থৌবমবু কাওথোকপা। ৫। লা

লাইপাউ থাববে" হে ইবুংঙো কেগে খুৎনিংথৌ ঙাংঙোই নৈমাবও। নদাইবেম ঐনা খোম্লেন মংচং পাউবু নয়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ চিংঙু লাইপাউ ব্বাদী কেগে নৈকোয পুংদা [1]সাগৈ মচেংবা মচানা তালোয় যুমদিনববু লৈএ, অদুবু থিনা ওকচিন নোংলাও ফমদা নোংলাও নও। সম্থোং নোংহৌও কংলা হিবাও ও থৌখু নোং কৌও। হাযনা পাউদম্ববু নতাববদা কেগে খুৎনিংথৌনা ইদাইবেম কেগে নৈকাই লাকপা নিপানমকপু কাবকও হাযনা শঙাই তুলাই খোংলাই য়াংববু থিনদনা পাউকৌখৎলে। অঙম্বা স্না চিনবা লেংনা তিন, লাংমৈ লাংচাও থেৎপা লেংগা ফানা কাবক্লবদা কেগে খুং নিংথৌনা পাউমেল্লকএ" কেগে স্না চিনবা মোইবাং লুপা থেৎপা পুম্নমক কেগে নৈকোয পুংদা শাগৈ মচেংবা মচানা তালোই লুমদিননববু লৈযে হাযযে। অদুবু থিদুনা ওকচিন নোংলানাও হাযনা পাউমেল্লবদা, কেগে নৈকাই লাকপা নিপানমকনা কেগে খুল্লক চংনা চৎনা থিরুববু ঙাংখা নৈকাইদা শাগৈ মচেংবা মচানা তালোই লুমদিন্নববু লৈবম্মে। কেগে কংলা তোংনযাং থক্তা পুখৎলকএ। কেগে মোবি মাইবদা শামু খুৎশিন্নবে খোইযোন মোবি মাইবনা কংলৈ নোংলাওফমদা কেগে ওকচিন নোংলাওনও হাযনা পাউমেল্লবগী তালোয [2]লোংনা কুম [3]থংলেন উপনগুমনা নোংলাওনবে। খোইযুম লাইনা শিল্লবনিনা সম্থোং নোং হৌবে, থৌফু নোংকৌবে। কংলা হিলাওবে। ওকচিন নোংফমদা [4]তোতো বোতো তুমৈশাং মৈশাংবা পংশিং খুল্লক অশৈবা মোইবাং নোংগৌ ইশৈ শক [5]লৈগা নোংগা তাইববদা খোইযুম থংজিং লাইনা যাজবে। [6]থংজিঙ ফিরুক খুম ফিমু লৈরুমশি, নোংলেন কুম্বম মৈবম নাই ময়ু ইবু হৈথবে। [7]ফুবেন কুফু চেপনা হৈ [8]কোবৌ খেদুম খেবা ব্রাংবন খোংদুম খোং, নোংথৌ মবাং হৌ নৈবকশিনু মবিম থম শাবন যাংবী মনমশি কাওবী শম্লোই তাও [9]তুবেল লাইথাংফান শিল্লীকোন্না তাও, খোইয়া তৌদোন খোম, ককচেং লাইজা ইমশি, ব্রাইখু মখুৎ উনা তাওথবে। ব্রাইখু লোং ই থবাও মপম উনা তাওথবে; থবোই লমথাং ঈ পিবেন শেনঙোই থুম, শাবন

১। সাগৈগী মচল মচা লৌবা। ২। নুপীনা লোংনা কৌবা। ৩। নুপানা উপ্না কুম। ৪। ঈশৈ শকপা অমা। ৫। লৈথক্তা লৈখাগা। ৬। থংজিঙ চীংদা নোংনা খুমজল্লকপা। ৭। হৈথবকপা নোংনা চেপ্লা ফৈনা চুথবকপা। ৮। নোংনা খাক খোংনা। ৯। তুবেলগী থোজ্রা শাদুনা লৈবা ফনবু।

লাংপক মবোম থুমদৌনা চাউনা তাওথোক্লে। অদুনোংগীবু কেগে লৌব্রাইলৌ তাওথোং;; মোইবাং তাওথোং লৌবেনবও হায়না তৌনা কৌনএ।।০।।

*খামফম, শঙাইলৌ, থাংলৌ*

*খোক্লাং তাঙাপুং, ঙানুচেং শেনপাং*

ওকসোংপুং, হনুখোং, *লৈতম পাংও ব্রাংথা*

নবম লম্লেন মদাইমা, লৈমা লমশং অচনববু শাম্মু তুংওইননা খাম্বী লৌখম চনু। নুমফুই ইয়াখোংবু ওইওইননা। নবম লম্লেন মদাইমদি নহননোং খম্বা মুংয়াং চাওবনা [1]মবিক চোনবনা শিনাবা, যুফা য়োইথং লেনগী মচন লৈমা, হাওবৈ মবোইনাই তাবিনাবমসুং খোংদীননা লোয়যা লমকন থৌব শাবেন শহোং, ব্রাংলৈ যুহোংনবদা লুব্রাং লোইনাই নহা তানবনা যাওবৌ শাপানলোক চাকমোম ঙমখাই তাম্লকপদা লমওকনবো নহননোং হযিঙৈদদি [2]পাথৌ কৌবদী ইচুম্মা কৌএ। খম্বা মুংয়াং চাওবনা, ইচুম্মা নংদী কনানো পাউহংববু, ঐদি লুব্রাং লোইনাই নহা যাওশু তানবনে হানা পাউখুম্লবদা।

অদুদি নবম লম্লেন মদাইমা অসিদা ব্রাংলৈ যুহোংবদি কবিগীনো পাউহংববু খম্বা মুংযাং চাউবনা পাউখুম্লকএ। কেগে লমচনগে মোইবাং লমলোক্লে হাযবগী [3]শংলৌ থৌবাংবনে। হাযনা পাউখুম্লবদা। পাথৌ খম্বা মুংযাং চাওবও কেগে নপাচা মোইবাং [4]নযেল্লুনে। কোবৌ নোংবুম যেং মলেম লৈবু যেংনা শাংলৌ থৌবাংববু তৌগনো হায়না খাম্লম্মে ‘খামফমও হাযনা কৌনৈএ। পাথৌ লুব্রাং য়াশু তানবও ব্রাংলৈ যু থকখো হাযনা ব্রাংলৈ যুবু থকপবু তাওজীং হৈগ্রু অতোইবগা য়ুশা তানা পিথক্লে ব্রাংলৈ মহাও থৈবে। পথৌ খম্বা মুংযাং চাওবও ব্রাংলৈযু অশিবু কবিনো ইথৈ থৈবে, হাযনা হংববু নতাববগী হোই ইতাও শমু খুৎনা ফংনা ব্রাংলৈ যুবু থক্লগা কবিগী পাউহংবনো? তাওজিং হৈগ্রু অতোইবনে হাযনা পাওখুম্লবদা” অদুনোংগীদি পাথৌ লুব্রাং যাওশ তানবও যাবৌ ঐগী শাযাম খাও, শাবেল ‘থাংজি অসিগা ব্রাংলৈ [5]যুমন্নৌও হাযনা

১। লিক মবি অচোনবা ২ইতাও। ৩। এঙ্গাং। ৪। মোইবাং সনাই। ৫। শা অকংবা যাইবগা ঙ্গিসন্দুনা থম্বা। ৬। য়ু থকপদা চামিন্নৌ

পীবম্লে হায়বগী সঙাইলৌও হায়না থোন্নেএ। শাবেন শানা ৱাংলৈ য়ুমননববদা ৱাংলৈ থোইনা হাওবে। ৱাংলৈ অয়াকপা হাওতৈ অথুম্বনা কোক্কাবকপগী থাংলেন নামৈ য়েপপবু কাওবম্লে য়াংলৈ লমখাং য়ৌববদা নিংনা তেনা লৌকবে হাযবগীযু থাংলৌও কৌখিএ। খোক্লাং মতাচাবু ঙাবম্মে হায়বগী খোক্লাং তাঙাপুংও কৌখিএ। চেৎনাচাননা ঙাংনবম্মে ঙাংনচেৎও কৌববু ঙানুচেৎও কৌখিএ [১]শেঞ্জিল্লক্লে হাযবগী সেনপাংও কৌখি, তেকপী ওকনাও মচা অমগা, খুম্বী নুংগাং চিংগী কৈবিযেক শাওম অমগা ফাদুনা [২]শুম্লম্লে হাযবগী ওকফা শালৌ ওকসুম পুং কৌববু কেগেতবু থি মোইবাং হৈমেন তানবনা তৈনা থৈনা হাযনবক্তুনা ওকসোংপুংও কৌখবে। খোইয়ুম খোইদোম মালতোম অনিমক্তি কংলৈ লমথোনশৈবু শককৎলক্লে চিংখোংকোযবা নাওনা কংলৈ লমথোন কোয়খৎলকএ। লুৱাং লোইনাই নহা যাওসু তানবনা কংলৈ লমথোন তানখৎলকএ। নোংবান শানৌ মচিন মনাও মবিমক্তী মালংনুংশা [৩]মৈনাক নকপনা [৪]হানু মালৈ শানা লাইজা ইদা তিংলম্মে হাযবগী হনুখোংও হাযনা কৌখিএ। নবম লম্লেন মদাইমা খম্বা মুংযাং চাওবনা ৱাংলৈ যুহোংববু নতৈননা ৱাংথাও কৌবদি লুৱাং নহা যাওসু তানবনা কৌবৌ নোংখোং কোইনা যাওবৌ শপাললোকপবু কোবৌ নুংশা মৈনা কনবনা অৱা হুইশোং লাংলবগী পামেন ৱাংমননা খাদা থা পামেন ৱাং মনা অমনা থক্তা থোং চাবৈ ফিঙৌ খন মলং নুংশা মৈবু খাংলম্মে হাযবগীবু ৱাংথা কৌববু কংলৈ লৈপাক মীযামনা তৈনা থৈনা ঙাংনদুনা ৱাংথোকও হাযনা কৌখবে। খোইয়ুম মচিন মনাও মবিমকনা কেগে কংলৈ পুংবু তম্লক্লে, কংলৈ, লৈবু তম্লক্লে লৈতম পাংও হায়না কৌনা থোন্নেএ।।০।।



১। ঈশৈ শক্লা শক্লা শকচিম্লক্লে ২। তুমহম্লম্লে। ৩। নুংশাগী মৈশা অকনবা ৪। হানুবগুম্না ইতে তেনা।

## শৈশক্লমদে থেল্লেনয়াই শৈথারমদে পুংলেনয়াই।

লমদম লল্লেন মদাইমা খোইয়ুম লাইনিংথৌ মহিশাং
কাওবেন শনশেন হুনববু ওইনা উমংলাই মপনমক্
য়াখল্লোয় মহিসাং তবেৎমকনা কাওবেন শনশেন্নহাবু শালওনলে।।
লৌবুক ঙাইমু খোইচাক লাংবন কৌজেং চোংবীচাবু
হুইদ্রু পবেং লেংনা য়াওবৌ শাকৎ পুংনে।।
কংলৈ নতিক অকুবদি ইৱাকমনা তেংথা ঙল্লোয়এ
হযেং কংলৈ লাথুপ অপিশা অকুবনা তেংতাবমসানো পুকমজবমগে।।
কংলৈ মদাইমদি লমনুংশি ঙাংলৌ থেলেন যাইনে।
হুযেন মাগী লননীগীদি, চোথে নিংথৌ চাবিংবগা
শাকুং নিংথৌ লোলাংবগা, মেন্দ্রে নিংথৌ শাবাবগা
লাল্লু অহুম থোকনিক নাক্সা লৈহৌ শিন্তাক্লবা
লৈমু শেনমোইনবা লম নবম কংলৈ মদায়মদি
উইবাৎ যাইদী যাইপুংনে .. .... ...........।।
হুযেন লান্নীগীদি অথোইবা চৌৱা মনিংথৌ অথৌবা
হুযেল চাওহুই নোংশা ফবগা, খুবোয মনিংথৌ শফবা
হুযেন খেকপা লাম্থৌবগা তেবী খাওম্বা পাথৌগা
লাল্লু অহুম মকনা থোননিক, লৈহৌ শিন্তাক্লবা লম,
লৈমু শেনমোইনবা পুংলেনযাইনে.............।।
নবম কংলৈ মদাযমদি, খুমুজাম্বা পুংলেন যাইনে
হুযেন লান্দা লান্নীগীদী থৱাইপুং পাইবা লাংবন পুং পোইববু
লৈহৌ শিন্দাকনা লৈমু শিনমোইনবা পুংলেয়াইনে।।
নবম কংলৈ মদাইমাদি, হাওকোক লৈমা অপাম্বী
স্না মপুংলেন যাইনিদো নবম কংলৈ মদাইমা
হাওকোক লৈমা অপানবী স্না পুংলেন যাইনিদো

নবম কংলৈ মদাইমা

লাইযু পুন্সিবা পুংলেন য়াইনে, অশৈবা চাম্মনা য়াকাপুং
অমাইবা চাম্মনা পোংবৈশং ককচিং মেনবনা হেন্না হেন
তাবিঙে হেনবা শঙ, তোংজিং মানবনা তৌনা
তাবিঙেদা তানবা শঙ, তেকপী খাওম্ববু তানসং
যেনব খান তোম্ববু খবাই পুংচি মহাও কাংনা
মশা তেকচবা শং, হুয়েন লাম্লী লান্নীগীদি
য়ামখোং তুংইনবী তুংইনবা থাচিবলেংনুং নুংগী
পাথৌ হুংচিবা, হুংচিবী, লাংখোং কংকালাম অথৌবগা
লালু অহুম থোকনা নিকনা লৈহৌ শিন্দাক্লা
লৈমু শিনমোইনবা শংলেনযাইবু খোইযম নাপা যেং
চিংঙু নতিক য়েংনা মালবী খুদপনা পুকমজবমগে
থম্লীং অপানশোয় খোইয়ম অকাবম্লু ফৈনা লান
নিংথৌ কেপাক পুংলেনযাই নিংথৌ তোনবা থেলেনযাই
ফৈনা লান, কংলৈ য়াদি ওকচিন ফেন্দা নোংহুল্লে।
খোইয়ুম লাইনিংথৌ চিংঙুনা কোবৌ নোংশাপানগী ফেনথবকপা
মলং নোংহুম চৈবোযননা, নোংথ্রৈ কৈবাক স্লা খুনকুম
কংলৈ লম নমুং নমুংবা, চেংলৌ মীংনা যেংবসু
মীং নমুংলম, চিংঙু অখৈবা নংবুদি
নোংবান খোইদোম অহনবা, লৱাং মালতোম অতোনবা
অনিমক্লা কংলৈ লম নতিক অকববু শৈশক্লবমদে,

---

শৈশক্লমদ্রবা শৈথাবমদ্রবা থেলেনয়াই পুংলেন য়াইওইবশিং অসি কেকে মোইবা লৈপাক্কী হি য়াইগী মশক ওইবা পুংলেন য়াইমক্তনী, শাবোই ঙাবোই শাদান লান্দান, চাকহোং ঙাহোং মবম পুন্নমক্কী ইবাং থৌনিগী মশক ওইবা, মতিন মকাং কনবগী কৌজেং কনবগী লৈবাক্কী অকবা থৌবম খিবিক্কী হৈকং লৈকংকী অমাইবা অমাইবীগী লাইবোন তিল্লোন ওইখিবনা শৈশকচদবে শৈথাজদবে কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবসনো॥

কংলৈ নতিক অকববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙস্মোইএ।
হয়েং কংলৈ লাথুপ অরুবা অপিশানা তেংথাবসানো
ইব্রাকমনা মানগী খুদপননা, মুকমু লৈতোন কোন্না পুকমজবমগে॥

-----||o||------

# কৌজেং পুকশ্রি পুং
## পুংদাইরোন

*-*-*-*-*

হে ইঙা, হৈবেম খুঞ্জান নিংথৌ চেংলৈ লাম্থা বনাচিংনা খালৈ লৌকুম্বদা, মনাইশিংবু ব্রাংলৈ যুবু পীথক্কে হাইদনা মনাইশিংবু কৌএ। মনাই অমগী মামিংদী ঙাংঙাচিঙ্ কৌএ। মনাই অমদী তাংখুন কৌএ। অনিমনা মমোম পেস্মা পুকশ্রী লৈমাগা লোইননা !-" হে ইমোম পেস্মা পুকশ্রী লৈমও ! পলেম নমাদগী ব্রাঙ্লৈ যুখরুং অমতং মনা পানবা অমগা তোংজী অমগাবু, থেংলকএ। যু খরুংদী মমাই চেংনা খুমদুনা পীবকএ।-" হেইমোম পেস্মাও ব্রাংলৈ যু খরুং অসিদী পঙ্খৌ নপা যৌদ্রিঙৈদী ব্রাংলৈ মখুম হাংগনো হাইখিববু। যাংলৌ লমখাংদা ব্রাংলৈ খরুংবু থাদুনা মাখুম হাংদুনা যেংলুবদা, ব্রাংলৈ যুশৌ ইবীবা কোঙ্গোল কানা, পীদ্রীক পীদ্রীক শৌবল্লবদা॥ মমোম লৈমা, পুকশ্রীবীনা পাইমা খোইদানা তিল্লাং খযোংলদুনা অপাম মীহৌ মীপাই চননা তোংজী চিন্দাই লোন্দুনা, তোংজি থিংজিন্দুনা থক্লবগী। ব্রাংলৈ অখাবা-কোককাবক উন্বী পীবুক পেন্না থন্না থকপদী। সামু মপুক চেংখাইযে। পুকশ্রী লৈমা মমোমদী যাইবী থব্রায খাংঙমদা অমং থালৈদা কুম্না খম্নুং শ্বা তাল্লে হাইদবা॥ মপন হৈবেম খুঞ্জান চেংলৈ লানথাবনা ... মমোম পুকশ্রী লৈমাবু হল্লকমন্দ্রবদা মমোমগী মাব মখোংগুন লিবকপদা যাংদৌ লমখাংদা শামু মপুক চেংখাইনা অমং থবৈ কুন্নম্ববু উবদা" ইমোমগী শামু মপুক মনুংদগী ব্রাংলৈ যুবাই অশিদী তিনবী মতিন মকাংবু ওল্লো, ইমোম পুকশ্রীবী নহাক্না পুকশ্রী তীনবু ওল্লগা মপন ঐগী খালৈ লৌবুক্তা, থাংই

লোইমোম পাম্বীনা, থাংইনা মপান খুমু লৈবোং চিল্লকপা ' লোইমোম্না লোইমোম ফৌনা মহৈ য়াল্লকপদী, কোবৌ খোং মবক্তা, ব্রাংবন খালে লোইমোমযম্ফৌবক্তা তাদুনা চাক্তাও!! থাংই ফৌখোং চিক লোইমোম মকা শেংনা চাক্তবও। মপন পম্বৌ লাম্বুবনা মমোম পুকশ্রী লৈমবু পাইমা শিম্থা তাকলমএ। হাইদববা?!....

## ইরাৎলোন পোৎচংদী :-

শিকনাং লম ফাবা অমা, নিংশা হোন্দনা য়াল্লগা হাইও। থৌদৌদী তেকপী ওক অমা শাও' ব্রাংলৈ যুনে, হৈবুংনে' অথুম অহাওনে। চবান চাফু অমা, হৈবা, ফিদা অমা থাখন ফি। কোয়েৎ খাবৈ অমা চেগপ অমা' য়োৎশুবী (যোৎশবী) অমা থাউমৈ, তেৎনৌ যোৎ অমা। লফোই লফাং-লাইফি ফিবোই ফিঙাম যাওনা তৌও।। "নপাম হৈবেম খুঞ্জান লোকখা হাওখদী শাবেন সাচানাবিএ। ব্রাংলৈ যুহোংলিএ।। সাচাবে হাইনা তৌও নপন পলেম মমীংদী অহনবী কৌএ। নংগী মমীংদী পুকশ্রিলৈমা ব্রালতং ঙম্বী কৌএ। মাইকৈ মবিদা তীল্লাং মবিবক থাকও।।

লাইমীংদী ...

" অতিং কোক্লো তিংকোক্লো

অতিং কোক্লে তিংকোক্লে "।।

----||০০||-----

# ওকচিন হিংখুম পাং

## খেরে খোকশাং

নবম লম্লেন মদাইমা, ওকচিন হিংখুমপুংবু নতৈননা খোইয়ুম লাইনিংথৌনা হিংখুম ননৈ থুংনা তৌনা লাইজ ইদা তেকনৈএ। হাইবনুংগীবু ওকচিন হিংখুম পাংও তৌনা কৌনএ। নবম কংলৈ মদাইমদী খেবে খোকশাং লাইজ ইবম ইননা অকুববু খোইয়ুম লাইকুপ নিপালমকনা [১]শংলৌ কৌদ্রাংকোনবু কনম হুননা, স্না লাইহি হোন;, অপিকশাবু কানালম! [২]লাই পাখং মকুপ্লোই ;; [৩]লাইনুবা মফেৎলোই [৪]খেনা চোংনা কাবক্লে;; খেবে খোকশাও কৌএ ! খেবে খোকশাং লাইজ ইবম ইননা ব্রাকমা কংলৈ লমথোন থাবক্লে! নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মালতোম অতোম্বগা শানৌ মচিন মনাও অনিমক্লা খোইয়ুম লাইনিংথৌ [৫]মানতক থয়াইতাক তাকপু খানিং লোকপচিং নিংশোং মৌবীলোক, মহৌ চান্দখৌগী লমহৌবকপা, নোংচুবদা সাইচেৎপা, নুংশা শাবদনা ফৌগংবা মশেম তোংদোই পুংবু নোংশাবা শাকুফম্লে। কংলৈ নতিক অকুববু তেংথঙম্লোইএ। মুকমু লৈতোন কোননা পুকমজবমগে।

---

১। মনা মশিং ২। লাই নুপাশিং ৩। লাই নুপীশিং ৪। হবাও নুংঙাইনা খেনা চোংবা (খেনজোং চোংবা) ৫। সাকং খুনগী ময়ুমফম মহৌ চান্দদগী হৌবকপা, থালবুং লমলেন য়াইদগী হৌবকপবু শৈথাবনী খোইয়ুম নুং শাবা (নোংশাবা) অকুবনি।

## নোংশাব পুংলেনয়াই খুন্দারোল

নহননোং মানতক থযাইতাক, তাককুপ খানিং লোকপা চিং
মহৌ চান্দ খৌগী লমহৌবকপা;......................॥
নোংচুবদা সাইচেৎপা, নুংশা শাবদা ফৌগংবা;
মশেম দোংদোই পুং, নোংশাবদী শাকুফম্লে॥

চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, খোইমোম লাইবেম্মা অনিনা, চিংঙু মালেম লৈশেম লোইববদা তাইবং মালেম কোইবকপদী লাইবেম্মা তবেৎপু চিংথোকএ মহৌবোলদা হৌবকএ। লৈচিক্লেন্দা চিক্লা লৈএ। তুম্না হিপ্না মংতম্মে খোম্লেন কৌএ। লাইনুবা তবেৎপু চিংথোকএ তোমচিংনু কৌএ। লাইনুবা য়াম্মে য়ামব্রাইও কৌএ। লাইনুবা তবেৎপু থম্লে লৈথম্লেন কৌনা, ঙাংনা শক্লা শীল্লম শিম্বাবা লোইবে খম্লে খমব্রাই হাইনা কৌববু

"নুংজেঙনে, কোংবা মৈবোম্বীনে, লোকপোক্রে, লৈতাংনে,

তাক্রখানে, পুম্লেম্নে, লোক্তাক্রে। লাইকোম তবেৎতা

লাইনিংথৌ লাইবেম্মনা নুংশি পবৈনা নুবা পুক্লিং নুংওন্না ঙাংনৈএ। লাইবেম্মনা লাইনিংথৌবু ঙাইঙমদনা অব্রা হিকশোন খাংনা ঙাইখন্বা মফম্মু খাংলকফাইও কৌএ। নুংশি ইবাং হৌ লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিনা উনবদী মহৌ ইব্রাংফাইও কৌএ। শমান লেংমান্নবা অনিনা উনবদী লমদম লম্লেন লম্নুংশি মাস্থক থযাইতাক (মস্তক) কৌএ। লাইনিংথৌনা লাইবেম্মবু চিংশিললে "খুনবী সলাই নবেংচিঙও কৌথিএ।। তিন্নবদী মফম্মু খানিংলোনবচীং কৌএ।। সান্নবা লোইবদুনা হঞ্জিল্লকপা মফম্মু [1]লোইবেন খুনবীলোকও কৌনএ।।" লাইনিংথৌনা ইকাই নুংশিনা খোংনা লাওনা ঙাংববু "খুৎখোং ননৌলোক কৌএ। লাইনা চাবা থাববু "লাইথা চাবালোকও কৌববু "লাইথা... . ...... চবাং লোকও কৌএ।। লাইনীংথৌগী মখুভম মপন, (৯) অশিদী নোংলোন কৌএ। লাইবেম্মাগী লৈখাবোন তকপাক মখুভম (৭) তবেৎনা।। মতিক চাওবা খোইয়ুম্নী, কোলোই নমীংথোনবু চিংলেন নোংদাই নিংথৌ, থোংনাঙ্ লোইজা খোম্বা শিঙেন লৈজা হেকপা উবেন উথা নিংথৌ উথা লাংমৈবেম্বা, নশানৌ যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা থোংনাং লোইজাখোম্বী শিঙেল লৈবাং হেকপী খোইয়ুম নপিঙানা চিংঙু নঙান অবাবনা, নুমীৎ থা থব্রাম্নীচাক খোংচোমনুবী পুম্নমক্তা ঙাল্লিবা

---

১। কেগে মোইবাং লৈবাক্তা লাইনিং থৌনা কোইনা শান্নবা খুনগোইবগা হঞ্জীল্লক্লুনা লৈবে লোইবেন হাইবব্রদগী লোবেন লমদম লমনুংশিং কৌএ।

লাইনিংথৌ !! কোলোই নমীংথোনবু উবেন উথা নিংথৌ চিংঙু নোংশাবও তৌনা কৌনএ। নহনেনাঙ্ মস্থক থযাইলোক নিংশোঙ মৌবি লোক্তা হাওখম্বগী মকাইদা থুপ্পা লোন্না লৈববু মাস্থক মনিন মনাই, মবাংহৌ, নুংঙাই থোইনা পানববু।, কেগে মোইবাং খোইবী যাইনা পথৌ লনথোই তানবদা, মাস্থক চীংদা কাবকপদা লাইনীংথৌনা ঙান্না সানা লৈববু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা-কেগে চাওনবা মোইবাং শাংননাবা কেগে পুংময়োন, মোইবাং মবানয়াইদা পুবকএ।। যাংদৌ লমদাং মপুংয়াই কেগে মোইবাং পুখ্রম্বাগী মবানযাইদবু থম্লস্মে। কেগে মোইবাং খোইবিযাইদী নুংঙাই থোইনা পাল্লে। পুখ্রম্বসু নুংঙাইএ। লাইনিংথৌনা কেগে মোইবাংবু থাদোক্কুনা, ৱাঙঙু খুনবু ইন্দাল্লে। ৱাংঙু খুনবুম নুঙাইএ।। ৱাংঙু খুন্দগী লাইনিংথৌনা লোইবী চীংবুবোই পুম্নমকপু খংহল্লগে হাইদুনা নমু মীশক ওনদুনা চোথেখুন্দা খোংদএ। চোথে খুনবুমদী নুংঙাই থোইনা পানবদী পমা মচন থিংঙাতাওবীনা, লোইবী হেম্বা তুইশমফাই, হেম্বা ইশিংখোং তুইমবোং, মবেম ইশিংখোং অমদী চংবী ইম্মথৈ। লোইবী লমদাং শাং অমদী, নুমীদাং লমদাং, অমদী লুৱাংতাং, কসানতাং, থোংনাং লাক, লাল্লম শগোলতাক থোংনাং কম্বা অতৌবা ফানলম্লে। চোথে লমদাং লাংখাও খাংচেৎ মঙ্গোলও ! চোথে খাংচেন অমদী খোঙ্‌ও, তাংলৈও ! মবেম খাংচেঙ্ "মদী তেম্বাও ! খাংচেঙ 'মদী নুংগাইবী খাংচেঙ্ মঙা ফাংবাদা শাবশং।

চোথে নুংসুকচীঙ তাংলৈ তাংখোংচীংনা তেবা লৌসৈকোলদা পামা মচন থিঙা তাওবীনা মথিং লাইবেন লাইবু যুকৌএ। মাইচম শানা য়ুকৌএ। মথিং লাইবু যুকৌএ। লাইবেল লাইবু যুকৌএ। মৈনা ৱাই তাংনা শম্ন যুকৌবনে।। লাইনিংথৌ নোংশাবদী মৈনা ৱাইনা তাংন শম্না চোথেদগী খোংশানবা লাংচীঙ চিংলাংচান্দা ৱাইথুংঙে। লাংচীঙ চিংলাংচানদা লাইনিংথৌবু ইকৌএ ! অদুনোংগীদী খ্বাইলংমৈবেম্ব পাথৌদী লনগুবীবমএ। অৱাং মুংবী চিংদাইবেম কৌবা অঙং ঙানা লাইবেল লাইবু যুকৌএ। অৱাং চিংদাইবেম

১। কেগে মোইবাং লৈপাক্তা লাইনিং থৌনা কোইনা শান্নবা খুনগোইবগা হঙ্গীল্লক্কুনা লৈবে লোইবেন হাইবম্বদগী লোবেন লমদম লমনুংশি কৌএ।

থব্রাই নোংশাখম, য়াংফম চাকলিকোক ঙাবেন তোহানচীঙ-শন্দং-খাংচেংচিং-লঙ্গোল চিংদা য়ুকৌববু লইয়িংথৌনা কোবৌ থক্তা লঙ্গোই শগোল মমাই লৈনা, লৈসন্না লনগুবীবম্মে॥ নোংবান হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা লুব্রা চিংদা যোইময়াই তাওদনবা নুমীৎ স্ন খোম্মতোনবু য়ুকৌবদী চাবোন মঙা তানফংবা শুবোন তরুক লোনচনবা, পাখং কুমশিং লোলখোঙ মঙা ব্রাইচন্না, নুবা কুমচিংলোন অহুম ব্রাইচনবা লুক্রেন নিপান পান্নবা যুগৌএ॥ নোংবান হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবাদী শাজিক মতুং ইল থবা মমৈ ব্রাই কোবৌ মতোল কসালাই ওইখিববদা। চিংঙু নথৌজান্না খোইয়ুম নবলকৃগী চোথে মনিন নাই লোইবী মবাং হৌনা পাল্লবদা! চোথে শবুম চিংদগী খোইয়ুম নতে হৌ, চিংঙুনগুন হকপা, চিংঙু খোইয়ুম্না মহাক্না খোইয়ুম মশক ওইনা চিংঙু লৈন তম্না থল্লমগে হাইবগী কোলোয় মমিং থোনবু থৌবু নৃং মিংনাইদবা খোইয়ুম নুংচোংবও তৌনা কৌএ। হেন্না তমবু থনবা লোইবী চিংবুবোইবগী কৌবৌ মনোংথৌ কশাবু শাইওল্লবগী, চোথে শাংফম লোইবী নবৌ মনোংথৌ কশাবু শাইওল্লবগী, চোথে শাংফম লোইবী নবৌ নত্তে হাইবগী কেগে চাওবা পুং, মোইবাং শাংবা যাইদা হলব্রাইবক্লে। লৈমা যোইবেম্বী পাইমা লিলকোনগী। ইব্রাং পুবিক্লাই লৈই লাম্থাবা মোইবাং শাথিনা যাংদৌ মযাই খাইনা ঙাপা পোনতম্নবু, তেংনৌ যোৎপুন শানা পাথৌ লম্থোই তানবনা হৈজ অওইখিগে হাইবগী, চোথে মপুংযাইদা কাখিববু ! অহিং ইনুং শোয়য়াইমদা, লাইযিংথৌ চিংঙু নঙান অবাবনা চাকমোম খাম্বী মৈবা থানবগুম্না লমওক্লবে। খোইয়ুম উনবী পুকমান্নববগী, মোইবাং শাথিনা থাদা কোন, অহিং ইনুং শোইয়াইমদা কেগে লাই য়াংদৈখা, মোইবাং যাংখোংজম্না খুনফম্লেন, সম্থোং মোবিব লম, তাম্থোং পুনেম্বচীং মচিংলেন ! সম্থোং খাইজং অওনবা ময়ুম্লেন। লোইবেন খুনবীলম লোইবেন স্নাপুঙ-পুকম তাইবীবোক যোইমযাই তাওদনবা তাওবোইনাই অঙানবা, স্নাখোম্মতোন অতোনবনা খ্বাই নুংজেঙবম পীবা খাবা ফানতোংববু সোংকী ব্রাগী মলেম লৈখাবোন্দা লাইবেন খুন্বীলোক্তা সনথুপনোংদা, য়োইবু ব্রাঙমলোন তমফা পম্মোইবী শকলেন মঙান নাইবীনা চেংলৌ মীৎপু ঙকপা, চিংঙৈ লাইনা পানতমগুম, কুলফেৎ লাকপদা মপোক খোইবা যাল্লৌবী। কৌবৌ

লংমাইহনবী মলেম লৈমাই হনবীনা লাকসাবনা লক মঙাশা, থেমশাবনা থেম মঙাশা, কাইবৈ অঙৌববু শমু নমদা যেপ্পা। যোইমযাই অঙংনববু পাউথেমলম লোইবেন (লোলেন) ম্নাপুংদা ব্রাইথুংলবদা। লাইযিংথৌ নংবু-কেগে পুংলেন অহোংবা মোইবাং শংবা মকাইফমদা, অমাইবেন পুম্না হৌ, পাখং যোপ্লোইহৌ, মোইবাং যোমতাং শাংনা কৌবৌ ললশানা, ব্রাংবন পাওফানববদা, শথিপাইনা লিমতাং শাংবদি মবাল শিংজা কোনখিল্লে। তযুম শীল্লে, নুংঙাই মথোইতোং, নুংঙাই মবাই লাংনা খুদপননা পাল্লে হাইদববা॥ চিংঙু নতিক অহকপা খোইযুম নকাশা যাম্নদী ইব্রাকমনা মালবী খুদপননা মুকমু লৈতোনকোন চাংজৌ চেপ্পা লোন্না খুকমজবী॥ খোইযুম পুংলেন অরুবা, নোংশাবদা ফৌগংবা নোংচুবদা সাইচেৎপা মশেম তোংদোই পুং, যোইমযাই তাওদনবা অঙানবা থম্বান লৈবম মঙানা, মাইওক্লবা পুংনে, খোংলম (৭) তবেৎনা ইতাবম ইবম (৭) তবেৎনা ইফাওনবা পুংলেনযাইনে॥

## খোরি কৈথেল

কাংলৈ লোবি কৈথেল কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদী ? [১]নহননোং চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ অতাম্বগী মপাবি [২]নিংথৌ খোবি হাযবা হৈনা মাউ চাউবা পামেন উচুং কনবনা। কৌবৌ নুংথিন পোবোপতা, মোইখাই যেনথা শাবদি স্নচোংলেন খান, চপথং য়ৌবোংফাল, লৈশং লৈঙৌ খব্রান্ননা লোলেন যুথক চিন, ফেন্দ্রা নেংহুম চৈবোইননা [৩]নোংথোই কৈবাক শানা খুনকুমলকপদা। চিংঙু থোংনাং অবিবা যাংবী লুবোয কেন্দবানা, শব্রা পফল নিক্তবা [৪]হযিং খোইজা অবিবনা যুম্বী চৌবা মপান ফুক, খোংনাং কেপাক মফম হোং, ফুংগা থিকপী মফম তৌনা চাইবীযে। নিংথৌ খোবিফাবনা পুচেং মথক নেৎ। লাংচেং মথক তৌনা। তবা চাকহোং থেন লেল্লে ঙাহোংথেল। [৫]নোইনু থুমহোংথেলনে। হযেন লান্নীদী তযম মনিংথৌ চব্রাইবোং লাম্হৌ যাংবু লৈহৌ

১। চিংঙু থংজিঙ ২। খোবিফাবা ৩ নোংদোন ৪। থংজিংগী মশালোননা কেকে মোইবাংবু লৈশেম্না হয়িং কোইজ ৫। থুমথোকফন

শিন্দম্ন লৈমু শিনমোইন্নবা থেল্লেন য়াইনে। নবম কংলৈ মদাইমদী মকাম পাৎপু নতৈননা কুকী অহোংবা পুংলেনয়াইনে। লাইমু অচৌবা থেলেন য়াইনে। লাই পাখং মকপ্লোয়না য়াগাপুং। লাই নুবা মফেৎলোয়না পোংবৈথেল হুয়েন লান্নীগীদী চিংদা লাওবা তবানা তমদা লাওবা তবামক্তা অহোংবা পুংখা থানবা পুং। লৈমা য়াংদৌসু অথৌবী পাইমা স্না লীনকোলগী চিংয়াই চবাং লেপ্লা, চিংশাং পনখম খোইবোং শফবা কৌবা লৈখাম মানবা অপিশানা হুযিনোংনাং সেবনববু অহোং পুংয়াই চন্না পুং য়াইবুং লৈমা [6] হাওশি নমোইনু নুংশি পলেম নাওয়োক হাংবীযু। ঙানুবোন লৌশীয়াম্ম্ পাইমা লিংজেন ফৎতবীনা পালেম পিথাংশিংনা লাঙ্গোন্দবীবু [7]চক্ফু কানমদববু কানময়ে। [8]ইন্নান কানমদববু কানম্মে। হাইনা [9]লাংলেন কদংয়াং তনথাদৈ, ঔতং তাংমানচৈ, লেপ্লে ঙাওৎলাং। খাবৈ চৈনা লুরাই কোইবেনথক্তা তাংজা শন্নক খাইনা [10]চৈবিববদা নুবা মাদী মকা নিকনা তুখিববগী, নুজা খাংবা [11]মনম থাংনা শাবিংখিএ। নুংশি হেকচং নিক তাইবং মী ওইঙমদনা লৈমা হাওসি নমোইনুনা ওনখিবা চেক [12]হুইজাবিংবা হুই-নিং নোংনাং নোং-নোং য়াইশাবী শাবিক খোননৌবনা। লোইদাম থাজা ইঙেনথা শাবন লাংনা কোংদানবনা লাংনা য়াওবৌ শবেপফা চাবোৎ পোইদিং ঙানা মপান খুমু লৈবোং শাবক্লবদা পোম্বী মকপ হৌদনা চেক্লা মপউ পুদুন খোইযুম স্না মখোংখাদা, মদোম ইঙেন চিংখোং য়াগেবা খোইয়ুম মকাইফম। কংলৈ লম অকুববু তেকপী খাওনবা। মলেম লৈখাবোনগী লৈনিনশা, থিংলৌ কাওদোম চৎপা। ওক্লেন লাবা খাবোৎপনা, মলেম লৈখাবোনগে, খোঞ্জেল ঔং কঃ বঃ তবেৎমকপু ঙংনা ওক্লেন স্নাক্তেন থোংনা তাওখংবা পুলেন য়াইনে। কংলৈ নতিক অকুববু তয়ম ইন্নাকমনা তেংথা ঙল্লোইএ। মানবী খুদপননা মুকমু লৈতোন কোননা ময়ুম কবো শাম্বা লাইববা মকোনখং। মচি য়াই ফুনুংগী চিথবা মলেম লৈম্না স্ন কোনমচং অঙাংবা, তয়ুম নাইগা শিন্নবা কোন্ন,, খোইয়ুম স্না নখোংখাদা ঙাবমসুং তম্না য়েনপৎচবমগে। থোংনাং মযাং

৬। মোইবাং নিংথৌ শুবা থিংগ্ নাচৌবগী হাক্তক্তা হাওশিনমোইনু থোকখি। ৭। চাক কাবামনম ৮। এঞ্জাং কবা ৯। বাগী খবৈ ১০। থাদুনা ফুববদা ১১। নুজানা খাংবা ঙমদনা লাওদুনা শিবিবা ১২। হবিনোংনাং ওনখিএ

লুপা কোন মচং অঙৌবা কোবৌ নোংলুমপান কাওবেল শনগা শিন্নবা কোনন, চিংঙু নখোং খাদা ঙাব্রা অমসুং তম্না লাঞ্জবমগে। চিংঙু নংনা তাথিবীগনো, খোইয়ুম নংনা অবাই লাংবীগনো [১]পুংলেন অৱাং লাইনা পাংববমদা থৌদু ফৈনা লৈবা চেংজা অশংবা থৌদু অৱাংব নুংনে। নুংলেন মখুভমনে। খম্বা মুংয়াং চাওবা ঙাইতাইতাই পন অমদা সাইবু ইক খুমদা ৱাঙনবা খোইয়ুমগী মকাশা তেংপাললাই নমুংনবিবনে।। [২]খোইয়ুম লাইমাং থানা চেংজা অমা লেপনা য়ুং থৌদু অমা ফৈনা থাবা নুংদী নিংথি মপুংয়াইগী নোংয়াই লৌশি লাকপা খাদা হনবানা লোইবী মপুং তাক্লা পম্বেংলুঙৈদা, কাওবেন ঙাংবা নিংথি পামহৈবগা লোইনদুনা নিংথি খম্বা অথৌবনা খোইয়ুম থাংজিং লাইদা লমওকনুং কাওবেন সনতুফম্লে। [৩]থৌদু অমা ফৈনা থাবদী খোইয়ুম থাংজীং পোক্লা নুংনি, চিংঙু শাংনফম থৌদু নুংবি শিদবা, চেংজা নুংঙৌনাদবা হযিনা মখোং তেক্তবা নুং হযানা মশা তাদবা নুং লাইজা ইপুংথোক খোংশেন ইবম তবেংনা ইফাওবম তাইবং মীনা পোকনফম, খোইয়ুম লাইকোক্লম চিংঙু নতিক অকুববুদী চাম্লৌ লায়াং তৈগদী থাংথদুনা খোইয়ুম থাংজিং লাইকাবনা,, ইৱাকমনা মানবী খুদপননা মুকমু লৈতোন কোননা পুকমজবমগে। চিংঙু নংবু নন্দোম লৈজহল্লমগে।।

## নুরা হৈদৌকোল থুমকাং নাওরৈতাক

## (হৈদিগোল ফুংগাংথোং)

ৱাংখা লৈমা অঙাংবী, লমজা মক তোংবী, মখুভম্বু ফৈনা লান হুন্না হাংনা (হুন্নবিন) লাইফম্লেনবু কান্ন চোং, নুবা হৈদৌকোল থুমকাং নাওবৈতবু তেংথাজবককে। নহননোং হয়িঙৈদা নুবাবুদী হৈদৌও কৌএ। পাখংবুদী থুমকাংও হাইনা কৌবম্মে। নুবা হৈদৌ অমা পাখং থুমকাং অমগা লাই-পাখং লাইনুবা অনিনা তোইনা উনা শান্নবম্মে। হাইবগী নুবা হৈদৌকোন থুমকাং নাওবৈতাক কৌনবম্ববু কেগেতবুথি

---

১। থাংজিং লাইফমগী অৱাং থংবা ২। থাংজীং মতিবগী মমাং নোংচুপতা ৩। থংজীং মতিবগী অৱাং থংবদা থাবা নুংপাক্লী।

মোংবাং ৱাংলৈ হৈম্নন তানবনা নুবা হৈদৌকোন থুমকাং নাওবৈতাক হাইনবম্ববু " হৈদিগোল ফুংগাংথোং কৌনএ।।

চেংলৈ কৈথেল থেলেনয়াই

চেংলৈ পন্দোল অপিশা

কোকপা নৌবেনথোং

যাওসু চিংনুংশোই লম্মুংশি

নবম লেম্নন মদাইমা, খোইযুম লাই শবোই হুমফুমথোইগী যাংলৌ মবমশাং। খোইযুম চৎনফমবু নতৈননা। [১]চেংলৈ কৈথেল লেননে। হুযেন লান্নিগীদী নুবা খুমোম্না ৱাউপৎ শফাববু লৈহৌ শিন্দাক্লা। লৈমু শিনমোইনবা থেলেনযাইনে। খোইযুম লাইনিংথৌগী কাওবেন শনগোনফবু নতৈননা চিংদোল চিংযাং মবিন চৎনা পাম্না কৈকোন ফম্মু নতৈননা যাওসু কংলৈ মদাইমদী, লোযবেন খুনবীবোক [২]খুনগোই ননৌলোক [৩]লৈথা চাবৈ লৌজখা নিবোল পীবোল যাম্না চিং [৪]চিংঙু লাই থমপোক, নুমীৎ অবেম্বনা ওংলিৱাই থাবী অবেম্বনা পল্লিৱাই। শাজিক্লা তেশিনৱাই থবান হুঞ্জিনৱাই লাংচেং ইমক-নুংচেং ঈনমুং নোংবান লাইসোইমাং লৌখাবাশং মদাইথেল খোইযুম লাইবৈমা মখুবোল কংলৈ লম নমুং অকবা নংবু ইৱাকমনা লমলেন নতিব লোম, কংলৈ নযাং ফাৎনা তেংথা ঙম্লোইএ। হুযেং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবসানো ! খোইযুম নংবু নদোম লৈজ হল্লমগে। ইৱাকমদী নোংবান খোইদোম অহল্লবা, লুৱাং মালতোম অতোম্না অনিমক্লা কংলৈ লমথোন শকপবু খোইযুম স্না মমৈ ৱাযনা চিংঙু হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন তেংথশৈবু শক্লুখিগে।

নহননোং খোইযোন মোবি নমাইবনা, খোইযুম লংবা য়াখম্লোই তবেৎপু চেননা চেন্নবা তান্নবা মবমশাং। চেংলৈ পান্দোল মপিশা অচৌবা অনিমকপু হেন্না। নবম লম্লেন মদাইমদী চেংলৈ পন্দোল অপিশা অচৌবা অনিমকপু হেননা। নবম লম্লেন

---

১। মোইবাং কৈথেনগী মনুংদা চেংলৈ কৈথেন চেংলৈ লৈকায়দা লৈবা। ২। নোংশাবনা খুন কোযদুনা খুম্লোকপদা থোনখিবা। ৩। লৈথা লৌ ৪। চিংঙু নোংশাবনা শান্নবা লাইথমপোক লম।

মদাইমাদী কোংকা খোংও কৌবদী কৈদৌনোংগী হাইববদী।

নহননোং কেগে মোইবাং কোকপা ব্রাংবা মনু লাইতম্বনা শোইবেল খমঙাকফমগী। খোইযুম লাইচম যাইহৈববু লৈতববগী পুক্লিং মবাং কাইনা নৌবেন লেংদা থোংনা মবাল যুমগা যুমগাবকএ। হাইবগীবু কোকপা মৌবেন থোংও- কৌনযে কেগেতবুথি মোইবাং হৈমন তানবনা কোকপা নৌবেমথোংও হাইনা কৌনা ঙাংনএ।

নবম লগ্লেন মদাইমা যাওসু চিংনুং শোইও কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হাইববদি। খোইযুম মালেম চীঙশেমগা তবা মানা অহিং ইনুং সোযযাইমব্ চিংশেমএ। চিংলেন কৌবা ঙমশা লোইদনা ইনুং কৌপা সোযপনা হাললে। অদু নোংগিবু যাওসু কৌবা চিংনুং শোইওদৌনা কেনৈএ॥

## তানসিনকোল্লো তাশিগোন,
## লানবা চিংও - নানবা চিং (নাপাচিক)
## লাইকমতাকও - লাইখমতাক

নহননোং কেগে মোইবাং কোকপা ব্রাংবা মনুলাইকমবগা, লাযচম, যাইবগা লেপ্লে নকানা ব্রানচেং অকুম্ববু, শোইবেন খমঙাকনা লফুই লথুম্মে।' লাইচম-যাইবদি, মযাই যাইবং চননা লেপ্লে ঙামি কৌএ। লেপ্লে হুকচংনা, ব্রানচংনা, ব্রানচেং ঙাচংনবে. মোইবাং কোকপা ব্রাংপা মনুং লাইকম্বদি[৩] লেপ্লে চাচিং ফাদে, ব্রানচেং মবন ফংদে খোইবম লাইচম যাইহৈবনা খোহযম শাহিং চাবা লাই ওইবনা লেপ্লে মাগী হাচংববু অহিং খোপ্লেন তুমকন্দনা লোননা শোইবেন মাগী খমঙাকফমগী[৪] লুকুইনুংগী লেপ্লে ঙামীবু লোননা লোন্না চাথোকখিবনা। অদুনুংগীবু খোইযম লাইচম যাইহৈববু[৬] উনবী পুক্লিং কচক হৌনা,[৭] মবৌ খোইপুং লৌগা চাওনা পাউমেল্লকএ। শেল্লোয ইপাতাও লাইচম যাইহৈবও হাযেং

(৩) লেপ্লে চাচিং ফাদে - ঙা অচংবা ফাদে॥ (৪) তুমকন্দনা - অহিং তুমদনা॥ (৫) লুকুইনুংগী - লু মনুংগী॥ (৬) উনবী পুক্লিং কচক হৌনা - পুক্লিং শাওনিংবনা ইবাং হৌনা॥ (৭) মবৌ খোইপুং লৌগা চাওনা - মবৌ লেনা॥

লাইবেল ইনোংমদি [৮] তবা চাকয়োম্লশে। ঐগী তবা চাকয়োম্লকপবুনা পাথৌ নাংনা থোকও। তবা চাকয়োম য়েংনশে ব্রাংলৈ খোমহান্নশে পাথৌ নংগী তবা চায়োম্লকপবু ঐনা তবা চাকয়োম থোক্কে হায়না পাওমেন্নখিয়ে। লাইচম য়াইহেবনা ফৈয়ে য়েংনশে পাথৌ হায়না পাউয়ানবে। মবান মাগী লোনয়ুম য়াইদা মদোম মদোম য়ুমগানখিএ। ঙাসি কৌবা ইনোং শোইববদা, তবা মখোয়গী চাকয়োম্ববু মদোম মদোম শামু লেংদা থোংনা শোয়বেন মখোয়গী খমঙাকফম, খাংপোকশংদা কুম্লম্লে। মপতাও অনিমক ব্রাইথুমিন্নবে। কেগে মোইবাং কোকপা ব্রাংবনা পাওমেল্লকএ। পাথৌ য়াইদম য়াইহেবও তবা নংগী চাকয়োমদি কদায়নো হায়ববদা, থোপ্লাং মাগী লেম্লে ঙাহাপথোপপু অসিনি হায়না পীথোক্লে। কেগে মোইবাং কোকপা চাম্বা নুবু লাইকম্বদি থোপ্লাং মাগী লেম্লে ঙাহাপথোপপু হান্না মিংয়েং শানখৈকববু নমু মিহিং অচংবগী শামু মীগী মীখুৎ খুদোন খুৎশাগা নমু মিহিং অচংবা অঙাং ঙাবু [১] মঙাইববগী - পাথৌ নংগী তবা চাকযোম অসিদি হাওনঙেনে হায়না পাউমেল্লগা, পাথৌও ঐগী তবা চাকযোম অসিবু থোকনা মিং যেংলও। হায়না পাওমেল্লবগী খোইয়ম লাইচম যাইহেবদি কেগে মোইবাং কোকপা ব্রাংবগী থোপ্লাং মমাই কাংনা মিংযেং ওানখৈকববু তবা মাগী চাকযোমদি লৈবমদে, যাংলৈ তাওবা মহুইচা খানবা লৌশিংবা শোংবু মনুংচং [২] তাওবা লাইতাংববু লৈবম্লবগী খানবা লৌশিংবশোংবু মনুংচং তাওবা লাইতাংববু লৈবম্লবগী খানবা লৌশিংবনা লাইচম য়াইহেববু, চেংলৌ মিংথিংনা যাংলৈ খোংদুম খোং লাউদুম লাওনা তাল্লক্লে। লাইচম য়াইহেবনা- পাথৌ মোইবাং কোকপা ব্রাংবও! য়াংলৈ নংগী তাওবা নহুইচা খানবা লৌশিংবা অসিবু [৩]থৌখাম্মো হায়না পাউমেল্লববু কেগে কোকপা ব্রাংবদি কনজাও মখৈ লৈতনা কঞ্জাও মৈবা থোক্লা থৌখাল্লকএ। হায়না থৌখাল্লবগী যাংলৈ মঙাও হৌনা। তাওবা মথি নাইবে হায়দবদা। খোয়য়ম লাইচম য়াইহেবা খোযয়ুম লাযবু - তুবী লাইবেন মশক ওনববু স্না মমৈ ব্রায়গে হায়না তাওবা মহুইচনা তানশিনখিএ - হায়বনুংগী "তানশিনকোন ও"কৌববু কেগে মোইবাং ব্রাংলম হৈমন তানবনা তানশিকোন ও হায়না কৌববু, পাথাং পুথাং ঙাংনবক, চাদুং শুদুং - লিথাংশিৎ ঙাংনা হায়নবদগী তাশিগোলও কৌনৈএ। খোইয়ুম

(৮) তবা চাকপু য়োম্লবক্লগা অহাও হাওতা য়েংনব্যা॥ ১ অদুখক্তা য়াওবম্লবগী ২। হুই মকো তাংবা লৈবম্লবগী ৩। খামজিল্লো

লাই মানা লানখিএ - হায়বগী লানবা চিংও কৌখিএ। ঙাসিগী চাদুং শুদুংনদি নানবা চিংও কৌনৈএ॥ লংইচম য়াইহৈব মনুং লাইকম্বনা খাম্মে হাইবগীবু লাইখম তাকও কৌনৈএ॥ তাশিগোম্দী লাইফম্লেন লাই মানা শাথুপ্পা লোৎনা ফোংনা লৈখিবা তুবী লাইবেন শকওননা লৈবিবদি ইকোম্দী অসিনিদো খঙউদো। অকবদি লাইফম্নী, খোযযুম শাহিং চাবা লাই মাদি কুমজা লাংহে খুদিংগী নমু থব্রাই পানবা অমমম লৌবিএ ঙাসিসু শোক্লা শম্লহৈদবা লাইফম্নিদো অকবা *॥০॥*

## য়াওসু চিংহুন্নাই, মোরি লেপ্পা চিং কোমজিনও, মোবি পাইরৌ "তাশিনকোন"

নবম কংলৈ মদাযমদি "যাওসু চিংহুন্নাই মোবি লেপ্পচিং, কোমজিনও মোবি পাইবৌ কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি, নহননোং খোইযুম লংবা [1]যাখম্লোয় ৭ মকনা মোইবাং খুল্লক চং কেগে যুম্লক চংনা। কেগে যুম্লক খাযনা কেগে চাওনবা মোইবাং শাংনববু অহিং ইনুং শোযববু কেগে খুল্লক চংনা ব্রাতানৈএ। কেগে মোইবাং [2]লাংচেং লাংমৈবনা খোযোন মংথি মংলাং চুম্বা য়াংবা মবোল ফাওবা মংসু খোইযম লাযবক তিল্লবে। লোযদাম থাবুংতোন যব্রাগুম্না চুম্ববু কেগে খুৎনিংথৌনা নতাববগী। কেগে লৈকাইলাকপা ৮ মকপু কৌখৎলে।" ইদাইবেম কেগে লৈকায় লাকপা ৮মকও[1] অহিং ইনুং শোইয়াইমদা [3]ক্কাক য়োমদোই তিন, [4]চেক্লা য়োম্লোয হৌবা অশিবু কবিনো[7] লৈকায় খুনচেপ নিপানমক্কী তম্বা নিপা ১০০ থোকনা, [5]মিংয়েং শনগৈহনশে। হাইবাবদা ওকচিল্লাকপা সাংতোন নাইখু অথৌবন হাওশি ঙমগাচিংনা অহিং ইনুং শোইয়াইমদা মিৎয়েং শানখৈববু,। যাংলৌ লমজাও ইননা খোইযম লাইবপ্ ৭ মকনা ব্রাতানববু চেংলৌ মিৎ থিংলবগী খোইয়ুম লংবা য়াখম্লোই তবেৎমকপু

---

(১) গুরু ৭ পুসু শাইওন্নীবা শ্লাই ৭কী মপুনি হায়না খঙনবা য়াখম্লোয় ৭ নি॥ (২) লাংচেং লাংমৈবা - মোবি মাইবা॥ (৩) ক্কাক য়োমদোই-তিন - ক্কাক ময়াম তিনবা (৪) চেক্লা য়োম্লোই হৌবা - উচেক ময়াম হৌবা॥ (৫) মিৎয়েং শনগৈহনশে - মিৎনা শেংনা য়েংহনশে॥

(৭) শামু খুৎনা ফাগে হাইনা তৌববু খোইযম লাইশক ওইনা মাংখিয়ে। কেগে লাম্মী অযাম্বদি খোযয়ম লাইশক খংদনা মাংখিববগী মিপাই থীখংননা ⁶মবান মখোয়গী মোংবা লোনযুমযাইদা চংনখিযে।।

হাযেং লাযবেন ইনোং ঙানবদা খোইযুম লংবা য়াখল্লোই লাইকপ ৭ মকতা কনজাও মৈবা থোকনা ⁷খোইযোন মালেম লৈখোং কাইহললমলবদা। ওকচিনলাকপা শাংতোন নাই অথৌবনা কেগে খুৎনিংথৌদা লাইবেন ইনোং ঙাল্লকপদা নিংথৌ স্না মখোংখাদা ... াখিযে। কেগে ইনিংথৌও খোইযুম লাইকপ ওইবনিগীনীনা শামু খুদুম চননা ফাবা হাযনা পাইতাক্লবদা।। কেগে খুনিংথৌনা, তয়ম অদুদি কোবৌ নোংমা নিনি ল ...ও। হাযনা পাউমেননবিঙৈদা ঙাংলৌলাকপা তখেম্বনা অচেন খোযাং কংলা ... ৎএ। কেগে খুৎনিংথৌ মোইবাং যুমখু পোংলেনহনবগী, স্না মখোং খাদা শামু ... ননা পাউদমখিএ। হে ইবুংঙো তাও কেগে খুৎনিংথৌ যুমখু পোংলেন হনব... নদাইবেম কেগে লৌকুম্বা মোইবাং লৌদাবশিংনা হায়নবকএ। খোইয়ম লংবা যাখল্লোয ... মক্লা। ঙশি ইনুং শোইযাইমদা খুযোন লৈখোং থুগাইবল্লে। হাইববে হাইনা পাওদমলবে ... কেগে লাইযু পুল্লিবা শংলেনযাইদা যাগাবকপা ⁸অমাই লেংনা তিন ⁹অশৈ লেংগা ফাংনা যাগাবা পুম্নমকপু কৌখৎলে। লংবা যাখল্লোয ৭ মকতা খোইযম লুমদিননববু কনা যাওবনে ... হাইনা পাউহংববু, নদাইবেম ঐখোয়দি কনা য়াওদে, মোবি লাংচেং লাংমৈবা যাংবা মবো... ফাওবদি, লংবা যাখল্লোয ৭ মককা তিননবম্মে। হায়না পাউদম্লবদা ইদাইবেমশিংও খোইযোন মাইববু কৌখৎলো। হাইনা শাঙাই খোংলোই থাখিববু নদাইবেম খেয়োন মোবি মাইবদি খালৈ লৌগুমখিএ হাইনা পাউদম্লবদা খালৈ মাগী লৌকুমফম্বু থিদুনা যাংনা যাংনা কৌখৎলুও হাইনা, নিংথৌ যাথং হাইববদা শঙাই তুখোংলোয় অয়াংবশিংনা মোবি ¹⁰খল্লে মবৌবেন্দাগী কৌকববু কেগেনা মিকৌনা মোইবাংনা মিথানবদি, অচেনববু অপাইবও কৌয়ে। চেননা পাইনা কাবকলে হাইবগীবু মোবি পাইবৌ লমনুংশিও হাযনা তৌনা

---

(৬) মবান মখোয়গী মোংবা লোনযুম য়াই চংনখিযে - ময়ুম মখোইগী শংনুংয়াইদা চংনখিয়ে।। (৭) খোইয়োন লৈখোং কাইহল্লমলবদ - মোইবাংগী লৈপল চেকপল অকবা থিঙেন্নচিংবা থুগাইবল্লবদা ৮। মাইবগী লেংগা তিন ৯। ইশৈ শকপা লেংগা তিন ১০। খল্লে-লৌ ।। মবৌবেন্দা -মবৌ মথোইবদ

কৌনখিএ।। কংলৈ কংলা তোংনযাং নিংথৌ শ্না মখোংখাদা ৱাযথুংলবে। কেগে খুৎনিংথৌনা ইদাইবেম্ খুযোন মোবি অমাইবও নংনা খোইযম লংবা যাখল্লোয নংদি, খোয়যুম লাইকপপু তিননযে হাযববু ননিংথৌ ঐনা নতাযে। খোইযম লংবা লাইকপনা ঙাংলৌ লমমথক্তা খোয়োন লৈখোং কায়ববু [৪]লমজৈ চাহুম শুনা মঙান লমশিং তবা পাকয়ে হাইযে। মাললেম লৈখোং কাযববু নংনা লাইদাইযো। চিংঙুবু নংনা খংবা খোযয়ুম লংবা লাইকপনে। নংনা লৈখোং কায়ববু লৈদায়য়ো। তোকফবোযএ। মলেম লৈদায় ঙমদববদি কেগে মিথাপুংদা মোইবাং পনম মিথাফমদা থাদোককে থাংলেন ইখুৎশুনা [৫]লাঙ্গোয শাবি থোক্লগে। হাযনা পাউমেলববু, খোইযোন মোবি মাইপানা "নদাইবেম ঐদী, মলেম লৈদাইৱাবু খংদে খোইযুম লংবা যাখল্লোই মতুং ইননা মাললেম লৈতাই ৱাবু তমজকখিগে হাযববদা" ফৈযে ঙসি নোংজা লাইহুন্নবকও। ইনুং যাইবেক ফাইবো হাইনা নিংথৌ য়াথং থাববদা, খোযোন মোবি মাইবদি, যাংনা থুনা চৎলকলে থুনা যেংনা চৎপবুদি কেগেনা চেংঙৈ ও কৌযে। অদুনোংগী চেংঙৈ পনদোন অপিশাও হাযনা কৌএ। চেংঙৈ কননা চেল্লে হাইবগীবু চেংলৈ পন্দোন অচৌবও হাযনা কৌনযে। খোইযম লংবা যাখল্লোয ৭ মক্তি ৱা তান্নখিএ, খোযোন মোবি মাইববু চিংঙু ঐখোযগী হৈনা ইতুং ইনজবনে। মযুম মোইবাং চাওবা পুংদি খোযযম ঐখোযনা মালেম লৈখোং থুগাইবীবে। চিংঙু ঐখোযগী ইশুংলাংগীদমকপু কেগেনা থাংলেন কোনশংনা মযুম মোইবাংনা [১]কংলৈ মিথাপুংদা লাংগোয শাবি থোক্লা নোংমনববা খঙদে হাযনা কোংনা কোংনা যেংলম্মে হাযবনুংগিবু কোংমচিংও - হায়না কৌএ।।

খোযোন মোবি মাইবনা চেন্না চেননা তাননবকপবু উবাববু তযম মোবি মাইবা লৌশিংবও কেগে ননিংথৌনা কোলোয কবি হাযবকপনো? অচেন খোংলৈ যাংনা কবিগীদমকপু তাল্লকপনো? হোই গুরু য়াখল্লোয় ৭ মকও নদাইবেম ঐবু গুরু নখোই ৭ মকনা মলেম লৈখোং থুগাইবম্বাবু নদাইবেম ঐবু মলেম লৈদাইযো হাযযে। মালেম লৈদায ঙমদববদি, থাংলেন কোনশংনা লাংগোই শাবি থোক্লগে। হাযবে,চিংঙু নখোয ৭ মক্কী নোংদম

৪। লমজৈ ৩০০ শাংবা লমজৈ ১০ পাকপা ৫। লাঙ্গোই শাবি থোক্লগে-শাবি ৱাশক কাইবগী ৱাশক হন্দোক্লে
(১) কংলৈ মিথাপুং - মিহাংশংদা ।।

মথৌজানবু কবম্না নোংদমবীগবনো হায়না পাউহংলবদা। খোয়য়মলংবা য়াখল্লোয় ৭ মকনা পাউতাকপীবকএ।।

হে ইদাইবেম খোয়োন মোবি মাইবও! মাললেম লৈদাই ব্বাদি তাক্কে তাও [২]লিহিং নাহ্ম থাংও [৩]উতংনা কাবতু ওই [৪]পামেন উয়ুং চকময়ুংনা থেংগু ওইও [৫]কাওবেন উবিক মানববু মানবী শাখাও থংনা লমদাইনাও! লাইমীং তিনমীং লাইশোন্দী, হুঁ ক বো তককলক (৬) ঙংও! থাগা মংগা ওননও! ময়েগসু খাইবাদি হাযেং কংলৈ থাথুপ অপিশানা খাইসুনো হায়না ব্বাবম থাংগৈ নাইনা ঙাংনবকপগী। নমাইবদি খোয়য়ম লাইকপ৭ মক্তা পুকন্নন্নগা কেগে পুংলমদা খোংদোয হুনলক্কে। লংবা য়ামল্লোয ৭ মককা লেপতনা ঙাংনবম্মে হাইবগী মোবি লেপ্পা চিং, হুনলকযে হায়বগী য়াওসু চিংহুননাই মোবি লেপপা চিংও তৌনা কৌনযে। খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোয তবেৎমক্তি থব্বায হকচাং অমৎতা ওইনা তাশিনখি হায়বগী তাশিনকোন" ইকোন কৌখবে।। খোযয়ুমলাই সলাই ৭ না অমৎতা ওইনা পুন্সিন্দুনা পুনখবে হাযবনুংগী লংপুমও কৌববু "খোইয়ুম লাংবুম অবিবা" হাযনা কৌনা ঙাংনাএ। চিংঙু নংগী য়াইখংন শানম তপতা ম্না নঙাইথোং, পাথাং যৌবৈমেন্না শয়োনবা তোংজেং নাচৈ খুন। কমবোং নাকা য়াম্ববু ব্বাকমনা তেংথা ঙল্লোযএ। ইব্বাকমদী কেগে মোইবাং কোকপা ব্বাংবা মনু লাইকমবনা খোইয়ুম লাই ইকাবম্নু লাংলগা পুক্লিং মবাং কাইনা, নৌবেল লেংথোংননা কাবকলে। খুমুনৌবেংনা লেংথোংননা কাবক্কে হায়বগী কোকপা নৌবেং খোংও কৌনয়ে ।।০।।

---

(২) লিহিং নাহ্ম থাংও - লিহিং যৌবিনা পুল্লু।। (৩) উতংনা কাবতু ওই - উতং ব্বানা কাব খুবোমমুক শাংনা কক্লগা যৌবিদা লৈদুনা লাকও।। (৪) পামেন ইয়ুং চকময়ুংনা থেঙ্গু ওই - উয়ুংদা চকম য়ুংবনা থেঙ্গু ওইনা যৌশিল্লি। (৫) কাওবেন উবিক মানববু মানবী শাখাও থংনা লাইদাইয়ো - সন উরিক মচু মানবনা সগী মখাও চাখাও থংতুনা বাল্লি তৌরগা লাইদাইয়ে।।

# খোইয়োন মোবি নমাইবনা
# লৈখোং কাইবা লৈদাইরোন

খোযোন মোবি লাংচেং লাংমৈবদা লৈখোং কাইববদা লৈদাই ব্রাবু খোইয়ুম য়াখল্লোই তবেৎনা তাকপীবমএ।

*পোৎয়াওদীঃ-* উতং ব্রাদী হুই অমা শাংবনে। চকময়ুংগী উনা থেঙ্গু মমা শাও। লিশংগী লংশং পাবোই অমদা ঙা মপুম ঙঙৌ ৫ হাপ্পু পুংফাইনবোংবানে উহন হাপ্লো হৈ পানা মনম নাইবা। মবোই, লাইশেন নোংশেন কোনয়াই পু অমা। হৈমিযাং শিংবুম, মবোই। লাই খাযোম ১ লাংলো। ফিমু ফিদা ১। লাইগী লৈযোৎ ২। নোংযোৎ ২। থাং ১। তোক ১। চেংঙৌ যেকম ৮। লাইসু মবোই অশিনে।

লাইদোইগদবা মফমদা লিহিং থৌবী পাইনা শোল্লো" খোযোল্লো লৈখোং কাইযে। মোবি নমাইবনা লৈদাইএ। খোযোল্লো লৈশেম্মো মোবিও লৈদাইও। খোযোন লৈখোং কইবদী থাবী নংনা লানশিল্লো। কোংযাঙ ব্রাদী লোয়বীনা লোইশিল্লমমো। হিং-চেৎ ফাজিল্লো ওঁ কাব ওঁ কাব ওঁ কাব ওঁ কাব ওঁ কাব ওঁ কাব।। তকক্লক শোল্লো।। কাওবেন উবিক মানববু শখাও থৎনা লৈদাইযু। খুৎশম্লগা ওঁ গ্রী কোইনা শকহল্লু লোইবগা ফমদুনা "অং-ক-ব" তবেৎলক (৭) শোল্লু।।

ঔগ্রী খেনচা ব্রাদী অশিনে।।

হে ঔগ্রীও কোল্লো। হে লম্লেন মদাইমদা কোল্লো,, চাওবা পুংদা কোল্লো, মোইবাং যাইদা কোল্লো, শাংবা য়াইদা কোল্লো। যোইমযাইবু কোল্লো চাওচনববু কোল্লো, অঙানববু কোল্লো। মলেমখৈবু কোল্লো। লাংচখৈবু কোল্লো। থবীবেংবু কোল্লো। শেনকোযবেংবু কোল্লো। অবেংববু কোল্লো। চবংশেনবু কোল্লো। খোইবুংশেনবু কোল্লো। পুংলেন যাইবু কোল্লো। হাবেপঙেবু কোল্লো। মলেম চনুবু কোল্লো। নোংপোক মাইবু কোল্লো। লংমাইবু কোল্লো। মহৌগীদী কোল্লো। লৈগু লৈবাই কোল্লো। লৈবাই লৈমা কোল্লো। লৈনুংলেনবু কোল্লো । লৈবাইনুবু কোল্লো। নোংবুখোনবা চানু কোল্লো। মলেম লুম্বা চানু কোল্লো লাইবু

লুম্বা চানুবু কোল্লো। হে শীশাগীদী কোল্লো। লিনকাইগীদী কোল্লো। যোইময়ইবু কোল্লো। যোইমযাইবু কোল্লো' ম্লাতোনবু কোল্লো। খোম্মতোনবু কোল্লো' চবাইতোনবু কোল্লো' ফিজিতোনবু কোল্লো। নহৈতোনবু কোল্লো। খোম্মতোনবু কোল্লো। পুংবু কোল্লো।

হবেক মবু কোল্লো। নোংশাবা মাইবু কোল্লো। নুমীৎ ওল্লবদ কোল্লো। যুম্মী ওল্লবদা কোল্লো। মীবেল লাইববদা কোল্লো। চেপনা লৈববদা কোল্লো' থাবি তাইববদা কোল্লো' তুবই ইববদা কোল্লো' তুবাই চাইববদা কোল্লো। মিবেল লাইববদা কোল্লো' লোইবী লাল্লবদা কোল্লো' হেম্বা লাল্লবদা কোল্লো। মাংদা থাববদা কোল্লো। লোইবী লাল্লবদা কোল্লো। পামেন থেংলবগী কোল্লো। উযাথেলবদা কোল্লো। যোইমযাবু কোল্লো। হে নোংশামইবু কোল্লো।

হে হযিঙৈগী কোল্লো। লাই হনখিঙৈগী কোল্লো। তবংথক্তা কোল্লো। ইপাকথক্তা কোল্লো। হেবু নুমাবমগী কোল্লো। মাইমবমগী কোল্লো। লাইকা হৌঙৈ কোল্লো। থন্না মাব কোল্লো। মকোই মববাগী কোল্লো। লাইকা হৌঙৈ কোল্লো। হে খান লাইমবমগী কোল্লো। যোইবু ম বমগী কোল্লো। লাইকা শাবকঙৈগী কোল্লো। থেংলৌনা কোল্লো। তমথা ইন্না কোল্লো' রাংলেন থোইদা কোল্লো' যাতোন থক্তা কোল্লো। থৌবাকঙৈগী কোল্লো। খোনজেন ঙংনা কোল্লো'। রুং-কানা, ঙংনাকোল্লো। লাইকা থেল্লকঙৈবু কোল্লো' হে ঙামুবীগা তোকতৌবীগা কোল্লো লাইগা খাবমপাৎতা কোল্লো লাইবুবিগা কোল্লো। লম্বু ঙাইগা কোল্লো। মলেম লাকঙৈ কোল্লো। লাইকোই শেমঙৈ কোল্লো' হে-বি-বি-হৌবকঙৈগী কোল্লো। লাইকা হৌবকঙৈগী কোল্লো। মালেম ফববদবু কোল্লো। মোংলেপ ফববদবু কোল্লো। পবিং হুল্লবদা কোল্লো। লেপতে হুল্লবদ কোল্লো। উকা যাল্লবদবু কোল্লো। মহৈ যাল্লবদা কোল্লো। শিকাগ থাববদা কোল্লো ' উবাই যুংলবদ কোল্লো। হাইথববদা কোল্লো মপংথবদা কোল্লো। লাংলেন পোক্লবদা কোল্লো। উপান ফববদা কোল্লো। হে ঙাকনা কোল্লো। থনাবগা কোল্লো। চেংঙবগা কোল্লো।মতেংবগা কোল্লো। যুহাবগা কোল্লো। মবিমনা কোল্লো। মাইকৈ ঙাক্লা কোল্লো। তম্বা চেক্লা কোল্লো। খাবী চেক্লা কোল্লো। হে যোইনা কোল্লো। খুনুবীনা কোল্লো মথেকপীনা কোল্লো। তেবাবীনা কোল্লো। চিকশাইবীনা কোল্লো। লমলাইমনা কোল্লো। লিবিকশিনা কোল্লো। কংগাইবীনা কোল্লো। থবংবীনা কোল্লো। হয়িথক্তা কোল্লো।

হেতোনথক্তা কোল্লো। হাওবৈপাংনা কোল্লো। নোংচুপ পাংনা কোল্লো। পোনবী ননা কোল্লো। তুক তম্না কোল্লো। চিল্লোক্লনা কোল্লো চেক্লোনা কোল্লো চিন্দিননা কোল্লো তলোই তম্না কোল্লো। উকা তম্না কোল্লো? হৌনবকওঁেগী কোল্লো। কেগে পুংদা কোল্লো। মোইবাং পুংদা কোল্লো। শাংবাযাইদা কোল্লো। তমপাক পোকপীদা কোল্লো। থিবিপোকপীদা কোল্লো থিবেন পোক্লিবীদ কোল্লো। পোনবীদবু কোল্লো। পেতাই পোক্লীবীদা কোল্লো। পেথাং পোক্লীবীদা কোল্লো। হুপ্না পোকপীদা কোল্লো। তিংথৌ পোক্লীবীদা কোল্লো। মানতেক পোক্লীবীদা কোল্লো। হৌনবকওঁেদা কোল্লো কাইবৈঙেদা কোল্লো লৌথিবাগা কোল্লো চখানুবী কোল্লো। খোংচোম্বীগা কোল্লো। পুক্লুং থাবে কোল্লো। হৱাই থাবে কোল্লো যেল্লাং লান্না কোল্লো। মতা লাম্লবদা কোল্লো। হে শংলোক্লবদা কোল্লো। মনা লেক্লহৌনা কোল্লো। অংগোযালবদা কোল্লো। পাকথবে কোল্লো। হৱাইলিবু কোল্লো। মবি চৎলববু কোল্লো। যেল্লাং খাম্লবদা কোল্লো। মতা লম্লবদা কোল্লো মহৈ শাৎলবদা কোল্লো। মানা লেক্লবদা কোল্লো। পুক্ল যেল্লবদা কোল্লো। মী তম্লবদা কোল্লো। মহৈ যাল্লবদা কোল্লো। শামুতোন্না কোল্লো। অযাংবনা কোল্লো। হেৱাইনা কোল্লো। মবা ৱহিগী কোল্লো। থৎপগীবু কোল্লো। হৌনখিযে কোল্লো। মতৌতোনগা কোল্লো। লৌথিবগা কোল্লো। যাইবী হেন্নবকলে কোল্লো। মনুং হৌনা কোল্লো। মপান হৌনা কোল্লো। হে হুন্নবু কোল্লো। হেকোকোইবু কোল্লো। লাংচল লৌবে কোল্লো। তাশিন্নবে কোল্লো। পোইবৈতোনগা কোল্লো। লৌথিবগা কোল্লো। মতোমতোন্না কোল্লো। অযাংববু কোল্লো। অমুবক কক্লে কোল্লো। ৱাবং তমখি কোল্লো। থৌবৈতোনগা কোল্লো। মতুফোইবে কোল্লো। মমান ফোইবে কোল্লো। মকোই ফোইবে কোল্লো। মবাং ফোইবে কোল্লো। শককপী চিংবু কোল্লো। কোইফোই চিংদা কোল্লো। শৱাবা চিংদা কোল্লো। মতু কেনবা চিংদা কোল্লো। শৱাবা চিংদা কোল্লো। নুংনাপানদা কোল্লো হোই হোই শক্লা কোল্লো। হাই হাই শক্লা কোল্লো। মকোন থেক্লে কোল্লো। কোল্লো কোল্লো কোল্লো।।

লাইবৌগী মবম তাক্লী।

খুবাকনে চাকোইনে। খায়োম্নে খুবাক্লে। উপ্লানে।। খুৎনা পাইনা হাইনা খুদোনবী হাইবনে। খুবাক্তা খুনম্লা নম্বনে। থবাক্তা খুৎ নম্বনে। নমকননমদা খুৎথোকপনে।। লাইপক পাইবনে। খ্বাং পাইনা চুককোই শাবনে।

খুৎনিং থেক্লা লেংবান পাইনা চুকোই শাবনে।।

খুৎপী কাপ্লে, নিংপাইনা খুৎনিং থেক্লা নোইবনে। কাং কাপ্পনে। ফিগা শাবনে। কনা কাখংপনে। খুদোন লাক্লা ঙসাই ইখিবগুম শাগানি। ঙকশম পাইনা চুকোইশাবনে। খুৎপাক্লা নেইবনে। খুদোন থিনবনে। চুম শাবনে। শমক শাকৎপনে। ফিবুন হাইবা নোইবা শাবনে। মযোক্লবনে।। খুবাক খুবনে। কোইনা কাবল অহুম্লক লাপ্লে। অহুম্লক লাম্লগা খা অৱাং চুপশাবনে।। নোংপোকসু নোংচুপসু অহুম্লক্কী।

পাফন লাইলু শাবদী লেং লেং খফাং চৎলো। লাই অহুমনা কাও। মনুংলম অহুম্মকনা কাও মপাল্লম অহুম্লক কাও। নোংপোকসু খা অৱাংসু অশিনী। চি চৎপদী নোংশিৎতা মৈবমদা ৩/৩ শিৎলম মিৎলম ৩/৩ অদুসু নুংদা অহুম্লক। পান্দা অহুম্লক। চিংখৈদগী হৌনা কোইবকপা। লাইমাং থংবা মনুংলমদ হম্লকউ। লোইবগা মপাল্লম হন্দুনা অমুক কোইয়ো। লোইবগা লাই তাইগনি। মীয়ামদী চুককোই জগোই শাও। লোইবগা লাই খুকুম্মু।

ঔঁ ঔঁ ঔঁ কব কব কানবী লুম্বা

তওৎ লৈমা । মুকাপথিনবা। লমদোংবা

হোকক্ হোকক্ হোকক্।

অহুম অশিনা কক্কনি খংঙু।।

---

কেগে মোইবাং লৈবাক্কী লৈদাইবোল অসি খোইয়োন সাগেগী অমাইবা নত্রগা পীবনু য়াওহল্লগা লিহিং খৌবি পুলহনগনি। মতাং অসিদা হাপচবিবা লাইবোল তিনলোন খৌনিয়োল ইবাং মশিনশিং অসি মোইবাং অমাইবা ফমনাইবা পোংবৈ অশৈ শাকপা ফম্নাইবা ফম্নাইবী লেংগা তিন্না তৌগদবনি, অদুগা ইজবিবা খবা অসিদগী হেন্না ফোঙদোকপা য়াদ্রবা লাইনিং খৌনিবোল খিবিক্তী মোইবাং অমাই লোইশঙদা তমজবগা খঙগদবনি।

# নুবাথেল, ফংদপাল্
# হুইবীদাক হুইথৌবীখোং

কোকপা নৌবেংখোংবু শামু য়েৎনা লাম্না, কেগে [2]চিংঙাবেন মোইবাং পিশুম চিংখুৎশাবু নতৈননা নুবাথেলও কৌবদী কৈদোংগীনো হায়ববদি, লাইপাখংনা হুল্লগা লাই নুবানা ওকএ। লাই নুবানা হুল্লবদি, লাই পাখংনা ওকপা চিং নুবা ফিবুল ঙাইবলচিং। [3]হাযীনুংনাং খুংদি খুংস্না [4]শিনৌ মোইথাপ তবেং যোৎতি উংস্না। কোবৌ নুংথিন পোবোপ অমদা লাইনুবা যোম্লোয হৌ। লাইপখংবু যোমদাংশাংনা শান্নবম্মে হাযবগীবু নুবা চিংখু থেলও কৌখিযে।

নবম কংলৈ মদাইমদি কোকপ ব্রাকপা মনু লাই খম্বগী তাওবা মহুইচানা খোইযম লাইমু অচৌববু তাওবা হুইনা তুংইননা তান্নখিএ। তাওবা হুইনা তানফংদবে হাযবগীবু ফংদপা ল ও হাযনা কৌনএ॥

নবম লম্লেন মদাযমদি কোবাৎ অপিশ অচৌবা অনিমকতি [5]কোংবা ঙাচৈথেলনে। নবম কংলৈ মদাযমদি, ফিথুপপী চিং নমুং চিংশা নপোম অহুম শুববু ব্রাকনা কংলৈ তেংথা ঙল্লোই ,; চিংঙু চিংনদময়েং। খোইযম নাপাখন্না ইব্রাকমনা মানবী খুদবননা মুকমু লৈতোন কোননা পুকমজবমগে।

নবম লম্লেন হুইবীদাক হুইথৌবী খোংও কৌবদি, কৈদৌনোংগীনো॥ লুব্রাং লোযনাই নহা যাওসু তানবনা যাবৌ শাপানলোক, চাকমোম ঙমখাই তাললকপদা য়াংলৈ তাওবা মহুইচানা [6]যাবৌ তুংইন তানখিববু [7]শাবেলখোং থিম্বুববগী। খোংনা লাওনা লৈবম্লে। হুইথৌবা খোংও কৌখিএ॥ লুব্রাং লোইনাই নহা য়াওশু তানবনা, যাংলৈ তাওবা নং কবিগী শাবেন খোংগুন [8]থাবনো হায়না য়াংলৈ তাওবা মহুইচাবু তাওবা হুইবিল থৎনা যানলম্মে হাইবগী হুই য়ানফমও কৌনএ॥ [9]খোইমোম্ লম্বু ঙাকপদা য়াংলৈ তাওবা মহুইচাবু

(২) চিংঙা পিশুমগী হৌরকপা অশেংবদি কেগে মোইবাং লৈবাক্তনি হাযনা থাজনৈ॥ (৩) হাবি নোংনাংগুম মখোন থোকপা॥ (৪) শিনৌ - লাশিং (৫) কোংবা ঙাচৈথেলনে - কোংবা লোক্তাকী মনিং থংবা ঙা ফাকম্নী॥ (৬) যাবৌ তুংইন তানখিব - শা মতুং ইননা তাননাখিবা॥ (৭) শারেন খোংথিনথববগী - শাদগী তপথহৌববগী॥ (৮) শারেন খোংগুন থাবনো - শাগী শাবম লিবা তোকপনো॥ (৯) খোইমোম লম্বু ঙাকপা - খোইয়ুম লাইবৈমা লমঙা কপীদা

পীবল্লে হায়বগীবু হুই -পী দাক্, (হুইপীদাকও) হায়না কেগেতবু থি মোইবাং ব্রাংলৈ হৈমন তনবনা শৈশক্লএ ।।০।।

## থাঙ্গা

## চিংশা নাপোম তরানিথোই

নবম কংলৈ মদাইমা, শেল্লোয় চিংমাঙনা
লংমাই চিং খুৎশা, মঙান তাবং ব্রাংবাচিং
য়ব্রা নপুবা চিং, কোনখাংনা তাওবা চিং
শেল্লোই নিক্কনি, কাবতু হুইকাপ থাবা চিং
লংমাই য়ুচেং হাগনি, তেৎনৌ পাবৈব চিং
পাবৈ কথোং চিং কাথোং কবাং চিং
শেল্লোয় মাইমুও কপাচিং, লংমাই মনুং তাওব চিং
শানবা থাং থোং চিং, লংমাইবী থুপ্পী থানযে
উবি ব্রাবিনা ওম্বা চিং, শেল্লোয নিকতা চিং
লংমাই হাদা চিং, .................

চিংশা নাপোম তবানিথোই শুবা চিংবু তেংথাজবক্কে ।।০।।

চিংশা নপোম অমদি — নোংথ্রৈ মউ লিংবা চিং
লোইবি চিংপাক "মদি — লিবেন পাফন পোকপা চিং
ইবোক লাইচম "মদি — যোংমু যোংশেন শাৎপা চিং
চিংশা নাপোম "মদি — খুবোয উপেং পোকপা চিং
ইবোক লাইচম "মদি — তুবী হাকোক চিং
চিংশা নাপোম "মদি — লাইবেন নাওখৈ চিং

| | |
|---|---|
| চিংলোন চিংশা "মদি | হু ইবিলাই কোৎচাবু পোক্লচিং |
| লোয়বী নাকপাক "মদি | তাইবং নাওখাই চিং |
| হেন্না লোকচুম "মদি | শামু হাকোক চিং |
| চিংশা নাপোম "মদি | পেৎপি পেৎথাং ওকপা চিং |
| ফৈমোম খন "মদি | নুমিৎ থাবা পোকনাচিং |

## চিংশা নাপোক তরানিথোইমকপু

[১]ব্রাকমনা কংলৈ মযাং ফাৎনা তেংথা ঙস্লোযএ। [২]চিংলেন শুবনা তেম্না ব্রাঙম্বা, [৩]খোইযুম লংবা লাইনিংথৌ, লংবা অপাইবা খোইযম চিংঙু নতিকনা মলেম লৈবু হেন্না ব্রাংথোইবও! নশানৌ তমফা লাইবৈমা যোযবু খোযযম লাযবৈমা পাঙ্থোইবী। মপন থোইনা ওকপা চানু, মদু থোইনা পানবা চনু। অঙাওবা মংথালবী, অশাংবা তুংকোন্নবী, অনম্বা থাদা থেৎপী। নুশিবা খুৎতা পাইবা পুন্সীবা কোক্তা থোংবি। লুমাং শমজিন চিল্লগা পম্থৌ হাইনা কৌবদা হৈ হাইনা পাউখুম্বা। লুতুং শম্বুন পুল্লগা পালেম হাইনা কৌবদা হা হায হাযনা পাউখুম্বী। নশানৌ তমফা ব্রাংঙস্লোন পাঙ্থোইবীগা চিংঙু শানৌ নচিন ননাওগী চিংঙু খোইযুম মকাযফম। চিংলেন মতিক হকপা নাপোম তেংথা যাম্ববু নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মানতোম অতোনবা অনিমকনা তেংথাবমগে। ব্রাকমনা চিংঙু নাপ্পা যেং, খোইমোম নদমলৌনা ব্রাকমনাদি তেংথা ঙস্লোযএ।



(১) ব্রাকমনা কংলৈ ময়াং ফাৎনা তেংথা ঙস্লোয়এ ঐনা কংনা লৈফম্বু মনুং ফাওনা শৈথাবা ঙস্লোযএ।। (২) চিংলোন শুবনা তেম্না ব্রঙম্বা - চিংগী মবমদা ইবা চিঙ্গোইবোনগুম্বা ইবা অচুম্বা বাতেম্বা ঙম্বা।। (৩) খোইযুম - লাই।।

## থাঙ্গা চিঙ্গোইরোন

খৌবী নুংবু শেলোয মদাইমা
লংমাই লম্লেন পাওগী হৌবকপী
পুম্লেন ইকোন পাৎতা ৱাইথুংঙে।
থাংলক্লে চিংথাং থাংবী লমনুংশি;
খা-শোইকু লোক্তাক্তা ৱাইথুংঙে
চিংশা নপোম তব্যানিথোই শুবনে!
চিংমীঙলেন্দী চিঙলোংচাও কৌএ !!
পাৎশোইদগী হাওবেং চিং, থাংলকএ
ইকম্বীদগী মুকাপ চীংসু থাংলকএ,,
খুযোন থাংখকংবা শোইকু মশোইবেন
ককশৌ শৌবা লুনুংদা যাইচনবা
মযা কবাক্ খাইনা কাখিএ
থাংকা চিং - কৌনএ --- থাঙ্গা চীংবু খংনবে !!

লোইবি চিং মনম অমনা অৱাং পাংনা তাবিএ ।। চিংবুক্লেন্না মখা মাইকৈ পাংঙে।। মমৈ মকোক অনিমকন তিন্নফমদা থাঙ্গা লোইশং শানযে। নাতোন শথোইচিং মখুন খোইযুম লাইখুন অহোবা অনিদী লাইনা লৈবা মফম্নী। খোইযুম লাইশং মনিং নপোমদী তোক্লেন স্না যাইওইবা মশক্নী। মতোক্তী খ্বাইবাকপমগী মমাঙ নাপোম তাথবকপনি। চিংজেন্দী মতোক্লা ফাবিএ। মমৈ মৈতোন্দী হৈনৌ হৈপাল নোংপোক্লা পাংবা লম ঙকয়াদা থুপ্লীএ !! খুদুং অনিমক্তী খোইনাই চিংজিন্না খুদুং ওইনৈএ। হাওবেং থংবা চিংজিন্না খুদুং য়েৎপু ওইবনি। পুখ্রনবা চিংনা, খুমাং যেৎপু ওইনএ। চিংলক চিংজিন্না খুমাং ওইবু ওইনএ। মযাদী থাবাক্তা চি ক্রুনা লৈবি। মিৎস্না অনিদী লোযশঙ মাংগী লোক অনিমনা ওইনএ।

মনিং চিংজেনদী হাওবীজমগী চিংজেন্নে খোইদৌ তমফা ওইনএ। মমাং থংবা চিংজেনগী চিংমাই অৱাং থংবা নোংচুপ্লমদা চেল্লীবা লোক যাইলোক্তী হৈস্নাম পীবানা লৈবনে। যাইবোকপু ওইবনি। যাইবোক্কী নোংচুপ থংবা চিংজেন্দী শবাও লাল্লাও চিংনে। লাল্লাওফমদী হৈস্নাম ওইনাম লোন্নবা মবক্তনী।

লাল্লাওচিংগী নোংচুপলা পাংবলম ! মখালম্থু লানবা চিংজেন্দী কাইনা কৌবা লাই তবেৎ, হৌবিজম লান্নবা চিংজেন্নে।। ওইনাম চিংঙাঙ্লেন লাইবমদী থেংঙানে। ঙাবমচিং অঙাংবা লাইবমদী থোঙ্ঙাকনে। লম্লেনদি যোইবু লৈমা নোংমাই নিংথৌ চনু ফম্লাংচান, মদু নিংথৌ যোইবু ফাৎলৌচাম্বা মশোযবেন্নে। চিংলক অচৌবদা লৈবা লাইদী তবেৎনে ইবাৎ মশিন অকবদী মফমনী। মোইবাং নিংথৌকাবা পুবাংবনা ইবাৎলম্বা চিংলেনযাইনে।।

চিংলেন চিংনমদী, হৈস্নাম চিংমৈ অৱাংথংবা লোক্লুংদা কন্দে কৌবা থৌদু নুং, খুদানাইবা অমা লৈবনে। ইবাৎ মশিন তৌগনী। হাওবেং পাংবা চিংজিনসু ইবাৎ মশিন পীগনি।। মুৱা লোক কৌবদী ওইনাম্মা তাবিবা মফম্মুনী। অৱাং থংবদা লৈবা লোকতি মুৱা লোক কৌএ। লোক মথং অমদী স্না চিংদোন মযাদা থৌদুঅচৎপা নুংলেনবু লৈবনি। মমিংদী তাংখোম্বা কৌই। মতোন্দদী থাংজিংঙ্গী মখুভমনে।

মথং নোংচুপ পাংবা নপোম ক্বাইব লৈচিনগী চিঙ্খাংদা যোৎকী থিনবী খল্লোং লৈবনে। মোইবাং নিংথৌ কাবা পুবাংবা নিংথৌনা লাৎলম্বা মফম্নী। খন্নীং কৌবা লাই অমা লৈবনি। চেৎনা চান্না তৌজৌও। শামুক কোন্দী মোইবাং নিংথৌ অকোংজাম্বাগী মশল লাংনুবীবু শলশেন্হঞ্জবা নোংবান নপুবা শনশেনবনা, ঙাংবা নিংথি পামহৈবা কৌবা, শন (কাও) গী পালেম মমা লাংনুবীবু পুদুনা লোৎলমএ - অদুনুংগীদী শামুক কোন লমদম লমনুংশি কৌখিএ। চিংজেন মক্তী শন্নাও চিংজেন কৌবনে।



# "য়ুরান"

নবম লগ্নেন মদাযমদি যুবানও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাইববদি [২]নহনোং হায়িঙৈদা ইবেং ইপুৱা অমনবা; খুনুং ইপু অমনবা। খম্লুং ইপু অকেম্বা শিংনা লান্নখিযে হাইবগীবু যুবানবা কৌববু কেগেবু কেগেতবু থিবা মোইবাং ৱাংলৈ হৈমন তানবনা যুবান ও কৌনৈএ।।

[৩]লাইজা ইখোমবী ইখোম্বা লোক্তা ইবম অচৌবা অচৌবী শিনথোং লাইকুম্বী লাইকুম্বা। খোংবু নুংলোন খুমুক চল্লমগে। থৱাই পললীৎ হুল্লোয খোযযুম শানৌ মচিন মনাও মবিমকনা লাইজা ইথাংলমবু ইল্লুদে। ৱাকমা ঐসু লাইজ ইথোং লম্বু ইল্লুবোই। শিংঙুৎ ফৈথিকথা খোংবৈ চিনলোন চন্না থৱায পল্লিৎহল্লোযএ । মিবেল পনচোংহল্লোযএ। ইৱাফমদি নোংবান হৈনা মতুং ইন্না। কেগে লৈকোযপুং পাংনা কংলৈ লমথোন শৈবু-শক্কৎলক্কে।।

## শাকং পন ও

শাকং পনও কৌবদি; নহননোং কেগে নিংথৌ হেপু স্না লখ্বাগী মদাইবেন মাইমু ৱাখোইচুনাও শোযশেনবা [৪]লেংখাং অবাংবা শেৎপা, ঙনোই শেবনবা ফবানা কেগে নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বাগীদমকপু অযুক লেমলৈ ঙাতেকতনা নুমিদাং লেপ্লৈ ঙাকাং তানবা শাগং তাংপক যাইবাবু নোংদমদা। নুমিদাং ঙাখা তিনলৌ শোইববু নোংলেবতা লেপ্লৈ ঙাতেক ঙানৌ তাল্লমঙৈনে শাগং ফংপক যাইবমযে য়াংনা শাকংপন্ কৌনযে ।।০।।

## খ্বাইপাৎ ও থিয়াং পাৎ

নহননো কেগে মোইবাং [১]থিয়াং মীচাওবগা খুমন [২]মুংশ্রা খ্বাংবানা ৱাইব শাথিববা হুযেন লানথিবকপদা যাংলৌ লমখাংদা লমওকনাবে;; পাথৌ খুমন মুংশ্রা খ্বাংবাও ৱাইবা শাথিবক হুয়েন লাম্থিবকপদি কেগে ঐগী যুমখৈ যৌনদি কবিগী হুয়েন লানথিবকপনো

(২) নহননোং - লাই হক্তক্তা - ইপু ইবুধৌ হনুবশিংনা অশি লমদম পাংবদা মফম অশিদা থৱায থানবা - অশেংবা মফমনী।। (৩) লাইজা ইকাবা ইকুম্বদু - ইখোম্বা লোক্লী হায়বদি ইশিংগী ইচেলনা অশিবা হকচাংবু পুথাখিবা মফম্নী।। (৪) ফি অবাংবা খাম্নেন চৎপা নিংথৌনা পীবা মনাফি শেৎপা।। (১) থিয়াং মীচাওবা মোইবাং নিংথৌ ১৩ শুবা।। (২) মুংশ্রা খ্বাংবা - খুমন নিংথৌ।।

নবান ওনদেখীবো।'' পাউমেল্লকপবু খুমন মুংশ্রা খ্বাংবনা পাউখুন্নকএ।" ইকম তবা চায়োমমন, ৱাংলৈ খোমহানমনগী ৱাইবা শাবুম অমা হুয়েন লানবুম অমা ফাদববদি [৩]ইবান ওন্তেখিবোইএ। হায়না পাউখুন্নবদা কেগে মোইবাং নিংথৌনা পাউমেল্লকএ। অদুদী খুমন মচা নংনা যাদববদি [৪]ইপীঙা চাইনা খোংপেন্না [৫]মবোং চুংফুনাশে, খোক্লাং ঐগী ইতাচা লৌকখিগে হায়না মোইবাং নিংথৌ থিযাং মিচাওবনা মবান মোংবা য়ুমদা খোক্লাং তাবু চেন্না লৌকবে। মবোং চুংশেননবে পাক্লে শময়া খোম, পুকনুং লানপোৎ মঙান নাইনা শেৎলবদা নাবম শাকং পললমদা হুযেন লান্দাখিএ। খুমন মুংশ্রা খ্বাংবগা ৱাবম মতোন লোমনা পাউমেন্নববদা খোক্লাং লমচৈ ওন্নবে।" পাথৌ নোংযাই অথৌবও খুমন লমথোইবা নোংযাই লমকেৎপনে নংনা হাননা তিমেন নতাচাবু ফেনলকও। হাযবদা খুমন মুংশ্রা খ্বাংবনা তিমেন তানিং কাংনা মাললং চৈবোইননা ফেনলকপবু তিমেন অবেম্বদা মালেম নৈদা তাবে। কেগে মোইবাং থিযাং মিচাওবনা তিমেন খুদাপ পাইনা শাযেং পাংগা তিংনা [৬]ফেনলকপসুং শিংলেন অবেম্বদ., [৭]ককলু লুমাই লেংনা তাপাল্লে। খুমন মুংশ্রা খ্বাংবগুং অচেন খোংলৈ যাংনা চেনশিনলকএ। পাথৌ [৮]মপিঙান হাওমুকনা লেংফাইনা, লাবা তাজিন খুবৌ যেৎনবে। খুমন মুংশ্রা খ্বাংবদি থককা থোংনা, কেগে মোইবাং থিযাং মিচাওবদি খাগা থানা লোইতুবে। [৯]মবোই খোইবি কৌবনা পাউমেনলকএ হে ইবুংঙো কেগে খুৎনিংথৌ থিযাং মিচাওবও। শামু নহাককী যাবেন খোংজিতোন্না শামমু মহকচাংবু চিকখাইযো হাইনা পাউমেল্লবদা, থিযাং মিচাওবনা, খুমন মুংশ্রা খ্বাংবগী শামু মহকশাংবু চিকখাইবে, খুমন মুংশ্রা খুৱাংবদি, মলেম নৈদা তানা অমন খন্লে কুন্লে।[১০]যাবেন খোংজিতোননা চিকপাবু ইপাৎ পাৎথোক্লে থিযাং পাৎলো কৌএ॥ তাংজা মকতোনবু [১১]ৱাইথেক্লে হাযবগীবু ৱাইখু পাৎলো হাযনাবু কৌনএ। কেগে কংলৈ মদাইমদি। খোইয়াম লাইনিংথৌ চিংঙু লোক্তাক মেনলোং ফবা। খাগী লমথাং ইনবা স্নাহিদি হিমতৈবা, লুপাহিদি হিমবোইবা, স্নাঙাদেন

(৩) ইবান ওনতেখিবোইএ - ইয়ুমদা হনখিবোইএ॥ (৪) ইপিঙা চাইনা খোংপেন্না ইবান্নী অঙম অঙম য়েংনদুনা॥ (৫) মবোং চুংফুনশে - ফুনশে॥ (৬) ফেন্নকপসু শিংলেন অবেম্বদা - হন্নকপবু অবেম্বদা॥ (৭) ককলু লুমাই লেংনা তাপাল্লে - কক্লুগী মমাইদা তানা পাল্লে॥ (৮) মপিঙানা হাওমুকনা - মবান্নী মুকনদুনা॥ (৯) মবোই খোইবী কৌবনা -মনাই খোইবী কৌবনা॥ (১১) যাবেন খোংজিতোননা - ময়া যাতোননা॥ (১২) ৱাইথেক্লে - থুদেক্লে॥

খোংনেৎনবা, লবা ঙানোই খুদানবা, লুপা নৌবেন ইফুনা স্না নৌবেন হিচন্নবা লাইনিংথৌ; খোইয়ুম নংবু চিংঙু কোবৌনা পিদোনবীগনি। খোইযম ৱাংবা নানুং নাইবীগনো। নদাইবেম তযম ইৱাকমাদি মানবী খুদশননা মালেম লৈনা অঙাংবনা ঙাবগুম যেনপৎনা, কোবৌ নোংলুমপান অপানবনা ঙৱামসুং তম্না [৩]তোবাঞ্জবমগে ॥০॥

## সেন্দ্রা ইৱাই কোল, খোংমৈও ফুগাইদাক লমনুংশি

নাবম লমদি তবেৎ লৌশেন্দা শেন্দ্রা ইৱাইকোন কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি নহননোং হাযিচকঙৈদা ইবেং ইপু অমনবশিংনা [৪]অমন শিংগুম্বদি, [৫]তবেৎ শেন ওকনবদি নাদা যেবযে। [৬]তেৎনৌ যোৎনা ওক্রুবদি খুৎতা পাইযে। [৭]শেঞ্জা শামু নাদা যেপপবু লাইজা ইশিংদা তাখিযে॥ তননা শমু খুৎনা ৱাযখৎখিযে অদুনোংকীবু (৭) তবেৎ লৌশেন্দা সেন্দ্রা হাযনা কৌনৈএ॥

ইৱাইকোন কৌবদি, য়োইবু খোইযম লাইবৈমা শেন্দা অযাং ফবী লেমলৈ ঙাতাংকোন নোংবান হিনুচাম্বগী মযোমলোয। লৈমা নিংথি তবেংবিনা হাওশি ঙমগাচিং কেগে লৈমা ৭ মক মোইবাং লৈম মকনা লেম্লৈ ঙানৈঙৈদা। [৮]শেনতেংকোৎ খ্বাংচেংবনা, লেম্লৈ ঙাযাম যানাযে। স্না খবাই স্নানা ঙাকোৎনববু লাইজা ইশিংদা তাখিযে। লাইজা ইবোন্নুংগী শাম্মু খুৎনা ৱাইখৎলকএ। অদুনোংগীবু সেন্দ্রা ইৱাইকোল হাইনা কৌনৈএ॥

খোংমৈও কৌবদি; নহননোং মাইমু ৱাযখোই চুনাও শোযশেনবনা কেগে মচা শোইতোংবা, মোইবাং মচা শোইশেনবা অঙাওবা মী লাই কনাগুম্বা অমৎতবু চংলক্কনো। কেগে লৈমা নিংথি তাবেংবিনা চিংনা লেম্লৈ ঙা তাল্লিএ॥ হাযনা খোংনা লাওনা তাক্লমযে হাযবা নুংগীবু কেগেতবু থিবা মোইবাং ৱাংলৈ হৈমন তানবনা খোংমৈও হাযনা থোনলমযে॥

---

(৩) তোবাঞ্জবমগে - কৎচবমগে॥ (৪) অমন শিংগুম্বদী - অশি লমদম পাংবদি॥ (৫) তবেৎ শেনওকনবদি নাদা য়েপয়ে - তবেৎ শেঞ্জা হাপ্পদি নাদা হাপ্পে। (৬) তেৎনৌ যোৎনা ওক্রবদি খুৎতা পাইয়ে - য়োৎ হাপ্পবদি খুৎতা পাইহল্লে॥ (৭) শেঞ্জা - পৈশা॥ (৮) শেনতেংকোৎ - সেনসেং তেংকোৎ॥

নবম লম্লেন ফুগাইদাক লম্মহন্দী, কেগে মোইবাং ব্রাইমু ব্রাখোই চুনাও শোইশেনব লেংখাং অবাংবা চিনবা ঙানোই শেবনবা ফবা [1]শাবেং লেবলু কাইঙৈদা, [2]য়োইময়াইদি নোংপোকলমদগী ব্রাংনা কাবকপদা। শাবেং লেপলু মনুংদা [3]লেংখাং মমি অবাংববু লাংনা উবাববু। নাযু নোংবান যুগৌঙৈদা। লেম্লে ঙামু লাংবু [4]খাচিক্লবগী হাবাও পুক্লিং চংনা থাংকৎলুববু লেম্লে ঙাবু ওইবমদবে। কনজাও মখৈ লৈতনা অশাও খাম্বী মৈহৈনা খুমু [5]নৌবেং মখুংশুনা লেপলু মপুক ফাৎনা যানখাইবম্লে। হাইবনুংগীবু লুকাইতাকও কৌববু কেগেতবু থিবনা ফুগাইদাক লম্মুংশি হাযনা ওনলম্মে।।

নবম কোচিশোইবু তযম ইব্রাকমনা মানপী খুদপ্পনা মুকমু লৈতোন কোননা পুকমজবমগে ইব্রাকমদি কংলৈ মদাযমা যোইবু খোইযুম লাইবেমা অযাং লেনথোং লমমবী ঙাংখা লম্মীৎ চুম্বী ফোইদিং নুবাহাবু কোলোই শিননবানা যাব্রা শিলংননা অযাংলমগা হৌবী শ্না মচিন মনাওনা লেম্লে ঙাতাপাৎ তিননফান হাওলৌ তিনলাই নোংযেংলৌ, [6]তিংঙি নাওচেনলৌ [7]খবা ইফুলৌ, খোকতা যাইফুবোন ফুযাই লিনচামলোন, অঙাং লৌশোইমোম শোইবেন চাব্বিবোক কংলৈ নাতিক অরুববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্লোযযে। খোইযম নংনা তাথিবীগনো চিংঙু নংবু অবায লাংবীগনো। চিংঙু নাপগা যেং খোইযম নদম খন্না মানবী খুদবননা পুকমজবকগে। খোইযুম নংশু নদোম লৈজহল্লমগে *।।০।।*

---

(১) শবেং লেপলু কাইঙৈদা - শবেং লু কাইঙৈদা।। (২) য়োইময়াইদি - নুমিৎতি।। (৩) লেংখাং মমি অবাংববু লাংনা উব্রাববু - মশাদা শেংপা লেংখাং কৌবা অরাংবানা ইশিংদা মামি তাববু লাংনা উবববু।। (৪) লেম্লে ঙামু লাংবুং খাচিক্লবগী - ঙানা লুনুংদা চংবগুম উববদা।। (৫) খুমু নৌবেং মখুৎসুনা - মখুংনা পাইবা খুৎচু নৌনা।। (৬) তিংঙি নাওচেনলৌ - তিংঙীনা চেন্দুনা শাম্নবা।। (৭) খবা ইফুলৌ - খবা কৌবা ঙানুনা চেন্দুনা শাম্নবা লৌ।।

# শৱা-শঙ কৈথেকপান, পাম্ব শিনথা লোইচুব অয়াংবা লমথংকোল, লাংসং সংলাংমৈ (নাইখু কোল)

নবম কংলৈ মদায়মদি নোংবান হিনুজাম্বা ময়ুমফম, মোইবাং নিংথৌ হেপু ম্না লম্বান লোনয়ুম অখুব শংলেন অথুপ্পা অসিদী কনাগীনো পাউহংববু মাইমু চুনাও শোয়শেনবনা নদাইবেম হিনুজাম্বগী শংলেন মবানয়াইনে হায়না পাউখুম্ববু ইদাইবেম নোংবান হিনুজাম্বদি মপাবি, মযোম কবম্বা শাৎপনো পাউহংৱায নদাযবেমদি মযোম লৈমা [1]নিংথি তবেংবি পোকএ। হায়না পাউখুম্লে নোংবান খোয়দোন অহনবা লুৱাং মানতোম অতোনবা অনিমক্কা হৈনা মতুং ইলনা মোইবাং কংলৈ পুংবু তাননা কংলৈ লমথোন শককৎলকএ।

ওকচিললাকপা শাংতোননাইখু অথৌবা পুংলেন যাইনে। ঙাংখবাকপা মপাবি তখেন অথৌববু লৈমু শিনতাকনবা লৈহৌ শেনঙোইনবা পুংলেন যাইনে। নবম কংলৈ মদাযমদি শৱা শঙ কৈথেকপাল পাম্বা শিনথা লোযচুব অযাংবা লমথংকোল কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি কেগে খুৎনিংথৌ ফাং-ফাং য়ুমখু পোংলেনহনবগী নিংথৌ ম্না হাক্তক্তা পোম্বী উচেকপু শৱা হায়না কৌনৈএ। শৱা পোম্বী উচেক অচংববু [2]পোনবী চেককোন খা [3]ইশং লৈনা শা, [4]লমশং থন্না শাববু থনমমে হাযবগীবু শাৱা শং কৌযে। অহিং ইনুং শোইযাইমদা পোম্বী কৈনা চাখিএ। কেগেনা অচাববুদি অথেকপাও কৌএ। অদুনোংগীবু শৱা কৈথেকপালও কৌযে। মোইবাংনানবা থবো খুনবনা থবো লেনফু মক-ফং [5]শুমনিংগে লৈকা মবাক চুম্লবগী [6] য়াংনা যাইথোং কুমখিযে। অদুনোংগীবু চুব অযাংবা লমথাং কোলও কৌযে।

---

(১) নিংথিতবেংবী - নিংথিবী তনৌবী॥ (২) পোনবী চেককোন খা - উচেক্কী মকোন খাজিন্দুনা॥ (৩)ইশং লৈনা শা - ইনা লৈশিনদুনা শাবা শং।। (৪) লমশং থন্না লমলক্তা থন্দুনা শাবা শং॥ (৫) শুম্লীংগে লৈকা মবাক চুম্নুবগী হকচাং পোলাং অমনবনা লোয়ববদা॥ (৬)য়াংনা যাইথোং কুমখিএ - থুনা শিখিএ॥

নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মানতোম অতোনবা অনিমক্কা লৈনা লৈনা [৭]শেনজিল্লকএ। লুব্রাং খোইবুং মবৌলৌনা [৮]মনাইবেল নাইখুকোনও কৌযে। খোইযুম শানৌ মচিন মনাওদি লাংশং শংলাংমৈদা ব্রাইথুংলবে। লাংসং সংলাংমৈবু তানা খনবা খোযযম লাইনিংথৌ কেগে লাইচিং চৈহৌগীবু [৯]শুমদিন লৈকোযপুং পুংগোই থাবাওগী লাইজি চৈহৌননা ফিভম হাননা হৌবকপা লাইনিংধৌগা চিংঙু থাফংননা ব্রাযথুংলববু নোংবান শানৌ মচিন মনাওদি মালং নুংশা লাংনা কোইকববু শমু মহকচাংবু ঙাংনা লাংনা উববগী লাংসং সংলাং মৈও কৌযে।

## কেগে লৈকোই অচনবা

তমপাক লাইনিংথৌ যাবৌ শাবন নিংথৌবা

লৈবাং শফাবী,;

খুযোন পুন্নৌখা খবাযথোপচাও।।

মাবজিংখু খুন্নেন খুনথিবা মাংলৌতাক লমনুংশি

লৈগোই অচনব;;

শাংতোন লৈনাওতা চিংহৌ লমদাইখেৎ

চিংথাং থাংবিও।।

নবম লন্নেন লাংশং শংলাং মৈদগী [১]লমগা হৌনা [২]ইবেনথৌ খোইযম লাইবৈমা লাইজা ইথাফম্বু নাতৈননা। তোবৈ হিদেন ফৈদেনবী পাউতাক হিদেনতা লংমাই [৩]ফুংগা লাইরুদা ব্রাযথুংলবে।

নবম লন্নেন মদাইমা নিংথৌ উকাই মিতম পুংদা থৌদু লেবনা যুংবা নুংদি। থৌদু নুংমুগুম্না চেংজা নুংঙৌ শিদবা নুংনে। তযম ইব্রাকমনা মানবী খুদবননা পুকমজবমগে।

---

(৭) শেনজিল্লকএ - কোইশিন্ন কএ।। (৮) মনাইবেল - মনাই অথোয়বা।। (৯) শুর্মদিন লৈকোয পুং - তমখিবা তিনখিবা পুং।।
(১) লমগা হৌনা লমদগী হৌদুনা।। (২) মতাং অশিদা ইবেন্থৌ হায়বিবশি - ইবেন ইবেম্মা ইবাই লৈমবুনি।। (৩) মতাং অশিদা ফুংগা লাইরু হায়বিবশি - ইমা ইবেম্মা ইমোইনু লাইবেম্বী মসাইগোন্নী।।

নদাইবেম তয়ুম ইৱাকমসুং তুবেন লাংমৈপুংবু লাননা নবম মাংলৌ তাকও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদি?

নহননোং খোয়য়ুম লায়নিংথৌ অৱাং [৪]কোবৌ ইনোংনিং থৌনা। মপাবি খোইয়ম স্না অহনবা নংদি মাললেন তমপাক লাইনিংথৌবু ওইকও হাইনা থৌশিন থবকপবু। মালেম লৈফম চেৎলে হায়না মপন খোইয়ুম লাইনিংথৌনা ইপাবিবু মালেম লৈফম চেৎলববা য়েংগে হায়না মালেম লৈদাবকএ। মপাবি খোয়য়ুম লাইনীংথৌনা, মপন অৱাং কোবৌ নোংনিংথৌবু মালেম লৈদাবক্কে হাযবা শকখংলদুনা। য়াওবৌ [১]শাদুং কাংক্রক্ লৈবাং শাথিবী যাওবৌ শা অপুম্বগা, লেপ্নে [২]ঙাৱা অপুম্বগা [৩]খবাই খুদোং মখুৎশুদা হাপনা [৪]থোংলেন তিংবীথক্তা লেপনা যাইবম্মে। মপন খোইয়ুম লাইনিংথৌনা পাবি অশিদি মালেম লৈফম চেৎলববা হাযনা মিৎযেং শেংখৈববু শাবেন যাবৌ শা অবুম্বগা, লেপ্নে ঙা অপুম্বগা লাঞ্জাবম্মে।

কোলোয মমিংথোনবু মালেম তমপাক লাইনিংথৌ কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি [৫]নুবানা কাবে শেনগোই থোংনে। যাবৌ শাবন নিংথৌবদুম মিংথোল্লগে হাযনা "যাবৌ শাবন নিংথৌবও" হাযনা থোল্লমএ যাবৌ শাদুং লৈবাং শাথিবদুম খোইয়ুম লাইনিংথৌনা ৱাইখৎখিএ হাইবগীবু "লৈবাং শফাবীও" কৌনযে। [৬]লেপ্নে ঙৱা অপুম্ববু খবাই খুদোং মখুৎশুদা হাপনা থাথবকএ হাইবনুংগীবু "খুযোন পুন্নৌখা" খবাই লেপ্নে ঙৱা তা "খবাই থোকচাও মাংও" কৌনৈএ।। লোইদাম কুমওন লাক্লগা [৭]লেপ্নে সুজানম্ ৱানচেং পুমহৌ লানলবগী খোইয়ুম "কুপপা মকুপ থোক, চিংঙু লংবা মবং থোক্, যাগী [৮]হৌজা মাইলাংনা, [৯]খোইয়ুম পানম চৎথোক্লকপদা, লেপ্নে ঙা পুম্নমবা নতাববগী। খোইয়ুম লাইনিংথৌনা

---

(৪) অৱাং কোবৌ ইনোংনিংথৌ - অৱাং কোবৌ হাইবিবসি অৱাংবা নোংদোল ওইগদ্রা হায়বশি নৎতনা য়ুমফম লৈতে।। (১) য়াওবৌ শাদুং কাংক্রক লৈবাং শাথিবী - লৈবাং শাথিবী কৌবা শা।। (২) লেপ্নে ঙাৱা অপুম্বগা - ঙাৱা কৌবা ঙা মচা অপুম্বা।। (৩) খবাই খুদোং - ঙা য়াইনবা য়াং খবাইগুম্না অবোনবা।। (৪) থোংলেন তিংবীথক্তা - লৈবাক লৈবাইথক্তা।। (৫) নুবানা কাবে শেনগোই থোংলে - মুনা লাংনা কাবে ইকাইবা নংলে।। (৬) লেপ্নে ঙৱা - ঙৱা কৌবা ঙানা তাখিবগী।। (৭) লেপ্নে শুজানম - ঙানা নমজিন্দুনা - ৱানচেং পুমহৌ লাললবগী - অপুম্বা মনমনা নম্নবগী।। (৮) য়াদগী হৌনা মমাই লাংদুনা।। (৯) খোইয়ুম পনম চৎথোক্লকপদ - লাইনা অসুম চৎথোক্লকপদা।।

পাওমেল্লকএ।। লেন্নৈ ঙা পুন্নম্বা বানচেং সুজা নম্বা অশিবু কবিনো? হাইনা পাউহংলকপবু চিংঙু অকোয় অচৌব, খোইয়ুম শকউ, শাউদবানা। হে ইবুংঙো তাও, খোইয়ম লাইনিংথৌও, চিংঙু নংনা নপন খোয়য়ুম লাইয়িংথৌগী ম্না মখোং খাদা সাবেন য়াওবৌ সাবুম অমগা লেন্নৈ ঙাব্রা ঙাপুম অমগা খবাই খুৎথোং মখুৎশুদা হাপনা [10]লানজাখিবা অদুবু লেন্নৈ ঙাপুম মপুম মপুমবু লৌবীদ থাথাবক্লবগীনীনা লেন্নৈ অদুনা সুজা নম ব্রানচেং পুমহৌ লোনবগী নম্বনে হাযনা পাউতাক্লবদা অদুনুংগীদি, ইপন অব্রাং কোবৌ নোংনিংথৌদি কদাইবমদা তুচোং পল্লানখিবনো পাউহংববু চিংঙু গুক নমুংবদি খোইয়ুম লাইশক উদনা, মাংখিববগী মপন মাব মখোং খুনবু থিবকএ।। "মাবজিঙয়ু খুমলেন খুনথিবও" হাযনা কৌখিএ।। মাংখিবে হাযবনুংগীবু "মাংলৌতাকও" কৌনৈএ।। কোইনা কোয়না থিবমএ লৈকোই অচনবনে।। মপন খোইয়ুম গুক শিদবদি মালেম লৈখাবোল ৭ তা, [1]সংনা উমীতোন্‌নিং হুল [2]পুকনুং চংবী লাযোন চোংবগুম নৌনা শংনা লৈঙমএ সঙতোন লৈনৌতাও কৌএ।। খোইয়ম যাইখংনা সনম তপতা ম্না নঙেথোম, পথাং যৌবেমেননা শৈওনববু, কম্বোং নকা য়াম্বাবু ইব্রাকমনা খোইযুম নতিক অকুববু তেংথা ঙল্লোযএ। কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবশনো, মানবী খুদপননা পুকমজবমগে।।

নবম কংলৈ মদাইমদী চিংনা হৌখিএ "চিংহৌ লমদাই থেং "থাংদোকখিএ" থাংবী য়োইনাওকোন, খোইয়ুম থাংবী চিংমবী। শানৌ মচিন মনাওনা [3]কংলৈ লাথুপঙেদা [4]ফিদুপ ফিদাইমবু ফিহোংঙে, খোইয়ম যাখল্লোয ৭মকনা [5]মাললেম লৈথিন কাযবল্লবগী কংলৈ লাইবাওখোনবু নাচুংদবগী [6]ফুকনা থাংখিএ হাযবগী চিংথাংও কৌখিএ।। [7]শব্রা তু কেনবাথেন্, মবম [8]কোইফোইবা চিংবু তযম ইব্রাকমনা তেংথা ঙল্লোযএ। চিংঙু নতিক অকুববু হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশনা তেংথাবশনো।।

---

১০) লাঞ্জাখিবা -পীজখিবা।। (১) লংনা উমিতোননীংহল - ইলং শংবা উনৌ চোংলমবগী।। (২) পুক্লুং চংবী লায়োন চোংবগুম - পুক্নুং লফু থাবো চোংবগুম।। (৩) কংলৈ লাথুপঙেদা কংলৈ লৈপাকপু লাই মচিন মনাওনা লৈশেম নোংশেমদুনা থুপতুনা লৈঙেদা।। (৪) ফিদুপ ফিদাইমবু ফিহোংঙে মলক মতৌ ফিজেৎ চাকচা অমবু হোংনঙেদা।। (৫) মলেম লৈথিন কাইবল্লবগী - লাই য়াখল্লোই ৭না লৈপাক থুগাইবল্লবগী।। (৬) চিং মচা অমা লৈবল্লবু ফুক্তুনা থাংখিএ চিং অশিনা অহানবা ওইনা শেল্বা শাবা হৌখি চিংহৌ।। (৭) শব্রা তু কেনবা থেন - উচেককী মতু কেনবা থেন।। (৮) কোইফোইবা - কোইজবা।।

# কেগে পুংলেন অরেপ্প
# মোংব শংলেন য়াইওইবা

নবম লগ্নেন মদায়মদি, ওকচিন শংলেন য়াইওইবনে। [১]হুয়েন লাম্মীগীদি, [২]মেললাং তানবা তুবেনকাই অঙৌবা, [৩]পালেম পাইমা পিবুকনুংগী মাললেম লৈদাবকপা, [৪]মানবী চিনবান লৈতোন খংনা খোইমা ব্রাহাই হৈতবিববু শামু নমদা পোনা লমওকফম।। কজেং থাংবুন ১০/ তিমেন তাবুন ১০/তেংনৌ যোৎ মপুন ১০/ যাবৌ শাবুম ১০/ হুয়েন লানবুকশুং ১০/মশিং ১০০ শুনা [৫]লৈহৌ শিন্দাকনা লৈমু শিনওইনবা শংলেন য়াইনে। নুমিৎ অনিনা চিলওকনবা, থাবী অনিনা মাইওকননা থোকপা শং নংবু চিংঙু নতিক অকববু তেংথা ঙল্লোযএ।। খোইযুম নংবু তাথিবীগনো।। চিংঙু নংবু অবায লাংবীগনো নদাইবেম তযম ইব্রাকমনা মালেম লৈম্না অঙাংবনা, [৬]ঙাবা মাসুং তম্না যেনপংনা [৭]ঙাবা মাশুং তম্না তোবাঞ্জবমগে। নবম কংলৈ মদাইমদি ব্রাইবা [৮]শাপুম ওকচিন থোংলেন যাইনে। কোবি পনচনথোং,; কোনঙৌ পুংদা থোংনে। হুযেন লাম্মীগীদী ব্রাযব শাবুমসুং ১০০/ হুযেন লানবুম ১০০/যাংলৈ তাওবা হুইবুম ১০০/কাযবৈ যেনবুম ১০০/[৯]হুযেন লাঞ্জননবা থোংলেনযাইনে ।।০।।

নবম কংলৈ মদাযমদী নযু নোংথোন লৌথিবা শংলেন যাইনে হুয়েন লাম্মীগীদি, [১০]খমচেৎ খমগাই মনিংথৌ, খমচোং লানথৌযাংবু শিন্দাকনা, লৈহৌ শেংওইনবা শংলেন যাইনে। নবম কংলৈ মদাযমদি [১১]শাবেনফেন্দা নোংহুম লমনে। কংলৈ নতিক অকববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙল্লোইযে। কোবৌনা পীদোননবীগনো খোইযুম নংবু ব্রাংবা ননুং নাইবীগনো, মানবী খুদপননা পুকমজবমগে। সিংলু তেনবা শিনসু শাংবা মবমথোনবু

(১) হুয়েন লানগীদমক।। (২) মেললাং তানবা - ফম্বান মেল তানবা তুবেনকাই অঙৌবা - তুবেন ব্রাংমা অঙোম্মা।। (৩) পালেম পাইমা পীবুক্নুংগী - মমাগী মচা।। (৪) মানবী - মচা।। (৫) লৈহৌশিন্দাক্না লৈমু শিন ওইনবা - লৈপাক লৈহৌবকপা - লাইমু ফংতববু তাকপা।। (৬) ঙাবা মসুং তম্না যেনপংনা - অঙাংবাবু তমনা কংচবমগে।। (৭) মসুং তমমা তোবাঞ্জবমগে - অঙাংবা মাসুং তম্না খুদোঞ্জবমগে।। (৮) ব্রাইবা শাপুম ওকচিন থোংলেনয়াইনে - শা মপুম ওক্রবা লান্নবা থোং অথোইবনে।। (৯) হুয়েন লান্দা লাঙোই চনশিনবা থোংনে।। (১০) খমচেৎ খমগাই কৌবা লাই মনিংথৌ।। (১১) শোবেনফেন্দা নোংহুমলমনে - কশা শোবেন ঙাকথোকপা শংনে।।

নতে ননা লাইখুবেম্বী সমু ওইনবম খোইয়ম ব্রাবক ব্রাকোং থোংবু খোইমা ময়োকননা মালেম লৈম্না মঙাংবা কোবৌ নোংলুমপান অপানবনা ঙাব্রামসুং তম্না তোবাঙ্গবমগে। খোয়য়ুম নতিক অকব্ববু মালেম লৈদা পকনা পুকমজবমকে। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথাবশানে ॥০॥

নবম কংলৈ মদায়মদি কংলৈ নোংলাওফম শোবেন নোংহুম লমওকপুংনে। নবম কংলৈ মদায়মদি [1]ব্রাংলমলোন কৈথেন মানবী থেল্লেন য়াইনে। হুযেন লাননীগীদী, হুইচিনলক্কী হুইয়াই লোইনাই মচন লৈবোং তাওবী, পুকপী মচন থিংগুসু থাদোন লানমীংনাই। চকপা অমে চনু তাংজা সমনা ফবী লাইচেং তোংদবসুনা পুকনুং যোইহৌ তানবীগা নোংবান চৌখাবোন লুব্রাং নহাবোংব চনুগা [2]লালু অহুমবু থবোন নিকনা হুযেন লানচৎনবা থেলেন যাইনে ॥০॥

নবম কংলৈ মদাযমদি [3]চেংজা নুংগোইবীনে। [4]যাওবৈ লৈয়াথি খোংখম লৈনমুংনে। কংলৈ নতিক অকব্বগীবু ব্রাকনা তেংথা ঙম্লোযয়ে। নবম কংলৈ মদাযমদি [5]মংলেন হাককেম্ পুংনে। মংলেন লুচন পুংনে [6]পাবোং থোপ থিন পুং, নোংযাই খাহনবা পাবোং থোপথিনবা শাম্বা লুতেংপুং। খানৌ লুহনপুং। পাবোং থোপথিনপুং নোংযাই হানোই পুংলেন য়াইনে ॥০॥

নবম কংলৈ মদাইমদি ঙানবা শেবাই কংজা পুংলেন নোংচুপয়াইনে॥ হুযেন লাননীগীদি তয়াননিংথৌ লিকমান লানথৌযাংবু লৈহৌ শিন্দাক্রা লৈমু শিনওইনবা পুংনে।

নবম কংলৈ মদাযমদী [7]উত্রা সংলাংচান [8]অতেং সংখুৎশা [9]হেকঙাই সংনুংঙোন [10]ফোশ্রাৎ সংখুৎশা, অযাং লমথুংফম। যাংলৈ তাওবা হুইসংমাং য়াওবৌ চিবেন শামু খোংনা থোইবদি লাইবোং পুং, শামু খোংনা থিনবদি লুককপুং, চাবৈ ফিবোকপুং। খাললৈ লৌবোক পুং তযম লাইবোক পুংদা পুংলেন যাইওইবনে ॥০॥

(১) ব্রাংলম্লোন - নুপীওইবীগী॥ (২) লালু অহুম্বু থাবোন নিকনা   কোক অহুম্বু থানুং নিকনা॥ (৩) চেংজা নুংগোইবীনে - নুঙ্গোইবী লালু চনফম্নে॥ (৪) য়াওবৈ লৈয়াথি খোংখম লৈনমুং - তিন্ থাকহৈদবা খোংনা শোকহৈদবা॥ (৫) মংলেন - মং মংবা॥ (৬) কোক লৈববা হাযনা থিনদুনা য়েংবা॥ (৭) উত্র - কংলা॥ (৮) অতেংশংখুৎশা - অহৈবগী খুৎশা॥ (৯) হেকঙাই সংনুংঙোন - পুক্রিং হুবা শং॥ (১০) ফোশ্রাৎ - চেকশিননা॥

# কেগে কংলা উত্রা সংলাংমৈ থৌদু খোংনেৎনবা, কুচু থৌদানফম তবেৎ শুবা পুংলেযায

নবম কংলৈ মদাযমদি, কেগে মোইবাং নিংথৌ [1]লাইয়ু পুঙ্গীবা সংলেনযাইনে।। কংলা মথোন ৭ থোল্লাংমৈনে। [2]ফোবো মোইমিৎ ফোল্লাং মৈদোংনবশং। [3]থম্মা লাকোয লুবোই নবনা হেম্মোইবসং। লুব্রাং [4]থাম্বান লৈবম ৫ মকনা লাইবেল লাংজখৈ অখৈবা। যোইমযাই লাইবেন অঙানববু [5]নোংশাবা সংলেন যাইনে। মালেম লৈখাবোনগী খোংলেন ইবম ৭ মকনা খোংলেন ইফাওবম। [6]ককযাই শাদিংখু থেংগু নমদনবা ১৫ না যাকাশং। [7]পাইখু চেকওনথোক ১৫ মা যাগৈ শং। খাংলাংবু যুমজিন শেংবাং থোংবু চুনবা। খাঙঙেননা কোইহেনব, হুমদাং কাকুপ মাইফং পবেং যান। উবা ফৈগৈ লাকপবু লাকলোযদব সং তুৰ্বীনা পাকলৈ থোমনযেক। তুবী ঙৌনা ওল্লিঙৈদি নুংঙৌ পাকতৈনবা সং। লাইবেন ঙা্না ওল্লঙৈদা অঙাংবনা হিংঙোন। মুনা ওনলিঙৈদী মুকতম কোইজা যেকপা সং। তুবী লিশোন, লাইবেন কোইজা যেকপবু যেকশোযদবা শং। খোইযুম লাইশকতম নমু পোংশকশেম। যাবৌ শা শাযেকপু যেকশোযদবা, পোম্বী চেকলা পে মবি যেকতম। উবেং হুব মবোই, খোইনিং পাইমবোই। পোম্বী মশকতমনা চেকলা মওন লাকপবু লাকশোযদবা শং। লোইবং শাবা উযাম থা, খোংনাং শাবা উযাম যেক। পাম্মেন উখোং কোইনা কৌবা লিযাম থা। চিংলাই শাবা লিযেৎপা, তমলায শাবা চিন্দীননা। শংলেন নাকপাক অমদা মোইমিৎ লৈচুনা শংলেন নাকপাক অমদদি, [9]লৈখাম তবৈ যাননা হেমমোইবা শং। খুনবী নুংগাং চিংগী কৈবি যেকশা হোমশা। লাইতাং শমফবদি ৭ শেনজানবশং। হুযেন লাননীগীদী নোংযাই অমুতাবম লমশু মতিংকোকনা হিনাও শা, মশোইকনা হিরু তোং। পাখং শগন

---

(১) লাইয়ু পুন্সিবা - মোইবাং নিংথৌ তককগুবা।। (২) অবংবা মঙান্না তোংদুনা ঙানবা শং।। (৩) থম্মা লাকোইগী মতৌগুম লোইবোই লোইবোইনা মতোন লোম্মা।। (৪) লুবাংগী থম্বান লৈ মবম মঙামকনা মচু মগ ওইনা লাংহনবা।। (৬) ককয়াই শাদিংখু - থেঙ্গু।। (৭) অপাইবা উচেক ১৫ না য়াহৌবা শং।। (৮) লাইবেন্না পাক্লা লৈনা লৈনা য়েকপা শং।। (৯) খোইজু লৈখাম্মা লৈনা লৈনা য়ান্দুনা হেননাবা শং।।



কেগে কংলা উত্রা সংলাংমৈ কুচু থৌদানফম

পাং অমনা নৌবেন খাংতপ পাই। পাখং শাযেং পাং অমনা খোইশাং লমদম হুন। লাংবন তিনবী মকুতুপ খোইয়া চিন্দাইমেননা ঙামু তোক্তৌ থেম্বগা কংলা শংখা থানবা শং।

[1]চিংদা লাওবা চাম্মনা কংলা শংজি অমা থানৈএ। তমদা লাওবা ১০০না কংলা শংচি অমা থানৈএ। [2]তেকরানু কাম্ব অমাই সংসুববু কংলা শংচি ম থানৈএ। [3]মবিয়া ফাওবীচাবু ইঙা কুমদম্না ইঙেন কুমখাইনববু চিংশাং লাংলেপ্লা, [4]হাযি পনখম্বা খোইবোং শফবগা কংলা শংখা থানৈএ। মালেম লৈখাবোলগী তেকপী খযোম্বা মালেম লৈনিন শানা তাওবেল খাংতবশম, পুলৈ যাথংশেৎ। [5]ওকলেন যাতোনথোক্লা তাওখংবা শং। কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈ নিংথৌফম মিকানবশং। ফোলাং মৈতোন্নবা শং। থৌদু নুংঙৌগুম্না তাবা চেংজা নুংমুগুম্না শিদবা শং পল্লেম মমা কোংযাং লিকশিসু স্না লিনগোইগী অযাং ফানশা মনাও লংমাইলম্বুবা মখুৎ মোইখুৎ তানবা, মামাই মোইমাই তানববু কংলা শংগা লানপুং ওইনবশং। খুনবী নুংগাং চিংগী মানা শংদনবা শং। থৌদু নুংমুগুম শিদবা শংনে। মবম কংলৈ মদাইমদা কুচু থৌদাফম্নে।

কুচু ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাযববদি। নহননোং খোইযুম লাইনিংথৌ থংজিং কোইবেন নিংথৌনা। কোবৌ নোংলাংপানবগী মালেম খুনগুম্লকঙৈদা, চাবৈ নিংথৌ ফি। কোনখা ফুবিৎ সাইচোনববু লিংনা লৈবাক পানফঙৈদা চিংঙু মানা মতিক হক্. খোইযুম মানা মাওন যামগে হাযবগী, চাবৈ মফি থম মকু মমান্ হুনা। রাযেল থৌদা তম্লযে। অদুনোংগীবু কুচু থৌদাফমও কৌবে। কুচু থৌদাফমদা থৌদু খোংনেৎনবা নুংদি থংচিং লোক লুখুম লমথি লানচাওবোক মুংবী লোক্লেন খোংগী খোইযম থংচিং মকাযফমদগী পুবকপা নুংনে। চেংজা নুংঙৌ শিদবা নুংনে। কুচু থৌথাফমগী হাওবৈ নোংপোক পাংবলমদ

---

(১) লাই হবাওবদা - কেগে কংলাদা - চিংদা লৈবা ইপা ইচা ইচিল ইনাও অঙম্বা খিবিকপু মোইবাং কংলাদা কাবক্লুনা ফমফম থাবা কা।।
(২) তেকরানু কাম্ব - মাইবা লোইশং।। (৩) মোইবি মাইবা ফাওবীচা লাংচেং লাংমৈবা খোইয়োলমোবি মাইবনা।। (৪) হায়ি পনখম্না খোইয়ুম লাইকপ ঙাইখংবা, লাইগা রা ঙাংনবা ঙম্না মোইবাং লৈখোংকইববু লৈদাই ঙম্বগী "হযি পনখম্বা' শৈখানৈ।।
(৫) লৈশেম খুনশেম্বদা তেকপী ওক্লেন - মচিন যাতোন্না মলেম্বু তাওখংলকপা।।

থৌদু ১ লেপনা যুংবা নুংদী, [১]খোযযুম পাফন অবিবা চিংঙু খুভমনে। খোইযুম কোলোই কোলোয নমীংথোন অশিবু তেংথা ঙম্লোযএ হাযেং কংলৈ লাইযেক অপিশনা তেংথাবশানো? মানবী খুদবননা পুকমজবমগে। থৌদু নুংমু শিদবা অমদি ব্রাকনা তেংথা ঙম্লবোযএ। মানবী খুদবননা পুকমজবমগে! নবম কংলৈ মদাইমা থৌদু অমা লেপ্পা যুংবা নুংদা তেকপী ওকসুম শংনে। নবম কংলৈ মদাযমদী থৌদু ১ ফৈনা থাবদি ব্রাংগোন শমা কোৎনে। কংলৈ লমনমৎ নামুংবা, শামু খুৎনা থিল্লগা খুৎ নমুং, চেংলৌ মীৎনা যেংলগা মীৎনামৎ অখৈবা নংবু তযুম ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্লোযযে। চিংঙু নাপপা যেংনা পুকমজবমগে। কেগে মোইবাং নাইফা নহা উঙম থাবা লেম্লে ঙাবোইলাং ইফুই খুৎতা শু, কম্বোং লাইজা ইমাইশা লেম্লে ঙামি কৌনশোয। মকম শেন্দা অযাংফবী, ইনফুই মাইবং শোননা, হঙ্গেন তাওথেংলাকনা শোইখাংজেং ইমক [২]নুংজেং ই নামুং, নামুংবা নংবু তযুম ইব্রাকমনা কংলৈ নাতিক অকুববু তেংথা ঙম্লোযযে। কংলৈ লাথূপ অপিশানা তেংথাবশানো;



(১) কেগে কংলাগী নোংপোক থংবা (অই:এন:এ:মিউজমদগী) মনুংদা লাইশং শাদুনা লৈবা শুকং অসিদী লাই অবিবনা লাইবেন পাফন খুবম ওইনা লৈবি॥ (২) অকবা লাইফম অকবা লাইনাচীংবা খিবীকপু (নমুং নমুংবা) হাইবম্মী॥

# কেগে কংলা মোইবাং যাই-কোন্নুং মোংবা যুমজাও কাবেন্ নিপান

খোইযুম লাইবৈম নোংথাংলৈমনা ফৌশুশং শুমশং অচনবনে। নবম কংলৈ মদাযমদি [১]মোংবা শংগাইমাংনে। কংলৈ চৎলম ফানশাং মবিন ইননা নোংবান খোযদোম অহনবা লুৱাং মানতোম অতোম্বা অনিমকনা মোংবা যুমজাওবেনবু তানা কংলৈ লমথোন শককৎলকযে। তযম ইৱাকমসু খোইযুম হৈনা-মতুং ইননা তেংথাশৈবু শকচিঞ্জবক্কে। খোযযুম শানৌ মচিন মনাওসু যুমজি অৱাং লায থংবদি মোংবা যুমজাওবেন্দা ৱাইথুংলবে। [২]ইৱাকমনা মানবী খুদবনা [৩]মুকমু লৈতোন কোন্না কোন্না মোংবা যুমজাও কবেন পিনমকপু তেংথাজবক্কে।

যুমজাও অৱাং লাইথংবদি [৪]চিংদা লাওবা ১০০না মোংবা শংজি অমা থানযে। মোংবা শংজি অমদি [৫]তমদা লাওবা ১০০না মোংবা শংচি অমা থানযে। মোংবা যুমনিংগী শংলেন শংচিদি [৬]খুনবী নুংগাং চিংগী কৈবি অমা থানযে। [৭]যেকশা হোমশা শাবাইতাং ১০০না মোংবা শংজি থানযে। মোংবা যুম্মীং তুংগী [৮]শংচি লাইথংবদি পাম্বা কৈবেন অথৌবা ১০০না মোংবা শংচি অমা থানযে। মোংবা যুমজাওবেনগী কাবেনবু তেংথাবগে। [৯]লুৱাং লংমাইবদি যুম্মাং কাবন থং, অঙৌবা পূলৈবোম্বদি যুম্মীং কাবেন থং, খোইযুম লংবা অপানবদি ম্ন। তবংবনা পাবিং কাবননুংদা শাম্মু খুংপু থুম্না থৌথাবা মোংবা শংলেন যাইনে। যোইবু খোইযুম লাইবৈমা মোংবা যুমজাও লৈমা যাইফবি। ৱানা কদাং ঙম্বী খানিকপদা হুননবা ফবী, শাবেন যাংগোই ইমকদা শমশেংবী। পাম্বা কৈ যাতোননা যেনখনবী। তেৎনৌ লোনগোইথাংনা লানথিবি। লুপা হৈশোঙ্‌ই থাংনা লানককপি। থোংনাং ফিনপোমলাম্থৌযাং, ম্না লৈখাম ১২ থেংপবু হুযেন লানচংনাবী। মৈযাং শিংখা লংমৈ লাংজাও ১৫ থেংপবু খুনেংনবি, চিংডু অকোই অচৌবা খোইযম শকউদবু ঙাইবোইনবি। খোইযম নখোইগী নখোংখাদ মোংবা

(১) যুম (২) ঐরাবত (৩) মুকুট (৪) চিংমী ফম্নাইবা (৫) তমপাক ফম্নাইবা (৬) মনিং চীংগী কৈ (৭) অয়েকপা শাজি শঙাই (৮) খা থংবা শংগী মচাদা কৈ য়েকপা (৯) লুৱাং শমাইগী মাইবা॥

যুমজাও কাবেন মাংগী লাকথা কাদোই মথং অমদি, মোইবাং লৈমা অবেম্বী কেগে লৈমা অঙনবি চৎলম ফানসাং হেনবী। [1]মোংবা যুমজাও ঙাননা নিংথৌ তাল্লোয তুশুং শকপি যোইবু তযম নাইশিং চনবী [2]নোইনু থুমগুম ককুপনা ৭ শেনগুম মবোনতৈ। [3]লাংলেন কোংয়াং ৱাশা তাবগুম ফৈনা যুংনা তাবীশিংগী [4]চবৈ ফিখননফম্নে। কবেন মথং অমদি হাওৱা খেলনুশু কম্বোং মৈবা চাওবগুম্ববু হুযেন লানচননবা কানে। কাবেন মথং অমদি, [5]ব্রাংগোন লাইনুবা ৭মককি যাহিপকানে। কাবেন মথং অমদি ব্রাংগোন লাইনুবা ৭মক্কী পোথোক হিথাং কানে।

[6]হুযেন লান্নীগীদী চিংমৈ নিংথৌ থাবনবা হুযেন কোনম্না ফববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহৌ শেংওইনবা কানে। কাবেন মথং অমদি লাইশ্রা ৭ মককী যৱা ফম্লাংচাননে। পাচা থৌথিংগা শেনকু নানমগা কাইবং হিওনগা, মযুম তোইদাওগা মদুনিংথৌ ঙানবা থেংগোইগা পথুপ পিযোন কা, [7]হুযেন লান্নীগীদী খুমন মুংশা খ্বাংববু লৈমু শিন্দাকনা, লৈহাও শেংওইনবা কানে। কাবেন মথং অমদি যোইবু খোইযুম লাইবেমা [8]ফুবেপ লৈমা লুচাওবী লাকথা লৈমা পাউদোইবী, মোংবা লৈমা কোবৌ নোংজাবেনগী, তমফা অচোং অচাং খননা কানে। হুযেন লান্নীগীদী, [9]খুবোয মনিংথৌ খুৱাং অথৌববু লৈমু শিন্দাক্রা লৈহাও শেংওইনবা কানে। কাবেন মথং অমদি খোইযম পোললি পোল্লাং মকাইফমনে। হুযেন লাননীগীদী শাবোং মনিংথৌ লোল্লাং শাফববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহাও শেংওইনবা কানে। মাবেন মথং অমদি লোকতু খোমতু অপানবগী যাহিপ কানে। হুযেন লানপৎনু লুহোং অথৌববু লৈমু শিন্দাকনা লৈহাও শেংওইনবা কানে। কাবেন মথং অমদি যোইবু খোইযুম লাইবৈমা ফুবেপ লৈমালুচাওবী লাকথা লৈমা পাওদাবীগী মাললং নোংহুম কানে। খোইযম পোনথি পোললাংবু ফুমন ৱানমননু মকাইফমনে। হুযেন লান্নীগীদী য়াবৌ শাজাবোক মশিং ১০০/ লেপ্লে ঙাচাবোক মশিং ১০০/লৈমু শিন্দাক্লাবা কানে। পাবিং কাবন চৎলম মখুন ইননা কাবনখা থংবদি, মালং নোংহুম কানে [10]খোইযম কোঞ্জিন তিংথোকপা শাযাকোৎতা ফম্না মেনখোং

---

(১) যুম (২) থুম (৩) ৱানা লৈমাদা তাবগুম (৪) ফী (৫) লাইবেম্বী ৭ কী (৬) লানগী (৭) লানগী (৮) ইবেপফুলিংলীবা লৈমবেন (৯) লুৱাংবু খংনে। ১০। খোইযুম লাই লৈশেম্না লাইনিংথৌ সনমহী

যামখোং লোযবা [১]লাইশাবিক্কী তোন নিংথৌ, ব্রাবক নুংনাং অপিশা ফবা তাবমোইবেং চান্বা অপিশা খোইয়ম মকাইফমনে। হুযেন লাননীগীদী, নুংখুম লানহিং অথৌববু লৈহৌ শেনতাক্লা লৈমু শেংওইনবা কানে।

কাবেন মথং অমদি খোইযম উযি নৌনৌবা, উযি ব্রাকোনপাম্বা ব্রাকোন লোইবেন ফবা। কেগে হুইবেনখৈনা নামুংবা মকাবেননে। হুযেনন লালনিকিদি, লোকসু লোকলাং মনিংথৌ হুযেন লোকলু অথৌববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহাও শেংওইনবা কানে। কাবেন মথং অমদি খোইযম ব্রাংববেন খানচাওব: তুবেন লাইজা ইথোংখৈবা ইঙৌমনা নপপা ইমু হুকথোক লোনবা লেপ্লে ঙাথোংথিংবা, ঙাবা ঙাবেন কোনবু কোনমতৈনা কোনখাবা চিংঙু অসুপ্পা খোইযম অচৌবা মকাইফম্লে অনাম নিংথৌ কুহিবেৎচাকলিকনা খোংশিননা হেনবা মৈবিক ঙাংগোই শিননা তবংবা কুমলং খ্বাংদা যেৎপা অথৌববু লৈহৌশিনতাক্লা লৈমু শেংওইনবা কানে। [২]কাবেন মথং অমদি ঙাংঙোই কৌবা অঙাং-ঙা খোইনাই খুন্দাবা কানে।চাক্লিক অহোংকানে। থাবৈ মচাও কানে। তাইবং শমু হাকোকফা শাবা কোংতাফম্লে। হুযেন লান্নীগীদী [৩]ঙাইখোং মনিংথৌ খোংঙাববু অহোং লানচন কানে। কাবেন লবলেন কাগী লাকথা কাদোই অমদি খোইযম লাইকোক অহনবাগী নুন্নাং কাওখংবগী যাহিপ কানে। মানতক থিযাইতাক তাকুপ খানিংলোনবী নিংশোং মৌবিলোক ফুমং মমাংব্রায যাংগোই শাবি ফম্লে। হুযেন লান্নীগীদী খুনুং যেন্দী পুঙখা থা মমা লৈনুং মফোংনু চানু ঙানু খেবেজা চিনপাকপদি পুঙযাইচল, থংগোং পুংদোলথোংনা হেম্মোইবা অহোং অচাও ফংনা কানে। কাবেন মথং অমদি ইব্রাং মপাবি খোইখানমবু মাবোন যাম লুপা কোনখাং ফিথুপ হকপাশিংগী নৌশং কানে। হুযেন লান্নীগীদী হাওনু লিকসঙনু সাফাবীবু হুযেন লানচন কানে। কাবেন মথং মথং অমদি চাসং নাওসং কানে [৪]হুযেন লান্নীগীদী খুনবী লোলাং মনিংথৌ হুয়েন তাওমাং অথৌবাবু লৈম শিনতোকনা লৈহৌ শিনঙোইনবা কানে। কাবেন মথং অমদি, [৫]চাপু-নাওপু কানে।। হুযেন লাননীগীদি মবা কেং মনিংথৌ হুযেন খেবা

(১) শাবিক্কী তোননিংথৌ লাইনিংথৌ স্নামাহিগী লাইচৎ মীংনী। (২) মোইবাং লৈপাক্তা কৌব্রুদকী খুন্দাবকপা ঙাংঙোই কৌবা অঙাং ঙানা পাল্লক্ষ্মী মমীং অসিবু লৌদুনা মোইবংবু ঙাংঙোই হাইনসু কৌনৈ।। (৩) ঙাইখোং নিংথৌ ফাবা কা।। ৪। শাফম লানফমগীদমক্তা ৫। অঙাংপুবা

অথৌববু লৈমু সিনতা কনাবা কানে।

মোংবা কাবেন অমদি [৩]যাওবৌ সামী কৌনবা কানে। হুযেন লান্নীগীদী মোলদিং মাবা মনিংথৌ, হুযেন সেকপাউববু লৈহৌ শিন্তাক্লা লৈমু শিলঙোইহনবা কানে। মোংবা যুমজাওবেন্দী, [৪]মোইমীৎ লৈচুনা লৈখাম তাবৈ যাননা হেমমোইবা সঙ, [৫]খবাবু যানদা পাবেং থোং খাঙেন না কোযন হেনবা হুমদাং কাকুপ মাইফং পাবেং যান, উবা ফৈগে লাকফবা সংলেনযাই নোংবান কাঙদ্রা কাঙদোল লৈনৌবা তাংজ মবৈতোল ওনখিবে,। লৈহৌ যুতাও খাঙব্রানা ব্রাতোল ব্রফাং যোমনাবা মোংবা থোমদৈনা লোইযা লৈতেং ওইন হেমমোইবা সংগী সঙলেন চৎলম মযাই কাগী, কবেন তেংবু তেৎথাবককে। মোংবা সাবোঙ কাবেন অমদি কেগে খুৎনিংথৌ [৬]ইৱাং পুবিক্লাইগী চিবোং হাইবোংকানে। কাবেন মথং অমদি কেগে লৈমা অঙনবী মোইবাং লৈমা অবেন্নী যোইবু লৈমা তোংলিং পালযোইনাও লৈমা ৱাইবৌ লিককুন্বী থংজিং যুল্লেন লৈমা থাঙঙা যুল্লাই থনবী মনাক তেৎনৌ সো'চ লোন মথা পুন্নাংথা থেৎপী খোং-হুক মবাই থোইবী শিংগী চবৈ ফিখন কানে। কাবেন মথং অমদি যোইবু [৭]লৈমা মাফেৎলোই,সংকন লৈমা মঙাইবোই, লোইবী কোইবেং উসোকতু ঙসোক সযাম চেক তুনা মালেম লৈদা তাবী চেককুন্বী। হৈবাং নানৌ অতেংবী, ক্লাসংতাও পানচুন্বী পাননা লাগীনা মেবী শিংলেন লৈশেম তনৌবী শিংদুনা তাওজিং হৈসোইগা ক্লা-তংথাই লৌনা পানবা লাযাৎ তৈনা কানে। কাবেন মথং অমদদী, লুৱাং লংমাইবন যুমমাং কাবেন থংনাকা মোংবা সাবেঙ থংনা লাকলেন কা খাইজা মিদম কানে। খোইযুম লংবা অপানবা পবিং কাবন নুংদ সামু খুৎপু থুমনা থৌ থাবা মঙলেনযাইনে। অঙৌবা পুবৈবোম্বদি যুমনীং কাবেন থংনবসুং খোইযুম থাৱা চেংঙা যুচেং-যুহা মবিমকনা চুপলেন হুইথবা শঙ। চিংঙু [৮]লৈখোমতাও, নোংখোমতাও. লৈসাতাও, নোংশাতাও মবিমকনা

(৩) শা থমফম।। (৪) খোইজু লৈখাম যান্দুনা ফজনা থল্লা কা।। (৫) উবা হুমদাং ফজনা শেমদুনা থল্লা কা।। (৬) ইনিংথৌ (৭) লৈ নিঙোন মনাইমশন।। ৮। মালেম লৈখোং পুবা লাই

পাবৈনবা সংলেনযাই। [১]ঙাংখা নমদোঙবা নমদোংবী ওকচিন পাথৌ খুবুথৌহল, খুযোল লিকতকপী লিকতকপা খাম্বী হনবা কোকচাও হানু লাইখম, ঙাংলৌ কোংশিবী, কোংশিবা চেংলৈ থিংনাংখু থিংনাংহন, হিগা ফাননৌ নৌবেংখু নৌবেংহন খোইয়ুম মহিসাং পুম্ন মকপু খুৎসম পল্লোয়ননা লৈপাক পানফবা সংলেনযাই।। [২]ইম্নাং কানা নোকপদি যম্ননীং তুংনা তাদবা যুম্নীং তুংদা কপপদি যুমমাং কানা নতাদবা, মাংশোক লাইথংবদদি খুনন লিকতোল অথৌববু যেনবঙ হুইবৈ চননা লাকথা লালমীং থানা হুযেল লালচননবা সঙ।। [৩]খাইজেং ইমক নুংজেং ইনমুং লাইজ ইবম তবেৎমকনা খোংলেন ইফাওবম লুৱাং থম্বান লৈবম মঙামানা সিংলেন লৈসাৎৱাই। খা খোং ইমক, লাইখোং ই-নমুং, মখোং খোংলেনযাইবু তৈনা চেন। কেগে হাওতংখোইনা পালফবা পুংলেন যাইনে।

খোইমা লাংবন তোমপোকৱাই পামেন হাযি উজা ও হৌবা লম। হাযি উতোল থক্তা যোইবু খাবী সাললোম চেক তমফা খাবী যোইযোই চেক। পোম্বী ঙঙগোই তোমথিন চেক। চেক্লা ঙঙ্শি থবংবী। পোম্বী মতে মনাওনা খুনু লুমথি চিলওকনা, পামেল হাযি উতোল থকতা খোংখৈৱাই লাংমাই নিংথৌ থাঙথিলবগা, নান্‌ফাও নিংথৌ হোংতবোংবগা, কিংনাও নিংথৌ হৈবাংকোইবগা অহুম্মকনা পামেল উখা থানা হোংনেমপুং। থৌদু নুংমুগুমনা তা, চেংজা নুংঙৌগুম সিদবা সঙ। লাংগোই শাগোন অমুবী মচাদি হুমু মশুং তমনা যুমশংনযে। কৈবি যেক সাহোম সবাইতাংদি ইকম মশুং তম্না লৈমিন্নেএ। কৈবেন হেম্বী শাদি তাবেৎ সেনযানায়ে লাঙ্গোই লুৱাংবদি সাইবু। সেলতোপনবসং কাওবেন উবিক মানবীদি তাইবেন নাবোংবী চাম্মসুং তম্না নাহৈনএ। মোংবা সাবোং লমলেন কা খোইযম ম্না মখোংখাদা খোইয়ুম সানৌ মচিন মনাও মবিমকনা কংলৈ লামথোন লুববু ৱাইথুংলবে। নদাইবেম তয়ম ইৱাকমসুং খোইয়ম হৈনা মতুং ইননা মোংবা শাবোং লমলেন কাদা ইমাই নোংনেম লাইনা পাংনা ৱাকনা হিথাংজবগে ॥০॥

---

(১) ঙাংখা লময়াইদা পুবা লাইয়ামবু মথং লিংনা থাবি।। (২) মমাং থংবা কাদা নোকপাদী মানিং থংবা কাদা তাদবা য়াম্না চাওবা কানী তাক্লী।। (৩) খাখোং লাইখোংগী মশক ওইনা লৈবা লাইজা ইবমশিং।।

# মোইবাং থংজীঙ্ চিংঙ্গোইবোন

হায়িচ হয়াহে - যিব্রাং পুবিক্লাই কেকে নৈকোই ফন্নস্ব খিবিক্কী মপি যোইবেল ফম,; স্না লাংবা ফাংফম লাংজলসুং;; কেগে নিংথৌবেল সাগৈ লাইবিক অচেংপা লাংবন চিংশাং খোইবেল হিগুম থুমথোইবা পুবিকলাই থাংযাঙ মথৌমল চুংশেল মশালওন মথক পুঙ্গা থোল মখা খোংগা তৌ, - মলেম থৌবৈ নৈবেল ঙম্না, খুনুং নাইহনবা ঙানবা লিযাই কংবনা, খোইযুম লাইফমথৌ মপল, শাবোই (৬১) হুমফুমথোইগা খোইযুম লাইকুপ লেংনা তিন,' লাইনুবা (৭) তবেৎ লাইপাখং তবেৎকা, ' লাইনৈমা মাপলমা, তুবৈমা মাপলমা, খোইযুম লাইযাম, লাইকুপ লেংনা তিননা,।

চিংশাং নাপোম তবেৎ ফাংবচিং চিংলেন চিংজাও অসিবু চিংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ থাংচীঙ কোলোয মামিংথোনবু লৌদুনা। থংচীঙ্ কোলোয মীংথোল্লে।, স্না চিংদোল অমাদী স্না সঙ্গাই নৈএ স্না চিংদোল অমসুং স্নাগী তাংবল নৈবনে।। খোইযুম লাইগী ৱাযেন তৌনবা মফম ফল্লেন অহানবনে। চিংজাওলেন অসিদা "চা" কৌবা মিসা চাবা বীনু মীনম্না, মীহিংচা, হিংচাবগী মপু অমা নৈঙমএ। খোইযুম লাইযাম খিবিক্লা নোংপোকসু সংগোংসু, খানা চাওবসুং কৌব্রুসুং খোইযুম মাইকৈ ঙাকপা লাইযাম লাইকুপ লেংনা তিন তাইবং পানবা পুম্না হৌ, মিসা চাবা হিংচাবা চা কৌবগী লম্না নৈতেএ। খোইযুম লাইকুপ খিবিক্লা মাইকৈ ঙাকপা লাইযামগা পুম্না হৌ, হিংচাব চা কৌবগা হুযেন লানহোংনববু, ইঙাং পাক্তক্লা ইমু পামফেন্না ঈহিং নাহিং তানএ। মতিক হকপা চাদী শামু পাঙ্গল কনবনা খোইযুম লাইযাম খিমিক্কা মবোং চুংফুনা চাইনা খোংফেন্নাবরু যাইবী নানুং হৌ থাংলেন খুৎসু, তিমেন থাংতপ্ লোন্না কাইবৈ যেনবা তাজিনতৌ. খোংফাং খুৎসু হৌনা, থেলথৌ, শানা লানবানৈ চা কৌবা হিংচাবা ঙম্বীনবা নৈতেএ। [illegible] লাইযাম্না চা কৌবা হিংচাগী মবোই মনাও শাবোই লাল্লোই খিবিকপু, খোংমী লাম্মী অযাম্বা হাৎপগী লোইবা নাইদেএ।। হাৎলী হাযবগী লোইবা নাইদেএ।। চাহি কুমশিং লখা অহুম, খোইযুম লাইগা হিংচাবগা লানথেংনববু লাইয়াম্নসু ঙমদে, হিংচাবনাসু ঙমদেএ। তলা পমেন উপাল ৱপাল নবী



ইবুধৌ থংজিঙ্ খুভম (শুরুং)

শিংপী মবোই্ মনাও, পনাও শিংনাও পুম্নামক, মবা তাবা ঙমখিদে অসিনসু মদোমদে তেংবান থৱাই্ পানবা খিবিক্তী পুম্নমক্লা লৈঙমদবে।। খোইয়ুম লানফম অহকপা কোং লৌলেল ইমফম খিবিক্তী মচেৎ মচেৎ নিংখাইনা, কিম্থবনা লেপ্পা ফাওবা যাখিদে। মফম মফম খিবিক্তী মাংবা তাবে হাইদুনা খোইয়ুম লাইয়াম পুম্নমকনা, চা কৌবা হিংচাবা মীনুনম্বা অসিবু কবম হাৎসিগবনো হাইনসু ৱাখন্নে। অহিং ইনুং সোইয়াইমদা খোইয়ুম লাইযাম লাইরুপ লেংনা তিন কৌৱু চিংগী চিংদোন্দা, ৱাখন্নববু কোবৌ নোংলাংপান অতিংঙা মরু শিদবা গুরুনা ফমজাও ফমকোক থাক্তা ফমফমলে, খোইয়ুম লাইরুপ লাইযাম লেংনা তিন, ফম্লোন ফম্বান কাইদা-কাইদা ফম্ববু অহাংববু থিখংনৈ। লাইনিংথৌ কোবৌ অতিংঙা মরু শিদবা মপু মাগী থংনবা মথং খনবসুং লৈবেএ। কোইনা কোইনা থিনবা থংচিঙ লাইবু কৌখংলী, লোক্তাক লাইচা ইযাইফুং লাইচা ইবোননুংদগী খোইয়ুম গুরু মথং খনবা থংবসুং (থংচিঙসু) লাইচা ইবোন্নুংদগী ইফু ননৈনা কাদুনা গুরুগী থংবদা ফমফম্মে। থংচিঙ কোলোয মীংথোল্লে হাইদববা ? অহিং ইনুং শোযযাইমদা খোইয়ুম লাইযাম্না ৱাখন্নাববু লাইনিংথৌ যুহা সন্দোং অপানবনা চা কৌবা হিংচাববু, শাম্বা পাঙ্গল যেংনগে যেনবা তবৌ চন, শাযেং পাম্বোম লেংঙান্না, সেং কোইবেং মবোং চুংফুনসে, সামিযাং লাম্মীযাং পুম্না হৌ চাইনা খোংপেন্নসে পাউতাক্লে।। খুৎসুদী ৱাই মঙা চাওবা যোৎসুক পাইনা থোক্লকএ। হাদবা ? কোবৌ ইনুংবা মানা শোবা তৈনা ঙানবদা, সন্দোং নিংথৌ অপানবনা খোইয়ুম লাইযাম মথৌজানকুবু থৌনিএ। যোৎসুক পাইদুনা হিংচাবা লাইযামগা হুযেল লাম্থেংনৈ। লাইনিংথৌগী শিংলোই লাইযাম পুন্না হৌ হুযেন লাম্থেংনববু কোংলৌলেল তিংবী, লৈথক লৈখা, তোক্পা লাইগা পুম্নমক থক থক নিংক্লা খাংনৈএ। অসিনাসু মদোমদে শাম্বা পাঙ্গল অহকপা, অথৌ লিচা হেকপদী চাকৌবা হিংচাববু মাল্লৌ মীমাং তাক্লা হকচাং লৈবাং অতিংঙা থৱাই মীবাংপানবু লৌঙমদে। খোইয়ুম সন্দোং অপানব, লেম্না তোকপা লৈখিদে, খোইয়ুম লাইযাম পুম্না হৌ শামু খুৎসু,থাং, তিমেন মতাচা, শামু শাপোৎ লানপোৎ পুম্না হৌ খুৎসু খুৎলাই খিবীকপু ৱাইবা তিমেন মতাচা তেনগী নোংবু চুথবে, চা কৌবা হিংচাবা হনবা কৌবা লৈতনা, অখাক অবাও মিনোক্লা ৱাইবা শামীয়াং হুয়েল লাম্মীযাং খিবিক্লা, খোইয়ুম লাম্থেংনৈ। কোবৌ নোংলেন মলেম তিংপানবা খিবিকতী মাংনবতা ওইখবে। তোপ্পা

তোপ্পা লৈজবা লোইবিচিংখাং কযাদী উফুল ব্রাইফুল ওনখিযে। তেংলোই তেংবান অপুম্বা মচেৎ মচেৎ নিংখাইএ। কোবৌ তেংবান লৈ, তা মমাংলে মলেম লৈতা নিংখাইযে, তাইবং লৈবা ঙমদনা মাংনবতা ওইখিবে। কাবি তৌবা ঙমদবে চা হাৎপা ঙমদবে। চিংঙুবা খোইযুম লাইমক থংচিঙ লাইনিংথৌ পাইমা উনগোইনুং শামু হক্রা নিংখনখি। লোবেন স্না মপুংযাই থোংলেন তিংবী লৈবু মাংখিবনা হানবা তাখবে। কোংলৌবেল তেংবান অপুম্না পুম্না মাংখিনী পাইমা পীবুক্তা নিংখনখি। লোবেন স্না মপুংযাই থোংলেন তিংবী লৈবু মাংখিবনা হানবা তাখবে। কোংলৌবেল তেংবান অপুম্বা পুম্না মাংখিনী পাইমা পীবুক্তা নিংখননা, তিমেন খুৎসু থংনিং মতাচাবু শামু মখুৎ ওইনা তযাই তাংপুন লাক্না পাই, কোইলেল কৌবা মখুৎসু কোইনা কোইনা পাইদুনা শামু কোক্লেন ককপা মতাচা ইযু থংচিঙ মহকচাংদগী পুথোক্নুনা কোইবেল তিমেন মতাচানা চা কৌবা হিংচাববু, খুৎসু চৈহ্কনা, অমন শিংকুম্নবা যাংবী লুবেল কেল্লসনো থব্রাই মিবাংপান অতিংঙাবু, অমং থাবৈ কুম্নবা, খম্লুং স্বা তাল্লসনো যৈনববু ! খুৎসু কোইলেল মতাচানা কোইনা লৈনা লৈনা ড্রুং ড্রুং ড্রুং, খাম্বী মৈবি থোক্না চাক ঙংনা লাওনা খোংনা,, অথৌলিচা হেকপা চা মিহিংচা, হীংচাবগী যাংবী লুবেন শিদ নাদববু শামু মহকচাংদগী লালু চোমাই চোইদেম্লে। হকচাং লৈবাং অতিংঙা মলেম লৈদা তুখিযে। অসিনসু মদোমদে। মিহিং চাবা চাগী লুবেন তাংজা শিনাইদববু খোইযুম লাইযাম শবোই যাখল্লোই লাইযাম তম্না অযাং খোংচেন্না মলং নুংশি ননৌথোংদা অঙক অঙাও হৌদুনা ঙংনা লাওনা-খোংনা পাইবক্লে।। খোইযুম লাইযাম অপুম্বা অকি তুজুং পোক্লবে হাইদববা। ইযু থংচিঙ লাইমকনা পাইমা পিবুক নিংখন্না, মিহিংচাবা চাগী কোক্লেন লুবেন কোকচাওবু হালেং হালেং শিংদুনা মাংলাসনো চৈবীবে। লুব্রাই লুবেন কোকচাওবু কোইলেল তিমেন অথৌবনা চাকুপ চাকপ্ মাংহনখি হাযদবব? ।

চিংঙু থংজিঙ কোইবেন নিংথৌনা খোইযুম লাইনিংথৌ ওইদুনা চাকৌবা মিহিং চাবা সাহিং চাববু যাইবী লুবোই কেন্দুন লালু চোমাই চোইদেম্লবদা, খোইযুম লাইলৈবাক্বী লাইযাম্না হবাও মথোই তোংনা যাইফা খোল্লাও লাওদুনা লৈবাং লৈবোং লাইদা চাইথবক্লে। অতৎ অখম লৈতনা খোইযুম লাইযাম্না, লৈগী নোংলেন হাথবে।। লাইনিংথৌ থংজীঙ লাইমকনা লোবেন স্না মপুংযাইদা, যাংবী লুবোই কেনখিবা, মিশা, মীহীংচাবা “চা”

হিংচাবগী খুৎপুবু শাবোইলেল যাখল্লেন পুম্নামক অমৎতবু খাক্তনা, লৈকু লৈবাই তু খোং - খিবীক্তা লোৎ লোৎতুনা লৈববু তান্না তান্না তক্লা তান্না অমন সিংকুমহল্লে অদুনোংগীদী . ... ..... লোৎতক লোক্তাক মিংহুনলী হাইদববা? লমদম লল্লেন লোক্তাক লম্লুংশিবু কৌখিএ। খোইয়ুম থংচিঙ লোইবী চিংশা নপোম (৭) তবেৎ থোন থোল্লাংমৈ, চিংযাংলেন চিংবুক্তা তুবেল লোক্লু তুখাই তৌ ' ইবম খোংলম তুখাই তৌ, কোবৌ নোংলেন লাইচ ঈ, কোবৌ অৱাংবা ঈ, লাইচা ঈক ঈবু ইথাদুনা, ফৎতা হাওথি, শাহিং মীনম লাংনমবু অসি অনা খিবিকপু তকথা তেমথা তাওথনা, তুবেল লাইচা ইবম ইন অৱাং লৈনা পাংবলম, লাইচা ইবু ইহাল্লক ;; লোক্তাক ইশা মপন পাৎচা স্লাই খাইনা চেল্লক্তুনা অপাকপা তাক্তা ইতিল্লে, লোক্লৌ লাইচা তাক লোকতাক পাৎও কৌখিএ। খোইয়ুম লাইযাম খিবিক্লা

লাইনিংথৌ থংজীওগী মীংখৈবোনবু শক শোন্ন, লৈশি লৈথোন্না শিংঙেল লৈবোং লৈলাং লাইদা কৎখিএ হাইদববা।। চিংঙু খোইয়ুম মখুভম লৈবদী লোইবী চিংথাং তবেৎ চিংদোনপোক্তা লাইনিংথৌ স্না সঙ্গাই ইমফম লৈবনে। মনাক্তা লাইফম লৈবনে। লাইফল্লেন অসিদী শঙ্গুবৈ পোকপী কৌএ।। নুং অহুম থাবনে। নুং অসিদি থংজীওগী হি-যাই ননবনী, থৌদু নুংলেন অমদী স্নাগী কাংচুপ ননবনী। স্না থাং অমা স্নাগী চৈশু অমা অসিসু ননবনি, অমদি সনা লুপা পোকপা নুংনে।। মনাক্তা উ তক শিদবা হৌবিবনে, স্না খোংনাং অমসু হৌবিবনি। মনাক্তা লাইকোভ লৈবনি। লাইচা ঈশিং থোকপানি, সিদবা উপালদী মচুম তাবনে মশা লোংবনে মনা তবেৎ তবেৎ পানবনে। মনাক্তা নুংঙৌ লৈবনি অঙাংবা অমদু থাবিবনী। অঙৌবদী সলাইলেনগী খুভমনে, শামু অঙৌবা পোকপা নুংনী, খোইয়ুম লাইমক্লী। মমিংদী নোংদ্রেং খোম্বা কৌএ। অঙাংবা নুংদী থোংনাং নিংথৌ মখুভমনে।। নোংশা পোকপা নুংনী।। মনাক্তা নুং লৈবদো মচু ৭ শুবনে। নুংলেন অসিদী স্না লুপা কোবি শেন তম্ফা পিথ্রাই মানিক অসি খৈবীক পোকপা নুংনে। মমিংদি লৈহিংনু চাশৌবী কৌএ। খংঙো নুং অদুগী মমীংদী তেক্বী লৈহিংচি কৌএ।।

থংজিঙ্ লাইনিংথৌগী চিংদোন্দী মতোন তবেৎ শুবনে। স্নাগী শঙ্গাই লৈবনে, চিংদোন অমদনা নুংগী তাঙবন লৈবনে। অদুগী মথক্তা থংজিঙ কোইবেন লাইনা মমাই নোংচুপ লাইচি পাঙনা ফমদুনা লৈএ। মমাংদা উথুম হৌবিএ। অদুগা মখা পাংবদা নুংশীৎ থোঙ

অহুম লৈবনে, অমদী চীং মখা থংবদা লৈবনে। নুং যাংকোককুম লৈবনি অকোইবদী নুংলেন্নে কুপ্লীবনে।। মথং চীংদোন অমদী নুং পুখমগুম্না খুন্নীবনে।। মথং চিংদোন অমদী নুংগী থুস্মুকনা কুপ্লীবনি। নুংশিৎ থোং অহুম অসিনি খংঙো। কোইবেন লৈমা স্না সঙ্গাই মনাক্তা পুখ্রি অনি লৈবনে। ঈযোক কোম্নে খংঙু । অমাদী ইশিং থক্লগা লাই ওই। অমদী মী ওই ! স্না সঙ্গাইবেনগী মনাক্তা পুখ্রি অমা লৈবনে। পুখ্রী অদুগী মচিন্দি মোইবুংগী মচিনগুম্মে। অদুদগী চেন্থবকপা ঈশিংনা মোইবাং নানবী তুবেনগী মকনী মোইবুংগী মচীনগুম্বা মখা ঈশিং মবিক মবিক তাবকপা অদুদা লফু মী অহুমনা কোনবনা লাকোন ফানা হৌবিবনে। থংজিঙ লাইকোন অসিগী থোঙ মবি লৈবনে, অব্রাংগী থোং অসিদী সন্ধোং মপি স্নাথোংমানবী কৌএ। নুংথোংনে নুংশুক যোংশুক পাইনা লাইতনা ঙাক্লীএ। তখেললম্নে মাগী থোং চঙগনু। নোংচুপকী থোংসু চংগনু। নোংপোক থোংলম চংবদী লেপ্পা লাইকোন ফংগদনে। লেপ্পা খঙঙো। চিংদোন মপন চপ মান্নবনে। লাইফম মশক হোংদবনে।। লাইশক লাইমীংসু হোংদবনে।। লাই মপনমগী মফমনে খংঙো। ইপা ইপু লাইনি। থংজীঙগী নমখাংদা সনা থম্বান শাৎপনে মনাক্তা নুংগী নোংমৈ শিংজংসু লৈবনি। খোইযুম মাইকৈ ঙাকপা লাই পুম্নমক্কা লোইননা লাইনিংথৌ থংজিঙবু লৈশি লৈথোল্লে।

চিংঙু খোইযুম থংচিংগী নোংপোক থোং পুবা লাইদি কাংচুপ থকই কোবেক পাই কোইনা মশম পুনবনি মমিং সবা কৌবনি। তাইবং নমু মীওইববু শেন্মীবদী লাইনী। তাইবং লাংওন পাবিং লংশুংতমদুনা কেগে মোইবাংদা লাংওন লংদাই শান্নবি। খোইযুমগী থোংদা চংজববদী লেপ্পা লাইকোন ফংবনী। অহানবদী চিংখোংদা লাইশিংবু খংজৌ খুকমজৌ মশক মমিং নিংশিংজৌ। হে তাইবং খোইযুম থংজিঙবু খুকমজৌ, মসিনা থংজিংনা পেনবীএ। অব্রাং থোংপুবা লাইদী নুংসুক যোংসুক্কা পাইবনি। অঙৌবা লিকচাও শিবনী, হামুল মশম লুব্রাই কোইবেন্দা পুম্বানি শিংঙেন লৈজাও চিনবনি। মমীংদী হামুলচাওবা কৌএ। নোংচুপগী থোং পুবদী অমম-অমুবা মশক্লী, মশম ফৈ। মশম ঙাঙঙী, মতু চোম্মী যোংকী চৈসু পাই থেঙ্গুগা পাই, শাহিং ঙাহিং, মমীং চৈজাও পাই কৌবনি। মখা থোং পুবদী খাম্বী মৈত্রেং কুচুনী। মমীং কোইবাওনবনি লম্বু তাবু পাইবনি, সাকং ঙাকং চাই। মমীংদী কোকচাও কৌই।

থোং মবি ঙাকপদা খোইয়ুম লাইযাম্না মিংখৈ পীখিএ ! খোইয়ুম লাই মবিদী চুক ওইনা লৈবনি।। থংচিঙ কোইবেল লাইনিংথৌ খুভমদো, শবেং চিংগী চিংদোন্দা নুংগী তাংবন লৈবদী, মমাই নোংচুপ পাং লাইচি পাংনা ফমদুনা উথুম পান্বীদা ঙাদুনা চিংঙুনা ফমফম লাংনা ফমদেংলে। খোইয়ুম লাইযাম অপুম্বা লিক্লেং পাবেংকাইদনা উমংলাই মপন লাইনূবা তবেৎ লাইশাবোই (৬১) হুমফুমথোই পুন্না শুপ্না তিন, অমা ফাওবা চিৎথদা হবাও মথোই তোং, নুংঙাই মপাল শা, হোই বৌ হযা লাওনাবা, চিংদা লাওবা ১০০ না তমদা লাওবা ১০০ না খেনা চোংনা খেনচোবে খেনচো লাংমৈ খেনচোবে - হবাও চগোই শাখিএ। লাইনুবানা চকোই খুৎথেক্লে। লাই পাখংনা খেনচো চাকোই খুৎথেক্লে। লাই পাখংনা খৈনচো চাকোই শাখিএ। পুংযৈবা তানযৈবা অশৈবা চৈজিং চিং - ফিবুল হাবী, থাবী ফুকপী মাইবেল ফুকপী, অমাং কোইবোই চাকোই শাই। খোইয়ুম লাইযাম পুন্না হৌ নুংঙাই মথোই তোংনা থংজিঙ লাইগী লাইকোন্দা নুংঙাই যাইবী পেন্না নৌনা শান্নেএ।।

## কেগে খুনফমথৌ মোইবাং নাইফমথৌ পুঙলেন যাইওইবা

ইযিচা ইযাহে নহননোং হযিঙে খোইয়ুম লাইগী মতমদা "অদ" -শিদবা গুরুদী থংজিংনা ওই ! অপানবা গুরু ! অতিং কোক গুরু অহুম্মকনা লৈশেম নোং শেন্নকঙৈদা, তুতিংলেন শিদবা ব্রানা তাকপদী "ফা কৌবা ইমিংলেনবু খাইথবক্লে" অ কৌবাবু কযাৎলককে ! অগী লৈপাক্তী ফাদা চংবনে, ফা কৌবদী অগী লৈপাক্লে, অনা অতিযা শিদবনে ! ফান লৈমবেননে ! লৈমবেনগী লৈপাক্তি লাইবৈপাক্লে ! লাইবৈপাকপু শেম্বদী, ফা লৈমবেন উন্বী পিবুক্তা কা মপনবু কযাৎলে। অতেন অশাং ব্রাবু খংঙো ! পোং নিংথৌ শিদবা, খোইমা নফম্লাংদাবু অঃ কৌবা গুরুনা, কে কৌবা যুফমদা গে-গে কযাৎ অমা খোংদাএ ! খোংলৈ খোংফম নুংশোইবে, অনিবকপু তাওববোই হাবেপ্লে তাওবক কৌএ ! মথেক ফৈনা যাদএ - যাতাই যাদাইবোনবু কৌনএ। মথেক অনিবু ফৈনা পম যদাইলোকপু থোল্লমমে, -ফ- লৈপাক্তা হঞ্জিন্দুনা যেংবদী ফা কৌবা লৈপাক্তী মলেম খোইদৌনে।। অতেন অশাং ব্রাবু হাইবনি।

খোইযুম লাইগী মতমদা ময়ুম কেগে মোইবাং লৈপাক্তী, লৈবাক নোংথৌ অনীনা কাগুপ্পনা লৈবমএ। কোলোই মমীংথোন্দী ফা কৌনা থোল্লম্মে। চিংঙু খোইযুম থাংজিং লাইমক, কোন্দুম যাইবিবেন শিদব মলং নুংশিৎ ননৌথোংদা ফমফম্মা, পাম্বা কৈযাং অঙৌবথক্তা লাঙ্গোই শগোন দোলাই তোং, নুংলাং শকাং অহুম থক্তা সেনগী চৈসু পাই, য়োৎকী খউকম তোং, নুংবী সিদবা খুনেৎনা, নুংনাং নংদবা খুদানা, মাগী কাংচুপ চিং, কোবৌ অৱাংবাদগী মলেমথক্তা মদোম খুনগুম্লকএ। ,সাবেং চিংগী চিংমৈদা মখুভস্মু ওবমমে। কেগেদা খুল্লেপ্পা, ঙাংখা খুংযাই খাই, মোইবাং মপুংয়াইবু পাল্লগে নিংলদুনা লোইদাম শাজিবু থা কোবৌ নুমীৎ নোংমাইজিংদ খেলেন পুঙ্গোই লেপ্পা, থোং পান্না খুনগুম্লকএ। হাইদববা? চিংঙু ইবুধৌ খোইযুম কোনমক যাইবিবেন শিদবনা, খোইযুম মকাশা মশালোন্দগী সেংকোইবেন্ ফৈকতান্দগী তাদুনাবু পুথোকপা, থোংলেন হায়িং খোইজা অবিবা যাংখোংজাম্বা, কযাবা অহুম্মকপু পুথোকপিদুনা খোইযুম লাইগী লাইমৈতা মনাই মশনশিংগা খুনগুম্লকএ। মদোম খুগুম্লকপা লাইনিংথৌ থাংজিংনা ঙাংখা খুনযাই যৌববদা তেৎনৌ যোৎপোকথোক্কী যোৎলৈ, খুৎসু খুৎতা পাই, মনাই মশন খিবিক্লা যুম্বী চৌবা মপান ফুক, হাক চোমাই ফুক্তুনা ফুঙ্গা থিকপী মফম হোম্বা চিংঙু ইবুধৌ থংজীং কোন্দুম যাইবিবেন শিদবা মখুভস্মু শেমদুনা মোংবা যুম্বু শাদুনা লৈবমএ। মৈনা ৱাই তাংনা শম্না খোইযুম লাইগী মতমদা থাংজিং লাইনা মাইকৈ কযাগী লাইনিংথৌ ওইনা পাল্লবদা মথং মথং - শমথদুনা কুমশিং মশিং থিঙমদনা পান ফবম্বা লাইশিংদী ঙাংনিংশিং অতেংবা, যিৱাং পুবিক্লাই হামচা থাপা, যিৱাং পুবিক্লাই ফাংলিক্লাই, যিৱাং পুবক্লাই যোইবেনবা (যোইবা), যিৱাং পুবিক্লাই নবোঙ লাইবি শুবা,যিৱাং পুবিক্লাই মযাম্বা, যিৱাং পুবিক্লাই শুনুচবিক্লাই অতেংবা, লাই তবেৎনা পাল্লম্মে।

অসিগী মতুং থোকপদদী শুনুচাবিক্লাই অতেংবা মোম্লু তালোই মকম্বী খোইযুম লাইবৈমা নোংবানলোন মৈবা পোনচেম্বী পাইমা মা উনগোইনুংগী পীবুকথোক্তগী, তাইবংদা খেক দম্লকপা কোবৌনা খিং-খিং খেনগাবকপগুম, কেগেনা কে কেকু মোইবাং কেকু লৈববু তাইবংদা শাফোংলদুনা নমু তাইবং পোংবু খোইযুম লাইগীনা মমৈ ওই নমু তাইবং পোংগীনা মকোক ওই ফোং ফাং, - কেকু ফোং ফাং ফোংদুনা - কোলোই মমিংথোনবু ফাং-ফাং

খেনগা যাই ইব্রাং পোংলেনহনবা কৌনা মীগী মকোখ নিংথৌ ওই, লাগী মামৈ তানা কেগে মোইবাং কংলা ফম্বান তোংনযাং-থক্তা পাল্লম্মে। লাংহৈ কুমশিং চাহি মাব ফু চুপ্না পাল্লম্মে। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লৈকায নিপান, নোইনু থুমগোং মপন, কাথেল অকা অকুম থেল, কৈথেল মপন, লোইমোম ফৌগে তবেং খিন, লোক্তাক্ইশা মপন খাই, পাংচা মাই খাইনা, সাগৈ সাগৈ লাইবি লিদুনা কুবাং লাংদাই তাইদুনা লাইপুংথৌ মপন, লাইনুবা তবেং, লাই শাবোই হুখুগা মথোই, অথুপ্পা অহুমগা থাবগা হুমফুগামবি পুম্ন শুপ্না শুনা ম্না ফম্বান থা থাংজীং লাইগী হবাও যাগাপুংবু কাদনা ম্না পুংদোংদুনা পাল্লম্মী। কেগে শাগৈ শগৈনা খোইযম লাইথৌবু পুনা ইবাংজকএ। মোইবাং লম্মাবা, তুমাবা, লমশেনবা, তুংশম্বা, হনুকোকচাও, হনু লাইখম, খুযোল লিতকপা, লিকতকপী, কোংশিবা, কোংশিবি, থিকনাংহন থিকনাংখু, নাওনিংখু নাওবিংহন, তিম্নম্বা, লাইদম্ব পুম্নমক মাগী মাগী থোংলেন যাংলৌ মফম চানা চানা পান্দুনা কেগে লৈপাক ভাক্কুবে অশেংবা চাম্মা যাগাশং, অমাইবা চাম্মা পোংবৈ শং কেগে মবাং হৌ মোইবাং মনিং নাইনা যুম্লেন শাইজিন অঙানানা যুমকোক লাক অনী, লিশিং তবা চতবেং হুমখমথো ২, ১০৭৬১ শুনবু পাল্লম্মে। কেগে মচেং অমনা নুমীৎ থোংলু লাংলে, মোইবাং মচেং অমনা খোযোল তেবী তেশা লাংলি, ঙাংঙোই মচেং অমনা কুবেক লেখোং তেংতে লৈচিন নোংফাই লাংলে। ঙাংঙোই মচেং অমনা হিবুং যাইবুং লাংলে, কেগে মচেং অমনা লৌগুম লৌগা লাংলে। কেগে মচেং অমনা লম্বুতুবু লাংলে, ঙাংঙোই মচেং অমনা হিগা দাংলৌ লাংলে, মোইবাং মচেং অমনা উতোন উফাং লাংলে, কেগে পুম্না শাং জন লমথোক ও। কোংবা লমযেংও থাঙ্গা ফুমদেংঙো কবাং থেনগাও কুবাং লংদাইদ্যা হাইনা খোযোন মোবি নমাইবদা পীবা খোইযম যাগল্লোই ওবেংকী কাইফদবা শিন্মাবু ইন্দুনা খোইযুম থৌথা পাংথোকএ।

কেগে ইচংলোন, মোইবাং শাজংলোন, মবান থৌচংপু কাইফদবদী মশিননে। কেগে লৈকাই নিপানমকনা মহৈ মহৈ মবান থৌচংপু পুনযে। কেগে লৈকাই নিপানমক্তী ১। ঙাংখা লৈকায, ২। খোযোন লৈকায, ৩। ঙাংলৌ লৈকায, ৪। খাম্বী লৈকাই, ৫। হিগা লৈকায, ৬। ওকচিন লৈকায, ৭। চেংলৈ লৈকায, ৮। যাওসু লৈকাই নিপামক্না কেগে

মবাং হৌ মোইবাং মনিন নাইনা পানবদী কেগে কৈথেল মপনবু খুল্লীংদুনা পাল্লম্মে। কেগেনা অকা অকুম থেলবু ওইনবা কাথেল মাপনমক্তী, ১। ঙাংখা কৈথেল, ২। খোযোন কৈথেল, ৩। ঙাংলৌ কৈথেল, ৪। খাম্বী কৈথেল, ৫। হিগা কৈথেল, ৬। খোবি কৈথেল, ৭। ওকচিন কৈথেল, ৮। চেংলৈ কৈথেল, ৯। যাওসু কৈথেল মপনমক্লা অকাবদা কানা থেল, অকুম্বদা চেঙ্গৈ (৭) তবেৎপু খিন্দুনা পালম্মে॥

লমদম লম্লেন অশিগী পাকচাওবদি, অৱাং লাইনা পাংবদী লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা, সোইবেন মাগী খমঙাক ফম ! লুৱাং মবুধৌ লাইফম্লেনবু ঙমদাইনানা পাক চাওনা পাল্লম্মী। মখা মাইকৈ পাংবদী, খা নোংনেম খানুং মপুবেন খানা চাওবা ৱাংফুবেন মসাইকোনবু নতৈননা, হাওতক সলবনযাও, হাওখা লোকখা তাবলম, খুগা লৈতালপোক অবেং কাইবা লেংকাইবা, লেংনা কৌবা উমৈবম, খুগাবনা লোইহালম !! যাংদৌ লমদাং "মদী চযাম্বী চেক্লাফাই, তুবী তুযাললোক তৌবুং তৌফাই, নতৈননা খুমুজাম্বা পুংলেনযাই মাইগেঙাকপা মযুমফম, মখা পন্থোংবু ঙাকপদি কেগে মোইবাং মখা পন্থোংবু ওবম্মী॥ নোংপোক নোংনেম নোংমাই নোং হাবম পাংবদী কেগে খোবিতাক মোইবাং নোঙ্গাংখোং, নোংযাইখোং লৈকননা তাকুখোং, খোযোন খাংখাকংবা মশোইবেন, কেগে কাবা পুবাংবা হাক্তক্তা চিংঙু থাংজিং লমখোকফম ! ইবিক কোঙ্গোন শৌবা চিং, চেক্লা চা অমুববু কাপ্পদী মুকার্কচিং ! লাফুপাৎ কুমদম শোই মবমখৈ ফাওবদী কেগে মোইবাং লৈপাকপু ওইবম্মী। নোংচুপ মাইকৈ হাওবৈ নোংনিং পাংবদি, চিংঙু থাংজিং খুভম্লেন, সন্ধোং তানথোং পুংমাইদ লেপ, শাবেং চিংজাওলেন্না লেপ্লীবা কৌব্রু চিংগী চিংমৈ লম, শবেং চিংগী লোকমাই ! কেগে মাইকৈ খা থংবা মোইবাং পনবান অবাপ্পা তুবেন লুগী লোক্লুখুম, লিক্লাই পুলেন লমগাবক ! ৱকযৈ হিবেল হিযাল্লম ! তোংজেং খুমু নৌখাইলম। পাইথা লমজাও অচৌবা, কাংঙোই থুমগোং মবমখৈ যৌনা পাক্লা চাওনা পাল্লম্মী। চিংঙু থাংজীং খুভম চিংজাওনা, লেক্তাক্কী উকম শক, লোক্তাক্লা মিংশেল ওইবা মবমদম ঙাংঙোই লম্বু লমযেংনা লোবেন মপুংযাইবু পুংদাইনা, কেগে লমবু লমঙাক্লা মোইবাং লৈবাক্কী মপু নিংথৌবু ওইদুনা চিংঙু ইবুধৌ থাংজিংনা পাল্লীবদি লৈবাকনী।

চিংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ থাংজীংনা লমদম লল্লেন মসিদ হবাও পুঙ্গোই লেপ্লা পানবদী, চিংঙুবা খোইযুম মকাশা য়াংদৌ লল্লেন মবমখৈ, লাইগী পুংলেন যাইওইবা ইবেন, ইকোন, থেল্লেন যাই অথোইবা কযাবু পুংদোংদুনা পাল্লিএ। কেগে মযাই শুমদোংপান কশা পুক্লিং লিকিননা লৈবাক্কী লাকযেল ঙমদাইবু পুবিবা খোইযুম থৌবম কাইফদবা, মবান চৎনা পথাপ কাইফদবা, কেগে চাওন, মোইবাং শাংনা, পুংলেন যাইওইবা কযামকম্ম পুংদোংলীএ। কেগে পুংলেন যাইওইবশিংদী কেগে কুমদম পুং। মোইবাং অহোং পুং ! কৌজেং পুকশ্রী পুং ! লাই খুন্দীন পুং ! লাই শবোই পুং ! কেগে কংলা নুংগোই পুং। মোইবাং লৈকোয অচন পুং। কেগে চৈকক চৈথা পুং (চেগপ পুং) কেগে সোইবোই পুং ! মোইবাং হিযাংতুপ পুং ! তুথুপ সনলান পুং সাবোং পুং । তাওবা হুইযান পুং ! লল্লেন থোইযা পুং - কেগে পথাপ কাইফদা, মোইবাং মশিন শোইফদবা পুংলেনযাইনে। অসিনসু মন্দোমদে লাংহৈ কুমজা খুদিংগী তযাল মবি থৎ তেশা ব্রাখোং শেংনফম শেংনফম, খোযোল হনুবা মশোয়বেন ! অইনাই চাইবেল হাওনু কশানু শফবী মব্রাচা, মপাবি থাঙ্গা খোক কবাংখোক, মতোন স্না লৈচেং হাইবা, ইবোই ব্রাখোং, লাই ইতিনকোন, খোয়োন তেবী তেশা ব্রাখোংদী। কেগে পুংলেন যাইওইবনে। কেগে কনানা মবান থৌচৎপু কাইফদে।

কেগে ঙাংঙোই লৈমযাই খাইদুনা মোইবাং নানবী তুবেননা অব্রাং লাই পাংদুনা লোক্তোক পাৎতা ইতাবি, থাংজিং চিংদগী ইহাল্লকই ! লাইজা ইপাললাং তোবৈ ইবেননা কোবৌ নোংদগী মলেম লৈদা ইতাবকপদী মোইবাং খুনযাই খাইদুনা, কেগেকংলা উত্রা সংলাংমৈ খোইযুম পাফন অবিবা, কংলা লৈবদী, মখা পাংবা ওকচিল অউন কৈথেন্দগী কুমথবক ! মোইবাং চৈকক পুংবু হুলাল্লম। ওকচিন হিংখুম পুংসু থমজবম ইবেম্ভৌ খোইযুম লাইবৈমা লাইজা ইথাবী, তোবৈ হিদেন ফৈদেনবী পাউতাক হিদেনবু হুন্না লান্না কেগে লৈকোই পুং খোইযুম লাইফল্লেনগী খাদা পাং, চিংহৌ লমদাইথেৎ পিশুম চিংগী মখুভল্মু লৈবিএ। মথং অমুক তাবসু চিংথাং থাংবী চিংঙা মবমদম্মু লৈবদি ! মখা পাংবা লল্লেন্দী চিংঙু থাংজীং লাইকোনবু তান ফংলে। চিংঙু লাইফম অব্রাং পাংবদী চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ মপাবি নিংথৌ খোবি হাইবগী স্না খুনকুম্লকফমবু লৈবিদো। চিংঙু থোংনাং অবিবা হাযিং খোইজানা হান্না যুম্বী চৌবা মপান ফুক্ ফুঙ্গা থিকপী মফম হোম খুন্দা লম্মু লৈবীএ। লমদম লল্লেন

অশিদা নোইনু থুমহোং থেল লেম্লে ঙাহোংথেল খোবি কৈথেলবু লৈবিএ।

লম্লেন মকামপাৎ লাইমু অচৌবা থেলনিদো লাই নুবা মফেৎলোই, লাই পাখং মকপ্লোই যাগথেলবু ওইবনি। লমদম লম্লেন অশিবু নতৈননা খোইযুম লম্লেন অকবা, চিংঙু লমদম অহকপা মশেম তোংদোইবা পুং নুংশাবা (নোংশাবা) পুংবু লৈবিএ। মালেম্ লৈখাবোনগী ঈবম (৭) তবেৎনা ইফাওবম থম্বান লৈবম (৫) মঙামক্লা যোইমযাই তাওদনবা নুংহুই নিংথৌ সেনকোইবেং মালেম লাংজাখৈ অখৈববু খোইমা মযোক্লবা পুং নুংশাবা (নোংশাবা) পুংবু লৈবিএ। পুংলেনসিগী মখা থংবদা খোইযুম লাইনিংথৌ ইবুধৌ থংজিং লাইকোনবু তানফংলে। খোইযুম লাইকোনগী খা থংবদি; ৱাখা লৈকায,; ৱাখা লৈমা অঙাংবী, লমজা মরু তোংবী হংঙোই চোংবীচানা ইবান খোংদী খোংলেনযাই, হুন্না লান্না "হুন্না হাবিন" (হন্নবীনবু) লৈবিদো ! মখা অমুক তাবসু নহননোং হাযিঙৈদা নুবাবু হৈতৌ কৌবগা, পাখংবু থ্রমকাও কৌবগা, নুবা পাখং অনিনা তোইনা উনা ঙাংনবা মফম্বু "হৈদৌকোন নোংকাংখোং না ওবৈতা কৌনবম্ববু - হৈদিগোন ফুঙ্গাং থোংও কৌনা লৈবিএ লম্লেন অসিগী মখা থংবদি, স্না চেনচাম পুংবু লৈবিএ। চিংঙু ইবুধৌ লাইকোনগী নোংপোকলম্বু তাবদী লাই পাৎখাবু লৈবিএ। হুইপীতাক, যাওসু চিংহুন্নাই, তাকমু ওপাৎ কোবাৎ তাখিএ।। নোংচুপ লাইনা পাংবদি লাইকা হিথেলবু লৈখিএ। ঙাংঙোইলম্বু পাকচাওনা তাখিএ।

লমদম লম্লেন অসিগী মযাই যাংলেপুং ওইবিবা, মযাই শুমদোংপান শবেং মতুপ শাবদী, চিংঙু স্না সঙ্গাইবেন হবাও যাগা পুংবু ওইবনে। "কেগে ঙাংঙোই, মোইবাং খুন্থক খুনখা খাইদুনা যাগ পুংবু ওইনবা চিংঙু থাংজিং হবাও পুংবু লৈবিএ। মৈন ৱাই তাংনা শম, চিংশাং খোইবেল হিগুম থুমথোইবা লম, লমদম লম্লেন লমনুংশি, লোবেন মপুংযাই, ঙাংঙোই মবানযাই, থাংহি মপুংযাই, কেগে মবান যাই, "ফা" কৌবা মপুংযাই মোইবাং মবানযাই - কে কেক্রু - মোইবাং কেক্রু লোৎপগুম !! নচা নম্বা সঙাই নম্বা যোৎকী পোবোল লাইগী শমচেৎ খোইযুম স্লাই অকবা লাইপুংথৌ, লাইমেম্থৌ খৈবিক্লা মবান চৎনা পথাপ কাইফদবা, কেগে ইচৎলোন, মোইবাং শাজৎলোনবু মবান থৌচৎ কাইফদবা লম তলা পামেন অৱাংবা, উচেক উযানা কাইদোংবা, শুক্লা মংলবা উমংকোনবু লৈবদী খোইযুম উমংলাই লাইকোন পুংবু লৈবনি। তাম্না মিববা খোম্বাংনা চিংঙু লাইকোনবু

যাগেজবা। খোইয়ুম খোবিফাবা মহিথেল্ খোবি কৈথেন্দগী তাবাবি। .. "নহননোং যাইবুং লৈমা হাওশি নমোইনু পালেম নাওযোক হাংবীবু ! ঙানুবোন লৌশিযাম পাইমা লিংজেল ফংতবীনা "চাফু কানমদববু কানম্মে, ইরান কানমদববু কানম্মে হাইনা ফত্তবী মমা পোক্তবীনা "লেল্লৈ ঙাওৎলাং খাবে চৈযাংনা লুরাই কোইবেলথক্তা তাংজ শমলক খাইনা ফুবাদী নুবা মাদি মকা নিক্লা তুখিদুনা তাইবং মিবু ওইঙমদা মলেম লৈদা তাদুনা অমং থাবে কুম্লবদা ! লৈমা হাওশিনমোইনুদী থরাই মিবাংপাননা, হুইজাবিংবা চেক্লা চা, হু --- ঈ --- নোং --- নাং --- (হুবিনোংনাং) যাইশাবী শাবীক খোননৌবী ওন্দুনা লোইদাম ইঙেন থা, শাবন লাংনাচাওবা লেপতান্নবকপা কান ! চবোৎ ফোইদিংঙানা মপান খুমু লৈবোং শাবক্লবদা, পোন্নী চা চেক্লা মপাং হৌনদুনা, চেক্লা মপাও পুদুনা নুবা মপাও তমদুনা খোইয়ুম স্না মখোংখাদা মদোম ইঙেন চিংখোং য়াগেজবা খোইয়ুম মকাই ফম্লে। মলেম স্না লৈখাবোনবা লৈনিনশা, থিংলৌ কাওদোম চৎপা শা, ওক্লেন লাবা খাবোৎপানা মলেম লৈখাবোনগে হাইদুনা ওঁ কঃবঃ তবেৎমকপু, ওক্লেন যাতোন থোংনা তাওখংবা পুংলেন যাইনে॥

চিংঙু স্না সঙ্গাইবেনগী অরাং লাই পাংবদী, চিংখৈ লাইয়ুম স্না হোজংদা থোঙ্গাল্লেনবু থোংঙাক্লীবা থৌদু নুংজাও লৈবদী, চেংজা অশংবা থৌদু অরাংবা মহাক্তী অবাইববু নংতেএ। নহননোং সাইবু ইক খুমদ, সিযা কুবদি অবিবানা রাওনবা খোইয়ুম মকশানা ফংতবা খোংবাল্লাই তেংবাল্লাই, লাইমু অচৌবা, লাইনাও তিন্নাও খিবিক্ল যৈখাই থিনগাই লাকপাবু লমঙাক্লদুনা তেংমান্নবিএ। কেগে মাগী মসুমাং স্না সঙ্গাই মাংদবু থৌদু অমা লেপ্পা যুং, চেংজা অমবু খিনবদি, নহননোং নিংথি মপুংযাইদগী নোংযাই লৌশি লাকপা খাদহনবা খাদ্রকপানা, লোইবী মপুং তাক্লা পম্ফেংলুঙে ! কাওবেন ঙাংবা নিংথি পামহৈবগা লোইননা নিংথি খম্বা অথৌবনা থাংজিং লাইদা শাবেনবু কৎতুনা, কাওবেল মশালওনবু তমদুনা কাওবেন শনপুননফম্লে।

স্না সঙ্গাই লাইয়ুম অরাং পাংবদ নাকথা ফম্লেনদা খোইয়ুম লাইশং মচা অমবু শাবদী ফুবা লাইয়ুম অশিদি কোইনা পাক্লা চাওবা থৌদু নুংফান অপাকপা অমবু মলেম লৈদা থাবদি খোইয়ুম থাংজিঙ লাইমকগী খুদানবা নুংনে। নুংবী শিদবা খুনেৎনা নুংনাং নাদবা

খুদনবা, চিংঙু খোইবিনতা হৈযীনা মখোং তেক্কবা হৈযানা মশা তাদবা থৌদু নুংবী শিদবা যাইওইবনী। থৌদু অশিগী মখাদা খোংলেন তবেৎনা ইফাওবম, ইবমতবেৎনা ইতাবম খোইযযুম লাইকপ শবোই যাখল্লোই খিবিক্কী ইতিনফমনে। লোক্লৌ লাইজা ইবিক চাইথফান শাবোই যাখল্লোই তাইফম্নে। শাবোই চাকথা তম্বনে, শবোইলেনগী ব্রাবি লমদাংদী হাইনা পন্নদবা অথুপ্পদী ব্রাফম্নী। চিংঙু মাগী সঙ্গাইলেন খোইযুম লাইযুম নুংদবু ফানখোং ফম্বান মাংদবু থৌদু অমা লেপ্পা যুং তাওজিং হৈবাং হৈথাফম শিঙেল লৈবাং লৈথাফম, চিংঙু স্না খুযাখা খুৎফাংননা কৎচকুবাবু, তাওজিং হৈবাং হৈমন লৈমনবু ব্রাযেন (কতি) থৌদানা হৈমন লৈমন যেনবদী ব্রাযেল পুংবু ওইবনি। ফাংখোং ঙমদাইনফম্নী। ব্রাযেন পুংগী মনুং হোজংদী, মনুং ফম্বান মাংদবু স্না ফম্বান খাদবু থৌদু নুংফান থাবদী, অযে পুংখোল থোক্লা খোইযুম লাইখুন লৈবদী, শোক্লা শম্নাহৈদবা, অকুবদী খুদা নুঙ থম্বান লৈক লৈশক হেনবা থৌদু খুদা খুনেৎ নুংবু থাবিএ। নহননোং হাযিংকোইজা, কযাবা, যাংথোংজাম্বা, অহুম্মকনা হবাও শকশেম তম লংহিং লংশেং লংজানা, চিংঙু খোইযুম কোন্দুম যাইবীবেন শিদববু হিগী মবিনা হিবিফান, হিবি হিবাওনা হবাও শকশেম তম, নবু তাইবং ওইবনা তৌজহৌনবা শিন্তাক শিন্দম্বীবম্বা মফম্নী। খোইযুম্না ঙাংথা খুনযাই খাইনা খুন্দাবদী নুংবি শিদবা খুনেৎনা নুংনাং নাদবা খুদানা চিংঙু খোইযুম লাইখুন অশিদী চিনবান নাচি কাংফদা য়াইবী নিংশা শাথৌদ কোইযেৎ ফিবৈ চিনখুম্না অনম অথৌ কোক্কুনা যুমকোক্লোননা যুমকোক্লা লাই খুবাক খুদুনা থোংগী নতৈ কাং চাবগী নপৌ শৎতুনা খোইযুম লাইথোং হাংনযে। চিংঙু খোইযুম মহাক্কী মমাই নোংচুপ পাংদুনা চিংঙু থাংজিঙ খুভম চিংজাওলেনবু শকযেংননা ফম্বাল লাংলিএ। শুন তবং অতিংঙা অহাংবা অতিযা শকউদবা মপুগী শক্তম লৌ "তবং পোননা শামু হকচাং ওই! শেলহিংনা মিতম লাক খোইকুনা মিবেল লৌদুনা তবেৎ কোনফুং শুংদুনা কোল্লু কোমাই কোঞ্জল্লে। লাংহৈ কুমশিং কুমজা খুদীংগী লাইফি শেৎপা, লাইফিদোকপা নাইবদী, শকউদবা মপুনী মিতম পাদম লাকচবা শকতম্নী চাওবসু কোইবেন নিংথৌ শাংবসু কোইবেন নিংথৌ থংবসু কোইবেন নিংথৌ কোইবেন অহুমথক্তা ফম ফম্লীবনী সেনগী চৈসু পাই যোৎকী খুকুম তোং ফুবিৎ সাইচোনবা লিৎ স্না চেনচাম খুজি শি পাম্বোমদা স্না সেনসেংনা কোনখানা! লৈচিন মচু, নোংজবী চাবৈনা খাংশেৎনা, নমখাংনা

থম্বান অঙৌবা মচুনা ওই, কোকথোন্দী মেমানবা মচুনা লৈযেং লৈবক থেৎ ! লৈনা অঙাংবনা নিংখম চবৈখম চাবে লৈবোং হৎতুনা পাক্লোই কোকথোন নিংথৌ ৱাংবা শমজিন চিন; নিংখম শমজিন নাপ্পা তাবকপা অনিদা তোক্লেন পাফন শিদবা মতোক মশিং নাইদবা শক্তম্না পাক্লোই লৈশা শাবিএ। চাবৈ খামেন চৎপা মুবাংনবা শেৎলিবা লাইনিংথৌনি। খুৎসুদী খাংনিং তা পাইবনি। তিমেন মতাচা অহৎকপদী চিংঙুনা খুম্থোকঙৈ খোংবাল্লাই অযাংবা চা কৌবা লাইহিংচাবা খিবিকপু কোইনা লেংনা হাৎপা কোইবেং মখুৎসুবু পাইবনি। লোবেন ম্না নপুংযাইদবু ফৎতা হাওদী তাববু, থংজিং চিংমাই হোৎতুনা, তুবেন তুখায তৌ, লোক্তাক ইশা মপন পাৎচা সলাই খিবিক্কী তুখোং তৌদুনা, লোক্লৌ লাইজ ইথাবক তুবেন লাইজ ইতৌবা, তিমেন কোইবেং মখুৎসুনি। খুৎসু থাংলেন অমদী থাং তোনকুপ্পা, থাংলাবা থাংনাবোইবু খুৎসুবনি। পাম্বা কৈযাং লাইশা শাদোংবা, অচৎ চৎতা খিবিকপু লিথাং চানা চানা অনেম অৱাং নাইহন্দুনা, থৱাই মক থাংববু থাংজিঙ্ কোলোয মিংথোনবা যাইবী পল্লোয তানবনী। মলেম তেংবান খিবিকপু ফুককৎ থাংকৎ চিংখৎপা, চিংঙু উংবীবেল মশালোন্দগী তাথোক উংথোক চিংথোক্লকপা থংচিংঙনি। চিংঙু শাৱা তুখোংদগী খোইযুম লাইযাম হাকোকপদি থাংচিংও - চিংউ কোইবেন নিংথৌবনা খোইযুম লাইনিংথৌ ওইনা পানবদি মশানৌ তমফা লাইবৈমা ইবিক কোম্বান নিংথৌ চানু নুবা কোলোইনবীগা যাৱা লাহে শিল্লংননা ! অযাং লমগা হৌবকপী, নোংবান লাইজ লৈমা লাইশন থানবী কাঙ্গ্রৌ লৈহাও পোকপিদ থাউমৈ মপন থানবী, খাম্বী মৈমাং ফম্বী পাৎসোৎ লম্লোই তানবীগা চিংঙু শানৌ মতৈ-মনাও অহুম্মক্লা মোমনু শুনাগুম থাংজিন্না হবাও পুঙ্গোই লেপ্পা পান ৱাযেন থৌদা তম্বীএ। চিংঙু মাগী খুনফমথৌ, নাইফমথৌ খোইযুম ফম্লোন কাইদনা হবাও যাগা পুংবু কাদুনা ফম্বান লাংবদি, লাইপুংথৌ মপন, লাইবেন্থৌ মপন্ ! লাইপখং তবেৎ, লাইনুবা তবেৎ ফমদৌ হুমফু মবি লৈমা নিঙোন হুমফু মাব শুন বু ফমদোংলী।

কেগে খুনফমথৌ মোইবাং নাইফমথৌ খিবিকতী ঙাশি ফাওবদা মৈনা ইশিংনা মুৎতাবা, পুথাংকোকনা চৎনাবকপা পথংকোক্লা তাক্লম্বা চিংশাং খোইবেলহিগুম থুমখোইনা চিংখোং পোংলৈ মৈগুম মুৎতনা মবান থৌচৎ পুকাইদনা চৎনাবক্লী। লোইদাম

কানবী কলেনথাদা কোবৌ নুমীৎ অচংবদা মকুম থাদী থাকাওদনা খুনফমথৌ খিবিক্লা ফন্নুপ লেংনা তিন চিংঙু ইবুধৌ থাংজিংগী হবাও যাগাপুংবু কাবিএ। খোইযুম লাইগী মকুম থাদদী লোইদাম শাজিবু থা কোবৌ অহানবা লাংমাইচীং থবী মাসু লান্নংদবা থাবা মাসু চৈচেন্দবা, খেলেন পুঙ্গোই লেপ্না পান; ময়ুম কেগে মোইবাংনা মেল্লেবুদী লৈম্না কৌববু, মেল্লে লৈম্না নুংজুমপান কদম্বদী লৈনুংশী অদুনা; পামেন সযি থেমজাথকতা মুবা খুমু ঙাদম হুল্লকপদা, খোইযুম্না ম্না চোংলেন খান চপথাং যাওবোংফান মথক্তা ফমদুনা। লৈশং লৈঙৌ খাওননা কাংহায মিতম মবেংহুম; কেগেপুংদা খুন্দা যে।

চিংঙু খোইযুম লাইকোন্দী মদাইবেম অমাইবা, অশৈবা পোংবৈ যাগৈজবা, অমাইবী মঙদম পাওজন্না কেগে ফমদৌ হুমফমবিমক্লা শুনবু তিল্লীএ। পুংযৈ শেনযৈ ঙম্না তিন্না চিংদা লাওবা তবামা " তমদা লাওবা তবামা " হোইবৌ হয়া লাওনা কেগে চাওনবা মোইবাং শাংননাবা কুমজা পাক্লা তাই; লেমথোং শাংনা ফুই ! হবাও মথোই তোংনপুংবু কুবীএ। লাংহৈ কুমশিং অমনা খোংচিংঙে। লাংহৈ কুমশিং অমনা লমথোকএ। লাংহৈ কুমশিং অমনা যুমফমদুনা মবৈএ। লৈথক লৈখা লৈযাইবেল মবোল অহুম্মক্তবু লমথোকপা লমযেংবা খুন্দাবা মশকপু কাইফদা খোইযুম থৌথাবু পাংলীএ।

থাবগী লোইবা নাইদবা চিংঙু নহিকসাং খোইযুম নকাশা অকববু, কেগে পোকপা সলাইলেন, মোইবাং পোকপা থাংজীং খোইযুম য়াইবী পোক্লেন অকবা, কেগে খুনফমথৌ মোইবাং নাইফমথৌ মবান চৎনা পাথাপ কাইফদববু - কেগে পুংলেন যাইওইবা, মোইবাং খোইযুম অহকপবু মতেক লমদাং খবাদং শৈথাজববু অহেনবদী লৌথোকপীয়ু ; অৱাৎপসুং হাপপীয়ু ! যোল্লবদা ঙাকপীয়ু। লাল্লবদা কনবীয়ু হযি হাইনা শৈথাবা; হযা হাইনা শৈদেম্না হয়ুম হাইনা শৈবোইজবগে? হাযি হযা হায়ুম !!



**The Group dance of Phamnaibas**

**( 1913 A D )**



Eputhou Thangjing Lam Thokpa

**( 1913 A.D )**

## পুয়া অসি ফোংবদা নৈনজদুনা মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং

১। মাইব্রম ৺চাওবা নত্যাগুরুনা খুৎনা ইথোকপীবন্না মোইবাং কংলৈবোন লমবুবা, লমথোন, নৈশেন্নোন॥

২। চিংলোন লাইহুই" লাইবীক্কী লা ২০ দগী ২১। (অইবা পদ্মাশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র) লা· ৩৬,

৩। নোংশাবা খুনগোইলোন॥ - অইবা অশেম ইবোমচা অশৈবা

## ব্রাহস্তোক্কী মতাংদা-অইবগী পুক্লিং-লমজিঙ্ ওইজবা ব্রাখলগী মঙাল লৌজবা লাইরিকশিংদী॥

৪। মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীগী লাই হবাওবা ফেষ্টিফেল নিংশিং চেফোং মোইবাং থংজীঙ্ হবাওবা মতাং॥ অইবা মাইব্রম ৺সেখো মাইবহনবা মোইবাং

৫। ইন্দ্রমনি নাওবোইব (এসিষ্টেন মাইক্রো ফোটোগ্রফিক্সকী) "পেনলোন তেংথা"॥

৬। থালোই নোংখাইলোন অইবা যুম্নামচা বুধিচন্দ্রা ॥

৭। রকোকলোন থিলেন সলাই অমাই লোন পুকো পুয়া অইবা থোকচোম থৌকচানপা॥

৮। লল্লৈ লাথুপ থিলেন পুয়া॥ নৈনদুনা ইথোকপা থোকচোম থোকচানপা॥

৯। নৈমপোকপম টাইচাগী খুৎই লাইবিক "থংজিঙ চিংলোন লাইহুই"

১০। হেয়ামচা সোভাগী খোমজিন্নগা পুথোকপা মাইব্রম ৺ইবোতোম্বী মাইচৌদা কৎচবা "মোইবাং থংজিঙ হবাওবা"॥

১১। মাইব্রম ৺ইবোতোম্বী মাইচৌ মোইবাংনা ইবন্না, থংজীঙ য়াগৈবেলনা ফোংবা "খুৎচুপ চৈমিয়াং"

১২। মোইবাং থংজিঙ য়াগৈবেলগী চেফোং অয়াম্না॥"

**হাইবিবা লাইবিকশিং অসিদা মঙানগী মশক ওইদুনা। ঐগী মৈতৈ লাইয়েক খুৎইদা লৈবম্না পুয়াবু শিন্দোক্নুনা পুথোকপা ঙমজে। পঞ্জুব্রবা লাইবিক পুয়া খবাসু মতাং চাদবনা নিংশিংজদ্রে॥**

# হৌজিক হৌজিক অইবগী ফোংজনবা শেম শাজরিবা লাইরিকশিং

১। মোইবাং নিংথৌবোল অশুবা (হৌজিক ফাওবদা পানবা নিংথৌশিং ফাওবা)

২। লৈশেম্লোন পুয়া অর্গবাক

৩। মোইবাং থাংজিঙ হবাওবোল

৪। কেগে পুংলেন পুংদাইবোন

৫। মোইবাং কংলৈবোল নৈনবা

৬। মোইবাংদা খুন্তাকপনা মংহল্লকপা চৎনবোল

৭। **(মোইবাং শা, কেগে অমাইলোন)** মোইবাং শাথি, ললহাবা, কবুইতোম্বা (সলাং মাইবা) খুমু লৈবিজাম্বা, খোযোন মোবি নমাইবা, মোইবাং শা (শামু) (মোইবাং কাও) ঙাংবনিংথি পামহৈবা, ঙাবাপুংদোংব, লাংনুবী খিবীক্কী মবমদা নৈনবা লাইবিক।

৮। মাইচৌ মঙানা তাল্লম্বা পাউাতক নৈনবা

৯। লাঙ্গোল লুখোইনা হাইবম্বা পাউওতাক

১০। সলাই অপোক্লোন লাইনিং খুদা

১১। মণিপুব মাইবগী খোংথাং লাইমিং তিনমিং হিদাক্লোন

১২। সুবীকা তাংলোন (খোমজিল্লবা অসুবা য্যোটিষকা নৈনবা মবি)

